*Receipient of publication grant from Manipur State Kala Akademi under No. 3/3/73 MSKA (1975—76)*

# ভারত দর্শন

অইবা :
রাজকুমার শ্রীকেতুকী সিংহ

Sri R K. Ketuki Singh

Winner of the president award of the 25th Independence Anniversary Medal in recognition of his services in this organisation of Civil Defence, Manipur State under Government of Ministry of Home Affairs letter No. 1/10/72 DGCD (HG) dated 31/1/73 and No. 9/10/70 G P A II dated 12/2/73. read with Manipur Govt. Home Department order No. 19/2/73 ... (2) Dated 21/6/76.





"ভগৱা ধ্বজ"

ওঁ নমঃ ভগবতে বাসুদেবায়ঃ

নমস্তে সদা বাৎসলে মাতৃভুমে

ত্বয়া হিন্দুভুমে সুখং বর্ধিতো হহম্।

মহামঙ্গলে পুণ্যভূমে ত্বদর্থে

পততে র্ষকায়ো নমস্তে নমস্তে ॥

—:(০):—

অকোঙবা :  শ্রীরাজকুমার কেতুকী সিংহ
প্রিন্সিপাল
ইম্ফাল ইলেক্ট্রিকেল এণ্ড মটোর মেকানিকেল ইনষ্টিটিউত
শগোলবন্দ বিজয়গোবিন্দ ইম্ফাল।



১বা খুংমম ১৯৭৬ ইং

কপি মশিং—১০০০

মমল :  লুপা ৪

---

নম্বম :  ভাগ্যবতি কার্যালয়া,
চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল।

ওঁ

# দুর্গা স্তোত্র

নমস্তে সিদ্ধসেনানি ! আর্য্যেৎ ! মন্দরবাসিনি ॥
কুমারি ! কালি ! কাপালি ! কপিলে ! কৃষ্ণ পিঙ্গলে ! ॥
ভদ্রকালি ! নমস্তভ্যং মহাকালি ! নমোহস্তু তে !
চণ্ডি ! চণ্ডে ! নমস্তভ্যং তারিনি ! বরবর্নিনি ! ॥
কাত্যায়নি ! মহাভাগে ! করালি ! বিজয়ে ! জয় !
শিখি পিচ্ছ ধ্বজধরে ! নানা ভবন ভষিতে ! ॥
অট্ট শূল প্রহবনে ! খড়্গ খেটক ধারিনি ॥
গোপেন্দ্র স্যা মুজে ! জেষ্ঠ ! নন্দ গোকুলোদ্ভবে ! ॥
মহি ষাষকৃপ্রিয়ে ! নিত্যং কৌশিকি ! পীতবাসিনি ! ।
অট্টহাসে ! কাকমুখি ! নমস্তে হস্ত রনপ্রিয়ে ! ॥
উমে ! শকাম্ভরি ! শ্বেতে ! কৃষ্ণে ! কৈটভনাশিনি ! ।
হিরন্মাক্ষি ! বিরূপাক্ষি ! সুধুম্রাক্ষি ! নমোহস্তু তে ! ॥
বেদ শ্রুতিমহাপুনেৎ ! ব্রহ্মনেৎ ! জাতবেদসি ! ।
জম্বুকটকচৈত্যেৎষু নিত্যং সন্নিহিতাস মে ! ॥

ত্বাং ব্রহ্মবিদ্যা বিদ্যানাং মহানিদ্রা চদেহিনাম।।
স্কন্দ মার্ত্তভগবতি! দুর্গে! কান্তারবাসিনি।॥
স্বাহাকারঃ স্বধা চৈব কালা কাষ্ঠা সরস্বতী।।
সাবিত্রী বেদমাতা চ তথা বেদান্ত উচৎসে।॥
স্তুতাসি ত্বাং মহাদেবী! বিশুদ্ধেনা স্তরা ত্মানা!।
জয়ো ভবতু মে নিত্যং ত্বৎপ্রসাদা দ্রনাজিরে!॥
কান্তার ভয়দুর্গেষু ভক্তা নামাল্দযেষু চ!।
নিত্যং বসসি পাতালে যুদ্ধে জয়াসি দানবান!॥
ত্বং জম্ভনী মোহিনী চ ময়া হ্রঃ শ্রীস্তথৈব চ!।
সন্ধ্যা প্রভাবতী চৈব সাবিত্রী জননী তথা!॥
তুষ্টিঃ পুষ্টি ধৃতির্দী প্তিশ্চন্দ্রা দিত্য বিবৰ্দ্ধিনী!।
ভূতি ভূতি মতাং সংখেৎ বীক্ষৎসে সিদ্ধচারনৈঃ॥

—):*:(—

ওঁ

## প্রাতঃ স্মরণ

# ভারত:—ভক্তি স্তোত্র

করাগ্রে বসতে লক্ষ্মীঃ করমধ্যে সরস্বতী।
করমূলে তু গোবিন্দঃ প্রভাতে করদর্শনম॥
সমুদ্রবসনে দেবি পর্ব্বত স্তনমণ্ডলে।
বিষ্ণু পত্নি নমস্তভ্যং পাদস্পর্শং ক্ষমস্ব মে॥

ব্রহ্মা মুরারি ত্রিপুরান্তকারী ভানুঃ শশী ভূমি সুতো বুধশ্চ।
গুরুশ্চ শুক্রঃ শনি রাহু কেতবঃ
কুর্বন্তুসর্বে মম সুপ্রভাতম ॥
সনৎকুমারঃ সনকঃ সনন্দনঃ
সনাতনোঽপ্যাসুরি পিঙ্গলৌচ।
সপ্ত স্বরাঃ সপ্ত রসাত লানি
কুর্বন্তু, সর্বে মম সুপ্র ভাতম্ ॥
সপ্তার্নবাঃ সপ্ত কুলাচলাশ্চ
সপ্তর্ষয়ো দ্বীপবনানি সপ্ত।
ভূরাদি কৃত্বা ভুবনানি সপ্ত
কুর্বন্তু সর্বে মম সুপ্রভাতম ॥
পৃথ্বী সগন্ধা সরসা স্তথাপঃ
স্পর্শী চ বায়ুর্জ্বলনং চ তেজঃ।
নভঃ সশব্দং মহতা সহৈব
কুর্বন্তু সর্বে মম সুপ্রভাতম্ ॥
মহেন্দ্রো মলয়ঃ সহ্যো দেবাতাত্মা হিমালয়ঃ
ধ্যেয়ো রৈবতকো বিন্ধ্যো গিরিশ্চা রাবলি স্তথা ॥
গঙ্গা সিন্ধুশ্চ কাবেরী যমুনা চ সরস্বতী।
রেবা মহানদী গোদা ব্রহ্মপুত্র পুনাতু মাম।
অযোধ্যা মথুরা মায়া কাশী কাঞ্চী অবন্তিকা।
পুরী দ্বারাবতী চৈব সপ্তৈতা মোক্ষদায়িকাঃ
প্রয়াগং পাটলী পুত্রং বিজয়ানগরং পুরীম।
ইন্দ্র প্রস্থং গয়াং চৈব প্রত্যূষে প্রত্যহং স্মরেৎ ॥

অরুন্ধ অনসূয়া চ সাবিত্রী জানকী সতী।
তেজস্বিনী চ পাঞ্চালী বন্দনীয়া নিরন্তরম্ ॥
লক্ষ্মীরহল্যা চনম্মা মীরা দুর্গাবতী তথা।
রুক্মিণী চ মহা সাধবী শারদা চ নিবেদি তা॥
বৈণ্যং পৃথুং হৈহয়ম জুর্নং চ শাকুন্তলেয়ং ভরতং নলং চ।
রামং চ যো বৈ স্মরতি প্রভাতে তস্যাথ লাভো বিজয়শ্চ হস্তে॥
দধ্যাঙ মনুর্ভৃগুরসৌ হরি পূর্বচন্দ্রো
ভীস্মা র্জুণ ধ্রুব বাসিষ্ঠ শুকাদয়শ্চ॥
প্রহ্লাদ—নারদ—দভগীরথ—বিশ্বকর্ম
বাল্মীক য়োহত্র চিরচিন্ত্য শুভা ভিধানা:॥
অশ্ব থামা বলির্ব্যাসো হনুমাংশ্চ বিভীষণ:
কৃপ: পরশুরামশ্চ সপ্তেতে চিরজীবিন:॥
সপ্তেতান সংস্মরেন্নিত্যং মার্কণ্ডেয়ম থাষ্টমম্॥
জীবেদ বর্ষশতং সাগ্রমপ মৃত্যু বিবর্জিত:॥
পুণ্যশ্লোকো নলো রাজা পুণ্যশ্লোকো, যুধিষ্ঠির:
পুণ্যশ্লোকো বিদেহশ্চ পুণ্যশ্লোকো জনার্দন:॥
বুদ্ধো জিনেন্দ্রো গোরক্ষ: শঙ্করশ্চ পতঞ্জলি
রামানুজোহথ চৈতন্য: কবীরো গুরু নানক:॥
জ্ঞানেশ্বরস্তুকারম: সমর্থো মধবল্লভৌ।
নরসি তুলসীদাস: কম্ব: সাধুকুলোত্তমা:॥
নম্মারাল বারশ্চ তিরুবল্লুবর স্তথা।
বিতরন্তু সদৈ বৈতে দৈবীং মে গুন সম্পদম॥
অগস্ত্য: কম্বুকৌণ্ডি ন্যো রাজেন্দ্রশ্চোলভুবন:।

সর্বে দিগ জয়িন: খ্যাতা: শৈলেন্দ্রো বপ্পরাবল:॥
চানক্য শ্চন্দ্রগুপ্তশ্চ বিক্রম: শলিবাহন:॥
অশোক: পুর্ষ্যামি ত্রশ্চ খারবেল: সুনীতি মান্॥
হুনজেতা যশো ধর্মা সমুদ্রো গুপ্তবংশজ:।
শ্রী কৃষ্ণ দেব রায়শ্চ প্রদাতা হর্ষবরধন॥
সাধু শঙ্করদেবশ্চ তথা সায়ণ মাধবৌ।
প্রতাপ: শিবরাজশ্চ গোবিন্দ বসবেশ্বর:॥
রামকৃষ্ণো দয়ানন্দো রবীন্দ্রো রামমোহন:।
রামতীর্থো হরবিন্দশ্চ বিবেকানন্দ উন্নশা:।
তিলকো রমণশ্চৈব সুধীর্নারায়নো গুরু:
মহামনা মালবীয়ো মহাত্মা গান্ধি রেব চ॥
কেশব: সঙ্ঘনির্মাতা হেডগেবার বংশজ:।
সন্ততং চিন্তয়েদেতান হিন্দুভুমি সুতোওমান্॥
অনুক্তা যে ভক্তা হরিচরণ সংসক্তহৃদয়া।
অবিগ্যাতা বীবা অধিসমর মুদধব স্তরিপব:।
মহাত্মান: সন্তো ভরতভুবি যে সন্তি চ পরে
নমস্তে ভ্যো ভুয়াত্বসি সকলেভ্য: প্রতিদিনম্॥
রত্না করা ধৌতপদাং হিমালয় কিরিটিনীম্।
ব্রহ্মরাজর্ষি রত্নঢ্যাং বন্দে ভারত মাতরম॥
প্রাত: স্মরণ মেতদ যো বিদি ত্বাহ দরত: পঠেৎ
স সম্যাগ্ ধর্মনিষ্ঠ: স্যাৎ সংস্কৃতাখন্ড ভারত:॥

ভারত মাতা কী জয়॥

—:(০):—

# ৱাহৌদোক

পুন্সি অমগী মরু ওইবা থৌরমদা ইমাগী সেবা তৌবা হাইবা অসিনা অপোইবনি। ইমাগী গর্ভদা ইপাগী শায়োন পীবিহুনা থা ১০ (তরা) নাউপুহুনা মচা ঐখোয়বু মপুং ফাহল্লি। মচা ঐখোইবু মথান্না নাউকোন্নুনা ধর্ম্ম কর্ম্ম পুন্নমক ৱায়েনগী পথাপকা লোইন্না তাকপী অমস্তুং তম্বী। অসিগুম্বী ইমাগী সেবাগী লম্বী (প্রনালি— Ways) অমস্তুং মথং মনাও (পধতি—Step) থিজরকপদা তৌরবা পুন্সি কয়াগীসু মথং মনাও কায়দনা লৈজবা উজরা ফংই। মরম অহুদগী ঐগী নৌরবা ৱাখলদা অনৌবা মঙালগী ইপোম অমা হৌরকখি। হাইরিবা ইপোম অতুগী মঙালদি ঐবু পোকপীরিবা ইমাগা পুন্নমকপু পোকপীবা ইমাগা ইমা অমত্তুনি হাইবা মঙালগী ইপোম অসিনা ঐগী নৌরবা ৱাখলদা মমি তাররে। ইমা হাইবা ৱাহৈ অসিনা পুন্নমকী মমাবু অমত্তুনি হাইবা খংনহনলি, অতুতসু নত্তুনা মচা হাইবা ৱাহৈ অসিনা অপুনবা মরিবু শেংনা খংহল্লি। ঐবু পোকপী ইমা অমস্তুং ইমাবু পোকপী ইমা অতুগীসু ইমা অসুন্না হৌগ্রবা কয়াগী ইমাবু মথং মনাও কাইদনা থিরকপদা পুন্নমকপু পোকপী অমত্তা ওইবী ইমাদি পুণ্য ভূমি ভারত ইমা ওইরমলে। অসিগুম্বী ইমাগী শক্তমদি য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা মশিং লাকওমদ্রবা শায়োন্না ইমাগী শক্তম ওইরমই। মুনি ঋষি কয়ানা ইমাগী গুনবু শিংথাবদা অয়োইবা লৈরবা কর্ম্ম ভূমি ভারত ইমানি। অসিগুম্বী ধর্ম্ম ভূমি ভারত ইমাদি অচম্বা

মমা অমা নৎলমত্রে পৃথিবী মাতা হাইবা রাহে অসিনা জিব পুন্নমকী অপুনবা লাইগী ওইবা মমানি। অসিগুম্বী ইমা অসিগী অহোবা থৌরম শ্রীমত ভাগবতকী স্কন্ধ ১০শু বগী অহানবা আধ্যায়না নিংথিনা তাক্লমই। অহুগুম্বী পৃথিবীগী মনুংদা মীওইবা জাতিগী অপুনবা লাইগী ওইবা মমাদি শেংলবা ইমা ভারতনি। বেদ মরিনা খোং ওইহনা লেপলিবা অপোকপী ইমা ভারতনি। অপাংবা মচা কয়ানা ফিরিংজিগী মিত্রংবু অওইবনি খন্দুনা লুংগা মনিগা শিন্নরি। অহুতবু নতুনা মিতৌ তম্বনা মহৈ শারি অরাবদি মশাগী ইবু লৌথোক্লগা হু কয়াগা শিন্নরি। অসিগুম্বা য়েংহৈদ্রবা উহৈদ্রবা থৌদোক কয়াবু উজবা অমসুং তাজবা অসিদা ইমা ভারতকী মচা কয়ানা শেংলবা পুন্সিগী ইচেলদা মশাগী পুন্সিবু মমা ভারতকীদমক্তা বলিদান তৌহনা ময়ুম থদোক্তুনা হিমালয়গী উমংদা জগংকী মঙ্গল ওইননবা অরেপ্পা লৈতনা ভগবানবু খুরুমজরি। মহাপুরুষ কয়ানা মশাগী ইনা ইমা ভারতকীদমক্তা পাম্মুবা লৈতনা কৎলি। অহুগুম্বা পুন্সি কয়াগী ইতিহাস কয়াগা লোইননা অমসুং ইমা ভারতকী লেদ্রবা লনগী শাস্ত্রগী ওইবা খুদম পুন্নমক্তগী কংজরকপা পাত্তাক মচেৎ মচেৎ কয়ানা পুনশিন্দুনা ইজন্নিবা “ভারত দর্শন” হাইবা লাইরিক মচা অসিনা ভারতকী সংগথন অমগী মতেং খরা ওইগনি হাইনা খঙজহনা ইজবনি। ঐখোয়না পুন্না ইমাগী সেবা তৌমিন্নবা তারবদি ঐখোয় পুন্নমক ইমা অমত্তগী অপুনবা মচামি হাইবা নিংথিনা শেংনা থাজবা খঙবা তাই। মরম অহুনা ঐখোয়গী অপুনবা ইমা ভারতকী হৌরকফম অমসুং ইমাগী অপুনবা শক্তম মপুং ফানা দর্শন তৌবা হাইবসি মচা অমগী চাউথ্রবা থৌদাং অমনি। ইমানা রাম্নগা ঐখোয়না হেন্না রাকম থোকই ইমাগী খুৎ নত্রগা খোঙ ককথ্রবদি

মতা ঐখোই লৈবগী করি কাম্লগনি। ইমাগীদমক্তা ঐখোয় পুম্নমক্না অপুনবা মিংয়েং অমস্তুং অপুনবা পাঙ্গল লৈরবতদা ইমাগী অরাবা কোকদোবনি। লাইরবা মমাগী মচাশিংনা মমাগী শম্পত্তি ঊদবদা মমাবু থৌশাদবা অচুগুম্না অরাংপা লৈত্রবা ইমা ভারতপু থৌশাদতুনা মীপোৎনা ইপোৎ শারিবা পুম্নমক থাদোকপা তাবনি ইমা ভারতকী অশেংবা লেংত্রবা লন পুম্নমক মুম্না থংবা তাবনি। হাইরিবা অশেংবা ইমা ভারতকী লেংত্রবা লন পুম্নমক্কী মক ওইবা খরা খরা লাইরিক অসিদা উৎলি অসিগুম্বা লেত্রবা লন অসিবু পাম্মুনা অমস্তুং নুনা তৌরবতদা দেশ প্রেমী (মমা মুংশিবা) ওইগনি। শক্তি কয়াগী মবেন্মা ওইরিবা ইমা ভারতপু মুংশিবা খংদ্রিবা মথৈ মচা লাখা ৫৫ (য়াম্থৈ মঙা) ওইতুনস্থ ইমাগী শক্তিশেন পাইবা ঙমলোই।

খুবাং চাংজো তয়া লোয়নতুনা খুরুমজরি হে ইমা ভারতবর্ষবু ,

# নির্ঘণ্ট

| সম্পাতি | | পৃষ্ঠা । |
|---|---|---|
| থৌরম পরেং | অহানবা থংগলৌবা | লামায় মশিং |
| | ১ শুবা শক্তম | |
| ১। | পুণ্য ভূমি | ১ |
| ২। | কর্ম্ম ভূমি | ৪ |
| ৩। | ধর্ম্ম ভূমি | ৬ |
| | ২ শুবা শক্তম | |
| ৪। | পৃথিবীদা খ্বাইদগী লিরবা বেদগী মাখল অমসুং হৌরকম | ৮ |
| | ৩ শুবা শক্তম | |
| ৫। | ভারতকী চাওখৎ খোংথাং | ২১ |
| | ৪ শুবা শক্তম | |
| ৬। | থৌরম কয়া পাক্লা শন্দোকপা | ২৮ |
| | ৫ শুবা শক্তম | |
| ৭। | মীরৈপাক্তা ললোল ইতিক শন্দোকপা | ৩৫ |
| | ৬ শুবা শক্তম | |
| ৮। | ভারতবর্ষদা শাবা পোথোক | ৩৮ |
| | ৭ শুবা শক্তম | |
| ৯। | মীয়াম্না লৈপাক ভাকচবগী থৌওং | ৪৪ |
| | ৮ শুবা শক্তম | |
| ১০। | মীয়াম্না পায়বা থৌরাংদা বুধগী থৌরাং | ৫০ |
| | ৯ শুবা শক্তম | |
| ১১। | নিংথৌরেল অশোক | ৫১ |

# অহানবা শক্তম

## ভারতবর্ষগী শক্তম-মরুওইবা মফম

পুণ্যা ভুমিঃ—জন্ম ভূমি ইমা ভারতবর্ষগী শক্তমদি য়েৎবদা মীৎফম হোংবা ওমদ্রবা মহৌশা কৌবী লাইয়েম্বীগী শক্তনি। অরাংদা হিম্মত্ত অমসুং হিমালয় চীংশাংনা ইমাগী কোকী লৈত্তেং ওইরি, মতম পুম্নমক্তা উম্না কুপতুনা লৈবনা হিম্ম আলয় (উনগী য়ুম) হায়নসু কৌনৈ। শ্রীহরিগী থৌশিলনা মতম পুমনমক্তা মণি কয়ানা হৎলবা লুপাগী লুত্তুপ ওইনা ইমাগী লৈত্তেং ওইরি। চীংশাং নাপোম কয়ানা নোংপোক নোংচুপ অমসুং খা পাংনা শন্দোক্লুনা শ্রীহরিগী খুত্তম কয়াবু লেংঙ্গবা শক্তম ওইরি। স্বর্গগী লম্বি ওইরিবা সুমেরু, কৈলাস নিসেধ পর্ব্বত অথোইবনি। অসিগুম্বা লাইরম্মলেনগী ওইবা পুণ্যগী লম্বীবু মতম পুমনমক্তা ইমাগী কোকথক্তা পুক্লুনা লৈরি। অদুগা বিন্ধ্য, পরিপাত্র, অবুদা, শুক্তিম পর্ব্বতনা ইমাগী খোইদৌ (পদ্ম নাভ) ওইনা শ্রীবিষ্ণুগী পোথাফম ওইরি। মহিস্ত্র অমসুং দেবগীরিনা ইমাগী খ্বাংগী য়েৎ অমসুং ওই থংবা শরুক্তা শ্রীবিষ্ণুগী চরণ চিহ্ন ওইরি। সোমা, রৈবত অমসুং নোংমাইজিং থাংজিং, কৌব্রু চীংনা ইমা ভারতকী পাম্বোম অনিদা শ্রীবিষ্ণুনা লেংদনা ওাম্ব্লোইরি। মহিস্ত্র নীলগিরিনা ইমাগী চরণ ওইত্নুনা অজ অমসুং মনি ওইরি। অসিগুম্বা ইমা ভারতকী শক্তমবু অমুক্তং পুন্না উজবা ওমবদি শ্রীহরিগী চরণদা চংজবা ওবগী লম্বীবু উজবা (দর্শন) ফংজরবনি। মতাং অসিদা

নিংশিংবা য়াই হিন্দু ধর্ম্মগী মনুংদা তৌদবা য়াত্রবা হকচাংবু শেং-দোকপা মতমদা আচমন তৌই। ইমাগী শেংলবা অমৃত (গঙ্গাজল) খয়পা লোয়ননা বেদ মন্ত্র ওঁ তৎ সৎ হাঙৈনা য়োংশিনলগা জীব অত্মাবু শেংদোক্লগা পরম অত্মা ( পরম ব্রহ্ম ) নিংশিংই। মতম অমুদা ঐখোয়না মন্ত্রগা লোয়ননা হকচাংগী মকমদা খুরুমজৈ মনুদি অজ, মনিয়ান; অচ্যুত, হয়াসং, কেনব, ঈশ্বর, বিষ্ণু, উরুক্রম, ঈশ্বর অসি হাঙৈয়ুনা বীজন্যাস তৌই। মতৌ অসুমনা ইমা ভারতবর্ষগী শক্তমদি বেদগী স্বরূপম ওইবী ইমানি। অংগৌবা কিজোল খোন্দুনা গেরুয়া মচুনা খ্বাংচেং লাকুনা ঋতু তককী মচুনা ইমাগী ননখাং ওইরি। অশংবা রেশমগী মোম্পাক্তা অরাং ওন্দুনা য়াত্তারগা ইমাগী পাম্বোম অনিদা মচা পূম্নমকপু নাউকোনবী পৃথিবীগী মনুংদা অমত্তা ওইবী ইমা ভারতনি। বেদগী পাউত্তাক কয়ানা মীওইবগী হকচাংদা চেঁরবা ইরম ৭ (তরেৎ) কী মিংখোনগা ইনা ভারতবর্ষগী হকচাং কাযাংকা অমত্তা ওইনা শ্রীহরিনা শেম্বীবমই। হিন্দু পূম্নমকী মতমগী খোং-চংকা লোইননা ঋষিশিংনা মথং মথং নৈনবদা তোংবা লৈত্রবা সমুদ্র ইরম ৭ (তরেৎ) নি। মতুদি (১) লবন সমুদ্র (২) ইক্ষু সমুদ্র (৩) সুরা সমুদ্র (৪) ঘৃত সমুদ্র (৫) দধি সমুদ্র (৬) দুগ্ধ সমুদ্র (৭) জল সমুদ্র।

নত্রগা অমৃত সমুদ্র অমিনি। অসুমা হিন্দুগী ওইবা বেদান্তগী জ্ঞান (য়াখল) পূম্নমক ইমা ভারতকী মরল ওাক্তনি। অতোপ্পা অমনা মীওইবা পূম্নমকী হকচাংদা দ্বীপ ৭ (তরেৎ) শুনা লৈবকুম্ মরেক শানা তাকলমই। হায়রিবা দ্বীপ অমুদি ১। জম্বুদ্বীপ ২। শাকদ্বীপ

৩। শালমলি দ্বীপ ৪। কুশ দ্বীপ ৫। ক্রোঞ্চদ্বীপ ৬। প্লক্ষদ্বীপ ৭। শেতদ্বীপ অসিনি। পূর্ন্নক অসিবু হকচাংগী ঈ তোং লাইপক, কোক, খোইদৌনচিংবা মকমদা লৈবগী অধ্যাত্মজ্ঞানগী মহৈ : ( বিদ্যা ) কয়া ঋষিশিংনা নৈনরমই। অসিগুম্বা পুণ্যগী লম্বী ওইবা পুন্নমক ইমা ভরতবর্ষদগী থোকপনি। অসিদসু নত্তনা লোক ৭ (তরেৎ) কী মবমদস্ন লির্ব্বন তন্ত্র মতুংইন্না মীওইবগী হকচাংদা লোক ৭ (সপ্তলোক) লৈবগী মফমসু পীরি। লোক ৭ অদুদি (১) ব্রহ্মলোক (২) বিষ্ণুলোক (৩) রুদ্রলোক (৪) মহলোক (৫) জনলোক (৬) তপলোক (৭) সত্যলোক অসিনি। অদুগা অমুকসু উত্তর গীতাগী মতুংইন্না পাতাল ৭ (তরেৎ) অমসু মীওইবগী হকচাংদা খ্বাংদগী খোং ফাওববু মথং মথং অমুক পীরমই। অশুম্ন মরোল ১৪ ( তরামরি ) গী ( ১৪ ভুবন ) পীরম্বা অসিগা ইমাগী হকচাংগী শক্তমগা লোইনবা খুদম ঐখোয়না ইমাগী দর্শন্দা ( উবা ) ফংই। মতাং অসিদা ঐখোয়না নিংশিংবা যাই মত্তদি শ্রীকৃষ্ণনা মনাই উদ্ধবতা তাকপীবদা মুনীৎ, মৈ, ব্রাহ্মন, মণ, বৈষ্ণব, অতিথ্রা, মুংশৎ, ঈশিং, লৈপাক, অচৎপা, চত্তবা মসি ঐগী পূজা তৌফমগী অথোইবা মফমনি হাইনা ভাগবতকী একাদশ স্কন্ধদা পীবি। অসুন্না ইমা ভারতবর্ষগী অপুনবা হকচাংনা ধর্ম্মগী তৌফম পুণ্য ভূমি ওইরিবনি। মতম পুন্নমক্তা শেংলবা মহোদধি, পশ্চিমদধি, দক্ষিনদধি অসুন্না ইমাগী চরনবু শেংলি। স্বর্গগী মন্দাকিনি-দগী হৌবক্তুনা সুমেরুদা তায়গা চন্দ্রকুন্দদা তৈথহুনা গোমুখি অমসুং গঙ্গোত্রি হাঙৈনা মহা অমৃত হৌরকফম ওইরি। অসিগুম্বা শেংলবা ইমাগী অমৃত অসিবু গঙ্গামাতা হাইনা কৌহুনা জীব পুন্নমকী মহা অমৃত ওইরি। ঐখোয়না নিংশিংবা যাই সগর নিংথৌগী মচাশিংবু

ব্রহ্মশাপ্না মাংখিবা মাহুগীদমক্তা নিংথৌ ভগীরথনা মপা মপুগী (পরম (পরাগী লম্বীদা শাগেগী অমাংবা অমা থোকখিববু শুভাইতহনা চহি কয়া তপ তৌহনা শিববু পেলহন্দুনা মহা অমৃতগী মশক ওইরবা গঙ্গাবু, স্বর্গগী মন্দাকিনিদগী কৌথহনা পুম্নমকপু স্বর্গ কানবা তোং-নখিবগী চাউরবা মতাংবু হিন্দু ধর্ম্মগী থৌরমদা মরুওইনা শিজিন্নরি। মহুদি হিন্দু পুম্নমক্কী ওইনা অস্থি সঞ্চয় (অস্থি লৌখৎপা) হায়না শিগবা মীগী অহাম্বা থৌরম ওইনা তৌরি। থোইদোক হেন্দোক্না মৈতৈ লৈবাক্তা লৈবা হিন্দু পুম্নমক্তা তৌবনা মফম অতৈদগী হেন্না কুপ্পী। থৌরম অসিদা ঐখোয়না খঙগদৌবদি মহা ভুত মঙাবু অমুক মহৌশাদা হপ্লিনখিবা য়াম্নবা হায়বদি শেংদোক্লবা মতুংদা মাগী মাগী মফমদা থিলহনখি। অসুম্না লাইরমলেনগী ওইবা থৌরম কয়া তৌনবগী লমজিং ইমা ভারতনা ওইরি। শাস্ত্রগী ওইবা থৌরম পুম্নমক্না ইমা ভারতকী পুণ্যগী লমজিংনি হাঙনা লৌহনা পুণ্যভূমি ভারতবর্ষ হায়না খংনরীবনি।

**কর্ম্ম ভূমি :—** ঐখোয়না খঙই সংসারগী ইহান হানবা মতমদা পৃথিবী লৈরমদে, অতুগা মরোল কয়াসু লৈরমদে ঈশ্বরনা করিগুম্বা অমত্তা শেমদ্রিঙৈদা ঈশিংনা মফম পুম্নমক্তা মপান নাইদনা লৈরমই। খঙহৌদনা ঈশিং মমুংদগী লিনগী নিংথৌ অনন্ত ফাউগৎলকুনা ঈশিংগী মথক্তা কোনশিন্দুনা মহুদা শ্রীবিষ্ণুনা চেপ্তুনা লৈশেম্বগী মতম ঙাইহনা লৈবা মতমদা শ্রীবিষ্ণুগী খোইদৌদগী থম্বাল অমা হৌগৎলগা মহু শাংকাররকপদা ব্রহ্মা চোংথোক্তুনা থম্বাল মথক্তা লেংশিনলি। শ্রীবিষ্ণুগী মীৎ পাংত্রিঙৈগী মমাংদা ওঁ হাইবা খোজেলনা

য়ায়া নুয়া মকম পুন্নমক তানা থোক্লকখি। মতম অদুনা শ্রীবিষ্ণুনা য়ায়া হুংশিবা য়াহৈনা ব্রহ্মাদা য়েংহনবা হাঙৈখি হে ব্রহ্ম নংনা অয়াংপা লৈত্রবা খঙ্গালগী মন্নুংদা লৈরিক্লা কোইশিনবা মকমদা লৈরে, নহাক্লা পৃথিবী হাইবা লৈপাক অমা শেমলুরো ঐনা নংগী তৌবা ভস্বগী থৌনা পুন্নমক অরাংপা লৈতনা পীগনি হাঙৈখি। অসুম্না তাক্লবদা শ্রীবিষ্ণুগী য়াথং মতুংইন্না ব্রহ্মানা মথল মখা কয়াগী জীব শেমলবা মতুংদা মী ওইবা নুপা অমগা নুপী অমগা শেমলে! নুপা অদুগী মিংনা মনু হাইনা কৌরে, মনু হাইবা আস তত্ব জ্ঞান পুন্নমক্লা তিন্নবা হাইনা খংনৈ। অদুগা নুপী অদুগী মিংনা সত্তরুপা হায়না কৌই, সত্তরুপ হায়বদি মাইথেং চামা পানবা হাঙৈনা খংনৈ। মতৌ অদুম্না (থৌরমগী) হৌরকফম অসি ভারতবর্ষনা খ্বাইদগী অহানবা কর্ম্ম ভূমিনি হায়বগী খুদমগা কোন্নবা বেদগী পাউত্তাক লৈ। কর্ম্মগী অহানবদা ঐখোয়না নিংশিংগদৌবদি লাইশিংদা ব্রহ্মানা তশ্বীবদা কল্লন চিংবা অঙ্গগা কোন্নবা ঋক, সাম যজু অমসুং অথর্ব্ব বেদ মরিনা মবম তম্বীখি। মরম অদুনা যজনা, যাজন, অধ্যয়ন, দান, যতিগ্রন্থ কর্ম্ম তরুক্ক অসিদা ঈশ্বরগী ওইবা ধর্ম্মগম্নু কৌরে। মরম অদুনা থৌরাঙ্গ তরুক্ক অসি মথং মথং শিন্নরকপা ভারতবর্ষদা খ্বাইদগী য়াম্না ধর্ম্মগা হৌফম কর্ম্মভূমিনি হায়রিবনি। কর্ম্ম, তত্ত্ব, যুগ, ধর্ম্ম অমসুং কালগী মগুণ কয়ামুক নৈনরম্বগী প্রমান কয়াসু ব্যাসদেবনা হায়রমই। অদুগা কর্ম্মগী (থৌরমগী) নৈনবদা অহানবদা পুন্নমক্তী ওইবা (বিশ্ব আত্মাগী থৌবমদা পুক্নিংগী য়াখল হান্না নৈনরমই)। ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, ক্রোধ, লোভ, ভয় হায়বা পুন্নমক অসিগী হৌফম, থিদুনা অফবা অচুম্বা কর্ম্ম তৌনবা হোৎনবদা ভারতবর্ষগী বেদ

শাস্ত্রনা পুন্নমক্কগী অতেনবনি। অদুগা অমুকনু পদার্থ তরাতরক হায়রবদি কর্ম্ম ইন্দ্রি মঙা, জ্ঞান ইন্দ্রি মঙা, মন অমসুং ভুত মঙা হৌফম লৈকম মুন্না থিহনা অরা অনা য়াওদবা মকমবু ফংনবা লম্বী হিন্দুনা মতম পুন্নমক্কা ভান্নরি। অদুগা কর্ম্মগী মহৈনা লুংঙাইবা অমুক রাবা অমুক পোকপা শিবা নংই। অদুগা আত্মা বিদ্যাগী মহৈনা অরা অনা য়াওদনা ব্রহ্মবু ফংবা ঙমই হাঈবা ময়েক তাকলি। খুদম ওইনা গীতাগী তৃতীয়োহধ যদা কর্ম্ম যোগগী মপুং ফানা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুন্দা তাকপিখিবনি। পুন্নমক্কী মসুংদা মতেক অমস্তংগী ওইনা নিংশিংলি। প্রজাপতি ব্রহ্মানা লৈশেমভৈদগী যজ্ঞনা ময়ম ওইহনা কর্ম্ম পুন্নমক তাকপ্রবনি অসুম্না লৈবা শাস্ত্রগী পাউতাকশিংনা মরম ওইহনা ইমা ভারতবর্ষনা কর্ম্মভূমী অহানবা ওইরিবনি। হিন্দুগী কর্ম্মগী মতমদা অরাংবা রাখলগী মতেং মক ওইনা উপায় তরানিথোই অমসু পীরমই। উপাযশিং অদু নিংথিনা শিজিন্নহনা থবক তৌরগা মুক্তি, ফংবা ঙমই। উপায় অদুদি :—দেশ, কর্ম্ম অনুরাগ অর্ম, উপায় অপাম, নিশ্চ, চক্ষু, আহরণ (গুরুগী পাউজাক লৌবা) সংহরণ (বিষয়দা ইন্দ্রি থাজিনবা) মনং, দর্শন অসুমনা মথল তরানিথোই পীবমই। মতৌ অসুম্না তৌহনা ভারতবর্ষগী থৌরম পুন্নমক্কা জ্ঞানগী অরোইবা থাক য়ৌনা নৈনবা ঙম্বগী লম্বী কযা রাক্তনা লৈরমই। মরম অসিনা ভারতবর্ষ অসি কর্ম্ম (থবক) পুন্নমক্কী হৌফম নক্রগা থোকফম ওইবনা "কর্ম্মভূমি ভারত" কৌবনি।

**ধর্ম্ম ভুমিঃ**— ভারতবর্ষনা ধর্ম্মগী য়ুম্ফম খাইদগী রাংবা মকমনি। মরমদি বেদগী থৌরম অমসুং স্মৃতি অদুগা সদাচার অহুম অসিনা

ধর্ম্মগী অশেংবা শক্তম অমা ওইবগী পাউতাক কয়া শাস্ত্রনা পীরমই। অদুগা অদুম অসিতা নত্তনা অর্থবুসু ময়িশুবা ওইনা থমই। শাস্ত্র খণ্ডবা পণ্ডিত কয়ানা বেদগী য়ানা ধর্ম্মগী প্রমাননি হাঙ্গৈনা লেপলমই। অদুগা অমুকস্সু তাকলমই যুগযুগকী ধর্ম্ম মওংস্সু তোঙান তোঙান লৈ হায়না মদুগী মরমদা সত্য, ত্রেতা, দ্বাপুর, কলি মরি অসিগী মওং খেন্নবা কয়া শেংনা তাকলমই। ধর্ম্ম হায়বসি হোংবা য়াত্রবা লাইনা পীরকপা য়াহৈনি অদুগা কুপ্পদা উবগী পাঙ্গল অমত্তা লৈতে, হায়না খংনৈ। ভারতবর্ষগী মনুংদা থোকখিবা দক্ষপ্রজাপতিগী মতম্বু মহাদেবনা শাওদুনা থুগায়বা মতমদা ধর্ম্ম লৈবা পুম্নমক্কী অহেনবা দক্ষপ্রজাপতিনা মহাদেববু পেনখিনবা খুরুমজখি হায়না পীরমই। অসুম্না ভারতবর্ষ অসিনা ধর্ম্মগী হৌরকফম ওইবনা ধর্ম্মভূমি কৌবনি। মতাং অসিদা ধর্ম্মগী মরমদা কপীল মুনিনা তাকপীরমই অহানবদা ধর্ম্ম আশ্রম অমত্তমক ভাইরমই। মতুংদা মখল মরি থোক্না খাইদোকখিবনি হাঙ্গৈনা ব্রহ্মচারি, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ অমসুং ভিক্ষুক আশ্রম মরি অসিগী তোঙান তোঙানবা থৌরম কয়া মপান নাইদনা লৈরমই। করিগুম্বা গৃহস্থ অশ্রমদা লৈবা পুন্সি ওইরবস্সু ধর্ম্মবু লৈরবদি অধর্ম্মগী থবক তৌদুনা পৈশা তানবা হৌনদে হায়না ব্যাসদেবনা তাকলমই। অসুম্না ধর্ম্মগী মরমদা অরাংপা লৈত্রবা পুম্নমকপু অমত্তনি হাঙ্গৈনা প্রমান কয়াগা লোয়ননা বেদগী য়াহৈ কয়ানা কোংদোকলম্মী। হিন্দু পুম্নমকী ওইবা ধর্ম্মনা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা মঙান য়েনথোকলমই। হাঙ্গৈরিবা খুদম চাংদম লৈবনা ধর্ম্মভূমি ইমা ভারত হায়না মিংথোনবনি। ধর্ম্মগী মফমদা মখল-মখা কয়া লৈরিবা অদুগী মনুংদা ওইনা যজ্ঞ, সংস্কার, যাজন, যোজন, দান,

পুণ্য কর্ম্ম, অদুগা পীতৃলোক্তা ভমজবা খরা কংপা অসি ধর্ম্মগী অথোইবা থৌরমনি। ধর্ম্ম শাস্ত্র, অমসুং বেদগী অঙ্গ তরুক মদুদি শীক্ষা, কল্পনা, ব্যাকরন, নিরুক্ত, ছন্দ, জ্যোতিষ অসিনা ধর্ম্মগী মরমদা পুমমকী পাঙ্গল ওইনবগী মরম্নি হায়না পরাশর মুনিনা জনক নিংথৌগী মফমদা তাকপিখি। অসুমনা ধর্ম্মগী পাউতাক কষানা ভারতকী থৌরম পুমনমক্তা লৈরিবা অসিনা মরম ওইদুনা ইমা ভারতর্ষববু ধর্ম্মভূমি হায়না কোবনি।

### অনিশুবা শক্তম

## পৃথিবীদা খ্বাইদগী লিরবা বেদগী রাখল অমসুং তৌফম

বেদগী রাখল :— ভারতবর্ষগী ওইবা বেদ হায়বা পুরাণ অসি অদুকী মতিক লিরবা হৌবকপগী মতম চপ চাবা খঙত্রবা চহি বুন্দ করাগী মমাংদসু অদুমমক নৈনবসুগী খুদম লৈরবা মীওইবগী রাখল খনবগী অরাংবা থাক্তা লৈরম্বা পুরাণনি। এখোয়না মতম পুন্নমক্তা থৌরম পুমমক্তা বেদগী পাউতাকতনা চাংদমরম্মী। বেদ অসি মরি থোক্তা খাইদোকই অদুবু বৈদিক সংহিতা ( Vedic Sanghitas ) হায়নসু খঙনৈ। হাইরিবা বেদ মরি অদুদি ঋগ (Rik), সাম (Saman) যজু (Yaju), অথর্ব্ব (Atharv), অদুগা মসিগী মদুংসিনবা ওইনা ব্রাহ্মণ ধর্মগী কর্মগী ওইবনা থবক করাসু লৈরমই। দর্শন

শাস্ত্রগী ( Philosophy) ওইবা থবক কয়া নৈনবগীদমক্তসু অরণ্যক ( Aranyakas ) অমসুং উপনিষৎ ( Upanishads ) লৈরমই।

মখক্তা হায়রিবা ঋক বেদ হায়বা অসিগী মকদি রাখলবু উপাল ওইনা লৌরগা মতুগী মরুনি হায়না লৌরমই। মথম অহুনা রাখলগী উপাল ওইরিবা ঋক বেদ অসিগী মশা মবেংনা পৃথিবী শিনবা থুংনা শন্দোকলমই। মতুদি লৈশেমচেদগী থৌওংতু চংলকই। মওং মম মাংমবা খোঁয়াম কয়া অমসুং মচা মখিং তরা পীবা য়াবনি।

ঋকবেদগী মন্ত্রংদা মথল মথা অয়াম্বা লাইগী পূজা পীরমই তৌইশুম্বসুং পুন্নমক অহু অমুক খ্বাইদগী হেনবা অমস্তা ভাইব মকমদা অমুক হুপ্পিনলকই। বেদগী থৌরম পুন্নমক্তী চৎনবি হায়বদি অচুম্বা থৌদাগী মকোক্তি যক্ষনা ওইরমই মতুদি মহাক্তী নিরুক্ত (Nirukta) না পীবনি। বেদগী মক্কুংদা হৌনবী ওইনা লাইবু রাখলনা থবা ভন্নবা মিং অনি পীরমই রিতা (Rita) অমসুং সত্য অহুগা মাল্লবা অমা সনরিতা (Sunrita) শ্রদ্ধা ( Sradha) নত্রগা দান অসুম্না পীবমই। অকোনবগী মন্ত্র অসিনা খংই মতুদি মীওইবগী অরাম খৌরাংবা কোক-হনবা ( Social service) মশাগী অবানবা মশানা কোকচবা ভম্বা অহুনি। হাইরিবা রাখল অসিবু মার্কণ্ডেয় পুরানগী শ্রী চণ্ডিদা শন্দোক্লা ভাকলি মতুদি অহিংবা পুন্নমক্তী লৈকম খ্বাইদগী অহেনববু পূজা তৌরমই। মতুদা পীরম্বা মন্ত্রনা (য়াদেবী সব্বভূতেষ ক্ষুধা রূপেনা সংস্থিতা) অসুম্না পীরমই।

বেদগী রাখলদা লাই অমত্তনা মকোক ওইহুনা পুন্সি পুরমকপু অমত্তনি হাইনা খঙহনখি। অহুগা আর্য্য অমসুং দাস অনি অসি অমত্তনি হায়না লৌই। হাবঈদি আরিয়ান অমসুং আরিয়ান নত্তবা হায়না লৌবা অসিবু অমত্তনি হায়না লৌই। মরমদি লাইগী মণ্ডাল (আরিয়) অপুনবগী ওইবা (বিশ্ব) মণ্ডাল ওাক্তনি হায়বনি অহুগা অথর্ব্ব বেদদা মীরৈপাক মচাবু— ( বিদেশ Videsya ) মশা মশাগী ওইবা লম লৈঙবা হায়না তাকলমই। বেদগী মসুংদা মীয়ায়া পানবা লৈবাক ( Democracy ) হায়বা অসি মহৌশাগী ওইজবা বেদগী রাখল অশেংবনি ( IV. 16 8 ) মরম অহুনা অপুনবা রাখল অসি বেদগী রাখলনি হায়বসি শেংনা উবা ফংই। খ্বাইদগী ওয়া লৈরমই। মত্তাং অসিদা নিংশিংবা য়াই মহুদি মেক্স মুল্লবনা ( Max muller ) হাইবর্ম্ম। মহু দি ঋক বেদগী মসুংদা লৈরিবা মন্ত্রগী য়াইরেশিং অসি খ্বাইদগী য়াংবা মীওইবগী রাখল নৈনবগী অরোই-বগী অবোইবা পাক্তি। অমুকসু হন্না মুমিংনা থোকপদগী তাখিবা কাওবদা লৈবা পৃথিবীগী লম পুরমকী ওইবা হোৎনহুনা চাউখৎপগী থৌরমদা চাংদমবদা ভারতকী বেদগী থৌরমা খ্বাইদগী হেন্না মঙসুং অহানবনি হাঈনা ঈবক্সী।

ঋক বেদগী মন্ত্র পুন্নমক্তা ময়েক শেংনা তাকলমই লাই অমত্তনি (One god) মরমদি মন্ত্রগী লাইশোন পুন্নমক অমসুং পূজাগী মখল মখা লাইশোন পুন্নমক পরম ব্রহ্মজ্ঞান (Parmabrahma gyana) গী মিংদা ওাক্তনি। মরম অহুনা লাইগী মিংথোল অমসুং মখল করাগী মওংদা তৌরবসু অমত্তা ওইবা পরমাত্মাদা অহুমক ওই। অহুগা

উপনিষদগী মন্নুংদদু তাকলমই লাই পুরমক্কগী অথোইবা লাইদি অমত্তনি, মহুদি সর্ব্বভূতন্তরদত্মা (Sarvabhntaratma) হায়বদি পুরমক্কী অমত্তা ওইবা আত্মা—থরাই (Soul) হায়বনি।

ঋকবেদগী মন্নুংদা পিরমই অরাংবা জ্ঞান ফংনবা রাখল খনবদা গায়ত্রি মন্ত্রনা ওইরমই। মীওইবগী রাখল খনবগী মন্নুংদা অথোইবা পাঙ্গল ওইরমই। মসিনা খনবা অমসুং শোনবা মতমদা লাইগী ওইবা রাখল অহু লেংদনা লেপ্তনা লৈবা ঙমই। মন্নুনা মন্ত্র অহুদা ধিমহি (Dhımahi) হায়না খঙই। মন্ত্র অমনা প্রচোদয়াৎ (Prachodayat) হাইবা অসিনা মশাগী ওইবা পুক্নিংবু পুন্নমক্কা অপুনবা ওইনা তিনশিনলি। মতৌ অসুন্না বেদগী মন্ত্র কয়ানা মীওইবগী পুন্সিদা স্বর্গগী লম্বী ফংনবা অমসুং মোক্ষ ফংনবা মরম কয়াগী লম্বী পীবম্মা।

অথর্ব্ব বেদগী (XII I I.) মন্নুংদা শন্না ধর্ম্মগী মক কয়া পীবমই, পীবমইবশিং অহু মীওইবনা তৌগদবা ধর্ম্মগী চংদবা য়াত্রবা ওাক্তনি। মহুগী মরমদা মক মরুওইবা মখাদা পীরিবা অসিনি।

১ অহানবা, সত্যম বৃহত:— সত্য (Satya) অচুম্বা ধর্ম্মগী হৌবকফম মরুনি অহুগা উপনিষৎনা অমুক আত্মা অসি অচুম্বদা চংহুনা লৈ হায়না তাকই। অচুম্বা হায়বদি লোইবা কাওবা মশা মতোমন্তগী লেংত্রবা হায়বদি চুমদবনা চংশিনবা ঙমদবা পাঙ্গলনি। (সত্যমেব জয়তে নানৃতম) অসুন্না পীরমই (Mundaka III. I. 5—6)

২ শুবা ঋতম:— উগ্রম—লাই (ঈশ্বর) না পুন্নমক্কী চৎনবী (cosmic-law) ওইনা শেমগী থৌরম হায়বদি মানবা তৌবা

সুংশি হৈতবা ( ugra ) লাকশিনবা হায়বনি। মথক্তা পীপ্রবা রিতা অহুনা থবকী লুচিংবনি।

৩ শুবা, দিক্ষা :— মশাগী মরু ওইনা আত্মাগী রাখল লমজিং কংননবা তাকপা য়াম্না শম্বা ধর্ম্মগী ওইবা পাউতাক হাঙ্গনা পীরমই।

৪ শুবা, তোপ তৌবা নত্রগা ব্রহ্মচার্য্যবু ইকাই খুম্নবা মতুগী দিক্ষা মখাদা পীরিবা অসিনি।

৫ শুবা ব্রহ্মণঃ অমত্তা ভাইরবা বেদগী মন্ত্রবু মীওইবগী পুক্নিংদা চিংশিন্নবা তম্বিবা ডম্বা অদুবু খঙহনলি।

৬ শুবা, শ্রীমদ্ভগবত গীতাদা কথোকপগী মবমদা মখল কযাগী থৌবমবু যজ্ঞগী ওইবা তেঙ্গান তোঙান পোক্লা মখল ১৮ গী যোগ পীরি। মতুগী মনুংদা জ্ঞানযোগ, কর্ম্মযোগ অসিনচিংবনি।

বেদগী রাখলনা ধর্ম্মগী মাইকৈদা অথোইবা শাহ ( পরমেশ্বর ) না লৈশেম্বগা মশা মতোমতবু মতম মতমগী ওইনা শেম্বগী মরম পীবমই। পুন্নমকপু অমওনি হায়না অমুকম্ভু তাকলমই মথোন্দগী মপান থোক্লা লৈবা পুন্নমকপু অমত্তা ওইনা চিংশিনবা শক্তমগী মহৈদা বিরাট দেহ ( Virat Deha ) অগুম্না ঈশ্বরনা অমত্তা ওইবগা পুন্নমকপু শিনবা থুংনা লৈবগী বাখলবু শংবদি জ্ঞান ফংবা হাঙ্গনা কৌনবমই। মতাং অসিদা পুরান কযাগী মনুংদা খ্বাইনা খনগংনববা শ্রীমদ্ভগবতকী তবাগুবা স্কন্ধগী অধ্যায় নিপালদা অমুক উৎলমই। ( তুয়া চোপনিষুশ্চ সংখ্যা-যোগৈশ্চ সাত্বতৈ। উপগীয়মান সাহাত্মং হরিং সা মনা অতত্ত্বম )। ত্রয়ীবিদ্যানা সত্যপুরুষ অহুগা যোগনা পরমাত্মা অহুগা পঞ্চরাত্রনা ভগবান অগুম্না লৈরমই। খ্বাইদগী অহানবা মপুনা লৈশেম্বগী মতাংদা ব্রহ্মবৈবর্ত্ত মহাপুরাণ ঈশ্বরগী শক্তমবু অমত্তা অহুম থোক্লা লৈবগী

ময়েক শেংনা হায়রমই। অদুগুম্না অমত্তা ওইবা লাইবু ব্রহ্মা, বিষ্ণু মহেশ্বর হায়না লৈরিবা অসিনি। বেদগী শক্তম ওইনা শ্রীনরায়নগী রাথং অগুম্না লৈরমই "বরং বরেন্যং বরদং বরাহং বরকারনম। কারনং কারনা নাঞ্চ কর্ম্মতৎ কর্ম্ম কারনম॥ তপস: ফলদং শশ্বত্তপ শ্বিনাঞ্চ তাপসম॥ বন্দে নবঘন শ্যামং স্বাত্মা রামং মনোহরম॥ নিস্কামং কামরূপঞ্চ কামদং কামকারনম। সর্ব্বং সর্ব্বেশ্বরং সর্ব্ববীজরূপ মমুত্তমম॥ বেদরূপং বেদবীজং বেদোক্ত ফলদং ফলম। বেদাঙ্গতদ্বি ধানাঞ্চ সর্ব্ববেদ বিদাং বরম॥

অগুম্না শ্রীনারায়না শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তিগা লোইননা খুরু৲ জরুনা শ্রীহরিগী থৌদা ভাইজুনা লৈরম্বা মতাংদা শেংনা বেদগা মরি লৈনবগী শ্লোক অসিনা ময়েক শেংনা উৎলি। অদুগা গুণ অহুমগী শক্তম ওইনা ইবুংঙো মহাক্না সংসারগী কারণ পুম্নমক্কী মপু ওইনা লৈবা উৎ-নবগীদমক্তা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর ওইনা উৎপানি। অদুবু অহুম থোক্না পূজা তৌফম ওইবিবা অসিবু অমত্তদগী থোকপনি অমত্তনি হাঙীবদুম্ব বেদগী ওইনা অতুমক পীরমই। শ্রীমহাদেবনা অমুক শ্রীকৃষ্ণবু খুরুম-জহুনা অসুম্না হায়জে "জয়স্বরূপং জয়দং জয়েশং জয়কারনম। প্রবরং জয়াদনঞ্চ বন্দে তমপরাজিতম"॥ বিশ্বং বিশ্বেশ্বরে শঞ্চ বিশ্বেশং বিশ্ব কারনম। বিশ্বাধারঞ্চ বিশ্বস্থং কারনা নাঞ্চ কারনম॥ বিশ্বরক্ষা কারনঞ্চ বিশ্বঘ্নং বিশ্বজং পরম। ফলবীজং ফলা ধারম ফলঞ্চ তৎফল প্রদম॥ তেজ: স্বরূপং তেজোদং সর্ব্বতেজস্বিনাং বরম॥ ইত্যেবমুক্তা তংনত্বা রত্ন সিংহাসনে বরে॥ নারায়নঞ্চ সম্ভাষ্য-স উবাস তদাসনে॥ অগুম্না লৈরিবা রাহৈশিং অসিনা মরম ওইজুনা অমত্তা ওইবা ইশ্বরনি। পুম্নমক্কী (বিশ্ব) ওইবনি হায়না অহুমক তাকলমই। শ্রীকৃষ্ণগী মেৎ থংবা

হুকচাংদগী শ্রীনাবায়ন শাস্ত্রোম মরি পান্দুনা থোকখ্রে, অতুগী মতুংদা শ্রীমহাদেবনা ওই থংবা হুকচাংদগী থোকখ্রে, অতুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণগী খোইদৌ থম্বালদগী ব্রহ্মা পুথোক্লে, অতুগা বেদ পুন্নমক্তী ওইবা রাখল পুন্নমক্তী হৌরককম ওইরি। ব্রহ্মানা অমুক কৃষ্ণবু খুৎ লোয়নুনা খুরুমজয়গা অসুম্না হায়খি॥ বন্দে কৃষ্ণংগুনাতীতং গোবীন্দ মেক মক্ষয়ম। অব্যক্তম ব্যয়ংব্যক্তং গোপবেশ বিথায়িনম॥ কিশোর বয়সং শান্তং গোপী কান্তং মনোহরম। নবীন নীরদশ্যামং কোটি কন্দর্প সুন্দরম॥ বৃন্দাবন বনারণ্যে বাস মণ্ডল সংস্থিতম। রাসে শ্বয়ং রাসবাসং রাসোল্লাস মমুৎসুকম॥ অসুম্না পুন্নমক্তা হরিনা শন্দোক-পা অমুক খ্বাইদগী অথোইবা অমত্তা ওাইবা পবমস্মাদা অমুক চংশিনবা অসি পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী অহানবা বেদনি। বেদ মগিনা শ্রীরূপকী খোং মবি ওইনা লেপ্লগা মীওইবগী থৌরম পুন্নমকপু ওাকলিবনি।

বাজনীতিগী মরমদা প্রজানা লৈবাক ওাকচবা (Democracy) হায়বা অসি ঋকবেদনা যুক্তমনি। হাইবদি মতুগী রাখল পুমনমক্তী হৌক্তম মকনি। রাকম অসিদা অসুমনা লৈ, সামজ্ঞান (Samagyan) নত্রগা সামাজ্ঞান (Samagyan) অসিনা ফোংদোকলমই মতুদি— মীওইবনা জাতিগী থৌদাংদা পুক্লিং চংবা (National mind) রাফম অসি যামনা ওয়া অর্থ হন্দোক্লনা অশেংবা ওইনা খংনরমই। ঋক-বেদগী মনুংদা লৈবা ডেমোক্রেটিক ( Democratic ) গী রাখলদা রামনা শেংনা শন্দোক্লা নৈনহুনা সভা ( Sadha ) অমসুং সমিতি (Samiti) হায়না রাজনীতিগী হোংবা যাত্রবা রাজৈ ওইনা ভারত রাষ্ট্রগী লৈরম্বনি। পুমনমক অসি লাইগী ওাক্তা বেদদা লৈরম্মই। অথর্ব

বেদগী মন্ত্রদা ( VII-12-2 ) সভা ( Sabha) অমসুং সমিতি (Samiti) হায়বা অ সি প্রজাপতিগী মচানুপী অনি ফাইবোক্লি মত্থনা মরম ওইত্থনা লৈবাক শেম্বগী থৌরমদা ময়ামনা শেমত্থনা লৈবাক ভাকপা অসি হৌদোকখিবনি হায়বগী শেংনা পীরমই। হায়রিবা অনি অসিনা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হানবা থৌদোকী লিচিং ওইরকই। অমুরা অনি অত্থনা পুন্সিন্দুনা শেম্বা (Legislature) হায়বদি লিচিং অমত্তা ওইনা নত্রগা থোম্থোক অমত্তা ওইনা থবক পুমনমক চৎথ-মিন্নবা মত্থগীদমক্তা সংবিধান ( Sambhidhan ) হায়না পীরমই। ময়ামগী অমত্তা ওইনা য়ানবগী মশিংনা য়ান্নবদা মত্থদা অ.য়ৎপগী পাঙ্গলনা চংবা ঙমলোই হায়বগী অশেংবা উৎলমই।

বেদগী ওইবা রাজনীতিগী চৎনবী নত্রগা ধর্ম্মনা মতম পুমনমক্তা অচুম্বা ভাকুনা লৈবাক ভাকলমই, মত্থগী নিংথৌ হাঙ্গবদি য়ায়েন থৌদাগী মপুনা দণ্ড হাঙ্গনা খণ্ডনলমই। অত্থগা দণ্ড অংগী থৌদা পুমনমক ধর্ম্মনা ওইরমই। অশুমনা বেদগী যুগতগী চৎথনরকপবু ময়েক লানা পুরান করা অমসুং উপনিষদত্তা লৈবি।

মীয়ামনা শেম্বা নত্রগা ভাকপা অমসুং পানবা (Democratic) হঙ্গাবা অসিগী থৌরম অহুম লৈ মত্থদি :— লৈবাক ভাকপগী থবক (polical), মীয়ামগী শেবা হাঙ্গবদি পুমনমকী ফনবা হোৎনবা থৌরাং (social), অহুগা মহৈ মশিংগা কোন্নবা মথৌ তৌবা থবক, অহুম অসিনা খ্বাইদগী মরুওইবা বেদগী থৌরাং ভাক্তনি। মীগী সেবা ( social service ) হাঙ্গবা থবক অসিনা অহুম অসিগী মনুংদস্থ অথোইবনি। থৌরম অহুগী ভক্কমশিংবু বেদনা গৃহ ১। ( Griha)

নত্রগা কুল (Family) ২। গ্রামা (a union of-families) ৩। ভিস (a union of village) ৪। জন (people) ৫। রাষ্ট্র (State) অসুমনা বেদগী চংনবী ওইনা শেমলিবা মীওইবগী থবক ভক্ষমশংশিং অসিদা থবকী অমসুং লমচং শাজংকী অরাংবা রাথলগা লোইননা ভস্বলমই। অসুমনা মথং মথং চংথনরক্লুনা হৌজিক হৌজিক ফাওবা অছুম্মক চংনরিবা অসিনি। অছুগা চংনবী হায়বা অসি মতম্না লৈরিবা অছুগা কোন্ননা লৈবনি, মরম অছুনা মতমগী মওং মান্নদবা অছুগা লোইন্না চংনবীসু মওং ওন্নি তৌইগুম্বসুং হৌবকপগী খুদম থবদি অছুম্মক চেন্নহুনা য়াওই। অছুনা অথং অহৈশিংনা হৌখিবা মতম কয়াগী মমাংগী থৌওংবু লাঙ্গৈনা খওবা ঙমই। হিন্দু জাতিগী ওইবা বেদগী থৌবম অসিগী মঙাললনা পৃথিবীগী মফম পুন্নমকক্তা য়েল্লমই অমসুং মঙাল অছুনা হৌজিকী যুম্ফম ওইছুনা শিজিন্নরি।

অওইবমক অথর্ব্ব বেদদা গনতন্ত্রগী থৌরম য়াম্না মপুং ফানা নৈনরমই, মতুগী খুদমগা কোন্ননা ঐখোযনা ফংই। অছুগা মতম পুমনমক্তা লাইগী মফমদা চংজহুনা ধর্ম্মগী থৌরমনা মাংওইননা থবক পুমনমক পাংথোক্লবা তৌরমই। অছুগা মীওইবা জাতিগী মশা মশাগী পুন্সিগী শাজেল ওইনা থৌথোক পুমনমক চংনরমই। হায়রিবা মফম কয়াগী থৌবম মীওইবগী চংবা পুমনমক অছুগী থবক পুন্নমক য়ুম য়ুম অছুগী অয়ুক হুমিদাংগী থৌরমশিং অছুনা য়ুম্ফম অছুম্মক ওইবনি। ময়াম পুন্সুনা লৌউশিংউবা, ইথোল শুবা অমনা অমগী মতেং পাংবা ময়াম পুন্সুনা থবক অমা পাংথোকপা অসিনচিংবা থবক

পুন্নমক য়ুম খুদিংমক্কা চৎনবী ওইনা থবক তৌই, মহুনা মথং মথংদু খংনহুনা চৎথরকই। মতাং অসিদা মথক্তা হায়খ্রবা রায়েন থৌদাগী মকোক দণ্ডগী রাফমনা অমুক নিংশিংবা য়াই মহুদি ধর্ম্মগী থৌরমবু ভাকশেন্নবা ব্রহ্মানা পুথোকলম্বা খ্বাইদগী মরুওইবা থুংলাই অসি মতৌ করম্না কনানা পুথোকলম্বা মহুগী শমলপ্না অসুম্না ফংই। নীতি শাস্ত্রনা তাকই দণ্ড হায়বসি ধর্ম্মগী অমাং অতা লৈত্রবা আত্মাবু ভাক্নবা অনসুং চৈরাক তৌহুনা মীওইববু অফবা লম্বীদা চংনিংনবগীদমক শেমথ্রবা দণ্ডনি। হায়রিবা দণ্ড অসি ব্রহ্মাগী যজ্ঞ তৌবা মতমদা যাওই অহুবু ব্রহ্মানা খরা থৌশাদবদগী দণ্ড অসি শাউহুনা মাংখ্রে মশক উখিদ্রে, দণ্ডনা লৈত্রবা মতম অহুদা অচুম অবান অমত্তা লৈবক্তে। অহুগা মতম অহুদা অমনা অমবু উশিংনদ্রে, মমা মপা উশিংলক্তে, চাবা য়াবা য়াদবা খংলকত্রে, মতম অসিদা ব্রহ্মানা শ্রীবিষ্ণুদা পূজা তৌবগা হায়রে, হে ইবুংঙো নরায়ণ জগৎ অসিগী অফবা লিচং (সদাচার) মাংহবা ফওবা লমচংনা কুপশিনলকরে অসি শেংদোকপায়ু হায়না খুকুমজরি মতম অহুদা শ্রীনরায়ম্না মশামক্কা দণ্ড ওইনা শেমথি। মহুগী মতুদা নীতিগী মশক ওইববা সরস্বতীনা মরোল অহনদা ধর্ম্মব ভাক্নবা দণ্ড নীতি শেমখ্রে। মবম অহুনা ধর্ম্মগী মতুং ইন্না অচুম অবান রাখল তৌবগা দণ্ডগী বিধান তৌগদৌনি পুক্নিংনা নিংবা অমা হেক তৌরোইদৌবনি। দণ্ড পাবগী মলন্থা সন্না লুপা লৌবা অহুদি হু চাজবনি। সূর্য্যগী মচা মশুনা প্রজা ভারবগী-দমক মচাশিংগী মথুক্তা দণ্ড অসি শিন্নখি। অমুক ব্রহ্মাগী মচা সনাতন ওইরবা ব্যবসায়না দণ্ড অহু ধর্ম্মদগী লৌরগা চৎনবি ভাকুনা লৈখি।

অসিগুম্বা কালগী মশক ওইবা দও অসি স্বষ্টিগী অহোবদা ময়াইদা অয়োইবদা লেংদনা লৈ। হায়রিবা দও অসি সংসার পুম্নমক্কী মবুংঙো শ্রীমহাদেবগী শক্তমনি। মতম পুম্নমক্তা প্রজা পুম্নমকপু ভাকশেন্দুনা লৈরিবনি। অগুম্না দওগী চৈরাক মথাদা মীওইবা পুন্সি পুম্নমকপু অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা থৌরম পুম্নমকতা বেদগী লমজিং কাইদনা মীয়ামনা লৈবাক ভাকপা (Democracy) অমস্থং কুম্মুনিজম (Communism) হায়বদি পুমনক্কী থৌরম চংপা মান্নবা ভৌবা অত্থগা মী খুদিংমক্কী চপ্ মান্নবা অধিকার থৌংশিং অসি ভারত পুম্নমক্কী চংনবী ওইরম্মী। অত্থদস্থ নত্তনা চাবা থকপা থবক তৌবা য়ামনা পুম্না তৌবা থৌরম হৌজিক ফাওবা চত্থরি। উপনিষদনা ময়েকশেংনা তাকলি মত্থদি:—পঞ্চাল পরিষত্ত হায়না নিংথৌ প্রভাহনগী চাং নাইনা মীতিন তৌরমই। অত্থগা নিংথৌ অত্থগী রায়েনশংদা মীয়াম পুল্লগা রাতান্নবা (conference) তৌত্থনা ময়ামগী পাঙ্গলনা লেপ্পগী মওংদা (Democratic manner) থৌদা পীরমই। মতৌ অস্থম্না মীয়ামনা পুন্দুনা খন্নবগী থৌওং (conference) অসি বিদেহগী নিংথৌ জনকনা খ্বাইদগী হেন্না নিংথিনা চংথরমই। মতম অত্থদা দর্শণ শাস্ত্রগী মরমদ্বা য়ামনা মতেং পীবা যজ্ঞবল্ক্য ওইরমই অত্থগা নুপীগী মন্থংদা দর্শণ শাস্ত্রদা গর্গি হায়বা অমা লৈরমই। হায়রিবা মতম অত্থগী খন্ন নৈনবদা নুপাগী মন্থংদা মহাক্তনা শাস্ত্রগী অচুম্বা প্রমানগা কোম্ননা য়েৎনবা শুমলমই। মতম অত্থদা যজ্ঞবল্ক্যনা পুমনমক্তগী হেনবনা মত্থগী মনা (like the novel prize) ওইনা ষনবী ২০০০ অমা মচিদা সনা পাদাজ ৫ হায়বদি সনা মচেং ১০.০০০না য়োমলগা পীথি।

বেদগী ওইবা রাকম কয়াদা যাজ্ঞবল্ক্যগা মৈত্রেয়ীগা বৈরাগ্যগী অরমদা কয়া অমস্থ রাহং পাওখুম লৈরমই। অদুগা শিদব খুত্তমগী লমজিংগী মতাংদস্থ পুমনমক্তগী অথোইবা রাহৈনা অস্থমনা পীরমই (তেনা পৃথিবী পুর্ণভিতা সাধ্যা য়েনা কর্ম্ম আগ্নিহোত্রদিনা অমৃত্য কিম জগত) পাওখুম অসি হেক তাবগা মৈত্রেয়ীনা শিদবগী লম্বীবু মুন্না খওবা ওমখি।

বেদবু নৈনরিবা কাংবুনা মীওইবগী পাঙ্গলনা তৌবা থবকশিংদা মখল মখি থোক্না খায়দোক্নুনা তোঙান তোঙান্না য়াম্না থরাই য়াওনা পুন্সিগী ওইনা জাতিগী অচৌবা থৌদাং য়াবমই। ১। মহৈমশিংগী মবমদা অমস্থং জাতিগী ওইবা। ২। লৈবাক পুবগী থবক। ৩। ডাকশেনবগী থৌবম। ৪। শেল থুম ফংনবা লৌউশিংউবগী অমস্থং খুংশাগী থবক অদুগা শাঙা যেকপগী থবক অস্থম্না মরি থোক্না খাইদোক্নুনা থনস্থা অসিবু তৌবিবা মী মখলশিং অদুবু ঋকবেদনা পুরুষ-শুক্ত ( Purusha Sukta ) হায়না মীওইবগী হকচাং কায়াৎ ওইনা থনমই অদুবু হস্থম্না খংগনি মদুদি :— ১। ব্রাহ্মণ ২। ক্ষাত্রিয় ৩। বৈস ৪। শুদ্র অস্থম্না অমুক মীওইবগী হকচাংদা ১। চিন ২। পাম্বোম ৩। থবাক ৪। খোং অসিনা বিরাত পুরুষ ( Virat purusha ) হায়না খংগনি। মতৌ অস্থম্না বেদনা পীরম্বা অসিবু জাতিগী ওইবা রাখলদা লান্না লৌখিবনা অনেম্বা, অরাংবা, অপীকপা অচৌবা ওইনা অরানবা রাখলনা য়ামনা খেন্নবা নত্রগা হুঙ্গোইবা ওইনা থনবদি অরানবা রাখলনি।

উপনিষদকী মন্নুংদা ব্রাহ্মণ অমসুং ক্ষত্রিয়বু ঋষি অমসুং তাকপী তম্বীবা ( Teacher ) কাংবুনি হায়না লৈরমই। হায়রিবা ক্ষত্রিয় নত্রগা রাজ ঋষিগী মন্নুংদা বিদেহগী নিংথৌ জনকনা ব্রাহ্মণগুমনা হায়বদি জ্ঞংবলক্যগুমনা লৌই। মরমদি যজ্ঞবলক্যনা গুরু ওইদুনা তাকপী তম্বীবগীদমক্তা মখাগী য়াহৈ অসি হায়দুনা গুরু দক্ষিনা তৌখি মদুদি :—( স হমঃ ভগবতে বিদেহন দদামি মামমচপি সহা মাসমায়তি ) অসুমনা বিদেহ লৈবাকা মশামক্তা কংথোকচয়ে হায়না দক্ষিনা তৌখি।

উপনিষদকী মন্নুংদা পীরম্বা রাজঋষিশিংদি জনক বভ্রুবাহণ, অশ্বপতি, সনংকুমার, অজাৎশত্র, সত্যকামা, গৌতম, অসিনা মকওইনা পীরমই। অদুগা যজুবেদগী ( XXV·2 ) মন্নুংদা মীওইবা পুমনমক্কী হকচাংদা শক্তি মবিথোক্লা খাইদোক্তুনা অমত্তগী শক্তম অদুমক লৌরমই। বেদগী মন্নুংদা পৈরম্বা থৌরম পুমনমক মশাদগী ওইদবা পুমনমক্কী ওইবা মওং ঙাক্তুনি। মরম অদুনা লাইনিং লাইশোন পুমনমক জগৎকী ওইনবতা ঈশ্বরদা নিরমই। মহর্ষি গৌতমনা গৌতম পরিপত্র কৌবা চীংদা আশ্রম অমা শেমদুনা চহি লিশিং হুমফু ( ৬০ ০০০ ) চুপ্পা তপস্যা তৌদুনা ধর্ম্মগী মশক ওইবা যমবু উন্নদুনা মীওইবগী পুন্সিদা মমা মপাগী লমন লেইরমলগা মোক্ষ ফংনবা লম্বী হংজদুনা অথোইবা থৌরমশিংবু ময়েক লানা খঙজখি। থৌরম অদুগী মরুদি দক্ষিনাগা লোইন্না যজ্ঞ তৌবা মদুনা মরম ওইদুনা স্বর্গ ফংই অসিনি। খুদমশিং অসি ময়েক শেংনা খঙবা ঙমই মদুদি হিন্দুগী থৌরম পুমনমক তৌরম্বনা অপুনবগী লমজিং পুমনমক বেদগী মঙালনি হায়না খঙগনি

লৈবাক অমগী নিংথৌবু প্রজাপতি হায়নম্নু কৌই, অদুগুম্বা প্রজাপতি অদুনা মরু ওইনা বেদ শাস্ত্র, তর্কশাস্ত্র, অর্থশাস্ত্র, দণ্ডশাস্ত্র মসিবু নিংথিনা তমলগা ধর্ম্মবু ঙাক্তুনা প্রজাগী শাসন তৌগনি। অসুমনা বেদগী পাউতাক কয়া লৈরমই। বেদগী থৌরমদা অমসুং পাউতাক নৈনবদা লোইবা খম্বা লৈতবা মপাল নাইদবা মহৌশা ( Nature ) গী ওইবা থৌরম ঙাক্তুনি। বুধগী থৌরমদা বেদগী ওইবা লেংবা য়াত্রবা ৱাহৈনা অসুমনা অচেৎপা মুক্ষম ওইরমই, মতুদি ১। সঙ্ঘ ( Sangha ) ২। নির্ব্বানা (Niravana) ৩। করুনা (Karuna) অসুমনা মরি লৈনবা পুমনমক উৎলমই।

---

অহুমশুবা শক্তম

# "ভারতকী চাওখৎ খোঙথাং"

বেদগী চাওখৎ খোঙথাংনা পৃথিবীগী খ্বাইদগী হেন্না চাওখৎলম্বগী খুদম ( monument of thought ) কয়ামুক ঐখোয়না থেংরি। থেংনরিবা পোং মখল মখা কয়া অদুগী মমুংদা ইজিপ্তা খ্বাইদগী হেন্না ফংই। অদুগা খরা থেংথরবা মতমদা ইন্দুস ভেলিগী নোংপোক অমসুং নোং-চুপ্তা ভারতকী য়ামনা ওন্না চাউৎলম্বগী পোৎশক কয়াসু ফংলমই। হায়রিবা পোং মখল কয়া ফংবা মফম অসি য়ামত্রবদা মক্কম মরিমু

হেন্না লৈ। নোংচুপ খংবগী অরোইবা শরুক্তা গুক্তাজেন-দোর হায়বা অসিগী অচৌবা সহর অমা করাচিদগী মাইল ৩০০ লাপনা লৈ অতুগা নোংপোক্তা স্তুতলেজগী মথক্তা রুপর লৈ। হায়রিবা মফম অসিগী অনিগী মরক্তা লম খরগা কোন্নরা খুন্দাচুনা লৈরগা লৌউ-শিংউবগী থৌরম তৌরমই। অতুগা ক্কাইতা অমিরি, ঝোব, কুলি অতুগা মন্নাই ওইবা হায়রবদি মরু ওইবা চানহু দারো অমসুং মোহেঞ্জোদারো (chanhu daro and Mohenjodaro) মসিনা ইন্দুসদা লৈবনি অতুগা হারাপ্পা (Harappa) হায়রিবা অসিনা রাভিদা লৈবনি। মোহেঞ্জোদারো অতুগা হারাপ্পা অনি অসিদি কোনুং অনি চপ মান্নরা ওইদুনা চাউখংথোংথাংগী থৌরাংগী মকওইবা মফম ওইরমই, মফম অনি অসি অমগা অমগা মাইল ৪০০ লাপনরমই। মোহেঞ্জোদারো হায়বা অতুদা য়াম্না ওন্না লৈবোন্দা মমাংঙৈগী মখল ৭ অমা অতুগা হাবাপ্পদা ৬ অমা লৈবমই। হায়রিবা খুদমশিং অতুনা চাউখৎ থৌবাংদা খ্বাইদগী হেন্না য়ামনা ওন্না চাউখংপগী খুদম তৌরমই। ইতিহাসকী ওইবা অরিবা পোৎচৈ থিবা কাংবুনা পৃথিবীগী মফম খুদিংদা লেপ্পুনা চংথরিবনি। অতুগুম্বা কাংবুগী মনুংদা নিউ য়োর্ক (New York) কী কিলিগুল অহমদা হায়বা অমনা বেলুচিস্থান হাযবা মফম অতুদা শরু কয়ামকম ফংবগী রাফম লৈ, শরুশিং অতু ইরোই, শগোল অমসুং উট হায়বা মুমশা, কয়াগী শরুনি। হায়রিবা শরুশিং অতু খুষ্টগী মমাং চহি ৩৫৫০ গী ভাক্তনি। মরম অতুনা ভারতবর্ষদা থৌরম পুমনমক্কী চাউখৎপা খোংথাংনা খ্বাইদগী ওল্লি হাযনা পৃথিবীগী অখণ্ড-অহৈ কয়ানা খণ্ডনরবনি। অতুতসু নত্তনা চফু শাবগী খবক্তা খুংনা শাবা অমসুং

চাক'দা লৈরগা শাবা মখলস্থ য়াম্না হান্না তৌরম্বগী খুদম কয়া ফংই। অমুবা মচুদা অঙাংবা তৈবা অসিনচিংবা মচু তৈবগী থবকস্থ য়াওরমই। হায়খ্রিবা চাউখৎ খোংথাং অসি ভারতকী মফম কয়াদা হান্না তৌরম্বগী খুদম কয়া ফংই। ভারতবর্ষগী অসিগুম্বা অসিদা পুম্নমক্কগী অহানবা ওইরিবা থৌরমশিং অসি সৌরাষ্ট্র অমসুং সুরাটনচিংবা মফমদা য়াম্না ফংলমই। অদুগা অতোপ্পা খুদম অমনা মীওইবগী খ্বাইদগী মরুওইবা চাবগী মরমদা গেহু (wheat) হায়বা অসি ভারববর্ষদা খ্বাইদগী হান্না ফংই। অদুগা চিঙ্গাকী খ্বাইদগী মরুওইবা গেহু মখল য়াম্না ফংবা মফমদি হিন্দুকুশ অমসুং হিমালয় অদুগা পঞ্জাবতনি। মীওইবগী শা-ঙা য়োক্লুনা চাউখৎ, থৌরাংদা মপুং ফাহনবা হায়বা থৌরাংসি ভারতবর্ষনা খ্বাইদগী অহানবনি। বেদগী খোঙচৎনি হায়বসি য়েংননিংঙাই লৈত্রবা রাফমনি। অদুগা লশিং থাদ্ননা লং লৌথোক্লগা মীওইবগী শেং ইন্নবা শেম শাবস্থ ভারতনা খ্বাইদগী হাল্লি। অদুগা লৈপাক্লা চেক শাদুনা য়ুম-কৈ শাবগী থৌরমস্থ ভারতনা য়াম্না হানবগী খুদমগা লোইননা ফংই, মদুদি হারাপ্পা হায়বা মফম অদুদা গজ ৪৬০ শাংবা ২১৫ পাকপা চেক্কী লালগী পন শারমই। অদুগা কোট (কৈ) কয়াস্থ লৈরমই মত্ত অমমমনা ফুট ১৬৮ × ১৩৫ × ২৩ অশুমনা চাওনা শারমই। হৈজিক পাঞ্জাবতা লৈরিবা গেহু অয়াম্বা অনৌবা জাৎনি। অদুগা ভারতকী খ্বাইদগী লিরবা গেহু জাৎ অদুদি মোহেঞ্জোদারোদা হেন্না ফংই। পঞ্জাবতস্থ মফম পুমনমক্কগী হেন্নদি ফংই। মতৌ অস্থমনা অচৌ অচৌবা কৈ শাদুনা মরু মরাং পৈশিন্দুনা থমলগা শেল থুমগী অহোং অচাউ য়ামনা কোমনা লৈরমই। অদুগী

মতম অতুদা পৃথিবীদা অতুগুম্বা থৌরাং লৈরমম্বগী খুদম চাংদম অমত্তা পুথোকপা ওসি ফাওবদা ওমত্রি। অতুগা পোৎ পুথোক পুসিন (Transport) গী থৌরমদা চাকা পানবা গাড়ী অতুগা ঈশিং লম্বীগী হি মচা মচা অমম্তুং অচৌবা শাতুনা শিজিন্নবম্বা কয়া ফংই। অতুগা চানহু দারো হায়বা অতুদা চাকা মরি পানবা গাড়ী (four wheeled wagon) শিজিন্নরমই, চফু শাবগী মবমদা পৃথিবীগী মমুংদা য়ামনা হান্না অমুবা মচুদা অঙাংবা তৈবা যামনা অর্থ লৈবা মওং ফংই। ভাবতক্কী চাউখৎ খোঙথাংগী মবমদা আমৃদগী হাবাপ্পাগী মনুং ফাউবদা মশিং লাকঙমদনা ফংই। মসিগী মতাংদা নিংথিনা খংবা ঙমগে নিংলবদি মখাদা পীরিবা লাইরিক অসিগী মতাংদা য়েংউ (Golden child, New light on the Most Ancient East P. 181).

মথক্তা হায়গ্রিবা মওং অতুগী মনুংদা কবিগুম্বা মেটেলদা নত্রগা করিগুম্বা অমা হকখোত্তুনা শাবা পোৎ (Seals) লিশিং অনিদগী হেন্না ফংই। অতুগা অবিবা লোলগী ময়েক কযামকমস্ত ফংই। অতুগা সিল (Seals) পুমনমক অতুদা মখল মখাগী শা-ঙা য়েকপা অমস্তুং শা তানবা অতুগুম্বা মওং য়াউরমই। মতুদা য়াউবম্বা শা জাৎ কয়া মখাগী অ'সনা মক ওইনা লৈরম্বগী মওং উৎলি। নোংশা, কৈ, শামু গন্দা, ওক, শওম, লমহুই, কৈশাল, শজি মচিশাংবা জাৎ, শামু, উট, ইরোই, যাউ, হামেং, শগোল, য়োং, থেব, হুই অসিনচিংবা শা মখল কয়ামুকসি ভারতবর্ষগী শা মখল ঙাক্তনি। মখোয় অসি মফম তোঙান তোঙান্না লৈবা শানি মরমদি য়ুমদা য়োকপা

মখল ওইরবস্থ ঈশিং নুংশিৎ চানবা চানদবা লৈ। অদুগা উনুং-রাম্নুং (Forest) দা লৈবা শা ওইরবস্থ ঈশিং ফংবা মফমদা লৈবা মখল, ফংদবা মফমদা লৈবা মখল, অস্নমনা খেন্নৈ। অদুগা ঈশিংদা মপুঙ্গি লেনবা মখল কয়াস্থ লৈন্নি মদুগী মচুংদা খরদি ঈশিং শামু, ঈশিং ইরোই থেঙ্গু, রাইথু, ঙা মচা মখল অচৌবগী মখল অস্নম্না লৈরম্বা অসিনা পৃথিবীগী মফম অম্নাম্বদা মখল মখা কয়াগী পোৎ য়োল্লম্মী। মরুওইনা অকন অকনবা উগী জাৎ কয়া মরুম মপালগী লমদা থাদোকপগী থবক তৌরমই। অদুগা শাগী জাৎ কয়াস্থ মপালগী মীনা পামদুনা লৈরৈ।

ভারতকী সহরগী চাউখৎ থৌরাংদা :— ভারতকী চাউখৎ খোঙথাংদা য়াম্না ঙন্না খোং তৌদুনা লৈন্নুংদা ফত্তবা ইচুম চেন্নবা থৌরাং অদুগা লম্বী পাক্না শেমদুনা চৎথোক চৎশিনগী থৌরাংদা গাড়ী চৎপা য়ানবা য়ামদ্রবদা ফুট ১৪ দগী ৩৩ ফাউবা পাক্না শেমদুনা চৎলমই। য়ুম খুদিংগী ফত্তবা ইচুমগা কোন্ননা মশা মশাগী ওইনা থাদোকখিনবা উতোং মখল কয়া শিজিন্নরমই। অদুগা য়ুম কৈ শাবগী মওংদা অশোই অঙাম য়েংশিনবা মওং মতৌ য়েক খোৎতুনা পীবা থৌরম পুন্নমক অসিগা কোন্ননা লাইশং, নিংথৌগী কোন্নুং কয়া মেসো-পোদামিয়া অমস্থং ইজিপ্তা ফংই। অদুগা মথক্তস্থ হায়ুগ্রে, মরু মরাং পৈশিন্নবা কৈ অমস্থং মহৈ তম্ফমশং কয়া সেম্বা নত্রগা শেম শাবা কাংবু (municipality) য়াম্না ঙন্না ভারতনা চাউখৎ থৌরাংগী মন্নুংদা চৎনরমই। মতম অসিদা শেমগৎ শাগৎপদা চংগদৌবা পোৎ পুন্নমক অনকপা নত্রগা অয়াপ্পা মফমদগী লৌথোক লৌশিন তৌরমই।

লৈহুংদগী খোকপা পোং :— লৈহুংদগী খোকপা পোংকী মহুংদা মহিত্তুর লায়রবা মকম অহুদা কোলর হাঙ্গৈবা সনা খোকফম লৈ। অহুগা লুপাস্থ য়াম্না কবা ফংই অহুগা নিলগিরিচিংদা হুং অশংবা মমল য়াম্বা য়াম্না ফংই। অহুগা নাপু মচু মানবা মুং মমল য়াম্না য়াম্বা জাং অমস্থ জৈসলমিরদা ফংই অহুগা তিন ( রাং ) হাঙ্গৈবা অসিনা হাজারিবাগতা ফংই। হায়রিবা পোংশিং অসি ললোন ইতিকী মরমদা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা ভারতবর্ষদা লৈরম্বগী খুদম কয়া লৈবি।

ভারতবর্ষগী চাউখং খোঙথাংবু অরিবা ইতিহাসদা ইন্দুস সিব-লাইজেসন ( Indus Civilization ) অম্নয়া খংনরমই। পৃথিবীগী অখং অ়হ পুম্নমক্তা ভারতনা খ্বাইদগী হান্না চাউখংলি হাঙ্গৈবসি য়ানরর্বানি। মহুগীদমক্তা খুদম কয়াগা কোন্ননা পীহুনা থনমলবানি। মহুদি নিল ( Nile ) ইউফ্রেট ( Euphrate ) টিগ্র ( Tigris ) অসিনা চিংবা লম লমগী ওইবা চাউখং থৌরাংগী মহু দা লৈরম্বা, ধর্ম্মগী মাইকৈদা লৈরম্বা, লাইনিং লাইশোন কয়াদা ভারতকী ভাক্তা ওইনা লৈরমই, মরম অ়না ভারতকী চাউখং খোঙথাংগা লোয়ননা চাউখংমিন্নবনি হায়বসি লেংবা য়াদ্রবা খুদমনি। মহুগী মহুংদা লাইগী মূর্ত্তি কয়া মথং মথং লৈরমই মহুদি :— হিন্দুগী য়াম্না মকওঙ্গবা লাই মখলশিংগী মহুংদা পাম্বোম ৪ পানবা ব্রহ্মাগী মশক হায়বদি শ্রীবিষ্ণুনা অহানবা অহুগা অনিশুবদা যোগীশিং অহুমশুবদা শিব পশুপতিগী মওংদা মমাই অহুম পানবা অহুগা শা মখল কয়ানা অকোইবদা লৈরগা যোগীশিং লৈবা অগুম্না মখল মখলগী লৈরমই। অহুগা হুংদা হকুনা যোগীশিংনা পদ্ম আসনদা ফমলগা মিং অহুনা নাতোন্দা রেংহুনা রেংহুনা লৈবগী মওংস্থ লৈরমই। মতৌ অম্নম

তৌনা নুংদা হক্তুনা থনম্বা অসিনা মরম ওইহনা হিন্দুগী যোগগী মরম পুন্নমক্কা পৃথিবীগী ধর্ম্ম পুন্নমক্কী য়ুমফমনি হায়বসি ককপা য়াত্রবা রাকমনি। মীওইবগী পুক্নিং হান্না শেংদোকলগা ধর্ম্মগী অচেৎপা লাইনিংদা চংশিনবা পুন্সি ওইবা তারবদি হিন্দুগী পদ্ধতি নত্তনা অমা লৈতে। য়াম্না ওনবা যুগকী পূজা পুন্নমক জগৎ মাতা দুর্গাদেবী ( Mother Goddess ) পূজা মরুওইনা তৌরম্বগী খুদমনু য়াম্না লৈ।

ভারতবর্ষনা খ্বাইদগী হান্না য়াম্না ওন্না চাউখৎলি হাঙৈবা রাকম অসি ভারতকী ইতিহাসকী রাকম ওাভা নত্তে, মরমদি পৃথিবীগী মন্নুংদা য়াম্না ওন্না চাউখৎলি হাঙৈরিবা মফম পুমনমক্তা লৈরম্বা মখল মখা কয়াগী খুদম চাংদমগা লোঈন্না য়ানরবনি। ভারতকী সিল মওা ইওকী ময়েক্কা লোঈননা উট অমসুং মণ লাবা য়েকপা ইলাম অমসুং মেসোপোতামিয়া হাঙৈরিবা মফম অসিদা ফংই, মহু খৃষ্টগী মমাং চহি ২৭০০ গী মতমদা শেমলম্বনি। অহুগা হাঙৈরিবা সিল অসি সার জোহন মার্শেল ( Sir John Marshall ) হায়বা অসিনা মোহেন-জোদারো ( Mohenjo-daro ) গী লৈন্নুংদগী অথেওবদা হাঙৈবদি খৃষ্টকী মমাং ২৫০০ দা ফংবনি, হাঙৈনা ইরমই। অহুগা অতোপ্পা সিল কয়ামুকনু ভারতকী শা মখল মখল য়েক্কুনা হাঙৈবদি হক্কুনা শেম-লেমই। মহুদা ফংবা সিলগী মওং ময়েক শেংনা লৈরি।

ভারতকা মীরৈপাক্কা মরি লৈনবা ললোন ইতিক তৌবা অমসুং চৎথোক চৎশিন তৌবা খৃষ্টকী মমাং ২৫০০ দগীনি। মহুগী মতমদা ইরানগী মফমদা মরুওইবা সিন্ধুগা শম্নহনা নোংপোক অমসুং

লোংচুপকী মরিলৈনবা কয়া হৌখি। মরম অদুগা হৌজিক ফাওবা চংথরকপগী পুন্না মতম (২৫০০+১৯৭৩=৪৪৭৩)=(2500+1973 =4473) অসিগী ইতিহাস অমনি। অসুমনা ভারতকী চাউখৎ খোং-জেনগী মঙ্গুংদা মোহেঞ্জো দারো অমসুং হারাপ্পা অসিনা খ্বাইদগী হান্না মীওইবগী চাউখৎ থৌরাং তৌরকুনা মথং মথং পাকথোক চাওথোক-লকপনা গুজরাটতগী রুপার ফাওবা শন্দোকখি। মতম অদুদা মীওইবগী রাখল কয়া পাঙ্গল খনবগী পাঙ্গলনা লৈমুংদগী থোকপা পোং মখল কয়া অমসুং উ রাদগী লৌবা থাওগী মখল অদুগা ঈশিং চোংতনবা পোংকী ময়াল খুদম ওইনা বিটুমেণ্ট (Bitumen) মতম অদুদা পুথোকলবান।

---

## মরিশুবা শক্তম

# থৌরম কয়া পাক্না শন্দোকপা

ভাবতবর্ষগী চাউখৎ থৌবাংবু মতম চানা য'ম্না ওন্না পৃথিবীদা পাকথোক শন্দোকপা :— হিন্দু মচাশিং চাউখৎ খোঙথাং (Indian Civilization) গী মবমদা মহৌশাগী থোরম হাঈবদি ঈশ্বরনা শেম-লকপা (Natural) মহৌশাগী মতুংইন্না চংথবকপা ঙাক্কনি, মরম অদুনা মতুগীদমক্তা থোইনা ঙাকপা শেনবা তৌরুদ্রবসু ভৌগলিকী তৌদবা য়াদবা থৌরম ওইনা লৈ। মতমগী য়াওলগা লোয়ননা মীওইবগী পুন্নিদা মীকুপ খুদিংগী লেপ্পনা চেস্তরকপা মতমগী খোঙজেলনি।

মরম অহুনা বেদগী পাউতাক কয়ানা মীওইবা পুন্সিগী থৌরাং পুন্নমক মথং মনাও কাইদনা শেমগং শাগংপগী লম্বী পীরমই। ভারত মচা-শিংনা হায়বদি হিন্দু মচা পুন্নমক্না য়াম্না ওন্না পৃথিবীগী মফম পুন্নমক্তা চাউথংপগী থৌবাং পাকথোক চাওথোকপগী খুদমদি য়ামনা লৈরি। বোখাজকোয় হায়না খওনবা মেসোপোতামিয়াগী মনুংদা জর্মনগী য়াম্না মমিং চংলবা অরিবা ইতিহাস নৈনবা ( Archaeologist ) হিউগো উইঙ্কলব হাঙ্গীবা অহুনা শেংনা ইহুনা তাক্লমই। মহুদি খৃষ্টকী মমাংদা ১৪০০ ( B.C 1400 ) ভারতনা চাউখংলম্বগী খুদম য়ামনা ফংই, হাঙ্গৈনা মাগী অইবা নোট কয়া খৃঃ ১৯০৭ কী মনুংদা পীরমহ। মহাক্না ইরম্বা অহুদগী অসুম্না ফংই, নিংথৌশিংগী মনুংদা মিতালি অমম্বুং হিতাইটস অসুম্না পীরম্মী। অহুগা মতম অহুগী পূজা তৌরম্বা লাইশিংগী মমিংদা মথাগী অসুম্না লৈবমই মহুদি:— সি - ইত— বা, ইউ—রু—রা না, ইন—দা রা, না—সা—এট— তি—ইয়া অসিনি মসি ঋক বেদগী রাহৈনি, মখোয়গী লোল খবা চংথিবা মরম্না অসুম্না লৈবম্বনি। বেদগী অচুম্বদা হিন্দুগী লাই মিত্র, বরুণ, ইন্দ্র, পসত্যজ অসুমনা পীরম্মী। মবম অহুনা খৃষ্টকী মমাং ১৪০০ ( 1400 B. C ) দা ভারতকী থৌবম কয়া চংনহন্দুনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা পাকথোক চাওথোক্না শন্দোকলম্বগী মরু ওইনা মেসোপোতামিয়া মরু ওইবা মফম অমনি। মফম অসিদা ললোন ইতিকী থৌরম কয়া তৌরম্বগী খুদম কযাসু ফংই। অহুগা লোলগী মবমদা ফংবা ভারতকী চাউখং খোঙথাং য়াম্না পাক্না ভারতকী লোল শিজিন্নবগী ফংবা ইতিহাসকী ওইবা মাইকৈদা মথক্তা হায়প্রবা নিংথৌশিং অহুগী মচা-শিংনা চিঠি থাবদা সংস্কৃত লোলনা ইহুনা থানরম্মী। হাইরিবা মতম

অদুগী চিঠিনচিংবা ইরম্বা ময়েক অমস্তুং রাহৈনি "অত'তামা, টুসবাণ্ডা, স্থর্ত্তনা" অসিনচিংবা অদুগা লোল অসি শিজিন্নরম্বগী মতমদি খৃষ্টকী মমাং চহি ১১৮০ ( 1180 B.C. ) অদুগা সংস্কৃতকী সূর্য্য হায়বা রাহৈ অসি স্থরিয়াজ হায়রম্মী। অদুগা মেরিতস হাঙ্গবা অসিনা মকতস হাঙ্গবনি। অস্তুম্না লৈরম্বা রাহৈ কয়া অসি ঋক বেদগা চানদুনা পুমনমক অসি ভারতবর্ষদগী বেদগী লোল অমস্তুং থৌরম ওাক্তনি হাঙ্গবসি অফাওবা পৃথিবীগী অখণ্ড অহৈ কয়ানা য়ানরবা রাফমনি।

বেদগী রাখল হঙ্গবসি মওং মরি থোক্না খায়দোকলম্মী মদুগী অইবা ওইনা খণ্ডনরিবদি সুত্রজ, অরণ্যক, উপনিষদ অস্তুম্না বেদগী অইবা লাইরিক ( literature ) হায়না খণ্ডনৈ। অদুগা অশেংবমক্তি বৈদিক সংহিতা হাঙ্গবনি। ঋক বেদগী থৌরম পায়খৎনবা থৌওংগী অহানবা মকওইবা ওাক্তনি। অস্তুমনা বেদগী নৈনবগী মরমদা লোলগী অমস্তুং ইবগী পুমনমক খৃষ্টগী মমাং ২৫০০ (2500) দগী ফংবা ইতিহাসকী ওইবা পোৎশিং অসিনা মবম ওইদুনা খ্বাইদগী লিরবা থৌরমদি বেদগী চাউখৎ থৌবাং (Vedic Civilization) হায়রগা পুমনমক্না খণ্ডনরবনি। অদুগা ইতিহাসকী ওইবা মাইকৈদা ভারতকী থৌরমনা পাকথোক শন্দোকপগী মস্তুংদা থবক ওইনা পার্শিয়াগী নিংথৌবেললনা পানিনি ব্যাকরণ মপুংফানা নৈনরমই। অদুগা মেকদোনেল মশামক্না সহি তৌদুনা হাঙ্গরমই খৃষ্টকী মমাং ৫০০ ( 500 B C. ) পীরম্মী অদুগা ভান্দবকরগী পীরম্বদা খৃষ্টগী মমাং ৭৫০ ( 750 B.C. ) পীবম্মী। পার্শিযাগা মরি লৈনবগী অচৌবা খুদম কয়াগী মস্তুংদা ভারতকী শকক খরা ওইনা লৈরম্মী, মদুদি হেরোদোটস গন্দরিতস ( গন্ধারা ) অস্তুমনা মতমগী

ওইনা মখোয়গী ময়েক পুশিল্লকই অদুগা শেল, সনা, ( Daric ) রুপা ( Sigloi ) অসুমনা পুরকপনি। অদুনা পানিনি অসি গন্ধারাদা পোকপা মরমনা পার্শিয়াগী খুৎই ওইনা লৈরম্মী, অদুগা চৎনবী অমা ওইনা মমিং থোল্লম্মী যরানি হাঙ্গৈনা অমুকস্থ শব্দোক্ক (যরাননম লিপি) হাঙ্গৈনা ইরম্মী। অদুগা মাতু তরুকশুবা সেঞ্চুরি বিঃ সিঃ হায়বদি খৃষ্টকী মমাংদা সেঞ্চুরি তরুকী মতমদা আবামিক খুৎইনা ইথোক্লনা অরাং নোচুপতা পার্সিনা পানবা মতমদা লৈবাক্কী ই-পাও চৎনবদস্থ অরামিকনা চৎনরমই। অদুগা আরামিক খুৎই অসি অশোক্কী মতমদস্থ লাপান্দা ইবদা শিজিন্নরম্মী মহু তকসিলাদা ফংই। অশোক্কা মাগী বোক ইদিক্ক হাঙ্গৈবা অতুদা মঙা অমস্তুং তরাহুমদোইশুবদা যোনাস, কম্বোজস অমস্তুং গন্ধরস আপাবাণ্টস অসুম্না লৈবাক্কী ভমখৈদা শিজিন্নরমই। যোনস হাঙ্গৈবদি মপাল লমগী ওইবা ( Foreign ) অদুগা মবম ওহুনা গ্রীক্কী নিংথৌবু যোনস রাজস অসুম্না ইরমই অদুগা আণ্টস হাঙ্গৈবা অসিনা অনকপদা লৈবা ( Neighbours ) খণ্ডই। অশোকনা মাগী যবনারাজাবু "টুশাসফা" ( Governor ) অসুম্না কৌরমই। বিষ্ণুপুরান্দা লৈরম্বনা যবনাস অমস্তুং কম্বোজ মখোয়না মশাগী চৎনবা ওইনা যণ চাবা য়ানিংদে, অদুগা খুরনা শম অমস্তুং কোয় কোকপস্থ তৌরম,দ। মতম অতুদা গ্রীক হাঙ্গৈবা কাংবু অদুদি মহু খণ্ডলমদে, অদুগা মার্কণ্ডেয়পুরান্দা ( Ch. 57 ) লৈরমই মপাল্লমগী মনুংদা নোংচুপকী কাংবুনা চৎনবী অমা ওইনা যবনা হাঙ্গৈবা অসি সংস্কৃত লোলনি হাঙ্গৈনা অদু খণ্ডনরমই (Paschim yavana gmritah)।

ভারতকী চাউখৎ খোঙথাংগী মতুংদা খৃষ্টগী মমাংদা ৩০৪ দা মাউ-রিয়া নিংথৌ চন্দ্রগুপ্তগী মতমদা গ্রীক লান্দাবা কাওবুবু তাম্বোক্তুনা সেলুকাস ভারতকী অহেনবা হায়বদি হাপচিনবা মফম ওইনা সাই-রিয়াগী নোংপোক থংবা শরুক্তা "গেড্রোসিয়া, আরাচোসিয়া (কান্দা-হার), আরিয়া (হেরাট) অমসুং পারোপামসি দৈ (হিন্দুকুশ) অসুম্না ভারতকী মথক্তা অহেনবা লম ওইনা ঙাকলমই। অদুগা খঙনরম্বা আন্টিচস ( আমতিয়োকা ) অপুম্না (রোক ইদিক ॥) মতম অদুদা ভারত অমসুং ইরানগী মরক্তা য়াম্না পাকথোক চাউথোকলম্বগী ইরমই।

অদুগা ভারতকী মতুংদা মপাল্লমগী লমফংবা য়াম্না হেনগৎলমই, মরুওইনা পাটলিপুত্রদা ফংবনি। মতম অদুদা সহরগী শেমগৎপগী মিফমগীদমক্তা অপুনবা সভা অমা ( Municipal commitee ) শেমলমই। মদু গ্রীক্কী রাজ দূতনা মদুগী য়েংশিল্লি। অদুগা মেধাস-থেনস অসিনা মাউরিয়ান লোইশংগী মীহুৎ ওইরমই।

ভারতবর্ষগী তৌবা ওম্বা থৌরম কয়ামুক অশোক্কী মতমদা মীরৈবাক্তা য়াম্না শন্দোকলমই হাঙ্গৈরিবা থৌরমশিং অদুগী মতুংদা মরু-ওইনা হিদাকলাংথক্কী থৌরমগা কোন্নানা লাইয়েংবগী থবক ( Me-dical ) অসুং লৌউ-শিংউবগী থবক্কা কোন্নানা মহৈ মশিং হাঙ্গৈরিবা থবকশিং অসি চাং নাইনা শন্দোক্নবা মীরৈপাক্তা থানবা মীহুৎকাংবু শেমদুনা থনমই মদুবু পেসিফিক মিস্যিন ( Pacific Mesision ) হাঙ্গৈনা খংনৈ। হাঙ্গৈরিবা থৌরাং অদুনা তৌবা মরুওইবা থৌরম-শিংদি মীওইবগী য়াম্না মরুওইবা থবক্কী মখলদা লাইয়েংবা ( চিকিৎসা ) treatment of disease অদুগা ঈশ্বরগী পাউজেল শন্দোকপা

নত্রগা তাকপীবা য়েন্নবা য়াউদনা লেনবা পুন্সি অমস্তুং ইংনা লৈনবা পুন্সি। ধর্ম্মগী পাওজেল অমস্তুং ধর্ম্মগী জয় (Dharma-Vijaya) অদুগা থৌরম পুন্নমক অচুম্বদনা তৌহনবা ৰমহনা তৌহন্দবা অস্থ্রা অরাংবা থাকী ওইবা ভাবতকী থৌরাংশিং অসি নোংচুপ অমস্তুং নোংপোক্তা লৈবা মীরৈপাক্তা য়াম্না পাক্না শন্দোক্লমই। মতম অসি-মক্তদা বুধিষ্ট কাউন্সিল ( Sangiti ) অসিনা অইবা ভগেংবা মখল কয়া অমস্তু থাদোকলমই। থৌরম অসি অশোককী চহি ১৭ পানবগী মনুংদা খৃষ্টগী মমাংদা ( c. 25-3 B C ) থেংনবম্রি। অদুগা নিং-থৌশিংগী ওইবা আশ্রম পাটলিপুত্রদা থা ৯ সেসন কম্বদা নৈনখিবনি। মতম অদুদা থেরা ( Thera ) মোগলিপুট্টা ( Maggaliputta ) হায়বা অহুনা মীহুৎকী কাডবু অহনা নোংচুপ লমগী মনুংদা (১) জাভনা ( Yavana ) (২) সুভনাভূমি ( Peqn ) (৩) লঙ্কা (Cylon) মফমশিং অসিদা নিংথৌগী মচা যুবরাজ মহেন্দ্র থারমই। অদুগা মতম অদুদা তৌখিবা থৌরমশিংগী মনুংদা নিংথৌ আশোকাগী থৌশিল্লদা মীরৈবাক্তা থাহুনা মশাগী পুন্সি কথোক্লুনা রাষ্ট্রভক্তিদা মতম লেললহনখিবা অসি মচা মুপা অহল মহেন্দ্র অমস্তুং মচা মুপী অহল সঙ্ঘমিত্র অনিদা শকক য়াগনখি। থৌবব অসি কাওবা য়াবোই-দৌবা ধর্ম্মবু থাজনা দেশকী প্রেমদা মপুন্সি কংখিবা অচৌবা খুদম অমনি। মতম অদুদা মহেন্দ্রগী চহি ৩০ দমক ডাইরি, অদুগা মচল মুপীগী চহিনা ১৮ দমক ডাইখিবনি। নৌরবা পুন্সি অহনা ধর্ম্মগী প্রচারক ওইদুনা লন্থোইবগী পুন্সিদা লৈখি। মমৈথংদা ভারতকী তৌবা ভস্থা পাঙ্গল পুন্নমক ইউরোপ লৈবাক্তা হাঙ্গবদি নোংচুপ থংবা লৈবাক্তা

চংশিনলমই। অশোকী মতমদা শেম্বা মীহুৎকী কাংলুপ "পেসিফিক মিসিয়ন" (Pacific mission) মশামক্লা লেম্বা রোকইডিক (Rock Edict) VIII তদগী ফংবদা লাইয়েংগী থৌরম অমহুং মতৈ মশিং তম্বা লৌউশিংউবা অসিনা মরুওইনা ইউরোপকী অখন্নবা লৈবাক মণ্ডাদা শন্দোকলমই। অদুগা মকমশিং অদুগী নিংথৌশিংগা য়াম্না অচেৎপা মকপ শান্নরমই। হাঙ্গৈরিবা মকমশিং অদুদি (১) আম-তিয়োকা (Amtyoka)—of Syria (২) টুবামায়ে (Tuaamaye) of Egypt (৩) আমটিকিনি (Amtikini) of Macedonia (৪) মাকা (Maka) of eyane in West of Egypt (৫) আলিকাসু-ডারা (Alikasudara) Alexander of Epirus অসুম্না ভারতর্ষগী যোজনা ৬০০ না মফম পুন্নমক্তা য়াম্না কুপ্পা তাকপী তম্বীরমই। ভারতবর্ষগী চিকিৎসা (Chikitsa) হায়বা থৌরম অসিদগী মেডিকেল ত্রিটমেণ্ট (Medical treatment) অসুম্না শিজিন্নখিবনি। থৌরাং অসিদা, মানুসা পৎশু চিকিৎসা (Manusa-Pasu Chikitsa) লৈরমই। মহুদগী মেন এণ্ড এনিমেল (Men and animals) হাঙ্গৈনা শংখিবনি। অদুগা ঔসধনি (Osadhani) হাঙ্গৈবা অসি হিদাকপু খঙৈ অদুগা মেডিসিন (Medioin) হাঙ্গৈনা চৎনরিবা অসিনি।

মথক্তা হায়খ্রিবা থৌরমশিং অসিদগী মথংদা য়াম্না মরুওইবা থৌরাং কয়া অমা নিংথৌরেন সমুদ্রগুপ্তগী মতমদা দ্বিপ কয়াগী মরু-ওইবা মফমদা শন্দোকলমই। থৌরমশিং অদুদি (১) অত্মনিবেদনম (Offering their persons at the service of the Emperor) (২) কানেপ পায়ানা (gift of maidens) (৩) দান (gift's)

(৪) যাচনা (yachana) Aplication অদুগা ভক্তিগী মরমদা (possission) সাসনা (Government) মতৌ অদুগা মখল মথা কয়াগী থৌরম শন্দোকলমই।

সমুদ্র গুপ্তগী মতমদা অইবা ওইনা শন্দোকলম্বা নিংথৌরেল কয়াগী থৌনা অমসুং থৌরম সিলোন ( cylon ) গী মতম অদুদা পাল্লম্বা নিংথৌ মঙিংনা চি—মি—কিযা—মো = শ্রীমেঘবর্মন অমসুং বর্ন হাঙ্গনা কৌরমই। হাঙ্গরিবা নিংথৌ অদুগা সমুদ্রগুপ্তগা লৈনবা মবি অদুগা পাংথোক্লম্বা থৌবম কয়া কংই। কংলিবা অইবা পুন্নমক চিনাগী লাইরিক লেংবা ফা হিযানগী অইবা লাইরিক কয়াদা লৈরমই। মতম অদুদা শ্রীমেঘবর্নবু থাদুনা বুধগয়া হাঙ্গনা অচৌবা আশ্রম অমা শাপংলমই। মকম অদুদা লাইখুকম্বা মকম কয়াদগী লাকপদা খুদোং-চানবা থৌরাং কয়া তৌবমই। অদুদা নত্তনা লৌত্ত-শিংত্তবগী থবকসু য়াম্না নিংথিনা হোদোক্তুনা তৌহল্লমই।

---

## মণ্ডাশুবা শক্তম

## "মৌরৈপাক্তা লমোন ইতিক শন্দোকপা"

ভারতবর্ষগী পোংথোক কয়াবু মৌরৈপাক্তা থাদোকপা অমসুং মদুদগী লাকপা মকপ শাস্নবগী পাঙ্গল অমসুং মুংশিননা লৈমিন্নবা অমসুং চংথোক চংশিন তৌরম্বা মতমদা ঈশিং লম্বীদা তৌরমই।

থৌরমশিং অসি য়াম্না ওন্না ভারতনা তৌরমই হাঈবা ঐখোয়না খঙবা ওমই খৃষ্টগী মমাং চহি ৩০০০ (3000 B.C.) দা বেবিলোন্দা (Babylon) ভাবতবর্ষগী অখোংপা লংজম ফি (Muslin) অমসুং চিংগু উ (Teak) য়াম্না শিজিন্নবগী ফংই। হায়রিবা পুন্নমক অসি ডাক্তর ১সুং সাইন্সনা মতম অহুগী পোৎ পুন্নমকী মরম পুন্নমক মযেক লানা ইহুনা থনমই। পোৎশিং অহু ঈশিং লম্বীদা পুখোক পুশিন তৌবগী থৌবম কয়াম্ন পীবমই। ভারতকী পোৎ-থোকশিংগী মনুংদা মকওইবা মতম অহুদা শিজিন্নরবা মরু-মরুওইনা লৈরম্বা পোৎতি (১) উনা শাবা খুরুম (Sandle of wood) (২) লশিংগী লং (cotton) (৩) বাহোং (peakock) (৪) মঙ্গে পাম্বী (yamarend wood) (৫) নিম পাম্বী (Idigo) (৬) শামু (Elephan) (৭) সনা অশেংবা (Gold) (৮) য়োং (Monkey) (৯) মণিগী নুং (precious stone (১০) চেং (Rice) অসিনচিংবা ভারতকী পোৎ কযামুক বেবিলোন্দা অচৌবা হি (ship) কয়ানা থাদোক্লমই। ইজিপকী মকম অয়াম্বদা ভারতবর্ষগী পোৎ যামনা শিজিন্নরম্বগী ফংই। অহুগা খৃষ্টকী মমাংদা ১৪৫০ (1450 B.C) গী নুং মমল যাম্বা, শামু ময়া, বাহোং অসিগুম্বা পোৎশিং অসি ইন্দিযাদগী ঐখোয়না লৌবনি বাঈবলদা (Bible) শেংনা হাঈরমই। ভারতকী য়ামনা ওন্না লল্লোন ইতিকী থৌরম তৌরম্বগী মনুংদা খৃষ্টগী মতমদা খৃষ্টাম্না পাল্লম্বা অহানবা লৈবাক অহুমগা ভারতকা লৈনরম্বা মরি ঐখোয়না ফংই। রোমগী কাওবুনা ভারতকী পোৎচৈ কয়া লৌরমই, মহুগী খুদমদি মাহুরা অমসুং কোইম্বাতুরদা রোমশিংগী শেল কয়া

ফংই। হাঙ্গৈরিবা ভারতকী খা থংবা মকম অসি মতম অদুগী ললোন ইতিক্কী হাঙ্গৈবদি ইউরোপকী কাংবুনা মকম অসিদা য়ামনা লাক্লুনা পোৎ ময়াম লৈহনা পুরম্বগী খুদম কয়াস্থু লৈ। পোৎশিং অদুগী মন্নুংদা মনা মশিং, উ-বা করাদগী থোকপা পোৎ খুদম ওইনা চে অমস্থুং হীরা, মণি, মুক্তা অসিনচিংবা খুংনা শেম শাবা পোথোক (Handi-crafts) পুমনমক অসি মপান লমদা য়ামনা পামনা শিজিন্নরম্মী খুদম কয়াগা কোয়নী অইবা ফংই।

ভারতবর্ষদা মোয়নশিংনা লৈরম্বগী ইহান হানবদা ললোন ইতিক্কী ওইজ ওইথক কয়া অমস্থুং রাজনীতিগী ওইবা থৌথোক পুম্নমক খা ভারতকী তামিলনাডুগী ইতিহাসতা য়ামনা ফংই। মতম অদুদা রোম কাংবু অসি যবনা (yavana) হাঙ্গৈনা থংনরমই। অদুগা রোমগী কাংবুনা ভারত্তা পুশিল্লকপা (Importing from Rome) পোৎকী মন্নুংদা য়ু, পিথ্রাইগী পোৎ, মিশি, থাংমৈ অমস্থুং লৈতেংগী পোৎ অসিনি। ঐখোয়না ফংই, তামিলগী শৈরেং কয়াদা মদুদি তামিল নিংথৌশিংনা অইংবা য়ু গীলাস কয়া মুত্তিগী থকই হাঙ্গৈনা। অদুগা তামিলগী নিংথৌশিংনা য়ু থকপদা সনাগী গীলাসতা হাপ্পগা থকইস্থু হাঙ্গৈরমম্মী। যবনা (Rome) শিংনা অচৌবা হিদা সনা য়ামনা পুরক্লগা চে অমস্থুং পোৎলুম হাপ্পা য়াবা পাত্র মখল কয়া পুরগা হনখি। মতৌ অস্থুম্না পোৎকা পোৎকা ওন্থোক্লবগী থৌরম কয়াস্থু তামিলগী অরিবা ইতিহাসতা ফংই। হাঙ্গৈরিবা মতম অসি খৃষ্টকী মমাং সেঞ্চুরি অমা (1st century B.C.) মতমদনি। রোমশিংনা মখোয়গী নিংথৌশিংগী মথাদা তৌরিবা মী পুম্নমকী ফিজোলদি লাম্নিশিংগীদমক্তা

অমুবা কুম্বিং অংোনবা ওাক্তা শিজিন্নবমই। অদগা লানমীশিংনা ভামিলগী নিংথৌশিংগী লানকমদা ওাক্লুনা লৈবগী অইবা কয়াদা ফংই। অছুগা অত্থশুবা লানমীশিং অছুনা মাছুরাগী থোং পুমনমক ওাকললমই। লানমীশিং অছু মতম অছুদা মখোযগী লোলদমক থোক-লমই। মরম অছুনা মখোয়গী লুচিংবা অত্থুদা রা পুম্নমক হাঙ্গিরগা লুচিংবা অছুনা ভারতকী লোলদা অমুক হন্দোকই।

---

## তরুকশুবা শকুম
## "ভারতবর্ষদা শাবা পোথোক"

ভারতবর্ষগী পোথোক য়াম্না ওন্না পৃথিবীগী মফম কয়াদা পাক্না শন্দোকলমই। পোথোকশিংগী মনুংদা লৌবুকী পোথোক্না হেন্না থোকলমই, হৌজিক ফাওবদা লৌউ শিংউবগী থবক্না মরুওইনা লৈরিবা অসিনি। ভারতকী মফম পুম্নমক্তা হাঙ্গবদি ঙৈত অমগী মনুংদা মীশিং লাখ অমগী মনুংদা চাগী হিংদা ৮০% না লৌউবগী থবক তৌরম্মী। মতম অছুদা মীশিং ৫ লৈবা ইমুং অমদা লম একর অত্থমদগী তাদনা লৌ উরম্মী। মতম অছুদা চহি অমগী মনুংদা থা তকতমক শিজিন্নবমই, থা তরুক অমদি লবুক অছু হাংনা লৈরমই। মরম অছুদগী লৌকম অছুদা মহৌশাগী লৈহাও ন্নাত্তনা মতম মত্তমগী ফংলমই। থা ৬ অদুদা মখল মখা কয়াগী পোৎ শেম শাছুনা য়ুম য়ুমগী পোৎথোক ( Production of cottage ) কয়ামুক শারগা পৈশা তাল্লমই।

মতম অহুদগী মীওইবগী পুন্সিদা ভারতকী পোত্থোক্না খ্বাইদগী হেন্না ৰজবা অমস্তুং মীওইবগী চংদবা য়াদবা পোং থাক্তা ওইবনা মীরৈপাক্তা য়াম্না য়োন্দুনা শেল য়াম্না তান্নমই। মতম অহুদা লৌউ-শিংউবগী পোত্থোক অমস্তুং খু'শাগী পোত্থোকশিং অহুদগী লাকপা মীরৈপাক্কগী শেলনা শেমগৎ শাগৎপগী থৌরাংদা থাদগা তুংশিনবা মৰুমদস্তু য়াম্না তুংশিনবা ওমলমই। লৈমুংদগী থোকপা পোত্থোক কয়ামকুন্না মীওইবগী কান্নবা থবক্তা শিজিন্নহুনা মথল মথা কয়াগী পোং শেম শান্নুনা ভারতবর্ষনা য়াম্না ওনবা পৃথিবীগী মকম কয়াদা শন্দোকলমই। মরম অসুনা লৈমুংদগী থোকপা পোত্থোক পৃথিবীগী মমুংদা ভারতবর্ষনা খ্বাইদগী ওন্না কংই হায়বা য়াই। মতম অহুদা ইন্দুস ভেল্লি (Indus Valley) হাঙ্গৈবসি সহর অমমি মসি মোহেঞ্জো ডাবো (Mohinjo Daro) গী মমুংদা লৈবা ভারতবর্ষগী য়ামনা মরুওইবা হীতিহাসকী মফম্নি। মকম অসিদা লৈবা মুপী অডাং কয়াদা খৃষ্টগী মমাং চহি ৩০০০ গী মমাংদা শিজিন্নবম্বা সনাগী লৈতেং পুম্নমক মহিগুর ষ্টেতকী সনা ডাক্তা ওইরম্মী। হৌজিকমকস্তু হা'য়বিবা মহিগুরগী সনা অশেংবা ওইরবদি য়াম্না হেন্না পান্নরিবা অসিনি। হাঙ্গৈরিবা য়াফম অসিদা ঐখোয়না খঙগদোবা মরুওইবা য়াফমদি লৈমুংদগী থোকপা মেটেল (Metal) হাঙ্গৈবদি নোংথাং লৈবা অমস্তুং লৈভবা পোং মথল পুম্নমক্কী থিজিনবা কাংলুপ মেটেলোর্জিকেল (Metal-lurgical) গী খ্বাইদগী হেন্না হৈশিংলবা সার ইডুইন্ পেস্কোই (Sir Edwin Pascoe) গী থৌশিল মথাদা জোন মার্শেল (John Marshall) না হিদাক লাংথকী ওইবা ময়ালগীদমক্তা থুগাইদুনা

মগুনগী চাংয়েং তৌবদা (chemical analysis) হায়ব্রিমা ভারতবর্ষগী মনুংদা কংবা মহিগুরগী সনা অসিনা খ্বাইদগী হেননা ফবা সনানি পৃথিবীদা থংনব্রিবনি। অদুগা ভারতবর্ষগী খা থংবা অমসুং অরাং, নোংচুপ, নোংপোক পুন্নমক্তা অরাংপা লৈতনা মতম অদুগী ললোন ইতিকী পোংথোক থোকলমই অদুগা খা, রাংদা বিন্ধ চীংজাওনা কৈনা পুন্সিন্নমই, অমসুং দন্দকারৈন্য হায়না য়ৈথাই থিনগাইবা য়াদনা ললোন ইতিকী থৌরম তৌরমই। অদুগা চাউখৎ থৌরাংগী মরমদা খ্বাইদগী হেনবা হাঙৈবদি রাংবা রাখল (Aryan thought) লৈরমই।

লৈনুংদগী থোকপা পোথোক মখল কয়া ভারতবর্ষগী মফম ময়ামুক্তা তোঙান তোঙান থোকলমই, থোক্লিবা পোং মখলশিং অদু মীওইবগী চাউখৎ থৌরাংগী য়াম্না মরুওইবা পোং ওাক্তনি। রাজাষ্ঠান হাঙৈবা মফম অদুদা নিকেল থোকই অদুগা বিহার অমসুং উবিষ্যা, বোম্বে, হাজারিবাগ মফমশিং অসিদা তিন (Tin) রাং থোকই। তিন হায়বা মেটেল অসি মখল কয়াগী ময়াল তিন্নহনা হাঙৈবদি য়ান্দুনা (Alloy) পোংথোক মখল কয়া থোকহনলি। হাঙৈব্রিবা মফম অসিদা য়োংকী পোথোক কয়াসু থোকই। চাউখৎ খোঙথাংগী মনুংদা য়াম্না ওন্না মফম অসিগী পোথোক শিজিন্নরম্বগী থুদম য়াম্না লৈরমই।

মুঙগী পোথোক্তা নিলগীরিগী মফম কযাদা কংবা অশংবা মুঙ মখল কয়া পৃথিবীগী মফম পুন্নমক্তা য়াম্না পাম্নে। অদুগা রাজাষ্ঠান্দা শ্লেট মুঙ য়াম্না ফবা ফংই।

ঐখোয়না অকাওবা লৈতনা খঙগদোবনি মহুদি :— খৃষ্টানগী মতমদা ভারতকী পোথোকী মনুংদা যুগালং অমসু লশিংগী লং অমসুং মহুনা শাবা ফিজোল কয়া য়োম লৈবাক্তা হেন্না শিজিন্নরমই। মরম অদুনা ঐখোযনা ইতিহাসকী ওইবা খুদম কয়া পীবদা ভারতকী পোৎ-থোক্লা য়াম্না ওন্না পৃথিবীগী মফম কয়াদা পাকথোক শন্দোকলমই হাঙ্গৈনা পীবা ওমই।

মাউবিয়ানগী ইতিহাস হাঙ্গৈবদি খৃষ্টগী মমাং সেঞ্চুরি অনি অমসুং অহুমগী মতমদা নিংথৌ অশোক অমসুং চন্দ্রগুপ্তগী নিংথৌশিংগী খুদম (Monuments) কয়ামুকী থবক তৌরমই। নিংথৌরেল চন্দ্রগুপ্ত অমসুং অশোকী মতমদা অচৌবা পন কয়া শেমহুনা সুদর্শনা হাঙ্গৈনা মতম অহুদা খঙনরমই। থৌবম অদুদা তাত্তাকা পাৎ (L.ke) মতৌ কয়মনা শেমগৎ শাগৎলম্বগে হাঙ্গৈবগী মতাংদা মরুওইবা তুরেল কযা থিগৎতুনা মৌখংহনবা "সুবর্ণসিকা পলাসিনি" অমসুং অতৈ কযামুক পন থিংতদা চেম্বয়কপা চৗংশিংগী মনুংদা বৈবত্তকা অমসুং আর্জয়াৎ অসুন্না খঙনরমই। হাঙ্গৈরিবা থৌরম অসি সৌরাষ্ট্রগী মনুংদা নিংথৌবেল চন্দ্রগুপ্তগী শাসন মতমদনি।

মাউরিয়ানগী মতমনা ভারতকী তৌবা ওম্বা থৌবম করাগী মনুংদা খুৎশেমগী থৌরাং (Engineering) অমসুং সহর শেমগৎপগী থৌবাং (Town planing) শক্তম শকওং শেম্বগী থৌরাং (Architecture) য়েকখোৎপগী থবক য়ান্না চাউচৎলমই। খুদম ওইনা সহব শেমগৎ-শাগৎপগী থবক্তা পাটলিপুত্র অসি কোন্নুং অমা ওইরমই। মফম অসিদা গঙ্গা অমসুং সোনা তুরেল অনি পুন্না চেনবা মফম

অসি লানথেংনবগী লাম্হোং শিন্দুনা থনমই। মকম অসি অচৌবা সহর অমা ওইরমই। মরাক্তা মাইল অমা পাকপা মমুংদা মাইল ৯ (মাপল) শাংবা মফম অমা ওইরমই। অদুগা শঙ্গ ২০০ পাকপা ফুট ৬০ লুবা থাঙ্গপাংনা অকোইবদা তৌদুনা থনমই। অদুগা মচিল ভুম্বা উগী মথল কয়া শাদুনা ঙাকলমই, অদুগা মথোং ৫৭০ মুংবা লানবল মথুল ৬৪ ফাংপা হাঙ্গবদি থোং ৬৪ ফাংপা লানবল শেমলমই। মদুগী শাখি ওইনা গ্রীককী রাজদূত (ই-পাউ পীবা মী) মেথাস্থেন মশামক্না মফম অসিদা লৈবা লাকপদা উবা ফংই হায়না ইরমই।

অশোককী মতমদা মহাককী মতেং ওইনা কোংফুগী থৌরম করাদা চাউখৎপগী থৌশিল তৌরমই। হাঙ্গরিবা থৌশিল অদুগী মমুংদা মরু ওইনা উগী অশাবা পোং কয়া মুংনা হকখোক্লুনা শেমল্লমই। অদুগা কোঙ্গুং মনুংগী শেমগৎ শাগৎপদা নত্তনা অতোপ্পা নিংশিং খুদম কয়াগী ওইবা (Monum›nts) থৌবম পাংথোকলমই। সেঞ্চুরি ৬ শুবা মতমদা চিনা লমকোইবা "ফা হিয়েন" হায়বা অমা অনিশুবা চন্দ্রগুপ্তগী মতমদা লাকলমই অমসুং পুম্নমক অদু য়েংলগা মহাককী রিপোর্ট (Report) অইবা অতুদা ফংই। অতুদা নত্তনা মীরৈপাককী লম কোইবা কয়ানা মতম অদুগী খুংশেমগী থৌরাং শেমগৎ শাগৎপগী অমসু' য়েকখোৎপা থবক অদুগা লোইন্না মুত্তদা হক হক্লুনা শাবা মথল মথা কয়া য়েংলগা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেনবা থবক ভারতবর্ষদা লৈ হায়না ইরম্বা অরিবা ইতিহাসতা করাদা ময়েক লানা লৈ।

অশোকী য়ুম্বী ( Ashoka Pillar ) হায়বা অসি ইতিহাসকী ওইবা ভারতবর্ষগী ওইবা য়াম্না লিয়বা অকাউবা য়ুম্বীনি। হাইখ্রিবা য়ুম্বী অসি অচৌবা নুঙ অমত্তদগী হক্তুনা শাবনি মখোংদগী মতোনলোমদা খরা খরা হুইথবনি, ফুট ৫০ রাংই অমসুং লুম্বনা টোন ৫০ লুমই। য়ুম্বী অসিদা ভারতকী খুদম কযা হক্তুনা হাপই অমসুং ধর্ম্মগী লেংত্রবা খুদমসু খুদমশিং অমুনা নিংথিনা তাকই। য়ুম্বী অসি মোরিয়া নিংথৌ শাগৈনা তৌরম্বা ( By Dynasty ) খুদমবু ময়ুম ( Maywra ) রাহোংগী খুদম্না শেংনা উংলমই। অমসুং ইঙ্গি খুদিংগী মহুংদা লমচৎ শাজৎ অমসুং অরাংবা থাকী মহৈ মশিং লৈ, হাবতস্থ উংলমই। অমসুং মথক থংবা শকক্তা শরুক অতুম থোক্না খাইদোক্লগা মরু ওইবা থৌরম অতমগী খুদম উংলি। (১) মশাগী চাকা অকোইবা লেংবান্দা হাপ্পা অকোইবদা হক্তুনা উংলি। অমসুং (২) নোংশাগী মকোক মখ্রি উংলি (৩) শা মখল মরি উংতুনা পুন্সিগী থৌরম কয়াবু বুধগী মরি লৈনবা খুদম থমই। অমসুং মশা পানবা চাকা অমুনা খওহল্লি ধর্ম্ম চক্রবু ( Dharma Chakra ) অমসুং মহুদগী খওবা ওমই বুধগী ইহান হানবা ধর্ম্মগী পাউতাক পীববু। অমসুং মশা ৩২ পানবা চাকা অমুনা মহাপুরুষ লক্ষণম ( Mahapurusha Lakshanam ) খুইদগী হেনবা নিপা অথোইববু খওহনলি। য়ুম্বী অসিগী য়াম্না নানবা অমসুং অহকপা পুম্নমক হৈহুনা শাবদগী হেন্না মান্নবা চাংদম্নিংডাই লৈতবা অসিবু পৃথিবীগী মহুংদা অমত্তা ওাইবা নীংশিং য়ুম্বীনি। য়ুম্বী অসি শানবা নুঙ ফংবা মফম অমসু মিরুটকী লম মাইল ১০০ লাপ্না মফমদগী ফংবনি নুঙ অসি পুরক্লবা

হোৎনবদা অচৌবা থৌরাং অমা ওইখি। মতম অদুদা অহানবা শামুনা চিংছুনা রেংই, মতুংদা শাড়ী চাকা ৪২ পানবা অমা শারগা মহু মী ২০.০০০ না চিংছুনা পুর্বকখি। অদুগা মী ৮৪০০ গী পাঙ্গলনা চিংবা মরম্মা মথাং মথাং কয়াগী থৌরাংনা য়ৌরকলমই।

থাইনগী ভারতর্ষগী অশেংবা মেটেলগী থৌরমদা খুদম ওইনা দিল্লিদা লৈরিবা কুটব ( Kutab ) অসি য়াম্না থোৎপা য়োৎনা শাবা মুম্বীনি মসি মতম পুন্নমক্তা কোৎহিং ( Rust ) কাদ্রবা য়াম্না অঙকপা নিংশিং য়ুম্বী অমনি। অসিগুম্বা মম্বালগী অমস্তুং য়োৎ হৈবগী থৌরম অসি অস্নক্কী মতিক অরাংবা থাক্কী মকৈ ওইরমই।

## ৭ শুবা শক্তম

## "মীয়াম্মা লৈবাক ভাকচবগী থৌওং"

ভারতবর্ষদা থাইনগী চৎনরকপা লৈবাক ভাকপগী থৌওংদা মীয়াম্না ভাকপা ( Democratic tradition ) পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হান্না চৎনরকলবনি। মহুগী অচৌবা খুদম চাংদম কয়া লৈরি, অদুগা য়ুগ কয়াগী মমাংদগী মতম শঙদনা ঋক বেদগী মনুংদা ময়েক লানা লৈরবনি। থৌরম অমস্তুং থৌওং ময়াম অদুগী মনুংদগী মরু মরুওইবা থৌরম লৌখৎলগা মখাদা পীরিবা অসিনি। অহানবদা

ঐখোয়না মীয়াম পুনবা হৌদোকপা ( Intitution ) থোওংবু সভা ( Sabha ) অমসুং সমিতি ( Samiti ) অসুম্না খঙনৈ। অদুগা অদুগুম্বা সভা অদুনা পুম্না নৈনদুনা অপুনবগী পাঙ্গলগা লোইনা চথনবা থৌরমগী মরুওইবা ( The democratic principle ) থৌরম ৪ (মরি) না পুরমই।

১। মীওইবা পুন্সিগী হিংনবা থৌরাং। ২। লৈপাক ঙাকপগী থৌরাং। ৩। জীবগী শেবা তৌবা। ৪। মহৈমশিং অমসুং লৌউ-শিংউগী থৌরাং। অসুম্না থবক্তী মচা থাইদোকলগা মদুগী থৌরাং তৌনবা নত্রগা নৈন্নবা থম্বা মমিংবু ঐখোয়না খঙই। মদুদি :— (১) গৃহ নত্রগা কুল ( Graha or Kula ) (২) গ্রাম ( Gram ) (৩) বিশ (Vis) (৪) জন (Jana) অসুম্না থমলগা লৈপাক্তী থৌরাং তৌরমই। থৌরম পুরমক্তা য়াম্না পুম্না থম্ন নৈনরগাময়ামগী মন্নুংদা অশেংবা মীয়ামগী ওইবা অমসুং রাষ্ট্রভক্তি চেনবা মী অদুগী রাওাং ভারগা অচুম্বা ধর্ম্মগা কোম্নরা চংথৈ। অদুগা ভাংনরকপা রাকমশিং অদুগী মন্নুংদা ( Vacham loukikim ) "বচম লৌকিকিম" অওম্না লৈরমই। অদুগা মতম অদুদা মহৈ মশিং য়াম্না হৈবা জ্ঞান য়াম্না লৈবা পুন্নমক পুন্দুনা নিংথৌগী ওইবা লোইশংদা মতম মতমগী পুম্না খরৈ, অমসুং নৈনৈ, চাউথংনবা হোংনৈ ( All Educated was allo promoted by learned conference meeting at the court of kings. বিদেহগী নিংথৌ জনক্না দর্শন শাস্ত্রগী ওইবা মীফম ( congress ) কৌদুনা যজ্ঞবলকগী মথাদা দর্শন শাস্ত্রগী ওইবা থৌরম কয়া নৈনবগী মরম উপনিষত্তা হায়রম্মী। মতম অদুদা দর্শন

শাস্ত্রদা মমিং চংলবা (৮) নিপাল য়াওরমই। মতুগী মন্থুংদা গপি হাঙ্গনা কৌবা মুপী অমা য়াওরম্বগী ইরমই। মতম অতুদা বেদগী থৌরম কয়া নৈনবদা মহৈগী নিয়ম কয়াগী মন্থুংদা ধর্মনা বিচার তৌরমই, অতুগা নিংথৌনা শুম্বগী দণ্ড পিনবা অমা ওইন থনম্মী। মরম অতুনা লৈপাক ডাকলিবা কাংবু অতুনা মশাবু মশানা ডাকচবদা থনবা য়াথল অতুগা মাননা প্রজাবু ডাকশেল্লমই। মরম অতুনা প্রজানবু য়াম্না ইংনা পানবা পুন্সি ওইরমই, মতম লুম্নমক্তা লৈপাক ডাকপা কাংবুবু থাজরমই। ( It betieved in the salf Government of the grou? ) মথক্তা হায়রিবা থৌরাংশিং অসিগী মখাদা মথাগী অতুম্না অমুক থাইদোক্কই।

(১) কুল (Kula)
(২) জাতি (Jati)
(৩) শ্রেনি (Srani)
(৪) পুগ (Puga)
(৫) জনপদ (Janapada)

মতম অতুদগী শাস্ত্র মখল কয়া থোক্না শন্দোক্লকুনা তত্ত্ব জ্ঞান কয়াগী তোঙান তোঙানবা লমজিং মখাদা থৌওং খেন্নবা লমজিং চংথরকই হায়রিবা খেন্নবা থৌওংশিং অতুগী মন্থুংদা ব্রহ্মণ, বুধ, জেন অতুম্না শন্দোক্লকই। হায়রিবা খেন্নবা থৌওং অতুগী মুমফমদি হিন্দুগী ওইবা অমত্তা ভাইরবা ধর্মগী মশা ডাক্তনি। পানিনিগী মতমদা প্রজাগী মিতুংনা লৈপাক ডাকপা ( Repuplies ) হায়বা থৌরাং অসি য়াম্না

শেংনা লৈরমই। মহাক্না ফংবদা "নিকায়াং গন," অমস্তুং "সঙ্ঘ" অগুম্না লৈরমই। "নিকায়া" হায়বসি ধর্ম্মগী ওইবা মিপুন অত্থগা গন অমস্তুং সঙ্ঘ হাযবা অসিনা মীয়ামগী মীখল অগুম্না খংই। অত্থগা মীতিলগী শুদবা য়াদবা মশিং (quorum) অত্থবু গনতিথ (Ganatitha) অগুম্না লৈরমই। সঙ্ঘগী লৈবাক মগাক অসি কাংলুপ ওইদবা মওংদা চৎথরমই। অসিগুম্বা জার্তিগী থৌবম অসি বর্গা হায়না কৌরমই। অত্থগী মকোকপু লুচিংবা (leader) হায়নসু খংনৈ। মত্থগা মান্নবা খুদমদা বাসুদেব-বর্গা নত্রগা আমুন বর্গ অত্থগা সঙ্ঘগী মওংদা লৈবা লানমীগী থাক "অমুধাজিবী" অমুম্না লানমীগী থৌরম পুম্নমক মপুং ফানা লৈরমই। সঙ্ঘগী থৌরম্না ললোনবগী থৌবমদসু থৌবুশিংগী মোৎ লৌই। মরম অত্থনা পানিনিনা হায়রমই, লৈবাক্কী থৌনাদি ভক্তিনি, হায়না মহাভারতনা শেংনা খণ্ডহলদি মীয়াম্না পীবা মীহুৎনা লৈবাক পুববু অত্থগা "সঙ্ঘতা-গন" হায়না খঙনবমই। মসিবু মীহুৎকী অপুনবা (Republican union of Sanghas) অমুম্না খংনৈ। মহাভারতকী মতমদা মীতিনগী কাংলুপতি (Repnblican of Mahabharati) অন্ধক, বৃষ্ণি, যাদব, কুকুরা, ভোজ, অমুম্না মভা অসি পুন্সিন্নমই হায়বদি "সঙ্ঘা" ওইরমই। অত্থগা শ্রীকৃষ্ণনা সঙ্ঘ অসিগী মুখ্য হায়বদি সভাপতি ওইনা লৈরমই। মহাভারতকী মমুংদা পীবমই গনশিংবু ভাকশেনবদি গনমুখ্যনা পুন্নগা ভাকই (Gana being gaverned by its council of leaders —Gana Mukhyas)

পৃথিবীগী মনুংদা সক্যা হায়বা মীয়ামগী কাংবুনা পুন্দুনা বুধগী মতমদা লেমলম্বা অদুনা খাইদগী চাউবা অমসুং খাইদগী হেনবা লৈবাক ভাকপগী পাঙ্গল লৈবা অমা ওইরমই। হায়রিবা থৌরাং অসিবু "সক্যা রি"-(পব্লিক) (Sakya ri pudlic) হায়না খংনরমই, অদুগা মদু ইমুং ৮০০০০ (লিশিং মরিফু) না খল্লগা থৌবু ৫০০ (500 members) লৈবা পরিষদ (Parliament) রাজা সভানি। মদুগী সভা অদু কন্নবগীদমক্তা অচৌবা শং শাদুনা বুধনা শঙ্গাদুনা লেয়মই। মতম অদুদা মফম অদুদা রাহৈনা অমসুং অইবনা মখল মখা কয়া নৈনদুনা থৌরম পাংথোক্লম্বগী ফংই (Majjhima 1·35 35)

মতম অদুদা পাভাগী লৈরম্বা মালা ষ্টেট হায়বা অদু সঙ্ঘ-রাজ্য (Sangha-Rajya) ওইরমই, মদুসু বুধনা হাংদোকলমই। অদুগুম্বা বুধগী থৌশিল (Bndhism) অদুনা য়ান্না রাংবা লমচং পারমই, মদুবু "আনন্দ অমসুং অনিরুধ" অসুন্না খঙলমই। অস্তোপ্পা কয়াগুম্বা লৈবগী মনুংদা ইরম্বা ফংই মদুগী মনুংদা মখাদা পীরিবা অসি ফংই।

(১) নায়রাজ।

(২) কোলিয়রাজ।

(৩) মোরিয়রাজ।

(৪) বিদেহজ।

অসুমনা মফম মরি অমুক পীরমই, অদুগা মফম মফমশিং অসিদা মীয়াম পুন্দুনা থৌরম পুমনমক পাংথোকপা সঙ্ঘ যযনা

নীংথিনা মপুং ফনা চৎথরম্বগী মমিং লাকওমদনা অরিবা ইতিহাসতা লৈরি। আলেকজেন্দরনা পঞ্জাবতা লান্দারকপা খৃষ্টগী মমাং ৩২৫ দনি। মতম অসিদা মীয়ামগী পাঙ্গলনা থিংলমই। মতৌ অসুমনা চথরক্লুনা মহৌশাগী ইপা ইপুগী চৎনরম্বা মীয়ামগী অপুনবা ( democratic tradition ) পাঙ্গল মথং মথং ওইনা চহি কয়া চথরকই। মতম অদুদা চথরম্বা মীয়ামগী মছুংনা শেম্বা ( Democratic ) থৌশিল অদুদা মা ভাংবগী মকোক (Speaker) লৈরমই, অদুবু বিনয়াধারা ( Vinayadhara ) হায়না খঙৈ। অদুগা মীছুংশিং অদুগী লাকপা লাকবা য়েংনবা হাপলমই, ( whip ) অদুবু গনপুরকা ( Ganapuraka ) হাঙ্গৈনা খঙৈ। ব্বারেপ ( Resolution ) "নাপত্তি", অদুগা মীরেপ ( Vote ) "চান্দা" ( Chanda ) অদুগা মীরেপ্পা লেপ্পা ব্বারেপ ( Dicision by vote ) "ভুয়াসিকা ক্রয়া" (Bhuyasika kriya ) অদুগা মীশিং ব্বাংতুনা মীছুংকী থোৱ্ মীরেপ শুদবা ( Lacking quarum ) "ব্যা গ্রা" ( Vyagra) অদুগা ব্বারম ফাবা অদুবুনা "সমগ্রা" ( Samagra ) অসুমনা লৈরমই। অদুগা চৎনবি ওইনা লেপ্পরবা অদুবু "ভাগাকাম্মা" (Vagga Kamma ) মতৌ অসুম ভৌদুনা ডিমোক্রেসি অমসুং ক্লি-পব্লিকী থোরাং অমসুং থৌওং ভারতবর্ষনা পৃথিবীগী মমুংদা ইহান হাম্মা হৌদোক্লম্বনি। অদুগা ভোট লৌনবগী থৌবমদা উনা শাবা মচেত্তা মচু [illegible] থম্লগা মথল মথাগী মচু অদু মশা মশানা খলহনলগা ভোট লৌনৈ। অদুগা মছুগী টিকেৎ ওইরিবা উ মচেং অদুবু "সালাক" (Salaka) হাঙ্গৈনা খঙনরমই অদুগা পোল্লিং ওফিসার হাঙৈবদি মীথলগী মকম

পুরিবা মকোক অদুবু "সলাকা গ্রাহপাকা" (Salaka grahapaka) অম্মনা খঙনরমই। ঐখোয়না খঙবা ওমই সঙ্ঘগী থবক মওংনা খ্বাইদগী অচুম্বা থৌরাংনি।

———

## ৮শুবা শক্তম

# মৌর্য্য পাম্মবা থৌরাংদা বুধগী থৌরাং

ভারতবর্ষদা মৌর্য্যনা লৈবাক ঙাকপগী মথং মথং চথরকপা থৌরাংগী মতুংদা বুধগী মতমদা ধর্ম্মনা মরুওইনা চথরমই, মদু 'মহাবামসা''-গী মতুংদা মযেক লানা লৈরমই। হান্নরিবা থৌরম অদুবু বুধিষ্ট কাউন্সিল (Budhist Council) হায়না খঙনৈ। হাঙ্গৈরিবা রাযেনগী মীক্তম হাঙ্গৈবদি আইন সভা অদুগী অহানবা কৌবা মতমদা খ্বাইদগী শিংবা মহাকাশ্যপাগা মহাকী শিষ্যগ। লোইন্না "পাভাদগী কুসিনরা" কাউবা চংপদা লম্বীদা বুধ স্বর্গতী ওইবা মতম অদুদা লাম্বোইবা অদুগী ধর্ম্মোয়দা অঙকপা কংনা অরাবা কাওখি। মতুংদা সুভাদা অরাবদগী কোক্রবা রাহে কয়া শিজিন্নহনা মখোয়গী তৌগদৌবা থৌরম চথরমই। ধর্ম্ম লৈয়বা মহাকাশ্যপা খুনমক ধর্ম্মগী শেংলবা মুক্তম শেমগা মহাক্না হৈশিংলবা ৫০০ খল্লুনা শেমখিবা অহানবা কাউন্সিলনি। কাউন্সিল অসিদু সংগিতি নত্রগা থাম্মা অমসুং বিনায়া

(Dhamma Samgiti) অহুগা মঙ্গী নিংথৌ আজাৎ সটুনা লম্বোই-বশিং অহুনা কাউন্সিল অমু পাইহল্লমই।

অনিশুবা মীখলগী মীকম (2nd council) মসিগী মীকম সভা অসিবু বিনায়া সংগিতি সিং বুধগী পরিনির্ভনাগী মতুং চহী ১০০ (চাম) কাওবা বৈসালিদ থোনৈ। অহুম ওইনমক মতম অদুদা অতোপ্পা মহৌশাগী চৎনবী (Tradition) মওং অমা শেম শাদুনা চৎপা হোই, মদুগী মীতিন মকম্বদি পাটলিপুত্রদা ওইরমই। হাঙ্গৈরিবা মকম অহুবু বেশালিগী লম্বোইবা লৈকম "আশ্রম" গী সঙ্গম অমা ওইনা লৈরমই, মকম অদুদা আশ্রমগী ব্যাবাহার নিংথিনা থনমই। অদুগা মখোয়না বন্দা লৈদুনা আশ্রমগী হেন্না অরাংবা থাকী লমচৎ শাজৎ নিংথিনা চৎলমই (Aranyakale) মদুগী ময়মদা য়াম্না কল্লা ওাকলমই। অদুগুম্বা সহরগী মহুংদা লৈবা অচুম অরানগী থোয়ম তৌবা মশিং ২০ লৈরমই (dasa vallhuni) থোরম অহুগী মহুংদা থোংং অহুম থোকনা থাইদোকই মহুদি— (১) চাবা থকপা লোইরগা হাঙ্গৈবদি চরা অমা চারগা সহরগী মপাল্দা চৎলি অহুগা করিগুম্বা বার্ত্তন কংলগা অনিশুবা চারা চাবৈ। (২) আইন অমা ওইনা লেপপ্রবা থৌরমশিং অদু মপুং ফানা পাওথোকই। (৩) সনা লুপা পীবা লৌই মহুম্ম "জটারুপা রাজতম (Jataru parajatam)।

মথংদা রিবেতানা অকনবা রায়েপ অমনা মীখল ৭০০ (চাভরেৎ) না শেমদুনা পাইরমই। অদুগা মদুগী মহুংদা লম্বোইবা ৮ (নিপান) লৈরমই, মদুদা ধর্ম্মগী থৌরমগা পুন্না চৎথরমই, "আকারুম ধর্ম্মা-সংগহম" (akarum dhammasamgaham) মতম অদুনা ধর্ম্মা

নত্রগা তত্ব তক্তম ওইনা লৈবা অহুবু আচারিয়াবদা (Achariya-vada) হায়না খঙৈ সেঙুরি অনিদা অতুগুম্বা তক্তমশং ১৭ লৈরমই, মতুগী মথক্তা কয়া অমনু হৌরমই, (IIIV, V) অনিগুবা মীত্তিনগী থৌওং পুন্নমক অহানবমা কাউন্সিলগী থৌরমগা অয়াম্বদা মাৈ। মতুদি "নিনায়া সমগিত্তি" অতুগা মতেং পাংবদা 'বিনায়া অমসুং ধম্মা" লৈরমই।

অহুমগুবা মীকমগী থৌওং (Mode of third council) অহুমগুবা বুধগী মীকম অসি নিংথৌ অশোকী চহী ১৭ গুবা মতম হায়বদি খৃষ্টগী মমাং চহী ২৫৩ দনি। মসি মহাবামসাগী (Chapter V) দা লিবা য়াম্নৌদা শেংনা তাকই। মতম অসিদা নিংথৌবেল অশোক্না বুধগী লাইশং য়াম্না শাগৎলমই, শেল খুমগী মরমদসু য়াম্না কায়রমই।

নিংথৌরেল অশোকী ইদিরা খঙহনলমই মতুদি ধর্ম্মগী অইবা মখল ৭ (তরেৎ) অতুগী মনুংদা ৬ (তরুক) না মীয়ামগী চৎনবী ওইরমই। মতম অতুদা পাটলিপুত্রগী মীকমনা খাইদগী হেন্না থৌরমগী থোওথাং য়াংনা চৎলমই। মতুগী থৌরাংনা বুধগী থৌওং কয়া মকম কয়াদা অটৈ অশিং থাহনা শন্দোক্লমই, মতুদি নোংপোক এশিয়াগা লোইননা ইন্দোনেসিযা অসিনচিংবা মকম কয়াদা পাকথোক শন্দোক্লনা মীওইবগী পুন্সিদা মীযাম্না পুন্দুনা শেম শাবা অতুগা লৈবাক ডাকুনা পুন্সিগী থোংচৎ লম্বী অচুম্বদা চৎহনবা অমসুং ভারতবর্ষগী দর্শন শাস্ত্রবু (Indian Philosophy) খাইদগী য়াংবা য়াথলগী যুক্তম ওই হাঙ্গনা উৎলমই।

৯ শুবা শরুক

# নিংথৌরেন অশোক

নিংথৌরেল অশোক্কী মতম অসি খ্বাইদগী তোপ তোপ্পা চৈথারোল হাঙৈবদি "নিংথৌরোলগী থৌরম" অমনি। ইতিহাসগী অমুংদা খ্বাইদগী অচৌবা নিংথৌরোল অমনি হাঙৈনা লৈরি। মহাক্কী মখাদা লৈরম্বা লৈবাক্কা পৃথিবীগা চাউবা চাংদম্নবা রাহে লৈরমই। (Mabalake hi vijite) অহু পুম্নমক রোক্কী চহীদা ( Rexiv and V ) মশামক্কা শন্দোক্লা ইবমই। অশোক্কী মতমদা মহাক্কী মপু চন্দ্রগুপ্তগী মতমদা চংশিনলমলবা পার্শিয়াদগী সিলোন ফাউবগী মমুংদা লৈরম্বা কয়াসু কহাক্না নৌহৌনা শেমগৎলমই। অহুগা নোংপোক্কী শরুক্তা সাইরিয়া হাঙৈবা মফম অহুদা লৈবা নিংথৌ সেলুকোস ভারতবর্ষদা যামনা ওন্না লান্দায়রকপা অতুবু খৃষ্টগী মমাং চহী ৩০৪ দা মাইথিবা পীহুনা সাইরিয়া ফাউবা হিন্দুগী কোলোনি ওইবমই। নিংথৌরেল অশোক্কী মথৌদাং ওইনা তৌরম্বা থৌরাংদা লৈবাক লৌশিন্দুনা মখা পোলহনবগী থবক ওাক্ত নত্তে, মখল্ মখা অয়াম্বা মীওইবগী পুন্সিদা কান্নগদোবা হিদাক লাংথক্কী মরম, মীয়ামনা লৈপাক ওাকপগী মরম, লমচৎ শাজৎকী মরম, পুম্নমক অসি শন্দোক্লমই। অহুগা লাইরেংগী মরমদা ( [illegible] kitsa ) উহৈ রাহৈদগী য়ামনা নিংথিনা যেংলম্বগী ( treatment—chikitsa ) কংই। অহুগা মরু ময়াংনা শেম্বা হীদাক কয়াসু লৈরমই

( an-sadha-mula-phale ) অসিগুম্বা হীদাকী ওইবা মনা-মশিং-নাচিংবা পোৎ কয়া থা খোংপগী থৌয়াং চাউনা লৈয়ম্বগী অনিশুবা রোক ইডিক ( II R. E. ) লৈরমই। অতুগা অহুমশুবা রোক ইডিক্তা ( III R. E. ) লৈরম্বনা মীওইবগী থৌয়াংদা মশিং লাক-তমদনা শেমগৎ শাগৎপগী থৌয়াং কয়া চাউখৎপগী অমসুং মী খুদিংমক অমগা অমগা মচিন মনাউগুমনা য়াখল্ থন্নুনা থবক পুমনমক পাংথোকমিন্নবা চৎনবী কয়া শেমদুনা মুংঙাইবা পুন্সি ওইহনলম্বগী খুদমগা কোয়না থনমই। মতম অহুমক্তদা নোংচুপ ইউরোপ্তা থৌওং অসি য়ামনা পামনবা হীদাক লাংথক অমসুং মতুগী খুৎলাইশিং অতুগা সেবাগী থৌওং ( Social Service and Welfare ) গী মীতুৎ থাদুনা য়াম্না শন্দোক্লমই। মতম অদুদা নোংচুপকী নিংথৌশিংনা থবক অসিবু অমত্তা ওইনা মহাক্কা মথাগী অশুমনা খওহনলমই। ( R E. II and XII ).

১। আমতিওচুস থিওজ II ( Amtiyoko Vama Yama Reja ( 261-246 BC ) of Syria.

২। টোলেমি II ফিলাদেফোজ ( Turamoye ) ( 285—247 B.C. ) of Egypt.

৩। আন্টিগোনোজ, গোনাটাজ ( Amtikini ( 278–239 B.C. ) of Alecedom.

৪। মাগাজ (Maka) (300—250 B C. ) of Cyrerce.

৫। আলেকজেন্দর (Alexander) (273—258 B. C) of Epirus.

অসি পুম্মনমক্তা মীওইবগী থৌরম কয়ামকুম শন্দোকলম্বগী ফংই।

---

১০ শুবা শগুম

## "মহৈমশিং অমস্নুং জ্ঞান"

ভারতবর্ষদা মহৈমশিং অস্নুং জ্ঞানগী থৌওং অসি যাম্না থেংনা লাকপগুম্না পুম্নমক্না থল্লি মহ্ অরানবনি, মরমদি মতম কয়াগী মমাংদগী ধর্ম্মগী থৌরম্না মকওইনা নৈনরমই, মহৈমশিং খুংশেমগী ওইবা রাখলদা যাম্না পামলমদে। মতম অহূদা বেদগী ওইবা অত্মা জ্ঞান শিজিন্নহুনা ভৌনিংবা পুম্নমক ঙমলমই, মহুনা করিগুম্বা থৌরম অমবু মওং নাইনা পুথোক্নুনা মহুগী কান্নবা পামলমদে, মরমদি মওং ওইনা পুথোক্নুনা মীৎনা ঊবা ওইবা থন্নবদি মহ্ অমুক শেমদোকপা রানা থোকই অহুগা মহুনা খুদিংমকী কান্নবা ফংবা ঙমদে, মরম অহুনা লেপ্তুনা মওং হোংবা তাই। মতম পুম্নমক্তা ধর্ম্মগী মাহৈদা অত্মা জ্ঞান্দা খুদিংমক ফংবা ঙমই, মহুনা মীপুম খুদিংগী অমমম ওইবা রাখলবু অমত্তদা পুশিন্দুনা অপুনবা (Universal) ওইবা ঙমই।

ঐখোয়না খঙই, ভারতবর্ষনা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হান্না মহৈ মশিং খুৎশেমগী জ্ঞান লৈরমই। হায়রিবা রাকম অসিগী অশেংবা শাখিদি ইন্দুস সিবলাইজেসনগী মনুংদা য়ান্না ওন্না উবা ফংগনি। ঐখোয়না মতম অদুবু মহৈ মশিংগী 'অহোবা' মতমনি হায়না নিংশিংগদোবনি। মদুগী অরিবা কন্না ফংবগী মনুংদা হারাপ্পাদগী অঙাংবা লৈঙোই লুনা শাবা মীগী মূর্ত্তি অতেক অকাই, উবা ফংই। অদুগা লুংদা হক্তুনা ইবা ময়েক কয়াসু উবা ফংই অদুগা জগোই শাবা মওংদা লুপাগী মূর্ত্তি কয়াসু ফংই। ময়াম অসিনা খুদম অমা ওইবা য়াই।

অদুগা অনিশুবা খুদমদা যোগী অমনা ফমদুনা মমিৎ অনিনা নাতোন মতোন্দা য়েংল্লুনা অচেৎপা রাখলদা (ধ্যান) লৈবগী মূর্ত্তি ফংই, অদুগা ঋতুনা য়ান্নদুনা শাবা জগোইগী খুৎথেক, অমসুং মুদ্রা কয়াগী মওংদা লেপ্লুনা লৈবা লৈশাবী কযাসু ফংই।

অদুগা • শুবদা শা মখল কয়াগী মওং হায়বদি শক্তম কোম্পাক্তা য়েকলন্বা (Seals) কয়াসু ফংই।

বেদগী মতমদা থৌরম কন্না পাংথোকফম অদুবু যজ্ঞা বেদি (Yajnavedi) কৌই। অদুগা মদুগী মকওইনা বেদি অদু মখল খর খেন্নবা মওংদা শাই মদুদি "খুনুঞ্জংগী" নত্রগা "দোলায়" নত্রগা মী মথুৎ থাঙৎপা অসি তাইতেরিয়া সমহিতা" গী মনুংদা ফংই। অদুগা ঋক বেদগী মনুংদা (IV, 14, 10) ফংই; ইন্দ্রদেবগী মাইথোং উৎপা ঋতুগী শেল ময়েক্তা।

মতৌ অসুম তৌনা মতম শাংনা বেদগী খোঙংদা চংথরকপগী ইতিহাস থেংনৈ। অদুগা মতুংদা য়াম্না ভন্না বুধগী লাইনিং অমসুং লাইশোন পুজানচিংবা চংথরকই। মতম অদুদা তৌরম্বগী পুজা মওংদা য়াম্না কোইথোক্না তৌবা পুজা মহাক্না খিংলমদে, মদুগী খুদমদা (১) সারিরিকা (২) উদেসিকা (৩) পরি ভোগীকা অসিনি। অদুগা মহাকী শিজিন্নবা খোঙংদা মহাকী শিংগাসন্না "বোধিমন্দ" (Bodhimanda) বুধগী উ মখোং (Bodhi tree) মহাকী খোঙ্গুল অসিনি। অদুগা মতম পুম্নমক্তা তৌবা অচেৎপা লাইনিংগী মওং ঐখোয়না মহাকী অশাবা মূর্তিদা নিংশিংজনা খঙবা ঙমই।

খুদম চাংদম অরিবা করাগী মতম অদুদা হৈশিংবা করানা খনম্বা অসি নিংখৌ ভিমবিশাবাগী মতম (C 603—5—15—DC) অদুগা নিংখৌ আজাৎসত্রু C 551—6—19 BC) মগধ লৈবাকী য়াম্না খন্না নৈনজনা শেমফম শান্নবগী রাম্রি কয়াসু কংই।

হৌজিক ঐখোয়না খঙগদৌবগী মনুংদা মথুরা অসি হেক মথংদা মহৈ মশিংগী ময়াই চাবা মকম ওইরমই। সেঙ্কুরি অহুমগী মনুংদা খৃষ্টগী মতমদা মতম অসিদা ললোন ইতিক অমসুং লৌউ-শিংউবগী রাজনিতিগী ধর্মগী য়াম্না কন্না চংথরমই। মতম অদুদা মহৌশাগী চংথরকপা খোংচংকী মওংনা মথল অহুম থোকনা অমুক নৈনবা হৌখি মদুদি ব্রহ্মজ্ঞান, জেন, বুধ অনুম্না অহুম অসিনা মহৈ অমসুং জ্ঞানগী থৌরমদা ইপা ইপুগী থৌরাং ওইরমই। মতম অমগী মনুংদা গ্রীক হিন্দুশিংনা বাসুদেববু ইকাই খুম্নরমই, অদুস্না ভাগইতপু লাইগী লাই "দেব-দেব" (God-God) হায়না মশাবু কংখোকই। অদুগা

পটঞ্জলি হায়বা ব্যাকরণ অমুদা ফংবা লেখুরি -অনি খৃষ্টগী মমাংদা মৌরিয়াশিংনা লাই মখল মখা কয়াগী অয়েকপা অমসুং অশাবা য়োম্বুনা পৈশা ফংবগী রাস্ত্ ইরমই। মরু ওইনা শিব, স্কন্দ, বিশাখা অসিগী মমি ওইনা য়েকপা অমসুং হকপা লাইনি।

মহৈ মশিং তমকম শং (Schbol of art) অমা তকসিলাদা হৌরমই, মহুগী স্কুল অমুদা গ্রীকী থৌওং মতুংদা বুধগী শকমদা য়াম্না থাজবগা লোইন্না আত্মাগী জ্ঞান তথা চংথরমই। অহানবা লেখুরিমক্তদা গন্ধাবা হায়না খঙনববা স্কুল অমুদা বুধগী থৌওংদা পুম্নমক লুপশিনখি, মহুগা মতম চপ মান্নন মথুরবাদস্থ চংথখি। ভারতবর্ষগী শকম ওইনা চংথরকইবা থৌবাং অমুদা মরু ওইনা ময়েক লানা থম্বদি বুধনা খোংনাং মখোঙদা পদ্ম আশন্দা ( Padma asana ) যোগী অমগী তৌবা হৌনবা ধ্যান (meditation) তৌব মুর্ত্তি অমুদা পুম্নমকী পুক্কিং চিংশনবা হোংনৈ। মহুগী রা অচেংপা অম্মাগী ওইবা ধ্যান তৌবা হোংনবা থৌরম্বু "দির্ঘ তপসি" (Dirgha tapasi) তাকপীববু শিষে অনুসাৰতি ( Sise anusaati ) অস্নুম্না থনমই।

অস্না অমসুং কুশনাগী মতুংদা ঐখোয়না গুপ্ত চহি হায়না খনৈ। হায়রিবা গুপ্তগী থৌশিলনা লৈবাক পুবা মতম (Empiri) অসিদা মখল মখা কয়াগী থৌশিল য়াম্না নিংথিনা চাউখৎলমই। রাজনিতি অর্থনিতি অমসুং মহৈমশিং তম্বগী অমুগা ধর্ম্মগী ওইবা থৌরাং কয়া শন্দোকলমই অমুগা মহুবু হিন্দুইজম ওইনা চংথরমই।

মহাভারতকী মতমদা মথল মথা কয়া তৌরম্বা থেন্ন থেন্নবা য়াথলগী স্থূল শেমলমই। মহাভারতনা য়ুক্তম ওইরগা মথল-মথা কয়াগী থৌরাংনা অপুনবা পাঙ্গল শেমনবা রাজনীতিগী খেন্নবা ধর্ম্মগী খেন্নবা লোলগী খেন্নবা যাতি খেন্নবা পুমনমক অমত্তা ওইনবা হোংনবা থৌরাং সঙ্ঘ ( Sangh ) মরেকলানা লৈরমই। গুপ্তগী মতম অসি সমুদ্র গুপ্ত অসি কবিরাজগী যুববাজনি ( Kaviraja ) মতম অদুদা মহৈ মশিং পুমনমক ভারতকী ওইনা মনিং মথা তমনা থাদোক্লমই মরম অদুদগী মপালগী কাংবুনা লাইনা চংশিল্লকপা ওমথি। অদুগা নোংপোকলোমদা ইন্দোনেসিযা ফাউবা ঈশিং লয়ীদা শন্দোকলমই।

মতম অদুদা য়ুম যুমগী ওহবা মহৈ মশিং অমস্যং জ্ঞানগী মাইকৈদা লাহুসিংগী লাইশোন খেন্নবা কয়া চংলমই। মদুদি বিষ্ণু ( Vishnu ) নত্রগা কৃষ্ণ ( Krishna ) শিব ( Siva ) শক্তি ( Sakti ) বুধ ( Buddha ) অস্যমনা তোঙান তোঙানা গুপ্ত নিংথৌনা চংক্নলমই। অদুগা মশামক বৈষ্ণব ( Vaishnava ) অমনি। অদুগা মদুবু পরম ভাগবত ( Parama Bhagavata ) অস্যমনা কৌরমই। মরম অদুনা পুমনমক অদুগী লাই অমস্যং লাইশং য়ামনা য়ামথোক্লমই। অদুগা ঝান্সিগী লাইশংদা মহাদেববু যোগি অমা ওইনা লৈরম্বা ফংই। অদুগা উদয়গিরিগী লাইশংদা ( 401 AD ) মুঙ অমস্যং উঁদা হকুনা থনম্বা কয়াগী মদুংদা বিষ্ণু বরাহ, ইমা গঙ্গা মথক্তা মকর, যমুনা, অদুগী মথক্তা কংশ্চপা অদুগা মদুগী মনাকনকপা, পথারিগী লাইশংদা অচৌবা শ্রীবৃক্ষগী মওংদা লৈরমই।

শিবনা জগোর শাবগী মওংনা লৈতেংবা দুর্গাগী লাইশং আইহোল হাইনা খঙনবা অহু (5th century A.D.) কংই। অহুগা শৈবা লাইশংনা কুহা ১ (I cave) বৈষ্ণব লাইশংদা কুহা ২ (II cave) অহুগা জৈনগী লাইশংদা কুহা ৩ (III cave) অমসুং কুহা ৪ (IV) দা কংই। তোঙাল্লা পুল্লপ্ লৈবগী মফমদা নিঙশিং খুদমদা কাংলুপ অহুম থোল্লা থাইদোকই মহুদি :— ১। দেকান্দা আজন্টা ইলোরা, ২। বদামিগা লোইন্না লাইশং আই হোলদা, ৩। মামাল্লাপুরম মাদ্রাজদা অসুম্না কাংলুপ অহুম লৈ। পুমনমক অসি গুপ্তগী মতম ওাক্তনি অহুগা মতম অহুদা কৈলাস চীংদোনগী মথক্তা শিব দুর্গাগী মুর্তিসিং হকুনা থনমই। অহুগা দেবী কয়াগী গঙ্গা, যমুনা, সরস্বতি, অসিগী কয়া য়াউনা হকুনা শেমশারমই।

গুপ্তগী মতমদা ফুঙদা অমসুং উদা হন্দুনা শাবা খুংশেমগী থৌবাং পুম্নমক্না ভারতবর্ষগী থৌবম পুম্নমক মযেক শেংনা উৎলমই। মহুনা খঙহনবদা পৃথিবীগী মফমদা মীওইবগী শেমগৎ শাগৎপগী থৌবাং অমসুং তত্ত্ব জ্ঞান পুমনমক ভারতবর্ষনা হাল্লি, হাঙ্গবা শেংনা উৎলমই।

গুপ্তগী মতমদা য়েকখোৎপগী থবক্তা চাউখৎলম্বগী খুদম কয়া কংই। মৈধ্য প্রদেশকী সর্গুজা ষ্টেতকী মফমদা রামগর চীংদা যোগীমারা হাঙ্গবা কুহা অহুদা খ্রাইদগী লিবা য়েকখোৎপা হাঙ্গবদি মচু কয়ানা য়েকপগী খুদম কয়া লৈরি। হাঙ্গরিবা অহু খৃষ্টগী সেঞ্চুরি অনিদগি।

পীরিবা খুদম কয়া অসি অরিবা ইতিহাসকী মফমদা লৈবা খুদম-শিংদগী শকক ৪-৫ দনি। ঐখোয়না কাউদনা মতম পুমনমক্তা ভারতবর্ষনা

মতনা পুমনমক হৌকম অমস্তুং মতুগী থৌশিলগী মপু অমনি হাইবসি জাতিগী অচেৎপা পাঙ্গল ওইনা থমগনৌবনি।

আলেকজেন্দরনা শান্দারকপা মতমদা ভারবর্ষগী নিংথৌ শোফিরেৎ ( Sans Santhuti ) না পঞ্জাব লৈবাক ভাকপা মতমদা লৈরম্বা শেলগী মওংদি খাংটুপীগা কোক্তা গ্রীক্তী মতৌগুমনা তৌরম্মী, অদুগা অতোপ্পা নাকলদা উচেক লাবা য়েকই। গ্রীক্তী মতমদা বির্দিসা "বেস-নগর" ( Besnagar ) হাইবা অসিদা যুদ্ধী অমা শেমলম্মী মতুদা বাসুদেবগী ইচুনা "দেব দেব" ( Devadeva ) হাইনা লৈরম্মী। হাইরিবা মতমসিদা লৈবাক্তী ঈ-পাউ লৌবা (Ambassado-) হেলি-ওদরসানি। অদুগা মতম অদুদা শ্রীমদ্ভাগতপু য়ামনা খাজবগী খুদম লৈবমম্মী। অতুগা হাইরিবা য়ুদ্ধী অতুবু "গারুদা ধজ" ( Garuda-Dhaja ) কৌবমম্মী মতু শ্রীবিষ্ণুগী শাদোং ওইনা য়েকলম্মী।

গুপ্তগী মতমদা লৈরম্বা শেলগী ময়েক্কা য়াম্বা হেন্নদি মওং ফবা হেন্নি মতু নিংথৌরেল সমুদ্রগুপ্তগী মতমনি। মরমদি কোক্তী ফিজোল নত্রগা লৈতেং পুমনমক ভারতবর্ষগী মশাগী ওইজবা মওং তৌরম্মী অতুগা কৈজোম শেংলম্মী। অতুগা মখল ৪ (মবি) অমনা য়ামনা তশেং তশেংনা (১) লক্ষ্মী দেবীগা কোয়না থম্বাল য়েকই (২) নোংশানা শাদোং ওইবা দুর্গা য়েকই, (৩) গঙ্গা অমস্তুং ভা কিহোম য়েকই, (৪) বীনা পায়বা সরস্বতী য়েকলমী। অমস্তুং ভারতবর্ষগী অশেংবা অরাংবা থাক্তী থৌবশু ময়েকলানা উৎলম্মী। অতুগা শ্রীবিষ্ণু

অনন্তং লম্বীনা গরুড় তোংবা মুর্ত্তিবুস্থ কজনা থনম্মী, গুপ্ত নিংথৌদি অশেংবা বৈষ্ণবনি। চন্দ্রগুপ্তগী শেন ময়েক্তা নোংশাবু সূর্য্যগী শাদোং ওইবা অসি শেংনা উৎলম্মী।

---

১১ শুবা শক্তম

## "ভারতবর্ষগী ধাতুনা শাবা শেল ময়েক"

ভারতবর্ষদা খোংদগী থোকপা ধাতুনা শাবা শেল হায়রবদি "পৈশা" মতম অমুদা চৎনরম্বগী মওংদি মওং অহুম থোক্না চৎনরমই। অহানবদা খুন্থু অন্থু খবা শেংদোক্লগা মশা অমুদা ময়েক নম্বা খোংপা তৌদনা ইচম চমনা মহুবু পীবা ওম্বা অমনা ওাক্লগা চৎনবমই। মতুংদা মখল মখা কয়াগী মশক শেমহুনা মহুদা ময়েক কয়া য়ৈহুনা শেমলগা মহুগী অরুম্বা চাংস্থ অকক্লবা থমলগা অকোইবা মপাক ওইনা শেলমগা মহুদা লাইরিক ময়েক্লা শেল অহু কয়ানো হাঈবা খওনবা য়ৈহুনা ময়েক উহল্লি। হাঈব্রিবা শেল অহুগী মওংদি চুথেক মরি নাইবা নত্রগা মরাক মমুং নাইবা মওংদা শেমলমই। অহুগা শেল অহুগী মমাই অতোপ্পা অমরোমদা মকম অহুগী হৌরককমগী খুদম হাপই।

হাঙ্গৈরিবা শেল অসিগী মওং অসি খৃষ্টগী মমাং সেঞ্চুরি মরিদা ( C. 4. B C. ) ফংই।

বুধাগী অইবা কয়াদগী ফংবা ভারতবর্ষগী য়ামনা ওয়া শিজিন্নরম্বা শেলগী থৌওংদা খঙনরম্বা লোন্দি "কহাপনা" (Kahapana)—কর্শাপানা (Karshpana) অহুগা মতম অহুদা সনাগী শেল লৈরম্বগী ফংই, মহুবু "নিখা" (Nikkha) "সুবনা" (Suvanna) অহুগা খবনা কোরিনা নত্রগা য়ান্নবা থাবুনা শাবা অহুনা "কামস" (Kamsa) "পাদা" (Pada) "মসাকা" (Masaka) অমসুং "কাকানিকা" (kakanika) মসি বেদিক মতমগী থবক ওাক্তনি। বৃহাদারন্যাকা উপনিষদকী মসুংদা শেংনা হৈরম্বা নিংথৌ জনকা যজ্ঞবলক্যাদা নিংথৌগী মনা পীবদা পাদা মঙাগী সনানা ষনবী (১০০০) লিশিং অনিগী মচিদা য়োমলগা ফংগী হায়না লৈবমই। অহুগা অমুকসু "বিনায়া" (III -45)"না ইহুনা ফোংদোক্লমই। মহুদি নিংথৌ ভিমবিসারা অমসুং আজাৎসত্রুগী মতমদা পাদা অমগা মসাকা ৫ (মঙা) গা মান্নে, অহুগা নিক্ষা হাইরগা বেদগী মতমদা লৈবম্বা সনাগী শেলবু খঙনরমই। অহুমওবা মওংগী শেলদি চাং নাইনা সনা, লুপা, মিশি অমসুং য়ান্নবা থাবু কয়াগী মওংদা ময়েক য়েন্নবা শারগা শিজিন্নবমই।

মহুগী মতুংদা খৃষ্টগী মমাং সেঞ্চুরি ৫ (মঙা) দা পার্শিয়ানগী শেল লাকপা হৌখি, মহুগা লোইননা সনা কয়াসু পুরকখি। সনা অহুবু "ডারিক" (dlaric) হাঙ্গৈনা খঙৈ। অহুগা অহোংবা লুপাগী শেল অহুবু "সিগ্লোয়" ( Siglooi ) হাঙ্গৈনা খঙৈ। মহুগা সংগা নিংথৌ শাগৈগী মতমদা শিজিন্নরম্বা কোরিনা শাবা কোইরপ কোইবা মপাঙা

মমাই অমদা থম্বাল অদুগী মমাই অমদা ব্রহ্মাগী ময়েক ইমরই। অদুগা থাইনগী অরিবা পৈশা নত্রগা শেলগী ময়েক্তা বুধগী অশেংবা লাইশং উৎপা মসি খুদম অমনি। অদুগা অনিশুবদা ব্রহ্মাগী ময়েক অহুমশুবদা পুজাগীদমক্তা লেপ্তুনা লৈবা। অদুগা মরিশুবদা নন্দিপদ (Nandi-pada) হায়না শিবগী কাউগী ময়েক য়াওই।

---

১২ শুবা শরুক

## ভারতবর্ষগী মহৈ তম্ফমশং খ্বাইদগী যাংবা "নলন্দা বিশ্ববিদ্যালয়"

ভারতবর্ষগী মনুংদা লৈবা নলন্দা বিশ্ববিদ্যালয় (University of Nalanda) অসিনা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা অমাংবা য়াখলগী তমফইশং ওইরম্মী। মফম অসিদা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তগী লাক্লুনা মহৈ তমলম্মী। অদুগা মতম অদুদা "মহাবিহারা" হায়না খংনরম্মী; অদুগা মহৈ তমফম মচা মচাবু "বিহারা" হায়না খঙনরম্মী। হায়রিবা মহাবিহারা অসিদা মথক পুম্নমক্কী অমাংবা জ্ঞান অমসুং তত্ত্ব (advance knowledge study and research) তম্ফম ওইরম্মী মরম অদুনা মীয়ৈবাক্তগী য়াম্না লাক্লুনা তমলম্মী, মদুগী মনুংদা খর কোরিয়া, মঙ্গোলিয়া, জপান, চীনা, টুখারা, তিবত অমসুং সিংহল অসিনচিংবা, মফম অসি এসিয়াগী মহৈ তম্বগী ময়োল

ওইরম্মী। মতম অদুদা চীনাগী খ্বাইদগী মহৈ হৈরবা অমি য়ুরান-চুরাং, আইশিং মখোই অনিমা চহি মতা নলন্দা মহাবিহারাদা তমদুনা লৈবম্মী। ( 635-640 A. D. ) অদুগা 675 A.D দগী চহি তরা অমসু লৈরিখি। মতম অদুদা মহাবিহারা ( Univercity ) অসিদা ছাত্র ৮,৫০০ তমলম্মী, অদুগা মদুগী তম্বীনবা ওঝা ১,৫১০ লৈবম্মী অদুগা মশা চুসেট হাঙবা খুংশাগী খবক্তা ( Technology ) তম্মবা লৈরম্মী মফম অদুদা ছাত্র ৪৪৭৪ লৈবম্মী মদুবু তম্বীবা ওঝা ১,১৭৪ লৈরম্মী। মতম অদুদা অরাংবা থাক্কী মহৈ তবা নলন্দাদা চংবগী থৌরমদা য়াম্না চেকশিন্না তৌবম্মী, মদুদি অখন্নবা মীপুন ( Specialist Board ) অমা থমলম্মী মদুবু দ্বারা পণ্ডিতা ( Gate-keeper ) হাঙনা খঙনৈ। মরম অদুনা চীনাগী য়ুরান চুরাং হাঙবা অসি তবাগী মতুংদা খনবনি। অসুম্না খঙবা য়াই চাগী তিংদা ২০ দমক পাশ তৌগনা চংবা য়াই ৮০ না ফেল ওই; মতম অ দা য়াম্না লুনা লৈবম্মী।

মথক্তা হাঙখ্রিবা নলন্দা মহাবিহারা ( Univercity ) অসিদা তম্বা মরুওইবা থৌবনদি : ১) ব্যাকরণ "সব্দাবিদ্যা" ( Science of Sounds and word ), (২) "সিলপস্থানবিদ্যা" ( Arts and crafts ), (৩) চিকিৎসা বিদ্যা ( Science of Medicine ), (৪) হেতু বিদ্যা ( Logic ), (৫) অধ্যাত্ম বিদ্যা ( Philosophy ) অসিনা মপুং ওইরগা [illegible]। বগী থৌবাং কয়া [illegible] লৈ। মফম অসিদা তম্বা ছাত্র মীরৈবাক্কী অয়া মশা মশাগী [illegible] লৈরম্মা অদু ভারতবর্ষগী অর্থ লৈবা মিংথোনবু য়াম্না শাফলম্মী মদুনা মরম ওইদুনা

মসিং হোংহুনা কৌনরম্মী। থুদম থম হুয়েন চাউ হাঙ্গৈবা মিং অসি তোক্লগা "প্রকাশমতি" কৌরম্মী অদুগা অমনা টাউ হি হাঙ্গৈনা কৌরম্বা অদুনা "শ্রীদেব" হায়না কৌখি। য়ুৱাংচুৱাংগী মতম অসি শিলভদ্র যুবরাজগী মতমনি অদুগা মতম অদুদগী পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা যোগী থৌরম পাকথোকখি। মহাবিহারা অসিগী মফম অসি য়াম্না চাউই মফম অদুদা মীশিং ১৫,০০০ লৈফম লৈরম্মী অদুগা লম্বোইবগী লাইশং ( আশ্রম ) ৭ ( তরেৎ ) অমসু লৈরম্মী অদুগা অচৌবা মীতিনগী মফম ৮ ( নিপাল ) অমসু থনম্মী মথক মখা মরোল কয়াদা কা য়াম্না লৈরম্মী। মতম অদুদা ওইরম্বা যিজোলগী লৈতেংদি হকচাংগী মথক কোকলোম থংবা শকক্তা অহুম থোক্লা খায়দোকই, মদু তুশিল্লমদে মহুনা হকচাং পুম্বা চোক্লা কুপশিল্লম্মী। অদুগা ফৈজোম নীংথিনা শেংলগা ইল্লিবা নত্রগা য়োমশিল্লীবা অদুগী মথক্তা পমশা গুম্বা অমা য়েংলি। অদুগা লশিংদগী নাইতুনা শাবা লংনা য়ুম যুমদা থুংনা শাবা ফি শেংপা, হাঙ্গৈবদি তমলিবা মহৈ অদুনা য়ুমফম ওইহুনা লম্বোইবগী তৌদবা য়াত্রবা অমা ওইনা লৈরম্মী।

নলন্দা মহাবিদ্যাবা ( University ) অসিদা থুংশা-হৈশিংবগী থবক্তা য়াম্না অরাংবা থাকী ওইরম্মী। মতম অদুদা মুংডৌদা হকুনা শাবা মখল মহুগা ধাতু মখল কয়াদা হন্দুনা নত্রগা হৈহুনা শাবা মহুনা ধর্ম্মগী, জাতিগী, লৈবাকী, মীওইবগী, লাইশিংগী মসুম্না মখল মখা কয়াগী শেমগৎ শাগৎপদা অশুকী মতিক জানপিরম্মী। নলন্দাগী থৌরম্না শেংনা উৎলম্মী মহুদি:— লাই মুপী হারিত, তারা, প্রজ্ঞানাপরাসিত অদুগা তান্ত্রিকী লাইশিংগী ময়েক এ্যালক্যাবিজয়া,

হেরুকা, মরিচি, ব্রজপানি, অদুগা বোধিগী মওং মওং অদুগা ব্রহ্মীগী লাইশিং বিষ্ণু, শিব, গনেশ, সূর্য্য, দুর্গা, অসি শেংবা উত্তুনা থনম্মী। ধাতুগী মরাল (Bronzes) শিংগী মওং কয়া শেমহনা শা-খোংপগী থবক্তা অমুক্কী মতিক রাংবা জ্ঞান লৈবম্মী হায়বসি পৃথিবীগী অখণ্ড অহে কয়ানা লেপ্পপ্রবনি।

---

## ১৩ শুবা শক্তম

## ( ভারতনা ৪ শুবা এঃ ডিঃ ফাওবদা পাকথোক চাউথোকলম্বা )

সমুদ্রগুপ্তগী মতমদা ৪ শুবা সেঞ্চুরিদা ভারতবষনা পাকথোক চাউথোকলম্বা মদুগী মতমদা শেমগৎ শাগৎপগী থৌরাং কয়াসু চাং নাইনা শন্দোকখি। মতম অদুদা তৌরম্বা থৌরাংদি নখা পোনবা লৈবাক কয়া এশিযাগী মনুংদা চাং নাইনা শন্দোকপা, মদুগা লোয়িননা লৈবাকশিং অদুদা মহে মশিং তম্বগী থৌরাং লৌউ শিংউবগী থৌবাং, ধর্ম্মগী মবমদা নৈনফম, আশ্রম থম্বা, সংস্কৃতলোনগী থৌবাং, লিংশিং খুদম থম্নবা থৌবাং,, মযেক অইবা নত্রগা অহকপা কয়া থম্বগী থৌরাং পুম্নমক অসি ভারতবর্ষগী অশেংবা মওংদা থম্নবা হোৎনবম্মী। থৌরাং মরাম অসিনা মরম ওইদুনা মতম অদুদা ( ভারত এসিয়া ) মহৈমশিং

হৈবশিংনা অচৌবা ভারত ( Greater India ) অদুগা সংস্কৃতগী মন্নুংদা পুরান কয়ানা দ্বিপান্তর ভারত" ( Dvepantara Bharata) অগুম্না কোরম্মী। অদুগা ভারতবর্ষগী মখাদা লৈবা লৈবাক কয়াগী মন্নুংদা মরুওইবা মকমদি এসিয়াগী মন্নুংদা (১) আফগানিস্থান, (২) কোরিয়া (৩) মঙ্গোলিয়া, (৪) বর্ম্মা, (৫) চীনা, (৬) চম্পা (৭) কম্বোদিয়া (৮) থাইলেন (৯) জপান (১০) মালয়া পেনিনমুলা (১১) ইন্দোনেসিয়া অদুগা মসিগুম্না দ্বিপ য়ামদ্রবদা ৩,০০০ লিশিং- অদুমনি মদুগী মন্নুংদা জাভা, সুমত্রা, বোরনিয় অমসুং বালি অসিনি। মথক্তা হায়রিবা মকমশিং অসিদা মতম অদুদা ভারতগী শেংলবা পৃথিবীগী মন্নুংদা খ্বাইদগী লিরবা ঈশ্বরনা শেম্বীবা সংস্কৃত লোনগী মরমদা পাকথোক চাউথোক্না মকম মকম অদুগী মীশিংনা য়াম্না অপাম্বগী থৌরম ওইনা লৈনরম্মী। লোল অদুদগী মশা মশাগী লোন্দা হন্দোক্নুনা থৌরাং পুম্নমক্কী থৌরম পাঙ্গৈহনা মীওইবগী পুন্সিবু য়াম্না অচুম্বা লম্বীদা পুরম্মী। মসি পুম্নমক ময়েক লানা হৌজিক্কী অদোবা যুগ অসিদা মহাভারত পুরানবু লৈনরগা লাইনা খংবা ঙম্মী। ( M. BH. XV, V. 13 ) মসিগী মন্নুংদা মীরৈবাক্কী মী (Forign People ) শিংনা বেদগী ইরাৎ পূজা অমসুং থৌরম য়াম্না শেংনা তৌরম্মী মদুগী মন্নুংদা খরদি "যবনা" ( Yavanes ; কিরাতা (Kiratas ), গন্ধরা ( Gandharas ), তুশারা ( Tusharas ) অমসুং পহ্লাবস (Pahlavas) অসিনি। মখোইশিং অসি আরিয়ান নিংথৌ লৈবাক্তা লৈবা ভাক্তনি মতম অদুগী থৌরাংদা শেমলম্বা বুধগী মূর্ত্তি অচৌ অচৌবা কয়া নুং মতুম "চীংহুম" কয়াদা হক্তুনা

থনম্মী মহুগী চাউবা ফুট ১২৫ অমস্তুং ১৭৫ রাংবা চীংঙ্গুমদা করুনা শেমলম্মী।

অরিবা ইতিহাসকী মতুংদা মহৌশাগী ওইবা হোংনহুনা মহৈমশিং চাউখংহনবগী থৌরম (cultural) দা চীনা অমস্তুং ভারত অনিগী লৈনবা মরি অসি সেঞ্চুরি কয়াদগী মথং মথং চংথরকপা অহুগা লোইননা বুদ্ধগী থৌরাং মখাদা মখল মখা কয়াগী থৌরম তৌরম্মী হায়না ডাক্তর এফ ডব্লিউ থোমসনা ময়েক শেংনা ইরম্মী। অহুম শুবা সেঞ্চুরিদা আশ্রম ১৮০ মহুগী মনুংদা লম্বোইবা ৩৭০০ লিশিং অহুম চাত্রেং চীনাদা লৈরম্মী। ভারত মচা থৌমী ৭৩ গী মনুংদা অর্থ হন্দোক্লবগী মীশক ১৩ গা কোন্ননা অকনবা থৌরাং তৌরম্মী। অহুগা সেঞ্চুরি মরি শুবদদি লাইশং ১৭৬৮ লিশিং অমগা চাত্রং হুস্ফুনিপাল লৈরম্মী অহুগা আর্থ হন্দোক্লবা মীশিং ২৭ না হন্দোক্লুনা আর্থ হন্দোক্লবা থবক ২৬৩ চনিহুন্দ হুমদোইস্থ লৈরম্মী। অহুগা তরুক-শুবা সেঞ্চুরিদদি ভারত মচা লিশিং ৩০০০ চিনাদা খুন্দাহুনা লৈখি।

ভারতনা খা এসিয়াগী মাইকৈদা সমুদ্র লান্দুনা নোংপোকী শরুক য়োনা লল্লোল ইতিকী লম্বী থনম্মী। মতম অহুদা বঙ্গসাগর হৌজিক্কা Bay of Bangol হাঙ্গনা খংনরিবা সমুদ্র অসি লান্দুনা অচোবা হি কয়ানা পুথোক পুশিন তৌরম্মী হাঙ্গরিবা হি অহু মী ৬০০ চাত্তরুক পুবা ওস্বা অচোবা হিনা চংলম্মী।

চামপা (Annam) মফম অসিদা হিন্দুগী অহানবা নিংথৌদি শ্রী মারানি মসি সেঞ্চুরি অনিশুবা এঃ ডিঃ দনি। মহাকী মহুং-শিন্দুনা রায়েল থৌদা তৌবা (Successoh) ভদ্ররমা হাঙ্গবা অহুনা প্রোভিন্স অহুমগী থৌদাং পুরম্মী। হাঙ্গরিবা মফম অহুদি অমবারতি,

বিজয়া, পান্দুরাঙ্গ, অহুদা মহিসুরদা ভদ্রেশ্বর শিবগী লাইশং অমস্থ শারম্মী।

সুমত্রা (Sri-Vijaya) মফম অসিদা হিন্দু কোলোনি অচৌবা অমা ওইরম্মী মবিশুবা সেঞ্চুরিদা ফংবনি। জাভা (Java) মফম অসি-দা হিন্দুগী অমসুং বুধিগী থৌরাং থৌওং ওাক্তা চংলম্মী।

বালি ( Bali ) মফম অসিদা লৈবা মী পুম্নমক্তা হিন্দুগী লাইনিং লাইশোন য়ুম খুদিংদা তৌরম্মী। পূজাগী মাইকৈদা শিবা, গনেশ, ব্রহ্মা পূজা তৌরম্মী অহুগা বরুনগী লাইশং অমস্থ লৈবম্মী।

টিবেত ( Tibet ) মফম অসি ভাবতকী মতুংদা লৈবা যাম্না শেংবা মফম ওইরম্বগী মহাভারত পুরান্দা ফংই। নিংথৌ শাগৈগী ওইনা মগধ, কোসল অমসুং ভৎস হাঙ্গৈনা ফংই। টিবেত অসি সেঞ্চুরি ৬-৭ এঃ ডি-গী মতুংদা নিংথৌ "সোল তানগমপো" হাঙ্গৈবা অহুনা মহাকী মন্ত্রিবু কাশ্মিরদা ব্যাকরন তম্বগীদমক্তা থাবম্মী। মহাকী মহাবানী অনিনা টিবতা বুধগী থৌবাংগীদমক্তা পাউতাক পীরম্মী। মহারাণী অনি অহ্ অমনা চীনানি অহুগা অমনা নেপাল নিঙোম্ন।

মৈধ্যমিকা অমসুং বিজ্ঞানবাদ হাঙ্গৈবা অনি অসিগী দর্শন শাস্ত্র অসি কম্না নৈনরম্মী। অহুগা মৈধ্যমিকা (Madhamika) হাঙ্গৈনা চৎথরকলিবা অহুগী যুমফমদি নাপু মচুগী অপুনবা দলাই লামানা লুচিংবনি। মবম অহুনা টিবেতকী শেমগৎ শাগৎপা থৌরাং পুম্নমক (বুধগী থৌরাং) ভারতবর্ষগী ওাক্তা ফংই। অহুগা টিবেত হাঙ্গৈবা মফম অসিদা ভারতকী অমসুং টিবেতকী লৈনবা মবিদা আত্মা জান্দা য়াম্না রাংনা খংলবা কয়ানা যুক্তম ওইরগা মীওইবগী অরাংবা থৌরাং

কম্না শেমগৎ শাগৎলম্মী। হাঙ্গৈরিবা থৌরাং অমস্থং থৌরম পুন্নমক ভারতবর্ষগী ওইবা বুধগী থৌওং মখাদা ভাকনি।

---

১৪ শুবা শকুম

## ভারতবর্ষগী অপুনবা থৌরাং

থাইনদগী অমত্তা ওইহনা থাইদোকপা ম্রাউদনা পুল্লা লৈরক্লবা ইমা ভারতকী শকুমনি। মসিগী অশেংবা ইমাগী দর্শন কংবা ভমলি, অরাংদা হিমালযগা কোল্লনা কাশ্মির মথাদা কান্তকুমারি (cape Cumari) নোংচুপ্পা দারিকা অমস্থং নোংপোক্তা মণিপুর মসি ঐখোইগী অপুনবা ইমা ভারতকী শকুমনি। অরাংথংবা শরুক্তা হিমালয চীংশাংনা নোংচুপ থুংনা ভাল্লি। অস্তুগা নোংপোকথংবা শরুক্তুহ চীংজাও করানা খা ম্রাং ভাকলি। অতুগা মথা থংবা শকক্তা অমস্থং নোংচুপ্তগী অরাং কৌক্র কাওবা সমদ্রনা কোইশিনলি। হিমালয চীংশাং অসি মাইল ১,৬৯০ শাংই পাকপনা মাইল ৫০ পাকই মকম অসিদা ঈশ্বরগী ওইবা থৌরাং অমস্থ পোংথোক পৃথিবীগী মস্তংদা অমত্তা ভাইরবা মহৌশা লাইরেম্বীগী কোকী শরুকনি। ভারতবর্ষগী অযেকপা (Map) কয়াদা মতমগী মতুংইন্না মীরৈবাকী থৌশিলনা ইম্না ভারতকী শককম্বু মপুংফানা অপুনবা ওইনখিদবনি।

মফম পুম্নমক্কী মীশিংনা যাম্না মনিং মখা তম্না মফম মফম অতুগী থৌবাং পুম্নমক তৌজবমই। অতগা মশা মত্ত ফনবা অমস্থং ধর্ম্ম-কর্ম্মগী মরম মহৈ মশিং তম্বগী থৌবাং য়াম্না নিংথিনা অপুনবা যুম্ফম অমগী মনুংদা লৈমিন্নল্লনা চৎথবকই। অতগা মফম অসিদগী থোকপা পোথোক কযা মীবৈবাক্তা য়োন্নম্মী মতুনা অচৌবা শেলগী থৌয়াং ওইরম্মী। ভারতবর্ষগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা নিংথৌ পান্দুনা মশা মশাগী লৈবাক ঙাকচবগী নিযম কয়া লৈবম্মী, মতুগী মনুংদা খব খন্ন খেন্নবা উববস্থ অপুনবা দর্শনশাস্ত্রনি হাযবগী শক্তমদি মাংহন্দে। মফম অসিগী খেন্নবা লোলদি ১৮০ নি, অতগা মতুগী মনুংদা খেন্নবা মযেক ৫৪৬ লৈবম্মী। অসুম্না লৈরম্না লে'লশিং অসিগী মনুংদা খবদি মশা মশাগী অইবা লাইবিক কযা মপুংফানা ফ'ত্রিবনা ১৬ (তরা-তরুক) ছম্তরি। ভারতকী মখা থংবা শরুক্তা লৈবা লোলদি টামিল, টেলেগু, কানাবিজ অমস্থং মালয়ালম অসিনি। অতুগা অরাং ভারতকী মনুংদা লৈবনা হিন্দি গুজরাতি, মারাথি বেঙ্গলি, উড়িষা, আসামী অতগা মাসিদগী অপিক অপিকপা মফমগী ওইনা মণিপুর ত্রিপুরা মফম অনিসিগী লোল ( Dialect ) তোঙানবনি। অদগা চীংমী-শিংগী কয়া অমস্থ খেন্ন খেন্নবা লৈবি। অতগা অচৌবা লৈবাকী ওইনা অষ্ট্রিক অমস্থং টিবেটো চাইনিজ লৈবি। অসুম্ন লৈবা লোল পুম্নমক অসি ভারত ইমাগী শেংলবা লোল সংস্কৃত হায়বা অসিগী মশা ঙাক্তনি। মতাং অসিদা ঐখোয়না খংই, মতুদি 'মোনিয়ার উইলিযম ( Hinduism P 18 ) না মযেক শেংনা ইবম্বদা ভারত-বর্ষদা লোল ৫০০ (চা মঙা) না ঙাংমৈ। তৌইগুম্বস্থং মাতুগী মনুংদা

অযাম্বনা অরোম্বা হায়বদি লেংদবা লোলদি অমত্তা ওইনা লৈ। মতুনা পুন্নমক্কী হৌফম ওইনা লৈ। হিন্দুগী মক ওইবা লাইরিক পুন্নমক সংস্কৃততা লোইনা ইরমই। বেদগী জ্ঞান কয়া নৈনবগী অচৌ অচৌবা পুরাণ অমসুং দর্শনশাস্ত্রগী মশা কয়াসু সংস্কৃততা শাক্তা ইরমই। মথম অতুনা মথক্তা হায়খিবা লোল মখলগী পিথ্রিবা মশিং অত্র পুন্নমক সংস্কৃতনা যুম্ফমনি হায়না খুদম কম্বাগা কোম্লনা ইবমই।

ভারতবর্ষগী অমত্তা ওইবা খুদমগী মনুংদা ইপা-ইপুগী অপুন্‌বা থৌবাংগী মখাদা চাউখৎ থৌরাং কয়ানা মুক্ষম ওহতুনা পুন্সি লেনবগী মরম কয়া পীখ্রে অতুগীসু মখক্তা মরু ওইনা মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা অবেপ্পা চংনবী ওহনা লৈরিবা হজাতিগী ওইনা ইমা ভারতকা চবন্দা অওম্বা ফংপা হায়বসি লেংদ্রবা অপুনবা ধর্ম্মগী যুম্ফমনি। ঐখোয়গী লাইশোল খুদিংগী ইমা ভারতপু মিংনা উজবা ওম্বা লাহগী ওইবা শক্তম ইমাবু পূজা তৌই। অতুগা ঐখোয়না ইমাগী অপুনবা হুকচাংগী মনুংদা লৈবা তীর্থ কযাবু অমুক্তং য়েংতুনা মিং মক্কা উজবা অমসুং মফম অতুদা অওম্বা খবদং খচবা হায়বা রাখল অসি হিন্দু পুন্নমক্কী থম্মোইদা নিংতুনা তাতুনা লৈরিবনি।

গঙ্গা, যমুনা, গোদাবরী সরস্বতী, নর্মদা, সিন্ধু, কাবেরী হায়না ইমাগী হুকচাংদা চেল্লিবা ঈরম তরেং অসি মহা মহা অম্রতনি। স্বর্গগী মন্দাকিনীগী শক্তমনি, হায়না মত্র ওইনা মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা খৌবাংনা পাম্নবিবনি। অতুগা হিন্দুগী অপুনবা লাইনিং লাইশোলগী মক ওইবা মফমশিংনা "অযোধ্যা, মথুরা, হরিদ্বার, কাশী, কাঞ্চি, অবন্তী, দ্বারকা" অসিনি। হায়খ্রিবা মফমশিং অসিদা হিন্দু

নত্তনা মীয়ৈবাক্তগী লাকুনা মফম অসিদগী অশেংবা মহা অমৃতনা মীওইবগী পাপ পুম্নমক কোক্তুমা ঈশ্বরগী মনাক্তা শোইদনা য়ৌবা ঙমই হায়বসি মশা মশানা চপ চানা খাজত্নুনা ইবম্বা কয়া মনীং লাকওমদনা লৈ। মহুগী মমুংদা "মেক্স মুলাব" অমস্তুং ভারত্তা ইহান হান্না থাবকপা বৃটিশকী "কেদেৎ সার ষ্টুৱার্ড" মখোয় অনি অসি য়াম্না থেংলবা খৃষ্টগী থৌরা'না য়াম্না কনখৎলক্লবা মতমদনি। তৌইগুম্বস্তুং মখোযনা ভাবততা লাকপগা হিন্দুগী শেংলবা ঈশ্ববগী ওহবা থৌবম পুম্নমক অয়াম্বা অচেৎপা অমা ওইনা খুদমগা কোম্না ইবমই। মহুগী প্রমাণদি মশাগী পুন্সি লোইরমদাইদা হিন্দুধর্ম্মবু পাম্বগী অহবা ওইনা বৃটিশ বাজাদা ইরমই।

ভাবতবর্ষগী লাইনিং লাইশোল কবা মওং খেন্নরবস্তু য়ুম্ফমদি অপুন্বা অমত্তনি, হায়বসি লেংবা য়াত্রবা য়াফমনি। মবমদি মখোয়না "বিরাট দেবনু" নত্রগা বিরাট পুরুষ ( Virat deba or virat purusa ) হাযত্নুনা অপুংবা বিশ্বগী শক্তমবু থম্মোয়দা থম্লগা মখল মখাগী শক্তম ওহদা মহৌশ।গা কোম্নমা পূজা তৌই। ভবতকী মফম পুম্নমক্তা বেদগী মন্ত্র অভম অচম্বা মচিন্দা পুহনা য়ুম খুদিংগী লাইনিং লাইশোল তৌযমই, হৌজিকস্তু লেপ্তনা তৌরি। অহুগা মাহুগী থৌরাংদগী চাং নাইনা মহৈ মশিং ভম্বা অমস্তুং মহৈ মশিং অহুগী মরু ওইনা বাষ্ট্রধর্ম্ম, জাতিধর্ম্ম অমস্তুং রাজনীতি অসি পুম্নমক অপুম্বা যুম্ফম অমগী মখাদা চথরমই।

বেদগী মরু ওইবা রাহৈ খরগী খুদমদি বাজপেয়—Vajpeya রাজসূয়—Rajsuya, অশ্বমেধ—Aswamedha, অমস্তুং ইন্দ্রগী

মহাভিষেক্—Indra Mahavishek অমুম্না লৈরম্বা রাহৈগী ময়ম অসি নিংথৌশিংগী পুন্সিদা পৃথিবীগী অপুনবা মপু অমা "সার্ব্বভৌম" ( Sarbavouma ) ওইবগী খঙনবা শক্তম ওইনা লৈরম্মই। অমুম্না ভারতকী মথং মথং চথরকপা ইতিহাস পুন্নমকী মতুংদা লামাই করা মাংথ্রবনু নিংথৌরেল চন্দ্রগুপ্ত মাউরিয়া ( I(C) 323—299B C. ) অহুগা নিংথৌরেল অশোক ( 274— 235 B C. ) অনিগী মতমদা থনম্বা খুদম চাংদম কয়াগা লোইননা ভারতবর্ষগী থৌরম পৃথিবীগী মতুংদা হুমিংকুম্না ভান্দুনা লৈববা অনিশুদ্রবা মাংবা লৈরবোইদৌবা হিন্দুশিংগী অশেংবা লমি।

---

## ১৫ শুবা শক্তম

# ভারতবর্ষগী লোল মথল কয়াগী যুম্ফম

ভারতবর্ষগী মথল মখা লোল কয়াগী অপুনবা মাশংগা কোম্ননা মথক্তা পিথ্রবা অহুনা মশা মশাগী লোল ওইহুনা লৈবা যুম্বাল্ পুন্নমকী মতুংদা মরু ওইবা খরদি ইন্দু আরিয়ান, দ্রাবিডিয়ান, আউ-ষ্ট্রিক, টিবেটো, চাইনিজ মফমশিং অসিদা ভারতকী লোলশিং অসি শিজিন্নৈ। অহুপা ভারতকী লোলশিং অহুগী মতুংদা কয়া হিংহুনা হায়রবদি মাংদনা চংনহুনা লৈবিবগে হায়না থিজিনবা কাংবু ( Lingu-stic servey of India ) না থিগৎপা মতুংইন্না লোল ১১৬

ভাংবগী মনুংদা ভারতমচাদি চাগী হিংদা অমত্তমক লৈরম্মী।' অদুগা চীংমীশিংগী লোলনা আষ্ট্রিক অমসুং টিবেটো-চাইনিজগী লোলদগী অতুম খোকপনি অদুনা আষ্ট্রিক লোলবু মুন্দা হায়না খংনৈ। অদুনা মহৈ মশিংগা কোয়না তম্বদা শিজিন্নবা লোল ১৫ নি। মহু আরি-য়ান অমসুং দ্রাবিড়িয়ান অনিগী মনুংদনি। অদুগা দ্রাবিদিয়ান কাংবুগী মনুংদা মরিদং খোক্না খায়দোকই মহুদি—টামিল, টেলেগু, কানারিজ, মালায়ালম অসিনি। অদুগা আরিয়ান অমসুং ইন্দু আরিযান অনি অসি আরিযানগী অশেংবা লোলনি অদুগা মহুগী মনুংদা অইবা কযানা হিন্দি, গুজরাতি, মারাথি, বেঙ্গোলি অমসুং উরিয়া আসামী অসিনি।

ভারাতবর্ষগী য়াম্না ওন্না শিজিন্নরম্বা লোলগী অশেংবা সংস্কৃতনা অপুনবগী যুক্ষম ওইরম্মী মনুদগী শন্দোকথিবনি হাঙ্গবসি ইতিহাসনা সাক্ষীনি। সংস্কৃতনা যুক্ষম ওইবগা মকম মফমগী ওইনা খের খেন্নবা লোনবা লোল (Dialect) অসিগী মকওইবা খুদমদি বৈদিক সংস্কৃত হাঙ্গনা অনি পুন্না হিংহুনা লৈবিবা অসিনি। অদুগা নিংথৌবেল অশোকী মতমদা লৈবাকী থৌশিল কাংবুগী ওইবা (Official) অইবা কয়াদা চংনবি লোল ওইনা সংস্কৃতকী মখেক শেংনা ইদিকী মনুংদা লৈরম্মী। অদুগা ৩০০ এঃ দিঃ (300 A.D) গী মতুংদা জৈনগী অমসুং বুধগী ওইবা প্রাক্রিত হাঙ্গবা অহু নিংশিং খুদম কয়াদা অমসুং য়ানচে কয়াদা ইনদবা হাঙ্গবদি শিজিন্নদবা হৌথি। ভারতবর্ষদা সংস্কৃতপু য়াম্না মগুণ লৈনা শিজিন্নবা হৌবা ভারতবর্ষগী চপা ইপুগী লোল ওইনা মতম শাংনা শিজিন্নরক্রবা সংস্কৃত হাঙ্গবা অসি খ্বাইদগী হেন্না শেংলবা অমত্তা ওইবা লোলনি। মীওইবগী থৌরাং কয়াগী

অইবা কয়াদা লৈরম্বা পুন্নমক খংবা ওন্নবা হোৎনহুনা বেদগী থৌরাং কয়াবু শন্দোক্না নৈনরম্বা অচৌবা লাইরিক কয়াবু পাবা অমসুং ইবা থৌরম্না মীওইবগী পুন্সিদা অন্নাংবা থাক্কী মহৈ হৈবা পুন্সি ওইরম্মী। মতম অদুদা শেংনা খংলম্মী মহুদি রাখল "জ্ঞান" পুন্নমক্কী পাম্বীগী মরাদি ঋক বেদনা অশেংবা মকনি হাঙ্গৈবা খংনা নৈনরম্মী। মীওইবগী য়ুম্বাল কৈবাল অমসুং মহৈ মশিং পুন্নমক্কী তোঙান তোঙানবা রাখলগী মশা কয়ামুক অরোইবা থাক ফাউবা উবা ওন্নবা রাখল পিবা ওম্বনি।

ঋক বেদগী মন্নুংদা মন্ত্র য়াওবিবা পুন্নমক্কী মন্নুংদা খুাইদগী মরু ওইবা অহানবা চংম্নবা যাদ্রবা মন্ত্রদি "গায়ত্রি মন্ত্র" অসিনি। সংসারগী অহানবা ইপাক্তা ইহান হান্না লাই 'ঈশ্বর" মী অমা ওহনা মশক পান্না লৈববু "ধি" (Dhi) হাঙ্গৈবা রাহৈ অসিনা খংহনলি। অতুগা লাইনা করম্না অহানবা শেমগৎখিবা হাঙ্গৈবা অদু বিরাট দেহ (Virat-deha), হাঙ্গৈবা রাহৈ অসিনা অপুনবা সংসারবু খংনহলি। অতুগা মীওইবগী হকচাংগী অপুনবা অতুগা চাংদমহুনা মীওইবগী হকচাং মন্নুংদা মুংশাম্বর হোম্লিবা অসিনা পুন্না রাহৈ অসিনা খংহনলি। অতুগী মতুংদা লাই ঈশ্বরগী থৌরাং লোইহন্নবা মতুংদা লাইগী শক্তমবু মীওইবনা পুথোকই অতুবু ধর্ম্ম (Dharma) হাঙ্গৈবা রাহৈ অসিনা খংহনলি। মতৌ অসুম্না মশাগী পুন্নমক থাদোক্লনা হাঙ্গৈবদি অতেনবা মন্ত্র খর অসিগী রাহৈনা থম্মোয়দা চেৎনা থমহুনা মশাগী মথৌ ওইনা তৌরিবা পুন্নমক ঋক বেদগী মরুওইবা ধর্ম্মবু ফংনবা লাইশোন ওইরি। মতৌ অসুম্না মগুণ লৈরবা লাইমক্কী ওইবা মন্ত্র কয়ানা মপুং ওইহিবা ঋক বেদনি।

সম্প হাঙ্গৈবা রাহৈ অসি ঋক বেদনা নিংখিনা ময়েক শেংনা তাকলম্মী। রাহৈ অসিনা খংহনলি পুন্না অমত্তা ওইবা থৌরাংবু অতুগা মচিন মনাও, মরুপ মপাং, পুন্না মহৈ মশিং তম্ববু "সাখা" (Sakba) হাঙ্গৈনা হংহনলি। অতুগা বেদগী সংস্কৃত ওইনা "বচম লৌকিকিম" (Vacham Loukikim) অম্তুন্না লৈরম্মী। মসিগী মন্থংদা বেদগী লোলশিংনা মমামগী চৎনবী লোল ওইনা বেদিক সংস্কৃত শিজিন্নবা খর খুদোং চাদে মরমদি য়ান্না আর্থ লৈবা রাহৈ মন্ত্র তাক্তা ওইবনা খংবদা য়ান্না রারম্মী মরম অতুনা অশেংবা সংস্কৃত লোলদগী ওইবা রাহৈনা মীওইবগী পুন্সিদা চাবা থৌরাংদা য়াম্না হেন্না খুদোং-চারম্মী। মতুগা কোপ্লনা বেদগী নিয়ম পুন্নমক নৈনরম্মী।

ঋক বেদগী মন্থংদা লৈবা লাইশোন "মন্ত্র" কয়া খনগৎলগা সংহিতা (Sambita) হাঙ্গৈনা "মন্ত্র" ১০১৭ নৈনতুনা চহি কয়া চৎথরকই। বেদিক সংহিতা হাঙ্গৈবা অসিদা অমুকম্তু ঋক বেদগী তুংইনবী ওইনা মথল অহুম থাইদোকই মতুদি :— সাম, যজু, অর্থব, মসি বেদিক সংহিতা হাঙ্গৈনা খংগনি। সামবেদ হাঙ্গৈবা অসিনা ঋক বেদগী মন্ত্র শোনবা নত্রগা লাইশোন শকপা সংহিতানি। যজুবেদ হাঙ্গৈবা অসিনা অককপা চৎনবিগী রাহৈ অশম্বা লাইশোন্না মরম ওইতুনা লাইগী পূজা তৌবগী মরম পুন্নমক্ক ইবা সংহিতানি। অথর্ববেদ হাঙ্গৈবা অসিনা মন্ত্র ১৩১ য়াওবা মতুনা মীওইবগী চৎনবী কয়া মতুদি :— য়ুম্বানবগী মরম, অনা অয়েক্কী মরম, ওইজ ওইথক্কী মরম, অমগা অমগা সেবা তৌনবগী মরম, লুহোংখোংদোং তৌবগী মরম, লৈবাক ভাকপগী (নিংথৌ) থৌরম পুন্নমক নৈননবা ইরম্বা সংহিতানি।

ব্রাহ্মন হাঙৈবা ৱাহৈ অসি তেল্লা কোংলোকপা ৱাহৈ (Phyard) নি। মসি বেদিক সংহিতাগী মঙুংদা "ব্রাহ্মণ, আরৈন্যকাস, উপনিষদ" অমুম্না লৈ। "ব্রহ্ম" হাঙৈবা অসিনা ঋক বেদগী কর্ম্ম কান্দ "থৌরম মথং মনাউ হাঙৈবদি পূজাগী মথং মনাউ শিন্দুনা তৌবা কাংলুপনি অদুগা "আরৈন্যকাস" হাঙৈবা অসিদি মিত্রংগী ওইবা অশেংবা উবা গুমদবা উমুং (বন) গী মঙুংদা যাম্না অবোনবা মহৈগী ওইবা ভাক্তা ইবনি। মসিদি মিৎনা উবা গুমদবা উমুংদা নত্রগা চীংমান্দা তুমিন্না ৱাখল তৌদুনা লৈবনি (out of the upasana kanda of the Rg vedar) অদুগা "উপনিষদ" হাঙৈবা অসিদি মতুগী তেংঙানবা মওংদা দর্শন শাস্ত্রগী খ্বাইদগী ৱাংবা খাখল "জ্ঞান"—জ্ঞান কান্দ (Janana kanda) পিবা মরুওইবা ৱাহৈনা মপুং ফানা ইবা লাইরিকনি।

বেদগী ওইবা মশা কয়াগী মঙুংদা মরুওইবা তরুক অমম্ব লৈবি মতুদি :—(১) শিক্ষা (Phonetics) (২) কলপা (Ritual) (৩) চান্দা (Matra) (৪) নিরুক্ত (elymology) (৫) ব্যাকরন (Grammar), (৬) জ্যোটিশ (astonomy), তরুক পোক্না অমুক লৈ। (১) শিক্ষা (Siksha) মসি খোনগা মরি লৈননা তম্বা মহৈনি। (২) কলপা (kalpa) পূজানচিংবগী মথং মনাউ কাইদনা তৌবা, (৩) চন্দা (Chhanda) ইশৈ নোংমাইগী ওইবা মহৈ। (৪) নিরুক্ত (Nirukta) ৱাহৈগী হৌরকফম ইতিহাসকী ৱবক (৫) ব্যাকরন (Vyakarana) ৱাহৈ শেম্বগী মথং মনাউ তাকপা (৬) জ্যোতিস (Jyotish) সংসারগী হাঙৈবদি সৌরজগৎকী খোংচৎ অমসুং থোবোক হৌথিবা অমসুং ওইরকদোবা পুন্নমক থিবা কাংবু।

অসুম্না লৈরিবা পুম্নমক অসি সূত্র (Sutra) ওইনা খিরগা মতুগী অর্থ অমসুং জ্ঞান য়াম্না নিংখিবা ফংই। অদুগা মন্ত্র মথাম অদু রাহে অতেনবা ( Sutra ) খরনা থবক পুম্নমক ভাকলম্মী। ঐখোইনা ফংই মাওইবগী রাখল পুম্নমকী পুন্না থম্বা মুম ( Store houses of knowledge) হায়না খংনৈ। অদুগা শ্লোক ওইনা থনম্বদা "কল্প-গৃহ-ধর্ম্ম সূত্র" অসুম্না খংহনলম্মী। অদুগা খ্বাইদগী হেন্না ফবা থুদম সূত্রগী মফুংদা পানিনিগী "আষ্ট অধ্যায" অসিনা হেল্লি। মতাং অসিদা ঐখোইনা নৈনবা য়াই লৈবম্মীবা অইবা শ্লোক, মন্ত্র, সূত্র পুম্নমক অসি লাইগী রাহে ভাক্তা ওইবনা মতুগী অর্থ তৌবদা ঈশ্বর শক্তি তেন্না লৈবা মপোক মপোক্কী পাঙ্গল মতুংইন্না পাকথোক চাউথোকপা ঙম্বা নত্তনা অবোইবা অর্থ তৌবা ঙমদে, অমসুং ঙমলোই, হাঙ্গবসি চেংনা থাজব যাই। মবম অদুনা বেদগী থৌরাং পুম্নমক লাইগী পাউতাক লাই মক্না পিবকপনি হাঙ্গবদা চিংনমনিংঙাই লৈতে

ভারতবর্ষগী থৌদোক অচৌবা থাহনা থোকখিবা রাবী কযাগী মফুংদা (Epics) রামাযন অমসুং মহাভারত হাঙ্গবা পুরান অনি অসিনা খ্বাইদগী শাংবা খ্বাইদগী চাওবা থৌদোক পৃথিবীগী মফুংদা ওইখি। মতম অদুগী রাজনিতিগী থৌওংদি নন্দা মাউবিযাগী অপুনবা থৌওং ওইনা চথরকপনা সেঞ্চুবি ৬ তংকগুবা খৃষ্টগী মমংদা বুধগী মতম ফাউবা চথরকখিবগী থুদম কযা ফংই।

বামাযন হাঙ্গবা থৌদোক অসিগী মফুংদা বেদিক ওইবা য়াম্না হেল্লি। অদুগা মহাভারত শকক অসিনা ইক্ষ্বাকুগী থৌরাং ওইরম্মী।

মরম অমুনা মহাভারত পুরান্দগী রামায়না বেদিক ওইবা হেল্লি। বেদগী মীওই অমসুং বেদগী ঋষি কয়াগী মনুংদা বশিষ্ঠ, বিশ্বামিত্র, গৌতোম, দর্শণ শাস্ত্রগী মনুংদা বিদেহগী নিংথৌ জনক পুন্নমক অসি চপ চানা ভারতকী মনুংদা অরাংবা জ্ঞান লৈরবা লাইমকী কুপা ফংলবা মপোক "আরিয়া"গী কাংবু ওইরবনি। রামায়ণগী মনুংদা ঐখোইনা ফংই মদুদি আরিয়ান জাতিগী মহৈমশিং, লৌউশিংউবা, অদুগা লৈবাক ওাকপা অসিনচিংবা আরিয়াগী অরাংবা থৌবাং পুন্নমক ভারতকী খা থংবা শরুক্তা লঙ্কা ( Ceylon ) য়ৌনা শন্দোক্লম্মী। মহাভারত হায়বা পুরান অসি শ্লোক লাক অমা ১,০০০০০ পুনসিন্দুনা লাইরিক ইবা অহৈ অশিং কয়াগী মতমদা ইবম্বা অচৌবা পুরানগী শরুক অমনি। পানিনি ব্যাকরন্না খংহনলম্মী "বাসুদেব অমসুং আর্জুণ" অনিবু লাইমকনি হায়না পূজা তৌরম্মী। হাইরম্মীবা হায়বদি ইরম্মীবা মতম অসি খৃষ্টগী মমাং ৫০০ ( 500 B. C. Meacdonell ) অস্নুম্না মতম পিরম্মী।

জৈনগী মতমদা অচৌবা রাবী অমা ইখংলম্মী মদুগী মমিং "কথা কোশ" অমসুং মকওইবা "চরিএজ অমসুং প্রবন্ধজ" অসিনি। অদুগা হেমচন্দ্রগী ত্রিষষ্টি সলোকা-পুরুষ চরিত্র অসিগা কোর্নুনা "পরিসিষ্ট পার্বম" অস্নুম্না লৈরম্মী। হেমচন্দ্র ১০৮৯ এঃ ডিঃ ( 1089 A. D. ) দা পোকপনি। মহাক মীওইবগী পোংচং পুন্নমক রাউববা লাইরিক ( encyclopedia Scholar ) হৈবা অফাউবা অমা ওইরম্মী। অদুগা মহাকী লাইরিকশিংগী মনুংদা ব্যাকরণ, যোগশাস্ত্র, চিনফাগী শৈরেং অর্থ অসিনি।

জৈনগী মতমদা হরিভদ্রনা ইরম্বা লাইরিক্তি সংস্কৃতকী ব্যাকরণ, জ্যোতিষকী লাইরিক অসিনি। থাইনগী ভারতবর্ষদা থোকখিবা থৌদোকী

মরমদা ইবা পুরান হাঙ্গৈনা খংনবা লাইরিক মথল ১৮ ( তরানিপাল ) থোক্লা থায়দোক্লম্মী। হাঙ্গৈরিবা পুরান অসি নিংথৌ শাগৈশিংগী পুন্সি অমসুং মতুগী মরুংদা থোকখিবা থৌদোকশিং ইবনি। হাঙ্গৈরিবা পুরান ১৮ অতুগী মনুংদগী খ্বাইদগী মরুওইবা পুরান্দি ভাগবত পুরান্নি ( Bhagavata Purana ) অমুগা বিষ্ণুপুরান্দদি নিংথৌশাগৈগী রারী ভাক্তনা অয়াম্বনি।

রারী কয়া ইরম্বগী মনুংদা গুনধ্যা হাঙ্গৈবা অতুনা "পঞ্চতন্ত্রং বৃহত কথা" য়াম্না মমিংচৎপা সংস্কৃতনা ইবা রারী অচৌবা লাইরিকনি। ক্ষেমেন্দ্রগী "বৃহৎকথা মঞ্জুরি" অসিনি অমুগা সোমদেবগী "কথা সবিত সাগর" মসিদি কবিরলোন অমসুং নেপালি লোলদনি। দানদিনগী "দশকুমারচরিত" অতুগা সুবন্ধুগী "বশদত্তা" বানাগী কাদম্বরি অমসুং হর্ষচরিত" অসুম্না অফাওবা লাইরিক করানা ভারতবর্ষগী অরাংবা থাক্কী থৌরমশিং অসি পৃথিবীগী মনুংদা অনিসুনা লৈত্রবনি মরমদি অস্রক লিরবা নিংশিং খুদম মথং মনাও কায়া লৈবা মকম অমত্তা লৈতে।

কবিতাগী মরমদা য়াম্না অখেংবদা কালিদাসনা পৃথিবিগী মনুংদা অফাওবা অমা ওইখি। মহাক অসি শুঙ্গনিংথৌ পুস্যামিত্রগী মতমদা মহাক্কী শাম্নখিবা থেতর (Drama) "মালাবিকগনিমিত্র" অমুগা রায়েনগী থৌথোক্তা "রঘুবংশ অমসুং কুমারসমভবা" অতুগা কালিদাসনা সেঞ্চুরি ২০০—৮০০ এঃ ডিঃ দা ইহান হান্না ড্রামাগী লোল খংহনলম্মী। পানিনিগী থৌরমদা জগোর "নত" ( Natas ) গী মরমদা নতসুত্র ( Nata Sutra ) ময়েক শেংনা লৈরম্মী।

কালিদাসনা খ্বাইদগী চাওবা সংস্কৃতকী ড্রামা অনি ইরম্মী মতুদি "কাবভুতি" অমনা "শকুন্তলা" অতুগা অশ্বাঘোসকী য়াম্না ভনবা নাটক

(Drama) অমস্ন লৈরম্বী মঙুগী মমিংনা "শারিপুত্র-প্রকারন" কৌই। নাটক (Drama) হাঙৈবা মাহৈ অসি মনিপুরী লোন্দা শেংনা হাঙৈবা ভারবদি :—মারীমচা অমা ওইনা ইরগা মঙুনা লিলা অমা ওইনা শান্নচুনা উৎপা মাবা লাইরিকনি। মতৌ অসুম্না ভারতবর্ষগী নমুংদা ইরম্বা কাউরবা লাইরিকশিং য়াম্না ফংই। পুম্নমক অঙুগী মমুংদা খরদং লৌখৎলগা অইবা মীগী মমিং অমসুং লাইরিক অঙুগী মমিং পিরিবা অসিনা খুদমনি।

ভাট্টা-নারায়ন (৮০০ এঃ ডিঃ মমাংদা) "ভেনিসম্বরা" ইরম্বী, মসি শ্রীকৃষ্ণ'গী লাইনিং লাইশোনগী মরি লৈননা ইরম্বী।

বিশাখাদত্ত মহাক অসি অরিবা ইতিহাসকী লিলা ইরম্বী মঙুগী মমিংনা মুদ্রারক্ষস কৌই।

এঃ দিঃ ৯০০ গী মতমদা রাজাশেখরনা অনি ইরম্বী মঙুগী মমিংনা "বালারামায়ন" অমসুং "বালা ভারত অসিনি। অঙগা অতোপ্পা অমনা য়াম্না নোক্না অমসুং পুক্নিং মুংঙাইনা লোইশিনবা (Comedy) অমস্ন ইরম্বী মঙুগী মমিংনা "কর্পুর-মঞ্জুরি" কৌই।

কৃষ্ণ'মশ্র (সঃ ১১০০ এঃ ডিঃ) মহাক্না ইবা য়াম্না য়েংশিনবা য়াবা মচা অমা ইবম্বী মঙুগী মমিংদি "প্রবোধ চন্দ্রোদয়া" কৌই।

হর্ষ হাঙৈবা অসি ঐখোইনা নিংশিংবা য়াবা মথং মথং নিংথৌশিং পানবা মতমদা লাইরিক ইবা নিপা অমনি। মহাকী কাউরবা লাইরিক রত্নাবলি, প্রিয়াদর্শিকা অমসুং নাগনন্দ" অসিনি।

ভারতবর্ষগী অরিবা থৌরাং লৈরম্বগী মমুংদা লাইরিক ইবখোৎপগী মতং চুম্না ইবা অমসুং চুম্না ঙাংবা ওয়বগী শেম শানবা মরমদা ব্যাকরন (Grammar) অমসুং রাখলগী হৌকম (Sciecne) পুখোক্না

পৃথিবীগী মহুংদা অতৈ অমগা মায়েরবা থৌরাং লৈরম্মী। নোংচুপ মাইকৈগী লোলগী মহৈদা য়ায়া চাউনা মাংবা য়ায়েবা খুদমদি "মেক-ডোনেল" (Mecdouell) হায়বগা খংনরি। অমুগা ব্যাকরণ অসিগী মরুওইনা নৈনরম্বা অহানবদা বেদগীলোলদা লাইশোলশিংগী ওইনা লৈরম্মী।

পানিনি খৃষ্টগী মমাং ৭৫০ (750 B. C) 'ভান্দাকর" অমসুং খৃষ্টগী মমাং 500 B. C. দনা মেকডোনেল মহাক্কী বেদগী ওইবা থৌরমদা শিজিন্নৈ। সংস্কৃতকী অরাংবা থাক্তা শিজিন্নরমদে অমুগা মহাক্কী মহুৎ শিন্দুনা থবক তৌরম্বা কট্যায়ন সেঞ্চুরি ২৫০ খৃষ্টগী মমাং" মহাক্কী ভতিকস অমসুং পটঞ্জুলি অসুম্না ব্যাকরণগী থবক কয়া লৈরম্মী। অমুগা "কৌমুদি" অসিনা ভাতোজি-দিকসিতাগীনি মসি ১০২৫ এঃ ডিঃ দনি।

য়াহৈশিংগী অর্থ তৌবা (Lexieography) বেদগী পুন্নমক হোংদনা লৈরম্বা "নিঘণ্টস" মসিগী মহুংদা 'ধাতু পথস" অমুগা "গনপথস" অসুম্না য়াহৈগী পুল্লপ পুল্লপ শেমলম্মী। অমুগা অমর-কোসগী থবক্তা মায়না মহুৎশিনবা অমা ওইরম্মী। মহুগী মহুংদা "সেঞ্চুরি ৫৫০-৭৫০ এঃ ডিঃ" অসিদা হালায়ুধগী "অভিধান রত্ন মালা" অমুগা অমনা হেমচন্দ্রগী "অভিধান চিন্তামনি" মসিনা (সেঞ্চুরি ৯৫০ অঃ ডিঃ) মতমদনি। মসিগুম্বা অকাইবা লাইরিক কয়া ভারতবর্ষদা লৈরম্মী।

দর্শণ নত্রগা অনম্ভিকসিস্কী (Philosophy) শরুক ৬ (তরুক) থোক্না খাইদোক্লম্মী মহুদি:—(১) "পুর্ব-মিমাংসা (Purva Mimasa)" (২) "উত্তরা মিমাংসা (Uttara Mimasa)" (৩) 'সংখ্যা"

(৪) যোগ ( Yoga ), (৫) ন্যায় ( Nyaya ), (৬) বৈসেসিকা ( Vaisesika ) অহুম্না থনম্মী অহুগা য়াম্না সমলপ্পদা "সর্বদর্শন-সংগ্রহ হাঙ্গৈবা মাধবনা থনমম্মী। মাধবা হাঙ্গৈবা অসি বেদ হৈবদা য়াম্না হেন্না হৈরবা ( Vedic Scholar ) সায়না হাঙ্গৈবা অহুগা মচিন মনাউনি। অসিগুম্বা দর্শন শাস্ত্রগী থোরম অসি সুত্র ওইনা লৈরম্মী মখাদা পীরিবশিং অসিনি :—

(১) পুর্ব-মিমামসা সুত্র ( Purva-Mimasa Sutras )

(২) বেদান্ত-সুত্র ( Vedanta-Sutaas )

(৩) সংখ্যা কারিকা ( Sankhya-Karika )

(৪) যোগ সুত্র ( Yoya-Sutra )

(৫) ন্যায়-সুত্র ( Nyaya-Sutra )

অসিনি অহুগা ন্যায় সুত্র অসি ( সেঞ্চুরি ৩৫০ এঃ ডিঃ ) দা "পক্ষিলকশ্বামিন ব্যশ্যায়ন" হাঙ্গৈবা অসিনা ইরম্বনি।

(৬) বৈশেশিকা সুত্র অসিনা "কাশ্যপা কানাদা" হাঙ্গৈবা অচনা ইবনি অহুগা লোইননা "পদর্থ ধর্ম্ম-স'গ্রহ" অসিনা মসি "প্রসষ্টপদ" না ইবনি। অহুগা ( সেঞ্চুরি ৭০০ এঃ ডিঃ ) দা "সপ্তপদাথি" হাঙ্গৈবা অসি শিবদিটগনা ইরম্মী। অহুগা তর্ক "সংগ্রহ" অসিনা অনাম ভট্টনা ইরম্মী।

অচুম্বা থবক্কী ( work on law ) দমক্তা 'ধর্ম্ম-সুত্র" অহুগা ধর্ম্ম-শাস্ত্র" হাঙ্গৈনা লৈরম্মী মসি ( খৃষ্টগী মমাং ৮০০-৩০০ ) গী মতমদা হেন্দোক্ক থোইদোক্না লাইগী মবমদা য়াম্না চংশিনলম্মী। মহুগী খুদমদি বৌধ্যায়ন, গৌতোম, বিশিষ্ঠ অমসুং বিষ্ণু অসিনি। হাঙ্গৈরিবা মতম অসিনা সেঞ্চুরি ৪০০ বিঃ সিঃ ) দনি। মতুংদা মীয়ামগী চংনবী

কয়াদা শথেংবা ওইনা চৎথরকই মহুদি ঃ— "ধর্ম্ম-শাস্ত্র অমস্তুং স্মৃতি অহুগা মাধব-ধর্ম্ম-শাস্ত্র, নত্রগা মনু স্মৃতি মসি কাশ্মীরগী ফাউরবা মেধাতিথিনা য়ায়া নিংথিনা তিকা তৌরম্মী। অহুগা ধর্ম্ম-শাস্ত্র অসি যজ্ঞ্যবলক্যগীনি মসিনা (সেঞ্চুরি ৩০০ এঃ ডিঃ) দনি। অহুগা অফাউবা মমিং অমা ওইনা "মিতকথর" হায়না তিকা ওইনা জ্ঞানেশ্বরনা (১০৫০-১১০০ এঃ ডিঃ) ইরম্মী অহুগী মথংদা নারদ-স্মৃতি হায়না খংনরকই, মহুদা শেলগী মমিংবু (Name of Coin) "দিনারা" হায়না থনম্মী মসি ইহান হায়া খংবদা "এঃ ডিঃ ৪০০" দা গুপ্তগী অইবা ময়েক্তা খংই।

নিংথৌগী থৌরম খংবা রাজনিতি (Policy) থবক্কী মরমদা খ্বাইদগী হেন্না করবা শাস্ত্রদি কৌতিল্যাগী "আর্থ শাস্ত্র" অসিনি। মসি (সেঞ্চুরি ৩২৫-২৯৯ খৃষ্টগী মমাং) মতম অসিদা এফঃ ডাব্লিউ থোমস হাইবা অহুনা কেমব্রিজগী মহুংদা ভারতকী ইতিহাস ভোঃ ১ দা (History of In‹ ia Vol. 1) নিংথিনা ময়েক শেংনা পীরম্মী। মতম অহু চন্দ্রগুপ্ত মাউরিয়াগী মতমদনি। মতম অহুদা অরেপ্পা অমা ওইনা য়েকখোংপগী থবক্কী মরমদা "মানসারা" অহুগা শৈশক্কী মখোল শেম্বগী মরম (Music) "সঙ্গিত-রত্নকর" মসি সারঙ্গদেবগীনি, অহুগা লোইন লোইনন 'সঙ্গিত-দর্পন" অসিনা দামোদরগী নি। আয়ুর্বেদ পুক্সিগী লাইয়েং থৌরাংগী মরমদা বেদগী, মওাগুবদা য়াউবনি মসিনা ভারতবর্ষগী হিদাক লাংথক অমস্তুং লাইয়েংগী মরমদা য়ায়া ফাউবা পৃথিবীগী মহুংদা খ্বাইদগী ওনলবা থৌরাং ওইরম্মী। মসি বেদগী শেংলবা থৌরাংনি। অথর্ব্ব বেদনা লাইওং খংবগী অমস্তুং লাইহৌ মখল কয়াগী অহুগা মহুগী লাইয়েংগা কোয়না শরু অতেক অকাইগী থৌরম ইরম্মী।

মত্তুগা চপ মান্নবা মওংদা লৈরম্মী। বিনাম্না হাঙ্গীবা শাস্ত্র অসিদা মরুওইবা পোৎকী অমস্থং মীওইবগী হকচাংগী ওইবা পোৎ খুদিংগী মশুনপা লোইননা মথৌ খংবা (Physician) গী মরমদা জ্ঞান তম্নবা ( Medical Education ) য়াম্না অন্নাংবা মখোইগী লাইরিক ওইরম্মী। মতম অত্তুদা "জিবিকা" হাঙ্গীবা অসি থৌরম অত্তুগী য়াম্না হৈশিংবা অমা ওইনা নিংথৌরেল বিম্বিশবা হাঙ্গীবা অত্তুনা কম হাপলম্মী। মতম অত্তুদা মানা বুধগী মাংথোকপা য়াদবা Constipation ) লাইনাবু থম্বাল হাঙ্গীবা লৈ অসিগী হিদাক শেমলগা ফংনলম্মী। অত্তুগা কোক-চিকপনচিংবা তৈননবা হিদাক নিংথিন পুথোকলম্মী মত্তুদি "ফিষ্টুল" (Ointment) অত্তুগা কোক্কী শকক্তা থাংথাত্তুনা লাযেংলম্মী। অত্তুগা খোইরিলিশাংগী ( Instestines ) অনাবদা য়াম্না নিংথিনা মিৎমক্না মকম অত্তু উবগা চপ মান্ননা লায়েংলম্মী।

ভারতবর্ষগী থাহনগী লাইযেং থৌরমদা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হান্না হৌদোকপা অমস্থং মত্তুদগী পান্ননা শন্দোকখিবনি। মতম অত্তুদা লাইযেংগী থৌরমদা "সংহিতা" হাঙ্গীবা অমা চাবাকা অমস্থং সুশ্রুতগী লৈরম্মী। অত্তগ ভাগভটগী "অষ্টাঙ্গ-সংগ্রহ" অস্থুম্না লৈরম্মী। অত্তুনা ভারতবর্ষগী আয়ুর্বেদগী থৌওং অসি ইউরোপকী লৈবাক মরুওইবা মডাদা নিংথৌবেল অশোক্না খংহনলম্মী। মহাক্ল মতম অত্তুদা লাইয়েংগী কাংবু খুংস্থ খুংলাইগা কোম্ননা থারম্মী। মহগী থৌরাংনা অনাবা মখল কযাগী পোথাবা ফংলম্মী অমস্থং পুন্সি পীরম্মী। মতম অত্তুদা "মানুষ্য-চিকিৎস্যা অমস্থং পশু চিকিৎস্যা" অস্থুম্না থমম্মী। অত্তুগা হিদাক শেম্বগী মরমদা খুংলাইগা কোম্ননা মখল অত্তুম থোক্না থনম্মী মত্তুদি :—অম্রধ, মুল, ফল, অস্থুম্না মখল অত্তুম আসিদগী হিদাক পুম্নমক

লৌরম্মী। থৌরম অসি মহাবিহারাগী (Nalanda University) মরাই ওইবা মহৈগী চাং ( Intermediate ) য়ৌরগা, থাদোকপা য়াদবা মহৈগী শরুক অমা ওইনা থনম্মী। মসুম্না লৈবদগী মীরৈবাক্কা য়াম্না পাম্না লৌতুনা হাঙ্গৈবদি তমহুনা লৌথ্রগা নোংম নোংমগী নৈনহুনা মতমগা লোইননা হেনগৎখ্রিবনি। ভারত মচানা মশাগী মবল ওইবনা থৌশাদনা মতম শাংনা হোৎনদনা লৈখিবনা ঐখোয়গী পোৎপু মীরৈ-বাক্কগী লৌবগুম খনবনি।

পাঞ্জিগী থবক ( Astronomy ) "কাল চক্র" মসি খ্বাইদগী হান্না বেদগী ওইবা থৌরমনি। মতম অচুদা নুমিৎ অমসুং থাগী থৌদোক্তা খেন্নবা মতম পুন্নমক আঙ্কনা পারগা য়াম্না চুন্না পুথোক্লম্মী। ব্রহ্মগুপ্তী শরুক্তা শেংনা লৈরম্মী মহুদি :—নুমিৎ অসি লেংদনা লৈবনি তৌথগুম্বসুং পৃথিবীনা লৈহুনা অহিং অমসুং নুংথিলগী মতম ওইহনলি অমসুং অহং অশাগী থৌদোকসু খেন্নহন্নী মচুবু ঋতু ( Season ) হাঙ্গনা থায়দোক্লম্মী। অচুগা মসিগী থবক্তা খ্বাইদগী মকোক ওইবা লাইবিক্তি ( ) সুয সিধান্ত ( Surya Sidhanta ) অসিনি অচুগা সিধান্ত মওানি মহুদি :—(২) আরিয়া ভাতিযা, (৩) ব্রহ্ম স্পুত-সিধান্ত (৪) সিধান্ত-সিরোমনি অসুম্না বেদদগী লৌথোক্নুনা শেমলম্মী। মসি শেমলম্বা মীগী মথং মথং বারাহাবিহিরা, আতিয়াভাটা, ব্রহ্মগুপ্ত, ভাস্করা চার্জা অসিনি অচুগা মতমনা সেঃ ৫০৫ এঃ ডিঃ অমসুং ৬২৮ এঃ ডিঃ অমসুং ১১৫০ এঃ ডিঃ অসিনি।

অঙ্কগী থৌওং অসি মথক্তী থবক অসিনা মবম ওইনা হিন্দুদগী অশেংবা হৌরকপগী খুদম কয়া লৈ। অঙ্ক (Simple arithmetic) অচনা অঙ্কমশিংনা লাইরিক ময়েক্কা মহুৎ শিন্নগা ভৌবা অঙ্ক (Algebra)

অমগা অমগা মায়হনবা অঙ্ক ( Equation ) পুমনমক অসিনা কাউরবা ফ্রান্সকী "লাগ্রাঞ্জ" হাঙ্গবা অতুনা ১৮ শুবা সেঞ্চুরিদা পুথোকপা অতুগী মমাংদা লৈরবনি মহাকী থৌওংশী ভারতকী থৌওংনা খাইদগী হেন্না চুমনা পুথোকপা ওম্বা অমস্তুং মতুনা য়ামনা লাইনা তৌবা ওম্বা হেল্লি হাঙ্গনা "হানকেল" শন্দোক্লা হাঙ্গরম্মী। অতুনা অঙ্কগী থবকপু লৈই চিংতুনা মতুগী মগুণ তাকপা ( Geometry ) গী থৌরম মওং অমদগী মওং অমদা হোংবা খুদম ওইনা লৈইনা অকোইবা চুথেক নাইবা. বো শাবা মশুং কয়া নাইবা থা মচেৎ শাবা অসিনচিংবা মওংগী অচুম অরান যেংতুনা পুথোকপা শুমনবা অঙ্কনি। অসুমনা লৈরম্বদগী পৃথিবীদা পাক্লা শন্দোকখ্রিবনি।

ভারতবর্ষগী লাইরিক লাইশুগী মরমদা অশুকী মতিক য়াংনা লৈরম্মী। য়ামনা থন্নবা য়াবা ধর্ম্মগী ইশৈ অমস্তুং মতুগী শৈশক করা খ্রবিশিংনা শেমলম্মী ; মতুগী মতুংদা খর মথাদা পীরিবা অসিনি। ১৪ শুবা সেঞ্চুরি চান্দিদাসকী বেঙ্গোলিদা, ১৫ শুবদা বিদ্যাপতিগী মাইথিলি, অতুগা কবির অমস্তুং মিরাবাই হিন্দিদা, অতুগা ১৩ শুবদা নামদেবগী অমস্তুং তুকারামগী ১৭ শুবদা মারাথিদা, অতুগা নরসিংহ মেহতাগী ১৫ শুবদা গুজরাতিদা, অতুগা লল্লাগী ১৪ শুবনা কাশ্মিরীদা মসি পুমনমক লোইনা চপ মান্নবা মথং মথং তুংইন্নবা চংথরকই। অতুগা ঐখোইনা মসিদা হাপচিনবা য়াই মতুদি :— সেঞ্চুরি ১৬-১৭ কী থবক্তা "শিক প্রন্থ" অমস্তুং তুলসিদাস রামায়ন।"

১৬শুবা শরুম

# ভারতবর্ষগী অচুম্বা রাখল

ভারতবর্ষগী খ্বাইদগী হান্না থোক্লবা অচুম্বা রাখল অমুগা মতুগী মসুংদা মহৈ মশিং অমসুং লৌউশিংউনচিংবা থবক পুন্নমক্কী খুদম কয়াসু মথক্তা পিথ্রে। মতুনা অচুম্বা থবক পুন্নমক্কী হৌরকফম অমনি হায়না মযেক শেংনা তাকলম্বা অমু ঐখোইনা মযেক শেংনা উরে। মতম অসিদা মীয়ৈবাক্কী থৌরাং ভাক্তা ওইনা উরিবা অসি য়াম্না লাল্লবা মিংথেং ওইরে হাঙ্গৈবসি অইবগা কোম্নবা লৈরম্বা খুদম চাংদম কয়ানা সাক্ষী ওইরবনি। হৌজিক হৌজিমক চেস্থরক্লিবা থৌরাংদা থৌরম পুন্নমকপু উবা ওম্বা পোং ওইনা পুথোক্লগা মতুগী কান্নবা লৌবা পুন্সি ( Material life ) হাপ্পৈরিবা অসিগী অশেংবা রাখলগী হৌফমদি ভারতবর্ষদগী লৌবনি হাঙ্গৈবাস ঐখোইনা কাউদনা থমগ-দৌবনি। মতাং অসিদা ঐখোইনা লাল্লা রাখল খল্লোইদবনি। মতুগী রাকমদি ভারতবর্ষ অসি থাইনদগী হৌনা মীয়াম্না পুন্দুনা পানমিন্নবা মফম. মফমগী থৌরম পুন্নমক মনিং মখা তুম্না পানবা লৈবাক, অমগা অমগা মতেং পাংতুনা থৌরাং পুম্বা মনিং মখা তম্না পানবা লৈবাকনি; অমগা অমগা মতেং পাংতুনা থৌরাং পুন্নমক পাংথোকমিন্নবা (Republic of India) পৃথিবীগী মসুংদা খ্বাইদগী হান্না শেমলন্নমনি। মসিবু সেকুলর ষ্টেত হাঙ্গৈনা লৌরিবনি ( Secular State ) অমুগা মসিগী অর্থদা লাল্লা লৌরোইদবনি মরনফি ধর্ম্মগী মরমদা অমনা অমবু খুৎ থিংজিন্দুনা অকাইবা পিরোই, মা মানা পাম্বা বেদগী মশা

পুন্নমক মনিং তৌনা তৌজবা, মতুংদা লোইননা থোরম খুদিংদা মনিং-তৌনা পাত্তাক অমম্ভুং পাওজেল তৌজবা তৌইগুম্বম্ভুং রাফম অসিদা ভারত নত্তবা লৈবাক হাঙ্গবদি মীরৈবাক্তী রাফম কাপ্রিনত্তা লৈত্রিরৈগী থোরাংনি। মসিগী অর্থ লোবদা মীরৈবাক্তী থোরমপা মরি লৈননা লোবা লাত্রি। মতম অসিগী নোনা হৌগৎলকলিবা মহৈ মশিং হৈবা অমম্ভুং লৈবাক্তী থোবম পুরিবা কাংবুনা অর্থ লাম্না লোবা কয়াম্ভু মাউরি। মতমগী ইচেম্না কুপশিন্দুনা মশা মশাগী মথৌ অমম্ভুং পাজলগী চাংবু হস্থহনবা য়াম্না পুস্সিগী অমাংবনি স্বধর্ম‌বু ভাক্তবদি এসিবগা পাংথকনি।

ঐখোইনা হৌজিক ফাওবা মথং মথং ঋক বেদগী নীংশিং রাহৈ কয়ানা মতুংশিন্দুনা লাই মখল মখা কয়াগী পূজা চখরিবা অসি মখেক লেংবা উবি অমম্ভুং ইশা ইশাগী ধর্ম্ম ওইনা ভারতকী মীপুম খুদিংনা লেপ্তুনা তৌরি। ঐগী ধর্ম্মগী মওংদি সেবাগী থবক ( Social Service ) অতুংগা মীগী থবক তৌবা অসিনা পূজাগী শক্তম্নি। ঐখোইনা খওই মতুদি মী পুন্নক লাইনি হাঙ্গনা মবমদি "নরন।রয়ন" হাঙ্গনা ঋক দেবগী মন্ত্রনা তাক্লম্মী। মসি ঋক বেদগী (VIII 117) লমাইদা ঐখোইনা উবা* ফংহ, মতুদি মরুওইনা হিন্দু ধর্ম্মগী "দান" হাঙ্গবা অসি বেদগী রাহৈদগী লোবনি। মসিনা খওবদি লাইগীদমক্তা তৌবা হাঙ্গবদি লাইদা কংপা থোরমনি "চবা হেন্নববু শিজবা" অসিনা অহানবা তৌদবা য়াদবা থবক ওইরম্মী। ঐখোইনা ফংই মতুদি "য়াদেবী সর্ব্বভুতেষু ক্ষুধা রুপেনা সংষ্ঠিতা" মাসনি ঐখোয়গী ধর্ম্মগী অরাংবা থাকপু খওহনলিবদি। অতুংগা অমনা ঋক বেদগী রাহৈনা খওহনলম্বা মন্ত্রগী মম্লুংদা পুন্নমকপু অমত্তা .ওইনা লৌশিনবা রাখল

জাতি তোঙান্নবসু অমত্তা ওইনা লৈবা জাতিগী রাখল থম্বা রাহৈদি "সামঞ্জান" অসিনি। রাহৈ অসিগী মশা মশাগী রাখলদা পুমনমক অমত্তা ওই হাঙ্গৈনা থন্দুনা পুনবগী হৌরককম ওইরম্মী। মতৌ অসুম তৌবগী থৌরম অমসুং লাইনিং লাইশোল পুম্নমক অপুনবা থৌরম্নি। হৌজিকমক চৎনরিবা পুজাগী মন্ত্র পুম্নমক্তা লাই মথল কয়াগী মিংবু মথং মথং শোন্দুনা মকম অমত্তা পুনবগী থৌবাং অতুম তৌরিবা অসিনি। হাঙ্গৈরিবা রাকম অসি ( Diety of Democracy to be worshipped ) মসিনা মরম ওইদুনা পৃথিবীগী মন্থুংদা ডেমো-ক্রেসিগী বুক্ষমদি ভারতবর্ষগী বেদনি হাঙ্গৈবা খঙগদৌবনি। মকওইবা রাহৈ থব অসিনা মীওইবগী পুক্নিনবগী মচাকনি মতুদি :- থমোই "চিত্তা" (Chitta), পুক্নিং "মান" (Manah), রাখল 'আকুতি" (ideal), থৌশিলগী রাখল "মন্ত্র' (Mantra) অশুম্না লৈবম্বা ময়াম অসিনা মরম ওইদুনা অপুনবা থৌরাংনা হাঙ্গৈবদি মীয়াম্না পুন্দুনা লৈবাক্কী থবক তৌবা ডেমোক্রেসি হাঙ্গৈবা অসিগী পাংথোকপা ওম্বগী পাঙ্গলদি লমচৎ শাজৎ, অমগা অমগা ন্নুংশিনবা, অপুনবগী রাখলদা থৌবম পাংথোকমিন্নবা পাম্বা অসিগুম্বা রাখল লৈবা রাম্না চংই। মবম অতুনা ঐথোইনা ভারতবর্ষগী অবিবা পুরান অমসুং ইতিহাস বেদগী মশা পুমনমক নৈনবা হাঙ্গৈবসি তৌদ্রবা য়াদ্রবা থৌরমনি। অপুনবা শক্তমগী শেম শানবা মচাক্তি ভারতগী নত্তনা মকম অতৈদা লৈতে হাঙ্গৈবদি বেদিক যুক্তগী ময়েক শেংনা লৈরম্বা ঐথোইনা উবা ফংলি।

অথর্ব বেদগী মন্থুংদা অমুকহন্না শন্দোক্না হাইরম্মী মতুদি :— "সভা অমসুং সমিতি" পৃথিবিবু শেম্বা মপুগী মচাম্নুপী ফাইবোক কুমনা

লোয়গা মন্থনা পৃথিবীগী লৈমাই মথকসিদা চাউখৎ থৌরাং তৌনবা লৈরম্মী। বেদগী মমুংদা লাইগী পূজা তৌবগী অশেংবা শক্তম মথাগী পীরিবা য়াহৈশিং অসিদা মরুওইবা লাইনা য়াবিবা নত্রগা লৌবিবা নত্রগা লাই ওইবা ওম্বা য়াউদ্রবা য়াদ্রবা বেদগী য়াহৈনি। (১) সত্য ( Truth ) অচুম্বা, (২) রিতা ( cosmic law) অপুনবগী আইন, (৩) "সনরিতা ( Bounty ) দান নত্রগা পুকচেল চাউবা (৪) শ্রদ্ধা (Faith) লাইবু থাজবা মতৌ অসুমনা বেদগী য় হৈ কয়া অসিনা মরম ওইদুনা লাইবু পূজা তৌরম্মী। অমসুং লাইশোন কয়ানা মী-ওইবগীমকওইবা থৌবম ওইনা চত্থরকই। মতুগী মতুংইন্না হিন্দুগী লাইনিং লাইশোন হাঙ্গনা পৃথিবিগী মফম পুমনমক্তা পাকথোক, শন্দোকইবনি। ঐখোইনা লাইগী পূজা তৌবা মওং মওা থোক্না খাইদোরম্মী মন্থবু "পঞ্চমহা যজ্ঞ" হাঙ্গনা খণ্ডই। হাঙ্গবিবা "পঞ্চমহা যজ্ঞ ( The five great sacrifices ) অদুদি (১) দেব যজ্ঞ (Deva yajna) (২) পিতৃ যজ্ঞ ( Pitri-yajna ), (৩) ঋষি ( Rishis ) (৪) অতিথি যজ্ঞ ( Atithi-yajna ), (৫) ভুত যজ্ঞ (Bhuta yajna) মসিবু অসুমনা অমুক তাক্লম্মী মন্থদি:— (ঈশাবস্যাম্ ইদম্ সর্ব'ম) লাইবু মওং ওইনা উবা ওম্বা অদুগা ৫ (মওা) অসিগী পূজাদি অহানবা মশাং অমদগী অনি ক্বাউবা অসিনা লাইমকা ওইবা ধর্ম্মগী পূজানি। অদুগা অহুমদগী মওাওবা অদুগী পূজানা ধর্ম্মগা মাব লৈবনা সেবা ( Socialism ) ওইনা তৌবা পূজানি। পুমনমক অসিনা মরম ওইদুনা মীওইবগী পুন্সিদা মসি নীংথিনা তমদুনা মশাদা মসিগী জ্ঞান লৈরবদি পুন্সি অদুগী অচৌবা লাইগী থৌদা য়াবা পুন্সি অমা ওই। অদুগা মন্থগী থৌনানা পুমনমকপু অপুনবা ( Universal )

ইচিন ইনাউ ( Brotherhood ) ওইনা ককবা লমচংকী যুক্ষম ওইছুনা পৃথিবীগী অইংবা “শান্তি” ( Peace ) ওইনবগী অমত্তা ওাইরবা থোরাংগী মুক্ষমনি।

মীওইবগী অমগা অমগা মতেং পিনছুনা নত্রগা সেবা তৌনছুনা ( Socialist and ositivist ) পুন্না লৈমিন্নবা— হাঙ্গৈবা অসি ভাবতবর্ষগী হিন্দু ধর্ম্মনা মহৌশাগী ওইনা মথং মথং চত্থরক্লি। অত্থুগা মসিগী মরুওইনা লাইশং অমনা মকম মকমগী পুনকম ময়াই ওইরগা মহুদা লাইশোন কয়া শৈরেং কয়া পুন্না শকই চামিন থকমিন্নছুনা ইমুং অমত্তগী মীগুমনা থবক পুমনমবস্থু মতেং পীনরম্মী। অস্মুমনা হিন্দুগী অমত্তা ওইবা লীচিং অসি য়ামনা মপান নাইদনা লৈ, তৌইগুম্বস্থং মহু পুমনমকী অমত্তা ওইনা পুনবা গুমনবগী ভাকলিবদি পূজা কয়া তৌবগী তম্লিবা মরুওইনা সংস্কৃতপু কন্না নৈনবা অসিনি। মসি পৃথিবীগী মহুংদা শিনবা খুংনা মঙাল গাববা বেদগী ললনি।

হিন্দু ধর্ম্মগী জ্ঞান ফংবদা য়াম্না খন্ননিংঙাই ওইবা খুদম চাংদম মরুওইনা ভারত অপুনবগী ওইনা লৈবসি খা ভারত্তা যাম্না লৈ। মকম অসিদা লৈবম্বা লাইশং কয়া অমস্থং নুংদা হক্কুনা লৈরম্বা কযা অসিনা মরম ওইছুনা লাইমকী ওইবা থোরাং বেদগী থৌবমশিংবু ময়েক লানা খংবা উবা গুমলি। খৃঃ ১৯১২ দা মদ্রাজগী মহুংদা লৈবা হক্কুনা থনম্বা ময়েক মশিং ২০২ বেজিষ্টাব তৌখি। অত্থুগা মহুগী নৈন্নবা লমপিছুনা তিকভতিয়ুর লাইশংদা “ব্যাকরণ যুম” (Grammar Hall) অম্না থমলম্মী। হাঙ্গৈরিবা অত্থুগী মমিং “ব্যাকরণা-দানা

ব্যাখ্যানা-মন্দর্পা" অস্তুম্না কৌরম্মী। মহুক্নী নৈনবা অমস্তুং তম্বদা পানিনিগী ব্যাকরণগী ওঝা য়াম্না মতেং পীরম্মী। মতুংদা মফম অসিদা থৌরম অহুনা মপুং ফানা লাইরিক তম্বগী মরুওইবা লাইরিক অমা ওইনা গুথবা য়ারক্তুনা খৃঃ ১৯১২ দা স্কুল কয়াদা হৌগ্রে।

মশিং ১৮২ খৃঃ ১৯১৫ গী ইবম্বদা "বৈশ্যগীদান" হাঙ্গৈনা থংনরবা অহুগী থৌরাংনা স্কুল মখল অমগী মওংদা লিংখৎলম্মী মহুদি :— (১) ব্যাকরণ অমস্তুং মরেক্কী তম্ফমশং, (২) ছাত্রশিং অহুগী লৈফম চাফমশং, (৩) ময়াম অহুগী লাইরেংশং মত্তৌ অস্তুম্না স্কুল অহুগা কোম্ননা হৌরম্মী। মহুদা মকওইনা অনাশং অহুদা যমুং ১৫ (তরামঙা) থনম্মী। মহুদা কারিকার্ত্তাশিং অমস্তুং শাত্রশিংগীদমক্তা হিদাক লাংথক্না লাইয়েংবা হৈবা ( Physician ) অমা অমস্তুং থাং থাহুনা হকচাং মমুংগী অনাবা লায়েংবা থবক্তা হৈশিংবা ( Surgeon ) অমা অহুগা মহুক্নী পোৎ লাস্তোক লানসিন তৌবা মী ২ (অনি), অহুগা লৈশাবী অনি অমনা অনাবশিংগী সেবা তৌনবা, অহুগা পুম্নমক অহুগী অশোই অঙাম মেম্নবা মী অমা থনম্মী। অহুগা মকওইনা খুৎশু খুৎলাই অহুগা হিদাক মপুং ফানা থনম্মী। হাঙ্গৈরিবা হিদাক অহুগী মকওইনা লৈরম্বা হিদাক্তি "হরিতকী" ( মনাহি ), "ঘৃত" ( ঘী ), "লবণ" ( থুম ) অহুগা মখল থরগী থাউ অসিনা মরুওইনা লৈরম্বা ফংই। মতম অসিদা মহারাণী অমনা মশিং ৫১৮ শুবদা শাত্রশিংগী চান থক্রুবগী সুম অমা কৎলি মহু খৃঃ .৯১৫ দনি।

য়াম্না অখন্নবা ওইনা মশিং ২৩৩ শুবা খৃঃ ১৯১১ দা "প্রভাকারা" হাঙ্গৈনা "মিমাংসা-দর্শন-প্রভাকারা" হাঙ্গৈনা য়াম্না অরাংবা থাক্তা দর্শনগী

হৈ শিংবা রাখল (Science) গী স্কুল য়াম্না খের খেম্না হৌগৎলম্মী অহুগী মফুংদা মখল মখা করাগী স্কুল লৈরম্বগী মতুংদা মরুওইনা লৌথংপদা খুংশাগী থবক্সা শেম শাহনা মীওইবগী চাউথং থৌরাংদা চংবা পোং কয়া শাবা শেম্বা তম্ফমশং (Technical Institution) মফম অসিদা খৃঃ ১৯১৭ কী মতুংদা নিংথিনা চংলম্বগী অইবা কয়াম্ম ফংই। মতুগী পোংথোক্তা, কোরিগী, য়োংকী, সনাগী, লুপাগী, উদগী থোকপা, রাদগী থোকপা, মনামশিংগী, উহৈ রাহৈদগী, লৈপাক্তগী, পুম্নমক অসিনা মরম ওইনা ভারতবর্ষদা অরাংপা লৈতনা চাউথংম্বগী অচৌবা খুদম অমা ওইরি।

অইবা ওইনা নেস্লোরদগী ফংবা হকখোত্তুনা লৈরম্বদগী মখাগী অসি ফংই।

রস, রসায়ন, পদাগ্রনা, খংগাজাপ, যুতিকা, কন্যাকাবদ, ম-স্রবদা, ধাতু-বদা, ধুম্রা-বদা, গরুদা-বদা, রাস বদা, অশুম্না ধর্ম্মগা য়াম্না কয়া ময়া লৈনদবা হাঙ্গৈবদি পূজানচিংবগুম্বগা মরী লৈনদবা থৌরমশিং অসি লৈরম্মী।

ধর্ম্মগী মরম ভাক্তা নত্তনা সেবা তৌবা য়াম্না তমনিংঙাই ওইবা থৌরম, শন্দোক্সা হাঙ্গৈরবদা খুংশাগী থৌরম কয়া চাউথংলম্বগী য়াম্না ফংই। মতুদি মচু তৈবা ফক্লাংগী মখল মখা কয়া এখোইনা হৌজিকমক লৈবা উরি মতুদি:— মহুরাই সহরদা লৈরিবা মিনাক্ষিগী অচৌবা লাইশংদা ময়েক লানা উবা ফংলি। মফম অসিদা মহাদেব মশামক্তা সহর অসিবু ঈচাউদগী ভাকপিবগী খুদম লৈরি। লাইরবী লুপ্রাবী অমনা মহাকী মত্তং পীবিনবা মহাদেববু জিংজথিবা মহুগী খুদম নুংদা হক্তনা খুদম কয়া থনম্মী। মহুগী খুদম মতম অহুদা শিজিন্নম্বা

লৈপোন পোল্যাং অমসুং য়োংপাক অহুগা লাই তোঙান তোঙানবা নুংদা হক্তনা লৈরি। অহুগা মণিমুক্তা কয়ানা মতম অহদা লৈতেংলম্বা পুম্নমক্কা লোইনা মহুরাই সহরগী পৃথিবী ফাউরবা লাইশংগী মরমদা অরিবা পোৎশক্কা কোম্নমা য়াম্না ওন্না মহাদেবগী লিঙ্গ পূজা তৌরম্বা তামিল নাহুগী অহুমশুবা সঙ্গমদা কবিতা ইরম্বা নাকিরান্না ময়েক শেংনা মফম অচাবা য়েংহুনা শেম্বা মন্দুগী ফংবা ইতিহাসকী ওইবা থিজিল্লুবদা ফংলকপা পুম্নমক মথাদা রারীগা কোম্নমা পীরকপা অহুদা মপুং ফানা ফংগনি। মহুদা য়াউরিবা অয়েকপা অমসুং অহকপা পুম্নমক অহু উরগা ঐখোইনা উরিবা মওং কয়াগী শক্তম (Virat-Deba) অসি পুন্না লাইগী মূর্ত্তি বিশ্বরূপ) নি হায়না থংবা ওম্মী। অহুগা লোইননা তোঙান তোঙানবা লাইগী পূজা তোঙান তোঙান্না তৌইবা তাই, হাঙ্গৈবস্থ খুদম অসিনা উৎলম্মী। তোঙান্না তৌরবস্থু অমুক অমত্তা ওইবা লাইগী শক্তমদা পুল্লি হাঙ্গৈবস্থ য়েংবা অহুতেদা থংবা ওন্নবা থনম্মী।

---

## ১৭শুবা শক্তম

# ভারতবর্ষগী ওইবা খ্বাইদগী লিরবা থৌরমশিং মরু মরুওইবা বাখলগী হৌফ্রম

ভারতবর্ষগী অশেংবা ইমাগী শক্তম (দর্শন) গী মরুওইবা থরা অহৌবগী ওইনা মথক্তা পীগ্রবা শক্তম ১৬ (তরাতরুকশুবা) অসিদা য়াউগ্রিবা থৌরম পুম্নমক য়াম্না লিরবা অমকপা লৈত্রবা ইমাগী শক্তমনি।

হৌজিক ১৭ অমসুং ১৮ শুবা শতক্কম অসিদা ভারত ইমাগী মপুং ফারবা ইমাগী শক্তম ( সমপুর্ণ দর্শন ) ওইরগনি। অদুগা পীরিবা শক্তম অসি মরু মরুওইবা লৌখৎলগা অমসুং থিরুরগা মফম মফম অহুগী লৈরম্বা খুদম চাংদম উররগা মতুদগী কংলকপা মচাক কয়াগা অইবা কয়াগী মচাক্তা লোইননা নৈনরবা মতুংদা ফংবা ইমা ভারতকী অশেংবা শক্তম্নি ( দর্শন্নি )।

ভারতবর্ষগী থোইদোকপা রাখল :—মীওইবগী রাখল খনবা ওস্বা পাঙ্গল লাঙ্গনা শেমলকপা অসিদা ভারতবর্ষগী দর্শন শাস্ত্রনা আত্মাগা মরীলৈননা চৎথরকপা মীওইবগী থৌরম পুম্নমক্কী মরুওইবা শরুক ৪ ( মরী ) থোক্লা খাইদোকই মতুদি :—(১) অহানবদা দর্শন শাস্ত্রগী মতুংইন্না পাউতাক লৌশিনবা ( Philosophic interpretation of experience ) (২) পুন্সি অতুদা অরেপ্পা রাখল থম্বা ওস্বা ( certain ideals of life ) (৩) মতেং পীতুনা অরাবদগী কোক-হনবা মরুওইবা চংদ্রবা য়াত্রবা থৌশিল ( Particular principles of social organisation ) (৪) চৎনবি নিংথিনা ঙাকপা অমসুং ইকাইখুম্নবা মওং (Certain norms and forms of discipline) মসিগী মথক্তা অমুক হেন্দোক থোইদোক্লা য়েৎনবগী মহৈ ( তর্ক শাস্ত্র ) অমসুং রাখলগী অহানবা ওইরিবা অয়েকপা লম ( Map ), অতুগা মহৈ মশিং তম্বগী অমসুং লৌউ-শিংউবগী থৌরম, রাখলগী পুথোকপা থবক ( Science ) পৃথিবীগী ওইবা পাঙ্গল মতুগী অরাংবা রাখল পুম্নমক অসি ভারতবর্ষগী মতুংদা অম্বাৎপা লৈতনা চৎথরকই।

হিন্দুগী উবা ওস্বা পাঙ্গলগী মতেংনা থংবা ওস্বদি পুম্নমক অসি অমত্তা ওইনা মান্নৈ। উবা ওস্বা পোৎ অমসুং মতুগী থৌদোক পুম্নমক

মহৌশাগী ওইনা লৈরবা লেংওংপা (Matter) দগী থোকপা ভাক্তনি হাঙ্গৈনা শেংনা খংলম্মী। হাঙ্গৈরিবা অসিগী হৌরকফমগী মরমবু লাঙ্গৈগী ওইবা থৌরমদা থয়াইগী রাখল (আত্মা জ্ঞান) (Spiritual) হাঙ্গৈনা অয়াংবা থাক্কী রাখলদা দর্শন শাস্ত্রগী (Philosophy) মহৈদা খ্বাইদগী হান্না নৈনরম্মী অমসুং নৈনবগী মচাকসু বেদনা ওইরম্মী।

ভারতবর্ষগী হৈশিংবগী মরমদা খ্বাইদগী মরুওইবা মতুগী লমজিং-হুনা তাকপা মওংদি মপুম অমদগী অহুম থোক্না লেংথোকই হাঙ্গৈরিবা লমজিং অহুম অতুদি :—(১) বেদান্তিক (Vedantic), (২) বুধিষ্ট (Budhist), (৩) বৈষ্ণবিত (Saishnavite) অসুম্না উ পাম্বী অমগী খ্বাইদগী চাউবা অহুম লোংথোকপা অতুগুম্না ভারতহর্যগী থৌরম পুন্নমক লমজিং অহুম অসিদনি।

বেদান্তিক (Vedantic) হাঙ্গৈবদি বেদগী থৌরম অমসুং থৌওংদা তৌবা হাঙ্গৈবনি। মসিদি সঙ্করানা সংসারগী ওইবা হাঙ্গৈবদি পুন্নমক্কী ওইবা রাখলদা হৌদোক্লম্মী। অমত্তুগী ওইবা মরম ওইনা হৌগংলমদে, তৌরগুম্বসুং মতুগী অরোইবসু মাংদ্রবা মফমদা চংশিনখিবা হাঙ্গৈবদি লাঙ্গৈগী ওইবা পোংকা তিনশিনখিবা (Eternity) খংহনলি। মশাদগী থোকখিবা মশানি হাঙ্গৈবসি য়াম্না তাকলম্মী অহুগা রাখলগী মিংনসু য়াম্না শেংনা উবা ঙমলম্মী। পৃথিবী অসিদা লৈরিবা পোং অমসুং থোকহনলিবা উবা ঙম্বা নত্রগা উবা ঙমদবা পোং পুন্নমক মতমগা কোন্ননা লৈবা অমসুং মতমগা কোন্ননা মাংথিমা হাঙ্গৈবদি হনজিনখিবা মসি মুন্না খংলম্মী। হাঙ্গৈরিবা রাখল (জ্ঞান) অসিদা অনি থোক্না থনম্মী মতুদি :—(১) মশানা হিংজহুনা মপুং ফানা লৈজব (absolute experience) (২) খুৎশেম্না হিংহনবা (Practical experience)

মসিদা মীওইবগী খেন্নবা থৌরম কয়াগী খংগদোবদি :—মতম পুন্নমক্তা রাখল থবক পুন্নমক "মায়া" ( Maya ) ভাক্তনি। মায়া হাঙ্গৈবসি মপুগী থৌদা হোংদোকপা নত্রগা মপু হোংবা পাঙ্গল ( Power of self alienation ) অস্মুমা খংগনি। অদুগা ময়া অদুপ্গী ফাউদোক্তুনা হাঙ্গৈবদি লাম্থোক্তুনা তৌবা থবক পুন্নমক লাইগী ওইবা খ্বাইদগী হেনবা ( Supreme Being ) ঈশ্বর ( Isvar ) সৈশেম্বা ( Creator ) অস্মুমা খংগনি। সৈশেম্বা হাঙ্গৈবসি ( Creator ) ঐখোইনা মতমগী খোংচৎ "কাল চক্র" ( cyclical ) অসিনি হাঙ্গৈনা খংগদৌবনি। অদুগা মীওইবগী নত্রগা অহিংবা জিবগী মশা মশাগী থরাইগা কোন্নবা হিংলিবা অদুগী অশেংবদি "জিব-আত্মা" ( Jivatma ) অস্মুমা অজিব আত্মা অসি "শিদবা অহিংবা" অদুগা "অশিবা অহিংবা" অনি অসি পুল্লিনবা রাহৈনি হাঙ্গৈনা খংগদৌবমি। মরম অসিনা মসিদগী থোকলকপা রাখল ( জ্ঞান ) অসি অস্মুম অস্মুম কুপ্পা নৈনরকপদা মতমনা যুম্ফম ওইরগা থোকলকপা পুন্নমক থৌবম অনিনা ময়েকশেংনা খাউদোক্লম্মী মথুদি :—(১) অহঙ্কাব (২) সংস্কাব অনি অসিনি। হিন্দুগী থৌওংদা যান্না কান্নববা অচুম্ববু ময়েক শেংনা ঊবা ওম্বা পুম্লিগী পাঙ্গল অহুম্বু "গুণ" অস্মুমা পিরম্মী, মথুদি :—(১) তামস (Tamas) থবক তনবা নত্রগা পংথরবা ( Inertia ) (২) বাজস ( Rajas ) মশাগী অপাম্বগী মথক্তা যান্না অফনবা থবক তৌবা নত্রগা পেনবা সৈতনা পাম্বা (৩) সত্ত্ব ( Sattva ) পুন্নমকপু অমত্তা ওইনা থাজনা সৈরবা। অস্মুমা মীওইবগী পুল্লিদা মখল মহুম ( ৩ ) খাইদোক্তুনা পীরম্মী। অহুম অসিগী শন্দোকপা কয়াদি গীতাদা সৈখ্রে। অদুগা মরুওইনা মীওইবগী শোইদনা তৌরগদৌবা থবকী মরম "কর্ম্ম" ( Karma ) অলিনা লমচৎ শাজৎকী থৌদোক পুন্নমকপু ঊংখোকপা থৌদোক

ওইখনা মরু ওইনা মীওইবনা মশা মশাগী তৌবা থৌরম কয়াদা পুম্নমক শেমদোক শাদোক্নবা মশাবু মশানা হোৎনজবা ঙম্নবা হিন্দুগী থৌরাং নিংথিনা লৈরম্মী অমসুং লৈরি।

বুধগী থৌরমদা য়াম্না মরুওইবা ভাবনা শাহনা, প্রামান তৌবা হাঙ্গৈবদি খুদম পীবগী থবক পুম্নমক লোইনা তোকলম্মী। অদুগা মীওইবগী লমচৎকা কোম্নবা মথক্তা হাঙ্গৈথ্রিবা থবক "কর্ম্ম" (Karma) অদুতা চেৎনা তৌরম্মী।

বৈষ্ণবগী থৌবমদনা ঈশ্বরগী থৌরম পুম্নমক মশানা মশাবু থাজবগা লোইননা কংথোকপা (পিথোকপা) (Self giviug) সংসার অসি লাইগী লিলা অমা ওইনা লৌই। অদুগা লাই অদুবু হুংশিনবা মহাক্তবু কাউদনবা হোৎনৈ। ঐগী অমত্তা নত্তে, পুম্নমক লাঙ্গীগীনি হাঙ্গৈনা অবানবা তৌবা পুম্নমকপু মাংহনবা ঙম্নবা হোৎনৈ। অদুগা হুংশিবা হাঙ্গৈবা অসি অনিগী ওইবা মচাকনি মরমদি মতম মতমগী ওইনা থোকপা লাঙ্গীগী মওং (অবতার) অদুগা অনিনা অমতা ওইনা থোকপগী মবি লৈনবা পুম্নমক্কী রাখল অরাংবা নৈনহনা য়াম্না শেংনা থম্বা পুক্নিং "সত্ত্ব" (Satva) অদুগা অমুকসু অশেংবগী অয়োবা "চিৎ" (Chit) অস্নুম্না অবেপ্পা মশক অমসুং মখা পোনবা মশক (Subject and Object) অনিগী ওইবা পাঙ্গলনা মীওইবগী রাখলগী হৌফম (centre) ওইবিবা মফম অদুদা মঙাল পিহনা য়াম্না অথংবা রাখলদা পিবা লৌবা (Give and take) অসি তৌহনা পুম্নমকপু অমতা ওইনা খনবা ঙম্বা রাখলগা কোম্ননা মশাগী থবক তৌজৈ। মসি বৈষ্ণবগী থৌরম মহুংদা য়াম্না অরুবা রাখল যংবদা রারবা থৌরমনি।

বৈষ্ণবগী মরুওইবা রাখসদি থবক থংদে, রাখল থংদে, মুংশিনা ভক্তি ( Bhakti ) অসিদনা পাপ পুন্নমকপু কোকপিবা ওমহুনা লাঈবু ফংবা ওম্মী অসিনি ( Not Karma nor Jnana but love ( Bhakti ) is the source salvation ) অসিনি য়াম্না শম্বা রাহৈ থরনা খংহন্নলিবনি।

বৈষ্ণবগী থম্মোইদা লৈগদৌবা অশেংবদি মী, শা, ঙা, উ, রা, মৈ, ঈশিং, মুংশিং, অতিয়া, মুমিং, থা, থবানমিচাক, লৈপাক মতম অমম্বং পুন্সি পুন্নমক অসিবু অমম্ভনি হাঈনা উবা ওমহুনা পুন্নমক অসিদা চপ চানা য়োনা মুংশিবা। মরম ওইহুনা "পরমানু" মিংনা উবা ওমদবা খ্বাইদগী কুপ্পা ( atom ) অহুগা লৈনবা মরি অহুদা লেংদনা লৈবা মহৌশা মহুবু পাইরিবা লাঈ 'দেব পুরুষ" ( Divine Purusha) (Spirit) অহুনা "দেবী-প্রকৃতি" (Divine-Prakriti) ( Nature ) অসি পুন্নমক্কী মথক্তা চেংনা থাজবগা লোইননা মুংশিবা ( Bhakti ) (Love) মসি বৈষ্ণবগী মরুওইবা লিচিংনি। অহুগা অপুনবা ( Universe ) ওইনা উহুনা অপুনবা রাখল ওইনা নৈনবা অহুগা ·পৃথী হাঈবদি লৈপাক অপুনবা অসিনা লাঈলৈপাক ( স্বর্গ ) ওইনা খন্দুনা পুন্নমক অতুদা অমম্ভা ওইনা খেন্নবা লৈতনা মুংশি। হিন্দুগী চৎনবী কয়াগী মন্নুংদা য়াম্না তোপ তোপ্পা খরা লৈ। মহুদি মশামক মীনি হাঈনা খঞ্জদ্রবা য়াম্না অচিকপা মফমদা মতোমদা লৈহুনা মহৌশা হাঈবা অসি অহুমক মহৌশা ওইহুনা খল্লগা য়াম্না চম্বা মী অমা ওইনা পুন্সি লেনবা অসিনি।

হিন্দুগী তীর্থ চৎপা মওংদি মতম পুন্নমক্তা অচৌবা চীং হিমালয় উম্না মহি চেম্থোক্তুনা হেম্বরকপা তুরেলশিং, অচৌবা সমুদ্রগী হৌকম

নত্রগা ঈথৎ, অদুগা কোনা পাম্বী হৌবা সমুদ্র মপাল, চীং অচৌ অচৌবা অদুগা চহি চা কয়াগী মমাংদা ঋ'ষশিংনা তোপ তৌরম্বা মী তাদবা উমং অসিগুম্বা মকমদা চৎলগা মক্ষমশিং অদুবু মপুং ফানা রারীপা কোম্ননা উজবা ( দর্শন ) ফংজরবদি পুন্সি অদু মপুং ফানা লাঙ্গী থৌদা তৌরম্বা পুন্সিগুম লৌনৈ। মসিগুম্বা হিন্দুগী পুন্সি অসি পৃথিবীগী মকম পুম্নমক্তা লৈরমদে অমম্তং লৈত্রি।

হিন্দুদি মী পুম্নমক্কী অমস্তং মাম্ন মাম্ননা লৈবা মী পুম্নমক্কী ওইবা "দর্শন শাস্ত্র" "পুক্নিংগী খনবা ভম্বা মহৈ" বু মশা মশাগী ওইনা তৌবগা পুম্নমক্কী ফগৎনবা পুকচেল অমত্তা ওইবা মওংদা থবক পুম্নমক পাথোংকই। হিন্দুগী রাখল পুম্নমক ফগৎনবা ভাক্তা ঈশ্বরম্মী মতুদি লৈপাক্তগী পাম্বী কয়া হৌনবা অদুগা মীদগী ঋষি ওইনবা অদুগা মতুগী থৌওংদা অথাং কনবা তম্নগা অতোপ্পা মপোক্তা অমুক অরাংবা মপোক ওইবকপা ভম্মী হাঙ্গবা চপ চানা থজবগা লোইননা থবক পুম্নমক তৌই। থৌবম অদুগী মরুওইবা লাঙ্গী ওইবা পাউত্তাকপু "ভগবত গীতা" হাঙ্গনা যাম্না অশম্বা শ্লোক মতম পুম্নমক্তা তাই অমস্তং নৈনৈ। অসুম্না মীওইবগী মপোক্তা পাঙ্গল কলহনবা লাঙ্গী মপোক ওইহনবা ভম্নবা হোৎনবা থৌবম পুম্নমক মশা মশাগী লোইনচুনা লৈববা থরাইগী লৈনবা মবম পুম্নমক খংবা ভম্নবা মহৈ তম্বা লোইববা মতু দা মশাবু মশানা মুম্না খংলবা মতমদা থৌবম পুম্নমক লাই ( ঈশ্বর ) গী থবকনি, পুম্নমক্কীনি, হাঙ্গনা থবক তৌই। মতৌ অসুম তৌনা মীওইবগী মপোক অসি "সায়োন নত্রগা অবতার" ( Sayon or Avatar ) ( incarnation ) অমা ওইনা লৌই। ভরতবর্ষগী দর্শন শাস্ত্রদি ( Philosophy ) জিবগী সেবাগী মওংদা

পুক্কিং অমসুং থৱাইগী ( inner Spiritual ) শাজবা পাঙ্গল য়াম্না হেনগৎহনবা মতুগী খ্বাইদগী হেন্না লমজিংবদা ফারবা মহৈগী থবকনি। অসিগুম্বা লমচৎ শাজংকী পুন্সি ওইদুনা অমগা অমগা মতেং পিনদুনা ( Social Serv ce ) য়াম্না ইংনা লৈবা হিন্দুগী পুন্সিনি। হাঙ্গৈরিবা থৌওং অতুগী থৌরম পুন্নমক তন্নবা মহৈ তমফমশংদি হিন্দুগী পুন্না লৈমিন্নবা ইমুং খুদিংমক্তা তফমশং ( institution ) অতুম ওইবম্মী। নোংচুপলোমগী মীরৈবাক্কী থৌরম বোমানগী হৈশিংবা রাখলগী থৌবমদি মরন্নাই ওইবা পোং চৈ পুন্নমক্কী মবক্তা নত্রগা মহাজনগী মথক্তা পুন্নমক্কী পুন্সিবু মীখা পোলহনবা থৌবম থৌশিল ভাক্তা ওইবনা "কম্মুনিজম, হিউমেনিজম, সোসেলিজম" ( Communism, Humanism, Socialism ) পুন্নমক্কী থৌওং পুন্নমক ভাবতবর্ষগী থৌওংগা য়াম্না খেন্নে। ভাবতবর্ষগী থৌওংদি হিন্দুগী যুন্থাল পুমনমক্কী পুন্সিদা অতুমক চৎনদুনা লৈবম্মী। রাফশ অসিদা খেন্নবগী মওংদি কমুনিজম (Communism) হাঙ্গৈবা অসি পোং পুন্নমক মী অমত্তুগী ওইনা লৈতবা অপুনবা মীযামগী ওইনা লৈহনবা থৌশিল হাঙ্গৈবনি। রাফম অসিদা খেন্নবদি মীবৈবাক্কী থৌশিলনা নমতুনা লৌথে ক্লগা ম'ন্নহনগনি হাঙ্গৈবা অসিনি। অতুগা ভাবতবষগী থৌওংনা মশা মশাগী পোং পুন্নমক মশা মশানা মযামগী পোংনি মযামদা শিজিন্নগদৌবনি হাঙ্গৈনা মশা মশাগী মম্মোইদা চেন্দুনা লৈজবা পুন্সি ওইনা লেনবনি।

হিন্দুগী থর্ম্মদা পিবা লিচিংদি পুন্নমকপু ইকাইখুন্নবা অতুগা অমত্তা ওইনা মুংশিবা মতুনা লমজিং ওইরব্দি অনেম অরাং চপ মান্নবা ( Stability ) অমা পুন্নকপা য়াগনি হাঙ্গৈবসি শেংনা থংবা ওম্মী।

অচুগা অসিগুবদা নোংচুপ মীরৈবাক্কী "সোসেলিজম" ( Socialism ) থৌওংদি শেল থুমগী থৌরাং ভাক্তা ওইনা তৌই মরম অতুনা থৌরম অমুনা পুন্নমক্কী ওইনা কান্নবা ফংবা ওমদে। ভারতবর্ষগী থৌওংদা লৈরম্বনা অমগা অমগা মতেং পাংনত্তুনা অওম অওম্বা মতমগী থৌদোক পুন্নমক্তা সেবা তৌনৈ। মরুওইনা সেবা তৌবা হাঙ্গবা অসিনা ভারতকী শেংথ্রবা সোসেলিষ্টগী থৌওংনি। মসিদা মী অমগা অমগা অচৌ পিশক খাইদনা ইকাই খুম্নবা মসিদা পুন্সি অতুগী খুৎলাই অমা ওইনা থম্মী। ইমুং অমগী মনুংদা লৈবা মী পুন্নমক মশা মশানা মথৌ পুন্নমক খংনবা তম্বীবম্মী। মতুগী তম্বীবা মওংদি মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্লগা থবক পুন্নমক পাংথোক্লবা হোৎনৈ। হিন্দুগী ধর্ম্মগা য়াম্না মবিলৈনবা থবক লৌউ-শিংউবগা চপ চানা মবি লৈনৈ। মতু ইমুং খুদিংদা মশা মশাগী ধর্ম্ম ওইনা থম্নবম্মী অতুগা ত্রেতা যুগকী মনুংদা থোকখিবা অচৌবা থৌদোক বামায়নগী মমি মযেক শেংনা মী খুদিংগী পুক্নিংদা তারম্মী অংগা মবি লৈননা ইমুং অমগী লৈমিন্নবিবা সুপী সুপা মচা মশু অমসুং মমা মপা পুন্নমক্কী চৎনবী পুন্নমক বামায়নগী মনুংদা থোকলিবা অতুগী পাউতাক মতুংইন্না চৎনবম্মী। মবম অতুগা হিন্দুগী তৌদ্রবা যাদ্রবা ধর্ম্ম অমসুং সেবা, লাইনিং লাইশোন পুন্নমক্কী থৌবম মঙা থোক্কা খায়দোক্লম্মী মতুদি :— পঞ্চমহা যজ্ঞ ( Pancha Mahayajna ) হাঙ্গনা থনম্মী মতুদি :—

(১) দেব-যজ্ঞ ( Dev-Yajna ) লাইবু পূজা তৌবা

(২) পিতৃ যজ্ঞ ( Pitri-Yajna ) ইপা ইপু পূজা তৌবা

(৩) ভুত-যজ্ঞ ( Bhuta-Yajna ) পুন্সিগী থৌরম

(৪) ঋষি-যজ্ঞ ( Rishi-Yajna ) ইপাওয়া তম্বীবা

(৫) নৃ-যজ্ঞ ( Nri Yajna ) থৌজাল।

মতৌ অগুম্না থৌরাং মশা অসিগা কোম্বনা মীওইবগী থৌরম পুম্নমক চথরকই, তৌইগুম্বসুং হৌজিক্কী মতমদা পুম্নমক লোইনা থুগাইদুনা অনৌবা থৌরম, অনৌবা থৌরাং, অনৌবা থৌওং কয়ানা য়ৈগাই থিনয়াইদুনা অরাংবা থাক্তা লৈজবা পুন্সিবু য়াম্না কিহনবা "ধমকা" তৌবা অদুগা অনেম্বদা চিংথবা পুম্নমক লাইথুংনি হাঙ্গৈবা য়াই। লাইথুং হাঙ্গৈবা অসি চংগ্রবা হকচাং অদু শেংনবা হোৎনবদা মতম চংই, রাখল চংই, ইতিহাস নত্রগা রারী চংই, ঐখোইনা লৌই, পৃথিবীনা ইমানি অদুগা মুমিৎনা ইপানি অদুগী মথং মনাও অসুম অসুম পোকললকপা নত্রগা লাকপবু মুম্না থিবগীদমক পিতৃ-যজনা হাঙ্গৈনা লৈবনি। হিন্দুগী থৌরমদা ইপা ইপুগী থৌরম নত্রগা পূজা (Pitri-Yajna) হাঙ্গৈবসি য়াম্না মরুওইবা থৌরমসিবু ঐখোইনা মীরোল কয়াদগী মথং মথং চথরকপা থৌরম পুম্নমক্কী উনরি, নত্রগা য়ানখিবগী ইদুনা থম্নবগুম্বা ( Bond ) অচেৎপা লৌওংনি। হিন্দুগী মুপী অমসুং নিপা হাঙ্গৈনা য়ুম্বান্নবগী থৌরম অসিদা য়ামনা শেংবা রাখলদা অমত্তা ঙাইরবা লাই ( ঈশ্বর ) শিদবা=পুরুষ ( Spirit ) অদুগা মহৌশা লাইরেম্বী ( প্রকৃতি )= ( Nature ) অসুমনা খংদুনা থানবা য়াদ্রবা অমা ওইনা লৌই। অদুগা অমুক রাখলগী মহৈনা অহিংবা "জীব" পুন্সি ( Life ) অদুগা থৱাই "অত্মা" ( Soul ) অসুম্নসু লৌদুনা লাইগী ওইবা থৌরম পুম্নমক পাংথোপনি হাঙ্গৈনা চেৎনা থাজনা লৌদুনা য়ুম্বান্নবগী থবক চথরম্মী। অদুগা হাঙ্গৈখ্রিবা য়ুম্বান্নবগী

পুন্সিদা খোংদারকপবু (গৃহস্থি-আশ্রম) লুহোংবা হাঙ্গনা হিন্দুগী অচৌবা ধর্ম্মগী থৌরাং তৌই। থৌরম অদুদা মাইকৈ অনিগী হৌরকফম অমুগা খাইদোক্লখিবা পুম্নমক থিনরগা হাঙ্গবদি ইপা ইপুগী মরি "মাতৃ পিতৃ" অনিগী মবিবু নিংশিংনা মীওইবা পুন্সিগী অচৌবা যজ্ঞ অমা তৌরগা রাশক লৌদুনা লাইগা মতমগা হাঙ্গবদি 'কাল" "পুরুষ" নত্রগা মহৌশা "প্রকৃতি" মপু 'পুরুষ" (Divine Nature and Divine Spirit) অসুম্না খংদুনা অমগা অমগা তংনবা য়াত্রবা মুংশিনবী থৌবী অসি মুন্না খংদুনা মতম পুম্নমক্তা থমোইগা থমোইগা হাঙ্গবদি মীগা মীগা অমত্তা ওইনা উদুনা থবক তৌবা মতমদা অফবা নত্তনা ফত্তবগী রাখল অমত্তা হিন্দুদা লৈতে। হিন্দুগী অদুগুম্বা থৌরম্বু খুদম কয়াগা কোন্নরা হৌজিক ফাওবা চত্থরি মদুদিঃ— মপুরোইবা লৈত্রবী নত্রগা নুপী লৈত্রবা মতমদা পুন্সি অদুদা অতোপ্পা অনৌবা থৌরাংগী রাখল লৈবমদে। মবম অদুদা আশ্রম অদুদা লৈন লৈন মশাবু লাইদা কখেকপা নত্রগা গৃহস্থ আশ্রম অদুগী থাদোকপা অসুম্না অচেংপা রাশক চত্থবম্মী। অদুগা মথক্তা হাঙ্গিত্রিবা লুহোংবা মতমদা নুপীগী লৈবম্বা গোত্র হাঙ্গবদি মথং মথং চত্থবকপগী খাইদোকপা মশা অদু খংলগা নুপা অদুগী গোত্রদা তিনবা যাবে হাঙ্গনা লেপ্পবনি। মসিগী মরুদি ঈগী মযাল অদু তিন্নশিনবা যাবা নত্রগা যাদবা যেংদুনা তৌবনি। করিগুম্বা ঈ অদ তিন্নবা যাদবা ওইবম্লবদি, অনি অদুগী য়াম্নবা ঈনা ওইরকপা পুন্সিদি শেম্ববদা রাবা পুন্সি ওই। হৌজিকী মতমদা মীওইবগী হকচাংগী লাইযেং কয়াদা মকওইনা চংলিবা ঈ য়েংবা থবক অসি হিন্দুগী থৌবমদদি মশা মশাগী হৌবকপগী মরি থিরগা ইলাই লাইনা রাখলত্তনা পুথোকপা ওম্মী।

বুদ্ধনা চপচানা থাজরম্মী মতুদি ভারতকী ধর্ম্ম হাঙ্গৈবা অসি খর অতুমক মাংদনা লৈরগদোবনি, মসিগীদমক্তা য়ামনা কয়া থরাই য়ানা, মতু মাংখিগনি হাঙ্গৈনা হোৎনগদৌবা রাফম করিস্থ লৈতে। মরমদি পুন্সি অমগী চংদবা য়াত্রবা থৌরম ওইবনা লাইমকী মথংদা অনিশুভা মহৌশা ( Second Neture ) ওইনা অতুম লৈরগদৌবনি। মরম অতুনা বুদ্ধনা য়ামনা থাজনা মহাক্কী পুন্সিদা অস্তুমনা লেপ-লম্মী মতুদি :—"ধর্ম্ম-চক্র-প্রভরতনা-সুত্র" অস্তুমনা লৈরম্মী। মসি চপ চানা থাজনো মরুওইবা মরি পুন্সিগী ওইনা থনম্মী মতুদি :—

১। (ছুখ) Dukha—অয়াবা।

২। ত্রিশ্ন (Trisna)—নিংবা।

৩। নিরোধ (Nirodha) থিংবা নত্রগা খাম্বা।

৪। মার্গ (Margga)—লম্বী।

অস্তুমনা খাইদোক্কুনা থনম্মী, তৌইগুম্বস্থং লম্বী অতুগী ময়াই ওইনা লম্বী নিপাল থোক্না থনম্মী মতু লৌথোক লৌশিম নত্রগা চাউথোক পিকশিন য়াবা মওংনি। মতু মখাদা পিরিবা অসিনি।

১। স্যামক ভ্রিষ্টি (Samyak) থর্ম্মগী পুন্সি ওইরবদি অচুম অরান কয়া, অতুগা খেন্নবা মওং কয়া, পুন্সিগী য়ামনা মরুওইবা মুয়া থিজিনবা চংই হাঙ্গৈরম্মী। অতুগা বুদ্ধনা মশামক থাংদোক্কুনা অচুম্বা পুন্সিদা সংসারগী ওইবা অপাম্বা পুমনমক কৎথোক্কুনা অচুম্বগী "দর্শন" শক্তম অমা উৎলম্মী।

২। স্যামক সংকল্প (Samyak-Samkalapa) পুন্সি অসি অচুম্বগীদমক্তা থৌরাং তৌগনি।

৩। বাক (Vak) চুমনা ঙাংবা।

৪। কর্ম্ম (Karma) চুমনা থবক তৌবা।

৫। অজিবা (Ajiva) চুমবা শক্তমদা পুন্সি লেনবা।

৬। ব্যায়াম (Vyayama) চুমনা হোৎনবা। অদুগা অশোক্কী ইত্তিক্কী মমুংদা "অভ্যাস" হাঙ্গনা পটঞ্জলিগী যোগ দর্শন্না তাক্লম্মী।

৭। স্মৃতি ( Smriti ) মতম পুমনমক্তা কাউদনবা হোৎনবা করিগুমবা অইবা থমহনা য়ামনা লুনা হোৎনবা নত্তনা মশা মশাদগী থোকপগুমনা ৭ (তরেৎ) অসিনা লুচিংই (Seven injuction) অমুমনা লৈ মহুদি:—"চিত্তবিসুধী" মসিবু থুংলবদি য়ামনা শেংলবা পুক্নিংগী হাঙ্গবদি রাখলগী হোৎনবদা অরোইবগী অহুম অসিনা লমজিংহনা হোৎনবা "শিলবিসুধী" (Shilavisudhi) অমুমনা লৈ।

বুদ্ধগী মতমদা মহাক্কী রাখল অমসুং শেমগৎশাগৎপবু 'মহায়না" হাঙ্গনা খংই। অদুগা এসিয়াগী লৈবাক পুমনমকপু "দিপন্তরা ভারত" (Dvipantara Bharata) অমুমনা খঙলম্মী। অদুগা বুদ্ধগী শেমলম্বা লমম্বী (Path) "মার্গ" (Marga) হাঙ্গনা লৈ। "প্রতিপন্ড" অমুক চিংশিনবা "নির্বনা" অমুমনা অমুক্কী মপোক্তা হল্লকপগী অরেপ্পা অমা পিবা. অদুগা স্রাম্না গাড়ী ওইরগা থুংকম য়োনবা পুবনি। য়ামনা ওন্না অহানবদা বুদ্ধগী শেমগৎ শাগৎপবু "হিনায়না" অদুগা অনিশুবদনা "মহায়না" অমুমনা লৈ। অমুমনা খাইদগী কল্লা চেনবা গাড়ীদি "মহায়না" অসিনি অদুগা মম্মিগী লম্বীদি "ভক্তি মার্গ" (Bhakti Marga) অসিনি। মসি কথোকপগী মমুংদা লম্বী অসিনা ইহেন হেন্না য়াংবা গাড়ী লম্বীনি। মসিদা চৎলবদি মীওইবনা

অরা অনা য়াউদনা য়োফমদা লাইনা থুংবা ওন্মী। মহাযনা হাঙ্গবা অসিনা খণ্ডহনলন্মী মহুদি বুদ্ধবু লাইগুমনা লাৎপা অমস্থং পূজা তৌবা পদ্ধরা হাঙ্গবা মফম অসিদা ইহান হান্না তৌরন্মী। অদুগা মতুংদা খরা নৌথোক্লা বুদ্ধগী থৌওংগী লমচৎ শাক্যমুনিনা মহুগী মৈথ্যমদা কন্না চৎথরন্মী। অদুগা শাক্যমুনিগী মতুংদা চথহৌগদৌবা অদুনা হেন্দোক থোইদোক্লা মৈত্রেয মুনিনা তৌবন্মী।

মহায়নাগী মতম অসি সেঞ্চুরি অমা এঃ ডিঃ হাঙ্গবদি নিংথৌরেল কনিষ্কাগী মতমনি। অদুগা মতম অদুদা দর্শন শাস্ত্রগী যামনা হৈশিংলবা অনি লৈবন্মী মহুগী মমিংদি ঃ—অশ্বা যোশা অদুগা (২) নাগঅর্জুনা অসিনি। মহাযনা হাঙ্গবা অসি তোপ তোপ্পা পুমনমক্কী ওইবা থুংশিবা (Universal Love) ইন্দ্রিনা ফংবা ওস্বা ওইনা লৈবিবা (Sentient beings) অসিদা মাংওইননা চথবনি। অদুগা মুক্তি ফংবা "নির্বান" (Bless) হাঙ্গবা অসি স্বর্গগী নুংঙাইবা ফংবনি। অদুগা "নির্মান" অসিদি অচুম্বগী মন্নুংদা লেংদনা লৈববা নুংঙাইবগী মোক্ষগী মফমনি। অদুগা মহুগী মফম যৌদুনা নুংঙাইবা ফংথ্রববি সংসার (Samsara) হাঙ্গবা অসি কবিস্থ খল্লবোই। মতাং অসিদা য়াম্না ফজবা লৌনিংঙাই ওইবা রাফম অমা "মহাযনা সুত্র"গী অস্নুম্না লৈরন্মী মহুদি ঃ—বিমাল কিরিতিনা মশানা রাহং অমা হংজে মহুদি ঃ— অকবা রাখল খন্দ্রিবসি করিগীনো?

রাহং অসিদা মহাক্না পীবা পাউখুমদি ঃ—রাখলনা লৌশিনবা ওস্বা অহু নারে, মরম অদুনা ঐ নাম্বত্রা? থরাইদগী অনাবা অহু

ফরম্বনা লৈরবদি ঐগী অনবা অহুস্থ ফরে। বুদ্ধনা থরাইগী মরি-লৈনবা পুমনমক মুংশিবা মচামক ওইনা মুংশি মরম অহুনা মখোই অহু নারবা কান্দা মহাকস্থ নাই মরম পুমনমকপু মুংশিবনা কোনসিনবা মরমনা হাঙ্গৈরিবা অহু লাকপনি। মরম অহুনা রাখলগী অনাবা পুমনমকপু অস্থমনা খণ্ডহুনা অনামা পুমনমক লোথোক্লবা লাইয়েং তৌরম্মী।

মহায়নাগী লাইশংদা নুমিৎখুদিংগী শৈরেংথিহুনা আশ্রম অহুদা লাইশোন ওইনা হাইজরম্মী মহুদি ঃ—ডাকপিবা হায়বা রাশক লৌরি। মতৌ অস্থমতৌনা ভাবতবর্ষগী হিন্দু পুমমক্লা মপুক্লিংদা অমগা অমগা মরি লৈননা মহায়নাগী থৌবম অসি য়ামনা চুস্থা অরানবা য়াদ্রবা পুন্সিগী ওইনা ভাবত পুম্বা চৎথরম্মী।

মথক্তা পীপ্রিবা মকওইবা থৌবমশিং অসিনা পৃথিবিগী মফম অয়াম্বদা বুদ্ধদেবগী মুর্তিগা কোন্ননা হিন্দু ধর্ম্মগী মঙাল যেল্লম্মী। বুদ্ধমিসিযন হাঙ্গৈনা খণ্ডনরবা থৌবাং অসিনা মীওইবগী সেবা অমস্তং থরাইগী ওইবা মহৈগী পাউজেল পুমনমক যামনা পাক্লা শন্দোক্লুনা ভারতবর্ষগী শক্তম্ব পাক্লা চাউনা মীবৈবাক্কী লম কযা কোনশিন্দুনা অচৌবা ভারত (Greater India) হাঙ্গৈনা খণ্ডনরম্মী।

---

১৮ শুবা শক্তম

# হৌখ্রবা মতমদা পুম্নকী মরু লৈ

ভারত ইমাগী অপুনবা শক্তমগী মনুংদা লৈরিবা মীওইবগী হৌরকখম মরুদি হৌখ্রবা মতম কয়াগা লোইন লোইননা লৈ, হাঙ্গৈবসি ঐখোইনা শেংনা খঙই। হৌখ্রবা থৌদোক কয়ামা ঐখোইগী নাপল তৌনীংঙাই ওইরম্মী। অতুগা অমুকস্তু পৃথিবীগী মনুংদা ময়েক শেংনা উৎলম্মী মতুদি:—হৌখ্রবা মতমনা শেমগৎ শাগৎলম্মী তুংগী ওই-রমক্কদৌবা পুমনমক। ভারতবর্ষনা পৃথিবীবু শিনবা থুংনা থরাই হাপ্প অশুমনা মীওইবগী হিংনবা লম্বীদা চিংশিনলি। ঐখোয়না নীং-শিংবা য়াই ইমা ভারতপু মুংশিবা মচাশিংগী মনুংদা খরনা পীবম্বা অতেনবা রাহৈ কয়া মন্ত্রগী খোম্থোককুম মতুগী রালৈ খর মখাদা পিরিবা অসিনি।

(১) স্বামি বিবেকানন্দনা হাঙ্গৈরম্মী "তুংগী ওইবক্কদৌবা পুম্নমক হৌখ্রবা মতমনা শাগৎপনি।( Past Build future )।

(২) রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরনা হায়বীরম্মী "পুমনমক হৌখ্রবা মতুংগী মনুংদা লৈ" (Seeds in the past)।

(৩) পণ্ডিত জওহরলাল নেহরুনা হাঙ্গৈবিরম্মী "ঐখোইগী নাপল পুমনমক হৌখ্রবা মতমনা শাগৎলম্মী" ( Past that make us proud )।

(৪) শ্রীঅরবিন্দনা হাঙ্গৈবিরম্মী "ঐখোইগী লুচিংবদি লাই (ঈশ্বর মশামকনি" (Our captain is god himself)।

(৫) শ্রীরামানা হাঙ্গৈবিরম্মী "উপাম্বী অমনা মহাক্না লেপলিবা (হৌরিবা) লৈপাক্কী মক্তম অদুবু শোইদনা নুংশি" (A tree must love the ground on which it stan s) অদুগা অমনা "পোক্নফম লমদম্না স্বর্গদগী হেন্নি" (Motherland is greater than heaven).

মতৌ অসুম্না মহাপুরুষ কয়ানা মশাং লাকওমদবা পাউতাক কষানা পৃথিবীগী মক্তম থুদিংদা থম্মীরগী। অদুগা পুম্নমকপু ইমা অমত্তগী মচানি হাঙ্গৈবা থাজবা যাবা পাউতাক কয়াবু বেদগী মন্ত্রগা কোম্নগা উৎপিরম্মী। মতাং অসিদা ঐখোঙ্গৈনা নিংশিংবা যাই মতুদি মহাত্মা গান্ধীজিনা হাঙ্গৈবিরম্মী অত্তেনবা রাইস কয়ানা অচুম্বা লমজিং ওইনা মতুদি :—ঐনা ইমা ভারতপু মচা অমনা মমাগী মথাদা কোন্সিনবগুম কোন্সিঙ্গনি, মবমদি ঐনা চেৎনা থংই, মহাক্না ঐগী চংদবা যাদ্রবা থরাইগী পুম্নমক্কা কোম্নগা যোকপিরি হাঙ্গৈনা (I cling to India like a child to its mother's breast, because I feel that she gives me the spritual nourist that I need) ঐখোইগী ইমা পুন্য চেনবী ভারত পুম্নমক্কী মমা ওইবী যুগ কয়া হৌগ্রবা মহাক্কী পুন্সিদা ঐখোইনা মতম পুম্নমক্তা নৈনতুনা মীওইবগী হিংনবা মচাক ওখবি, হৌগ্রবা থোঙোক অচৌবা কয়ানা লম্বী ওইতুনা অপুনবা হিন্দুগী খোংচৎ ওইরি। বেদ, রামায়ন, মহাভারত উপনির্ষদ অমসুং ভারত অসুম্না ইমাগী অরাংপা লৈত্রবা রাখলগী সমুদ্র ওইনা লৈরম্মী।

রামায়নগী মমুংদা অতেনবা ৱাহৈনা রামনা লক্ষ্মন্দা হায়রম্মী, "অপি স্বরনময় লঙ্কা ন মে লক্ষ্মন রোচতে, জননী জর্ম্ম ভুমিশ্চ স্বর্গাদপি গরিয়সী" হে লক্ষ্মন সনানা শেম শারবা লঙ্কা ওইরবসু ঐঙোন্দদি পোক্লফম্না স্বর্গদগী হেল্লি ( Oh Lakshman even the golden Lanka has no fascination for me. For the mother and motherland are grerter than heaven itself ) মসিনা ইমা ভারতকী দর্শনবু পৃথিবীগী মমুংদা অমত্তা ওাইবা অথোইবনি হাঙ্গৈনা উৎলম্মী।

মহাভারতকী মমুংদা অমুক অতেনবা শ্লোক খবনা ঊৎলম্মী, "অত্রাপি ভাবতম শ্রেষ্ঠম জম্বুদীপে মহামুনে, যত হি কর্ম্মভুমেশ্ব যতন্যা ভোগাভুময়ে। অত্রা জনমা সহশ্রনম সহশ্রেবপি সতমা, কদাচিলাভতে জানতুব মনুশ্যাম পুন্য সঞ্চায়তে। লাইগী লৈবাক ওইবা অসি ময়েক শেংনা ঊৎলম্মী। অমুকসু অসুম্না হাঙ্গৈবম্মী "এতদ্দেশ প্রসুতস্য, সকাশাৎ অগ্রজন্মন: স্বং স্বং চবিত্রং শিক্ষেবন, পৃথিব্যাং সর্ব্বমানবা: অসুম্না আর্য ঋষিশিংদগী পৃথিবীগী মীওইশিংনা মশা মশাগী লমজিং মৈবা ওইবি।

পৃথিবীগী মী পুম্নমক হিংনবগী কাংলুপ শেমমুনা থোওং কয়া চৎনৈ, মদুগী কাংলুপশিংবু জাতি ( Nation ) হাঙ্গৈনা খংনরি। অদুগুম্বা জাতি হাঙ্গৈনা লৈরিহ্না অদুগী মমুংদা হিন্দু জাতি হাঙ্গৈবা ভারতকী জাতি অসিদি থোৌবম পুম্নমক্তা অপুনবগী ( Universe ) ওইবা থোৌরম ওাক্তনি। হিন্দুগী লমজিংদি জাতি বিজাতি খাইদে, মরমদি মীওইবগী শেংলবা লাইমকী ওইবা লমজিং ওইবনা পুম্নমক্তা

( বিশ্ব ) অহুমক চংনবা অকাইবা অমত্তা লৈতে। থৌওং পুমনমক অমুমনা থনম্মী মহুদি:—চতুর্বিধা পুরুষথ" অসিনি মসি মরি থোক্লা লৈ মহুদি:—(১) ধর্ম্ম (Dharma), (২) অর্থ (Artha) (৩) কামা (Kama), (৪) মক্ষ অসিগী লৈরিবা মরুওইবা অচুম অরান তৌনবা ভারতকী দর্শন শাস্ত্রনা য়ুম্ফম ওই। অদুগা মহাভাগবত পুরানগী মনুংদা অমসুং উপনিষদকী মনুংদা লৈবা পুমনমকী লৌখংলগা যোগ ১৮ ওইনা লৌখংলগা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুনদা তাকপিহুনা মীওইবগী পুন্সি করমনা লেনগদগে হাঙ্গৈবা অদুগা অনৌবা ওইরকদৌবা পুন্সি অমসুং হৌগ্রবা পুন্সিগী থৌরাং পুমনমক তাকপিরম্মী। অদুগা যোগগী ওইবা ৱাহৈশিং অদুগী মনুংদা মখাবা থর পীরিবা অসিনি।

শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুনদা তাকপিখি:-"সত্যস্ত বচনং সাধু ন সত্যাৎ বিদ্যতে পরম, তত্ত্বেনৈব সুদুর্জ্ঞেয়ং পশ্য সত্যমনুষ্ঠিতম। ভবেৎ সত্যমবক্তব্যম অনৃতং ভবেৎ য়ত্রানিত্যং ভবেৎ সত্যং সত্যঞ্চাপি অনৃতং ভবেৎ। অমুমনা ভাংবতনা পুমনমক্কগী অথৌবনি তাকপি। অদুগা অমুকসু অমুমনা সাকপি "অনেকচিও বিভ্রান্তা: মোহজাল সমাবৃতা:। প্রসক্ত: কামভোগেসু পতন্তি নরকেহশুচৌ। মসিনা মীওইবগী পুন্সিং অরানবা লম্বীদা চিংদনবা তাকপিরম্মী।

হিন্দু পুরুমক্কা চেংনা থাজৈ মদুদি:— "মক্ষ" হাঙ্গৈবা অসি লাঈগী মকোকনি ( Godhead ) অদুনা মসিগী মকম য়ৌবা হাঙ্গৈবদি শিত্রবা মফমদা চংশিনবা নত্রগা তিনশিনবা হাঙ্গৈবনি। অদুগা ঐখোইনা গুরু অমসুং পুমমকী গুরু ( বিশ্ব গুরু ) পুমমকী লমজিংবিবা (World teacher ) অমুম্না খংগনি। অদুগা গুরু ( লমজিংবা ) অসিগী য়ুম্ফমদা মতম পুমমক্তা লৈবা পুন্সিদি লাঈগী মপোকুম্বা মশাবু পুমমক্কা

কংথোকপা অচুম্বনা খুংলাই ওইবা পুম্নমকপু মুংশিবা অমসুং থেন্নবা খমদবা অহুগুম্বা লমচৎনা পুন্সি অদুগী লৈতেং ওইরবা পুন্সি অদ পুম্নমক্কী লমজিংবিবা ( বিশ্ব গুরু ) হাঙ্গৈনা খংনৈ। ঐখোইগী শাস্ত্রনা অস্তুম্বা হাঙ্গৈরম্মী—"শরিরমৈধং খলু ধর্ম্মশাধনম" ( Body is the Primary intrument for filling our duties in life ) মীওইবগী হকচাং অসি য়াউদ্রবদি করিগুম্বা অমত্তা ফংবা ডমদে, মরম অহুনা হকচাং অসিনা মীওইবগী অহানবা খুংলাইনি। মরম অহুনা হকচাংবু থম্মোয়শেংনা পাঙ্গল য়াম্না কলহনবা তাই। মীওইবগী পাঙ্গলনা পুন্সিনি অহুগা শোম্বা হাঙ্গৈবসিনা অশিবনি ( Strength is life and weakness is death )। মরম অহুনা শাস্ত্রনা পাঙ্গল কলহনবিযু হাঙ্গৈবা লাঙ্গৈশোন কয়াগা লোইননা হকচাংগী শাজেন তৌরম্মী। অহুগুম্বা 'ব্যাযাম যোগ" ( Vyayam Yoga ) গী লমজিং বেদনা পিবিবনি। হকচাংগী শিংলি পুম্নমক য়োংথোগী ওইহনগদবনি অহুগা তোংশা অসিনা যোং ওইহনগদবনি হাঙ্গৈনা মহাপুরুষনা হাঙ্গৈরম্মী। মতাং অসিদা খংগদৌবদি সাধু অমসুং বৈষ্ণব নত্রগা গুরুগী শিষ্য কয়ানা লিলা মখল কয়া লাঙ্গৈগী ওইবা গুণগী তারগা লাউখোংহুনা কপ্পনা ভক্তি ফংবগী লম্বী অমদি পাঙ্গল নত্তে, মরমদি জ্ঞান মাংহুনা পাঙ্গলগী অশোনবা ফোংদোকপনি। অহুগা পাঙ্গল কল্লবসু লমচৎ য়াউদ্রবদি হেন্না অমাংবা ওই। মতাং অসিদা ঐখোইনা খংগদৌবদি থমোই শেংনা পাঙ্গল কনবগা লোইননা কংথোকপা ডম্বা রাখল লৈরবদা পুক্লিং অমসুং হকচাং অসি মফম চানা শিজিন্নবা রাখল খনবা ডমই। মরম অহুনা মীওইবনা অচুম্বা অশেংবা রাখল খনবা

মীবু অশিংবা পুন্সি ওইনা লৌবিবনি অত্থগুম্বা অচুম্বা ঋাখল খন্দুনা থমোই শেংবা পাঙ্গল কনবা মীগী হকচাং অমস্তু' পাঙ্গল অত্থ ইজাতিগী থৌরমদা শিজিন্নত্থনা ইরৈবাক্কী ( মাতৃভূমি ) দমক্তা শিজিন্নগনি। অকিবা লৈত্তনা অচুম্বা মাই'কৃদা কংথোকপা অত্থবু থৌনা ফবা কৌই। ঋাফম অসিদি গীতাগী মনুংদা ময়েকশেংনা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখ্রিবনি। অমুকহন্না খংগদৌবদি পাঙ্গল অমস্তুং হকচাং অত্থনা খুংলাই ওইত্থনা অহানবা হৌরকপা মকম্বু মুন্না খংলগা হাঙ্গীবদি যান্না লোন্না থুপাচিন্দুনা লৈবা জাতিপী মরুবু মুন্না খংত্থনা মরু অত্থগী অশেংবা লমচৎ শাজৎ ঙাকপা অত্থতবু মীওইবগী লমচৎ শেমগৎপা শাগৎপা কৌই।

ঐখোইনা খংই, বেদগী মতমদগী হৌনা অপুনবা হাঙ্গীবা অসিদা মশাগা পাঙ্গলগা কোন্ননা কংথোক্তনা হিন্দুগী সংস্কৃতিবু নৌহৌনা (rejuvenation) মীওইবগী পুন্সিদা অচুম্বা মঙাল পিনবা হোৎনবনি। মতাং অসিদা শ্রীগুরুদেবনা তাকপিরম্মী মত্থদি :—নোংমা ঋান্না ইকাই-খুম্নববা অচৌ অশাং অমনা হংই মত্থদি :—ঐনা মুসলমানগী নত্রগা খৃষ্টানগী অচুম্বা অমস্তুং অশেংবা থৌবম নত্রগা পোৎশক শন্দোক্লা খংবা ঙমই, অত্থগা হিন্দুগী মবমদা চিন্দু হাঙ্গীবা অসি কবিনো ঐ খংবা ঙমদে, অস্তুন্না হংখি। মত্থদা শ্রীগুরুজীনা পাউথুম পিখি মত্থদিঃ—ঐখোইনা ঙসি মুমিৎ অমস্তুং থাবু শেংনা খংই, অমস্তুং উবা ঙমই তৌইগুম্বস্তুং মত্থ কবিনো হাঙ্গীনা শেংনা কদাইদগী হৌবকপা অমস্তুং লৈরম্বা হাঙ্গীবা খংবা ঙমদে। মরম অত্থনা হিন্দুগী থৌবমদি পুন্নমকপু অমস্তা ওইনা উবা অমস্তুং খংবা ঙম্বা পুন্সিনি (Hindu Reality)। শ্রীরামকৃষ্ণনা হাঙ্গীবম্মী লাঙ্গীনা (ঈশ্বর) মতোমতা শেমজরম্মী "অমুচিত্ত"

অহুগা পুমনমকপু তোঙান্না উরমদে, মরম অহুনা হিন্দু পুমনমক্তা অমত্তা ওাইরবা লাইগী (God) পাঙ্গলনা পুমনমক হিংদুনা লৈবনি, হাঙ্গবসি অচেৎপা থাজবা লমচৎনি। ঐখোইগী হৌরকপগী হৌকম থিবদা রাহ্মা লাইনা খোকলোই মরমদি পৃথিবীগী মকম অতৈ কয়াদা মীয়ামগী হৌরকপগী মতম শাংনা লৈথিদবনা লাইনা থিবা ওন্মী। অদুগা ভারতবর্ষগী হিন্দুগী হৌরকফমদি লৈশেম্বদগী লৈরবা "অনাদি" (Anadi) হাঙ্গনা লৈরম্বা লাইপা (ঈশ্বর) হেক্তা শামববা জাতিনি। মরম অহুনা আরিয়া (Aryas) হাঙ্গবনি। মতাং অসিদা ঐখোইনা খংই নহুদি মীরৈবাকুগী লাকুনা পাল্লবা মতমদা ভারতবর্ষগী লৈরম্বা অরিবা ইতিহাসপু শেমদোক শাদোকখি, মতম অহুদা লৈবম্বা মরুওইবা মীওইবগী হৌরকফমগী মিংথোন অমসুং খুদম চাংদম অযাম্বা ওস্নোকুনা অনৌবা শক্তম অমা ওইহনখি। পুন্নমক অহুগী খুদম ওইনা গঙ্গাবু (গঙ্গোত্রি), "ভগিরথী"—(জনাভি) অমসুং (হুগনি) অসুন্না মথং মথং ওস্নোকলকুনা হিন্দুগী খোস্নোক অসিবু সিন্ধুদগী হৌরকফপগুম্না ইতিহাসতা থমখি। হিন্দুদি কবিগুম্বা মশাগী অপাম্বা অমা ফংনবা হোৎনবা রাখল লৈতে। মুসলমান অমসুং খৃষ্টান; হিন্দু অসুন্না লৈববু অমত্তা ওইনা উবা অমসুং খংবা হিন্দুগী লমচৎনি। রাজনিতিগী ওইবা মিৎয়েং অরানবা কয়ানা খেন্নবা উরবসু হিন্দুগী অপুনবা লমজিংনা লাইনা মাংহনবা ওন্মী। ) Here we are Hindus, though defying all definitions, all the same a reality ) অহিংবা পুন্নমক্কী খেন্নবা লৈতনা মহৌশাগী ওইনা থবক পুন্নমক তৌই। (To a Hindu life is not aimless ) হিন্দুগী মিত্তা মতম পুন্নমক্তা পুন্সিগী পন্থুংফম উহুনা লৈ, মহুদি রাখল অমসুং পুক্রিং হকচাং পুমনমকপু

মহৌশাগী ওইবা বেদনা য়ুমকম ওইবা শাস্ত্রগী লমজিংনা পুন্দুনা থম্বা হিন্দুগী পুন্সিনি।

করিগুম্বা থৌরম নত্রগা পোৎ অমদগী হিন্দুগী অকাইবা থোকপদা শ্রীগুরুদেবনা কনাগুম্বা অমগী পাউথুম ওইনা পিবিরম্মী মহুদি:— ইস্লামগী ধর্ম্ম হাঙ্গৈনা কোরানগী হৌরকফম অসি মহমড পোকলমত্রবদি ইস্লামগী থবক লাকলোই; মহুনা মীওইবগী লমজিং লৈরমদবা তাই। অহুগা হিন্দুগী লমজিংদি করিগুম্বা লুচিংবা পুন্সি অমত্তগী মখাদা হৌরকপা ধর্ম্ম নত্তে, মহৌশাগী ওইনা মশা মশাদা কাউবা লৈতনা হোৎনজবা গুম্বা পাঙ্গল, রাখল্ পুক্নিং লৈরকলবা হিন্দুগী পুন্সিনি। মতাং অসিদা নিংশিংবা য়াই মহুদি শ্রীগুরুদেবগী পুন্সিদা কনাগুম্বা হিন্দুগী সাধু অমনা ভারতবর্ষগী লিরবা চৎনবী কয়াগী মনুংদা মরুওইনা অয়ুকী মতমদা মুমিংনা থোক্ত্রিদ্রৈদা য়াহৌরগা অপুনবগী ওইবা ইমা লাইরেনবীবু শৈরেং কয়ানা মন্ত্র ওইনা শোন্দুনা পূজা তৌই। মহুগী থৌরম পুন্নমক হিন্দুগী অপিকপা অশাং ওইরিদ্রৈদগী তৌদবা য়াদবা ওইনা তৌই। অহুগুম্বা থৌরম অহুনা হিন্দুগী মশা মশাগী সংস্কার তৌহুনা অচুম্বা মাইকৈদা পুন্সি অহু পুরগা অতোপ্পা মপোক কয়াগী শেমশাহুনা পুন্সিগী অরাংবা মফম য়োৌবা ওন্মী।

দেবগৃহ ( Devagriha ) লাইগী য়ুম ( লাইশং ) হাঙ্গৈবা অসিগী মতাংদা হিন্দুগী য়ুম খুদিংদা লাইশংগা কোয়না শাই, হাঙ্গৈবদি লাইগী পূজা তৌফম অমমম লোইনা থম্মী। মরম অহুনা হিন্দুগী ইপা ইপুগী ওইবা থয়াইগী ওইবা মপুগী থবক "অত্মা বিজ্ঞা" (Spiritual) পুন্নমক মশা মশাগী তৌদবা য়াদ্রবা পুন্সিগী থবক

ওইনা চংথৈ। মরম অদুনা হিন্দুগী থৌরাং কয়াগী মতুংদা মরুওইনা নৈনবদা থরাই "অত্মা" "প্রানায়াম" অমস্তুং "গীতা" "যোগ অভ্যাস" "সমাধি" অসুম্না য়াম্না অরুবা বেদগী য়াম্না থাজবা নৈনবা অসি হিন্দুগী খাদোকপা য়াত্রবা মহৌশাগা কোয়না চংমিন্নবা পুন্সি'ন। অদুগা মসিগী তম্নবা মফম ( Institution ) য়াম্না লৈবক্নী, মতুগী মতুংদা ওঝাগা শাত্রগা লৈনবা মরিবু গুরু অমস্তুং শিষ্য ( Guru & Shishya ) হায়দুনা লৈরমই। অসিগুম্বা থৌওং অসিগীদমক্তা জগৎকী গুরু ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা অচম্বা মীগী পুন্সিদা পোক্লগা সান্দিপনিগী মফমদা তৌবা পুন্নমক হিন্দুগী মহৌশাবু লাইগী থৌওং ওাক্তনি হাঙ্গৈবগী খুদম্নি। মীওইবগী পুন্সিদা তমদবা য়াদ্রবা ধর্ম্মগী ওইবা লমচৎ অমস্তুং শাজৎ কয়াগী থৌওং পুমনমক হয়া হন্না শাইয়োন কয়া ওন্দুনা পোক্লগা তাকপী তম্বীবি। অমুকস্তু নীংশিংবা য়াই, শ্রীকৃষ্ণনা গুরুগী আশ্রমদা লৈবা হাঙ্গৈবা অসি জগৎপু তাকপী তম্বীবনি হায়দুনা লৌগনি। সান্দিপনি মুনিগী আশ্রমদা লৈরীঙৈ মতমদা লৈমিন্নদুনা লাইরবা ব্রাহ্মন মচা সুদামাস্তু মতম খরা মহৈ তমিন্নখিবদা পোকমিন্নবগুমনা মুংশিনখি। মতম কয়াগী মতুংদা ব্রাহ্মন সুদামানা গৃহস্থ আশ্রমদা অনংবগী অৱাবা মৈশানা থাংবা ওয়ক্তুবা মতমদা দ্বাৰিকাদা অওাউবগুমনা অমোংপা ফিজোল মচেৎ মকাই শেত্তুনা চগেম থরদং ফিজিদা পুন্দুনা চংখি শ্রীকৃষ্ণনা মনাইবু চানবীথি অমস্তুং উপাই লৈজদ্রবা ভক্তগী মফমদা চেংনা কোনবীদুনা মকপ অমগী নত্রগা অতিথি অমগী পূজা তৌবা হৌনবা মতুংইন্না তৌদুনা মীওইবা পুন্সিবু লমজিংবীরমই। অসিগুম্বা হিন্দুগী শেংলবা ধর্ম্মগী মরি পুমনমক লাঙ্গ (ইশ্বর)না শেমদুনা চংথরক্লবা থৌরম ওাক্তনি। গুরু অমস্তুং শিষ্যগী লমচৎ অমস্তুং শাজংকী

মন্নুংদা খুদম অমনা মহাভারতকী লানকমদা ভিস্মদেবগী মকমদা আর্জ্জুন্না তেন মঙানা ভিস্মগী খোংদা পূজা ওইনা কৎখি। মতম অদুদা ভিস্মদেবনা মহু উবদা য়ামনা ওকখি মরমদি আজ্জুন্না কাপ্লকপা তেন মঙা অহু ভিস্মগী থবাক্তা থাদহুনা খোঙদা চংলকপা অহু উবদা ভিস্মনা হায়খি :—ঐগী মুংশিরবা হে : অর্জ্জুন ঐনা নঙোন্দা প্রান মঙামক য়াওনা আর্শিবাদ পিরবনি হায়রুনা লান ওস্বগী থৌজাল পীখি। য়াফম অসিনা গুরু অমদা তৌগদবা পূজা অমসুং ইকাইখুমনবা (.ববহার) পুমনমক পুন্সিগী অরোইবা মতম ফাওবদা কাইদনা ঙাকপা অহুগা লোইননা অচুম্বা (সত্য) ঙাকপা মশাবু কংথোকপা মসি হিন্দুগী অশেংবা লন্নি। অসিগুম্বা মীওইবগী পুন্সি পুমনমক হৌখ্রবা অমসুং ওইবকদৌবা অহুগা হৌজিমক ওইবিবা মতম পুমনমক্কী অচুম্বা লমজিং পিহুনা ইশা ইশাগী ধর্ম্ম (স্বধর্ম্ম) গী য়ুম্ফমদা লেপ্লগা থৌদাং পাংথোক্লগা অশেংবা পুন্সিদা লেনবা হিন্দুগী লমজিংদি বেদান্ত নত্তুনা অপুনবা থৌশিল অমত্তা লৈত্তে। মবম অহুনা কলিগী মৈশাবু খাহুনা অপুনবা পুন্সি অমা ওইবদনা মী পুমনমক্কী ওইনা ইংনা পানমিন্নবা ওস্বগী লমজিংনি বেদগী লমজিং নত্তুনা অমা লৈত্তে। পুন্না তৌবা থবক পুমনমক ইশাগী ধর্ম্মনি ( স্বধর্ম্ম ) নি। মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াই, মহুদি :—শ্রীমদ্ভাগবত গীতাদা ইশাগী ধর্ম্মদা থরাই য়াউনা চেৎনা তৌরবদি শিরবসু স্বর্গগী নুংঙাইবা ফংই, অহুগা অতোপ্পগী ধর্ম্মদি অকিবগী মশকনি। হিন্দুগী থম্মোয় শেংদোকপা থবকপু "সংস্কার" হায়রুনা খংনৈ, মীওইবা পুন্সিবু মকহল্লবা উফুল অহু নোংমা নোংমগী ব্রুশ ( Brush ) নাম্থোক্লুনা শেংহনবা থৌরম পুমনমক "সংস্কার" হায়রুনা খঙনৈ।

ঐখোয়গী ইমা ভারতবর্ষদি লাইগী মণ্ডাল মরক্তা থুপতুনা লৈ, অমত্তা ভাইরবা লাইগী ওইবা পুন্নমকপু পোকখিবা ইমা ভারতনি (The men born in the land Bharat, the geteway to heavens and salvation, are more blessed than the gods themselves—sing the gods) ঐখোইনা কংই মহাযোগি শ্রীঅরবিন্দনা থস্বিন্নস্বা মাহৈ করানা পুন্নমক্কী ওইবা লাইরেম্মী ইমা ভারতপু মীওইবনা উবা ওস্বা ইমাগী শকুম ওইনা মতুদি :—জগৎমাতা, অধিশক্তি, মহামায়া, মহাদুর্গা অসুম্না ইমাবু মতম পুন্নমক্তা মিৎনা উনা সেবা তৌদুনা পূজা তৌরিবনি। অমুক হন্না ঐখোইনা কংই ভারতকী মমিং চৎলবা দর্শন শাস্ত্রগী কবি শ্রীরবিন্দ্রনাথনা হাঈবিরম্মী (দেবী ভুবন মনমোহিনি নিল সিন্ধুজল ধোতচরনতল) "The inchanting Goddess of the world .... Her feet washed by the blue water of the Oceans) পৃথিবীবু শুমহৎপি ইমা লাইরেম্বী, মতম পুন্নমক্তা শং-বানরবা মহা সমদ্রগী ঈশংনা চরনবু শেংদোকলি। (ত্বাং হি দুর্গা দশ প্রহরনধারিনিম—Thou art the great Destroyer armed with ten weapons) ইমা নহাক্তি জগৎপু মাংহনবা ওস্বা খুৎলাইগা কোন্নন পাম্বোম তন্না পানবনি, অসুম্না ভাকপিরম্মী। অদুগা ঐখোইগী অখং অহৈ মুনি ঋষি কয়ানা পোক্কম ইমা ভারতপু মিংথোল কয়াদা পূজা কৎলম্মী মতুদি :— হে মাতৃভুমি, ধর্ম্মভুমি, হে পুন্যভুমি, হে দেবভুমি, হে কর্ম্মভুমি অসুমনা ইমাগী শকুম্বু শায়োন কয়াগী শকলোনবু উৎলম্মী। ভারতবর্ষগী চৎনবী ওইদুনা থাইনাদগী ইমা ভারত হাঈবা মাহৈ অসিনা মুক্ষম ওইদুনা হুপা

পুন্নমকপু মমা অমগী রাখলদা লৈ। অদুগা নোংচুপ ইউরোপকী চৎনবিনা মুপা অমগী লোইনবি মুপী ( wife ) অমা ওইনা খংনৈ। অসুন্না য়াম্না খেন্নবা রাখল অসি ঐখোইনা মতম পুন্নমক্তা কাউ-রোইদবনি। হিন্দুগী পুন্সিদি অপুনবা ইমা অমনা পোকপা ইচিন ইনাওনি হায়না মুংশিনহুনা মতম পুন্নমক্তা শক্তম ( মূর্তি ) অমত্তদা পূজা তৌমিন্নৈ। ইমা ভারতবর্ষগী মনুংদা মরুওইনা লৈরিবা লমদমগী অরাং, মখা, নোংপোক, নোংচুপ্তা লৈখিবা কয়া অসিগা কোম্লনা পুন্সিললগা হিমালয়গী অপুনবা শক্তম অমা ওইরিবনি। হিন্দুগী পুন্সিদা মফম অসিবু মীওইবগী পুন্সি অরোইবা পম্বুংগী মফমনি হায়না লৌই। মফম অসি ভারতকী অরাংগী শরুক্তা লৈবা লাইশিংগী লৈফম স্বর্গনি হায়না লৌই। মফম অসিদা পরমেশ্বর লৈ অদুগা শিবগী মফম ওইনা কৈলাস হায়নৈ। অদুগা "মানসরুবর" হায়বা মফম অসি তির্থ চৎপশিংগী অরুবা মফম অমনি। ঐখোইগী শেংলবা গঙ্গা, সিন্ধু, ব্রহ্মপুত্রগী হৌরকফম ওইনা পুন্নমক্না খংনরবা লাইগী ওইবা মফমনি। ভারত জাতিবু ময়েক শেংনা উৎপিরম্বা মহাকবি কালিদাসনা অসুন্না ইরম্মী মদুদি :—চীং পুন্নমকী মকোক নত্রগা পুন্নমকী মতোন (সুমেরু) অসি লাইগী ওইবা মফম হিমালয়নি। মদুগী পাম্বোম ওইনা নোংপোক অমসুং নোংচুপ্তা শন্দোক্লনা মহাসমদ্রুদা ভাউবা অমগুম্না লেংদনা লৈ অসুন্না শন্দোক্লা পীরম্মী অদুগা অমুকস্থ হায়রম্মী "হিমব্যাস মুদ্রান্তর মুদি চিনং যোজনাসহস্রপরিমানম" (To the north of the ocean up to the Himalayas, the country is 1000 Yoyanas in length ) ঐখোইনা পৃথিবীগী

ওইনা থোকখিবা থৌদোক থরদগী শেংনা থংই, মদুদি ভারতকী পাঙথোক চাউথোক্লম্বা শক্তমদা আকগানিষ্ঠান অসি য়াম্না লিরবা ঐখোইগী মীশিংগী মফমনি "উপগনষ্ঠান" মরমদি মহাভারতকী শল্য হাঙ্গবা অদু মফম অদুদগী লাকপনি। অদুগা হৌজিক কাবুল হাঙ্গনা নত্রগা কান্দাহার হাঙ্গনা থংনবিবা অসি "গন্ধার" হাঙ্গবা মফমনি মফম অদুদগী লৌদুনা কৌরবকী মমা গন্ধারি হাঙ্গনা থংনরিবনি। অদুগা শেংনা থংই মদুদি ইরান হাঙ্গবা মফম অসি ভারতকী অরিবা কাংবুনা লৈরম্বা মফমনি মরমদি আবিয়ান হাঙ্গবা অদুদগী ইবান হাঙ্গ· খিবগী থুদম ফংই। মফম অদুগী মথং মথং লৈরম্বা মীশিংগী মনুংদা "রেজা সাহ পেলাভি" হাঙ্গবা অদু আরিরাগী লমজিং মথাদা লৈরম্মী মমৈদা ইস্লামনা লৌথিবনি। অদুগা থুদম অমনা পার্শিগী শেংলবা অইবা "জেন অবেষ্ট" হাঙ্গবা অদু ঋক বেদগী থোরম ঙাক্কা লৈবম্মী। অদুগা অমুক নোংপোক্কী শকক্তা হৌজিক ব্রহ্মা ( Burma ) হাঙ্গনা খংলিবা অসি "ব্রহ্মদেশ" হাঙ্গনা লৈবম্বনি। মহাভারতনা সাক্ষিনি মদুদি ইরাবত হাঙ্গরম্বা অদু হৌজিক্তা ইবারদি হাঙ্গনা লৈরিবা অসিনি।

ভারতবর্ষ হাঙ্গবা অসি লাইপুমনক্কী নিংফম অমসুং ফংফম অমনি। "তপভুমি (Tapabhoomi)" মরম অদুনা হিমালয়গী মফম কযাদা মশাবু কংথোক্তুনা তপ্তৌবা মতুনা লাইবু ফংবগী অমত্তা ঙাইরবা পাম্বে ওইরিবনি। য়ামনা শেংলবা থুদম অমনা এফম অসিদা কৃষ্ণসার মৃগ ফংই। মসি পৃথিবীগী মফম অমদা ফংদ্রবনি। অদুগা স্বামী বিবেকা-নন্দনা অমুকসু হাঙ্গরম্মী মদুদি জিব পুমনমক্না লাইবু ফংনবা কোইদৌ

লৈকরগা ইকোন কোনবদা লাইমক্কী লৈফম য়ুম ওইনা ভারতপু ফংলে। হাঙৈরদি লাটগী লৈফম কোইথি থিররুরগা ভারতবর্ষ ওই-রম্মী হাঙৈনা তারুম্মী।

মতাং অসিদা ঐখোইনা নীংশিংবা য়াই মতুদি শ্রীগুরুদেবনা তাকপীরম্মী চহী কয়ামুক্কী মমাংদা জর্মন্দগী নিপা অমা লাকখি। মহাক্না লাইরমলেনগী রাখলদা লুপ্লবা মহাক্কী পুন্সি অতু মখল মখা কয়াগী রাখল থাদোক্লগা লম্বোইবা অমা ওইনা লাইবু থাজবা ওম্বা অমসুং মতুগা লোয়ননা পুন্সিবু অচুম্বা লমজিং পিবা ওম্বা থিবকই। মহাক্না কয়া তৌরুরবসু লাইবু চেংনা থাজবা ওম্বা পাঙ্গল অমত্তা ফংলমদে। মরমদি মহাক্কী রাখলদা চেংনা থাজবা ওম্বা পাঙ্গল লৈতবদি ভাবতবষগী রাংমদা পোকপা পুন্সি ওইবনা লাইবু হাকথেননা থাজবাওম্বা লৈতবননি। মমৈথংদা ভারতবর্ষদা য়ৌরতুনা হবিদ্বারদা চংলগা শেংলবা গঙ্গাগী ঈশিংনা মশাবু শেংদোকলবা মতুংদা মহাক্কী মম্মোয়দা লাইগী ওইবা মফম ভারত ইমাগী অমৃতনা শেংদাকখিবনা মহাক্কী পুক্নিংদা অশেংবা পুন্সি অমা ওইনা অমুক ভারত্তা পোকলে মহাক্কী হান্নগী পুন্সি অতু নত্রে, হাঙৈনা চেংনা থাজনা খন্দুনা লাইবু ফংবা ওম্বা মফমনি হাঙৈনা লেপখি। অসুমনা য়ামনা চাউরবা থুদসু শ্রীগুরুদেবনা লিবিবম্মী। বেদনা হাঙৈরম্মী অহিংবা পুমনমক্কী চিঙ্গাক পুমনমক পীতুনা ইমাগী মথাদা কোন্দুনা হিং-লিবনি মরম অতুনা ঐখোই পুমনমক্কী অপুনবা ইমানি। সিন্ধু অমসুং গঙ্গাগী শেংলবা ঈশিংনা অহিংবা পুমনমক অমৃত পিবি, মরম অতুনা হিন্দুনা অহিংবা ইমা হাঙৈনা পূজা তৌই। অতুগা যনবিনা শঙ্গোমনচিংবা

অমসুং মথল মথা কয়াগী চিঙ্গাকসু মানা পীবি হাঙ্গনা বনবিবু ইমানি হাঙ্গনা হিন্দুনা পূজা তৌই। বেদনা অসুমনা পীরম্মী মতুদি :— "মাতা ভূমি পুত্রহম পৃথিব্যা" ( The earth is my mother, I am her child )।

কংথোকপগী থৌনা ঐখোইনা ইরৈবাকপু ইমাগী শক্তম ওইনা লৌরগা হিন্দুগী পুন্সি পুমনমক কথোকই। অদুগা কথোকপগী মওংদি লম্বী অনি থোক্লা লৈ। অহানবদা পুমনমক্লা অমগা ওইনা খংনবা থৌওংদি :—হৈ লৈ অমসুং থাংমৈ কয়ানা মন্ত্রগা লোইননা পূজা তৌবা। অনিশুবনা হিন্দু পুমনমক্লা তির্থ কোইদুনা ধর্ম্মগী-দমক্তা শৈরেং কয়া থিদুনা পূজা তৌই। অদুগা শেংলবা তুবেল কয়াগী ঈশিংদা ইকজদুনা মশাবু শেংদোক্লুনা অশেংবা পুন্সি ওইনা কথোকই। মতৌ অসুম তৌনা পূক্নিংসি সত্ত্ব ( sattva ) গুন্দা পুথংলক্লগা পুন্সি অদু পুমকং কংথোকপা ঙম্মী। ঐখোইনা পুবানগী মসুংদা যাম্না শেংনা ফংই মতুদি :—লাইগা হিংচাবগা অনি অসি মতম মতমদা যাম্না চাউববা লঞ্জাও অমমম হেক হেক থোকই। লাঙ্গ, (Devas) হিংচাবা, "রাক্ষস" অসুমনা মখোইগী পাঙ্গল অসি মতম মতমগী ওইনা হেনগংনৈ। মরম অদুনা হিংচাবগী মপোক অমসুং লাঙ্গগী মপোক অসুমনা খায়দোক্লুনা থনম্মী। হিন্দুগী শেংলবা মফম "কৈলাস" অমসুং "মানসরুবর" ওসি কাউবা লেংদনা লৈরিবনি, অদুগা সিন্ধুগী হৌরকফম ওইরিবনি। হিন্দু অমসুং হিন্দুস্থান হাঙ্গবা রাফম অসি পৃথিবীগী অহানবা ওইনা অমুক্তং "তক্ষশিলা" গী থৌওংদা হিন্দুগী রাখল চয়েংনবা অদু অমুক হল্লক্লরোই। চাউরবা মিৎয়েংগী

সাক্কিদি মুলাষ্ঠান ( মুলটান ) দা য়াম্না অকিবগী মশক লৌরবা নরসিংহগী শক্তম হিংচাবগী নিংথৌ হেরিন্যকৌশিবু লানবিদুনা ভক্ত প্রহলাদবু ঙাকপিবা শক্তম অদু হিন্দুগী পুক্নিংদা অকাউবা লৈতনা থম্মোয়দা লৈরি।

পৃথিবীগী মনুংদা মহৈ মশিংগী অমসুং লৌউশিংউবগী মথক্তা ওন্না নিংশিংবা ওমদবা মতমদগী তৌরকলবা জাতিবু হিন্দু হাঈনা খংনরি। জাতি অসি লাইরেন্দী ইমা ভারতকী অশেংবা মচাশিংনি মতম পুম্নমক্তা ইমা ভারতকী তম্পাক্তা পুন্সি লেপ্পরগা ইমাগী সেবা তৌরিবনি। হিন্দু হাঈবা ৱাফম অসি করম হায়না কৌথিবনো হাঈবগী ৱাহং অমা থম্বগী করিস্তু কান্নদে মরমদি মীরৈবাকী কাংবুনা করিগুম্বা ভুগোলগী হৌরকফম খংদত্নুনা হংলকপা তারবস্তু মতুগী পাউখুমদি ইমা ভারতকী অপুনবা শক্তম ( সমপুর্ণ সর্শন ) দা উবা ঙম্বা খুদম ওইনা হিমালয় অমসুং সপ্ত সিন্ধুনচিংবা তির্থ কয়া লৈরি। অসিগুম্বা লাইরেন্দী ইমা ভারতকী মচাশিংবু খ্বাইদগী হেনবা জাতিনি হাঈনা আরিয়া ( Arya) নত্রগা "ভারতিয়া" (Bharatiya) হাঈনা খংনৈ, মসিবু পুন্না হাঈবদি হিন্দু হাঈনা চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগী ইতিহাসতা লৈরম্লবা হিন্দুনি। ঐখোইনা খংই মতুদি ঐখোইগী ইতিহাসতা পৃথিরাজ হাঈনা মজাতিগী চাউখংনবা হোৎরম্বা অমসুং ধর্ম্মবু কন্না ঙাকলম্বশিং "গুরুগোবিন্দ" "বিদ্যারন্য" "শিবাজী" পুম্নমকী মতমদা হিন্দু স্বরাজ হাঈনা ময়েক শেংনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা শক্তম অমসুং হৌফম পুন্নমক বৃটিশনা পাল্লবা মতমদা ইতিহাস পুম্নমক থিজিল্লগা মতুগী ওন্নবা মাইকৈদা হিন্দুবু লমজিং পিনবা মখল মখা কয়াগী পাউজেল অমসুং পাউতাক্লা হিন্দু পুম্নমকী কুমলাইনা হৌরকপগী মরু ওইরম্মী। খুদম ওইনা হৌপ্রবা

সেঞ্চুরিদগী আরিয়ান, দ্রাবিদিয়ান অমুন্না ইতিহাসকী মায়োক্নবা ওইনা হিন্দুগী পুক্নিংদা মরুথদবা লিচিংনা দ্বারিকাদগী মনিপুর কাউবগী অপুনবা ভারতকী মেপ (চিত্র) মচেৎ মচেৎ খাইদোক্নুনা হিন্দুগী অপুনবা শক্তমবু উদনবা থৌরাং কয়া হোংনরম্মী। মতম খরগী মতুংদা খৃষ্টান ধর্ম্ম, মুসলিম ধর্ম্ম, পার্শি হায়না মখল অতুমগী ইচেন ভাবত্তা চেনশিনলকখি। অদুগা রাহে কয়াবু অমসুং ময়েক কয়াবু হোংদোক্নুনা খেন্নোক কৃষাসু কাউহনখি। মদুগী খুদমদি :—সংস্কৃত লোনগী অমগা অমগা তাইনবা মরক্তা লৈবা "স" বু "হ" ওন্নোকই; হায়বদি সংস্কৃতকী "স" অসি "হ" ওইনা ওন্নোকই মদুদি :— "সপ্তাহ-হিন্দু" হায়বগী মতুত্তা "হাপ্তা হিন্দু" অমুন্না শেমদোক শেমশিন কয়া তৌদুনা হৌবকফম মাংননবা হোংনৈ।

হিন্দুগী অমত্তা ওইবা রাখলগী হৌকমু 'বিরাট পুরষ" (Virat Purush) হায়না শ্রীকৃষ্ণমক্না তাকপিরম্মী। অদুগা মদুনা অচৌবা শিদবা উপাম্বী ওইরগা মদুগী মশা কয়া লোংলিবা অদুগী মমুংদা হিন্দুগী পুন্সি পুম্নমক লেল্লি। অদুগা মশা অদুগী মপুং অমমমগী মমিংবু মকাংলুপকী মিং ওইনা লৈবম্মী মদুদি :—সৈব, বৈষ্ণবা, শাক্ত, বৈদিক, বৌধ, জৈয়ন, শিখ, লিঙ্গায়েৎ, আরিয়া সমাজ অমুন্না খাইদোক্নগা মান মান ওম্বা নত্রগা পাম্বা মতুংইন্না হিন্দুগী লাইনিং লাইশোন তৌরম্মী। পুমনমক অসিগী যুম্ফমদি বেদনি। অদুগা পুমনমক অসিগী লাইশোন অমসুং পূজাদি মখল মরিগী শায়োনবু পূজা তৌই। ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব, আত্ম, ঈশ্বর অসিতবু থাজনা চেংনা লেপ্পুনা নিংলগা মীওইবগী অয়ান খুত্তম 'মক্ষ" ফংবা হায়বদি অরাবা অমসুং মুংভাইবা নত্রগা তাইবং অশাবা লৈত্রবা মকম সনাতন ফংবা ওমই। মতাং অসিনা

শ্রীগুরুদেবনা তাকপিরম্মী মহুদি:—গুরু কৃপানা উবা ফংলিবা সনাতনগী মফম অদু অচুম্বনি অদুগা মদু ফাউবা য়েনবা চংপদা লৈরিবা অকিবা ফংলবা অপনবা নত্রগা মুংওইবনা পন্দুনা লৈরিবা পুমনমক অমত্তা য়েংদনা লেপ্তনা চংলু শোইদনা মফম অদু ফংগনি। লম্বী পুমনমক খোংগী মখাদা লৈবনি অচৌবা ইপাক ওইরবসু মদু লাম্নবা লৈরিবা হি অদুসু খোংগী মখাদনি। অসুম্না শ্রীগুরুদেবনা তাকপিরম্মী। অদুগা শংক্রাচর্য্যগী য়াথংনা "পঞ্চায়তন পূজা" হাঙৈনা পূজাগী মতমদা লাঙৈ মঙাবু শোন্দুনা পূজা তৌবগী থৌওংনা মীওইবগী অপুনবা শক্তম্সু খংহনলম্মী। হাঙৈরিবা লাঙৈশিংদি:—শিব, বিষ্ণু, শক্তি, সুর্য্য, গনপতি অসিনি। মতৌ অসুম তৌনা মীওইবগী অমগা অমগা চপমান্নবা লৈবা পুম্নমক্কী খেন্নবা থৌওং কয়া লৈরবসু পুমনমক্কী হৌরকফম শ্রীকৃষ্ণনা ওইরগা মহুদা লোইনা পুল্লি হাঙৈবসি হিন্দুগী অচেৎপা থাজবনি। অদুগা মসিগী শেংনা ফজবা অথুপ্পা থৌরম্বু "শিব-মহিমান-স্তোত্র" গী মনুংদা শন্দোক্লা তাকলম্মী।

ভারতবর্ষগী অরাং অমসুং মখা অদুগা নোংচুপ অমসুং নোংপোক অপুনবা শক্তমনা "ভারত দর্শন শাস্ত্রগী" য়ুম্ফমনি অদুগা অরাং অমসুং মখাগী শরুক্তা ফাউরবা ওঝা কয়া পোকখি। মদুগী মনুংদা "অদভয়ত দর্শন শাস্ত্র" গী মরমদা সঙ্কর অদুগা "বিসিশত অদভায়তগী ভক্তি" গী মরমদা রামানুজা অসুন্না লৈরম্মী। অদুগা ঐখোইনা হিমালয়গী চীংদোন্দা "অমরনাথ" হাঙৈনা শিবগী লিঙ্গনা উনগী মরক্তা ফাউগত্তুনা লৈবা মদুগা চপ মান্নবা রামেশ্বরমদা শ্রীরামচন্দ্রগীদমক্তা লেংলুবদু হৌজিক ফাউবা লেংদনা লৈহনা হিন্দুগী অশেংবা মফম ওইরি। মতৌ

অমুম তৌনা হিন্দু ধর্ম্মগী পাম্বীদগী শন্দোকলকপা মশা কয়াদা পানবা মহৈগী অমৃত থকুনা মীওইবা পুমনমক্কী পুন্সি হিংহনা লৈরিবনি। হিন্দুগী অপুনবা ধর্ম্মগী মনুংদা চাউরবা খুদমশিং মহুদি :—"নাম ধরি পান্ট" হাইনা সিখ মকোকনা হাইরম্মী মহুদি হিন্দু ধর্ম্মবু থাজদ্রবা মী অহুদি সিখ নত্তে, অহুগা মহাক অহুনা গুরু অমগী সেবক ওইবা ঙমলোই। অহুগা শ্রীগুরু গোবিন্দজিনা ফোংদোকপিরম্মী মদুদি :— অশেংবা হিন্দু সিখ অমা ওইরবদি বেদবু থাজনা ভাগবত গীতা অমস্তুং শ্রীকৃষ্ণগী পূজা শোইদনা তৌগনি।

---

১৯ শুবা শক্তম

## বেদান্তগী মনুংদা লৈবা মরুওইবা খন্না।

মহৌশাগী মনুংদা লৈবা দর্শন শাস্ত্রগী মনুংদা ভারতবর্ষগী লিরবা বেদান্ত দর্শন শাস্ত্রগী মতুংদা নৈনরকপা নোংচুপ থংবা মীরৈবাক্কী অউবা থৌওং (The Western View) পুম্নমক্কী মরুওইবা থৌরমদি মীওইবা পুন্সি অসি তিংনবগীদক্তা চান থরুবা থৌরাং অমস্তুং লুহোংবগী অহুগা হিদাক লাংথক অসিগুম্বা থবক্কী মরমদা য়াম্না নৈনহুনা মহৌশাবু করিম্তু চেকশিন্দনা চাবা থকপা য়ুম্বাল কৈবাল মুংভাইনা লৈবা অসিগুম্বা রাখলদা পুক্নিং চংই। অহুগা মতম পুম্নমক্তা করিগুম্বা পোৎ ওইনা পুথোকুনা মীওইবগী শিজিন্নবা য়াবা রাখলনা মতম পুম্নমক্তা মরুওইনা

নৈনৈ। অদুগা সাইন্সকী ওইবা থৌরাং মীওইবগী মরক্তা মৈনবা অসি ( Metaphysics ) নত্তনা মীওইবনা হিংবা ঙমদে, হাঙ্গৈনা থাজে। অদুগা দর্শন শাস্ত্রনা মীওইবগী পুন্সি হিংবা ঙমদে, হাঙ্গৈনস্সু থাজে। খুদম ওইনা "আলদৌস হক্সলি" হাঙ্গৈবা অদুনা ইরম্বা :— সাইন্সকী মচাকনা মীওইববু হিংহনবনি, অদু নত্রবনি হিংবা ঙমলোই, অদুগা নৌংচুপ কাংবুনা ভাবতবর্ষগী দর্শন শাস্ত্রগী মন্নুংদা শরুক কয়ামুক খাইদোকলিবা অদুগী মন্নুংদা শরুক খবদমক নৈনৈ, হাঙ্গৈবসি ঐখোয়না মুন্না খংই। মরমদি ঐখোইগী ভারত দর্শন শাস্ত্রদা লৈবদি :— রাখল খনবগী থৌরম, অশেংবা ওইহন্নবা থৌবম, মহৌশাগী থৌরম, লাঙ্গৈবু থাজবা থৌবম, মপুং ফাবগী থৌবম, থবকী থৌরম, খুৎলাইগী থৌরম, পোৎশক ওইহন্নবা থৌরম, (Idealism, Realism, Naturalism, Theism, Absolutism, Pragmatism, Instrumentalism, Naturalism ) অসুম্না খাইদোকলিবা অসিগী অমমম ওইনা খুদিংমক যাম্না শন্দোক্না ( ব্যাখা ) নৈনবা কাংবু মন্নুংদা নোংচুপলোমগী দর্শন শাস্ত্র ওইহন্নবা হোৎনরম্মী মহুগী কাংবুদি যাম্না মমিং চৎলবা "প্লেটো, কান্ট, হেগেল, বাগর্সন, হ্বাইটহেড, সান্ট্যানা অসিনি। দর্শন শাস্ত্র হাঙ্গৈবা অসি মহৌশাগা থানবা যাদবা থৌবমনি হাঙ্গৈবসি শেংনা খংখি। প্রফেসর ইঃ ভঃ বর্ট হাঙ্গৈবা অদুগী রাহে কয়ানা ইবম্মী :— দর্শন শাস্ত্র ( Philosophy ) অসি পুন্নমক্কী অমত্তা ঙাইবা লমজিং ঙাক্তনা অয়াম্বনি। অদুগা অচুম্বা খজিক্তুং উবা লোইনমক্কি উদবা কাংবুনা দর্শন শাস্ত্র অসিগী মন্নুংদা লৈবা অফবা থৌরম পুন্নমক উবা ঙমদে। মদুদি মখোইনা উৎলম্মী রাজনিতিগী কাংবু অমসুং সাইন্সকী

কাংবুদনা মীওইববু অকবা মুংঙাইবা পুন্সিদা চিংশিনবা ঙমই, দর্শন শাস্ত্রনা ঙমদে হায়গনা। রাফম অসিদা মার্ক্স ( Mark ) না য়াম্না শন্দোক্লা মরম কয়া উদুনা পিরম্মী :— দর্শন শাস্ত্র (Philsopby) না অচুম্বা অদুদা তাকপনি, অহোংবা অমা পুরকপদি ঙমদে অদুগা মীওইবনা পাম্বদি অহোংবা অদুতনি। অসুম্না দর্শন শাস্ত্রগী মমুংদা লৈবা খ্বাইদগী চেম্না রাংবা রাখল লৌবা ঙমলমদে, হায়গবদি শেংনা উৎলি। মরম অদুনা নোংচুপলোমগী দর্শন শাস্ত্রগী মমুংদা "মেটরিয়েলিজম ( Materialism ), ইন্সট্রুমেণ্টেলিজম ( Instrumentalism ) গী লমজিংনা পুন্সি লেনবগী থৌওংনি। অদুগা অমুক দর্শন শাস্ত্রগী ওইবা খোবম খবা অমনা থৌওং অহুম থোক্লা নৈনবমই, মদুদি :— (১) এটোম ( পরমাণু ) না অপুনবা পুম্নমকপু পুন্সিন্নুনা মওং অমা ওইনা তাহনব্রা ? (২) পৃথিবী অসিগী খোংচৎকা লোইননা মীওইবগী পন্সি অসুম হোংলকপ্রা ? (৩) মফম অদুদা থরাই লৈব্রা ? নত্রগা মফম অদুদা লাঙ্গই লৈব্রা ? অসুম্না অচুম্বগী থুংফম অশেংবা উদদুনা লৈবগী মওংসু লৈবম্মী।

যাম্না নৌনা "ইউনাইটেদ নেসন ইকোনোমিক সোসিয়েল এণ্ড কলচরেল ওর্গেনাইজেসন ( UNESCO ) গী মমুংদা দর্শন শাস্ত্র নৈনদুনা মরম মঙা পুথোক্লখি। রাজমদি বিশ্ববিদ্যালয়দা কবিগীদমক্তা দর্শন শাস্ত্রবু তম্বনো হায়গবা অহগী রাহং মথাদা পাউখুম মঙা পিখিবনি। (১) মসিনা জ্ঞান পুম্নমকপু পুন্সিনহল্লি। (২) মসিনা ছাত্রশিংগী রাখল লেপ্পা ঙম্বা জ্ঞান পিবা ঙমই। (৩) মসিনা মীওইবগী থৌরম পুম্নমকপু শেংদোকপা অমত্তা ওইনা পুন্দুনা থৌরম পাংথোকপা

ওমহল্লি। (৪) মসিনা মীওইববু চাউখৎহনবা অমসুং ইকাইখুম্নবা য়াম্না অকবা রাখল খনহনা মী অমগী খংবা ওন্বা পাঙ্গল পিবা ওমই। (৫) মসিনা মশাগী থৌরাং পুমনমক হোৎনজহনবা মীয়ামগী (সমাজ— Soci·ty) দা পুনবা ওমহল্ল।

নোংচুপকী দর্শন শাস্ত্র নৈনবা কাংবু খবনা নৈনরম্বা থৌওং অমনা থবক তৌবদগী ওইরক্কা (ইম্পীরিজম=Empiricism) গী থৌওং নৈনবম্মী। অহুগা অমনা "টি এসঃ ইলিওট" না ইরম্বনা মীখুদিংমক চিংনবা লৈ, কবিগুম্বা চিংনবা অহ লৈত্রব'দ থাজবা অমা ওইবরুই, অসি হাঙ্গৈনা ইরম্মী। অতুগা অহুমশুবা ওইনা দর্শন শাস্ত্রগী থাজবা হাঙ্গৈবসি থবক্তা লৈ, মতুদি রাখলনা অচুম অরান খিবগী থবক (Rationalism) অতুগা আমেরিকাদা য়াম্না কন্না চংনবা দর্শন শাস্ত্রদি (প্রাগমেটিজম) মসিনা "জেমস অমসুং ডিউয়ে" গী থৌওংনি। মখোইনা নীংলিবা অহু পাংথোকলবা মতমদা অচুম্বনি হাঙ্গৈনা খংগনি, নত্রবদি মহু ওইদে। অদুগা কাংবু অমনা মেটা-ফিজিকেলগী থৌওংদা "থবক্না পোং ওইনা পুথোকপগী থৌওংদা" সাইন্সকী থৌদোক ওইনা পোৎকী মহৈ, (Physics) অদুগা অহিংবা জিবা (Biology) গী মহৈ, অসুম্না লৈননরম্মী মতুগী কাংবু লুচিং-বসিংগী মিংদি:—হোয়াইতহেড; ইডিংটন; আলেকজেণ্ডর; মোর্গান; জুলিয়ান; হক্সলে মখোইশিং অসিগী থৌওংনি।

মতৌ অসুম্না ইউরোপকী মাইকৈদা নোংচুপকী দর্শন শাস্ত্র নৈনরম্বা পুম্নমক ভারতবর্ষগী দর্শন শাস্ত্রগী মশা ওাক্তা নৈনরম্মী। নোংচুপকী দর্শন শাস্ত্রগী শরুক খর খরদা মীওইবগী অপাম্বা ফংনবা

হোৎনবদা খ্বাইদগী মরু ওইনা চথরক্লিবা অসিদি পুন্সি অছুনা হিংছনা
লৈস্নিখৈগী মতমদা কান্নবা ফংবা রাখলদগী হেন্না মপোক কয়াগী
থৌরাংদা নৈনরমদে, অমস্তুং হৌজিকমকস্ত নৈনদ্রি।

ভারতবর্ষগী দর্শন শাস্ত্রগী মাইকৈদা থরাই (অত্মা—Spirit)
কী রাখলদা পারা চাউনা নৈনবা মত্তুগী শমলপা মরুওইবা মথং
মথং মথাদা পীরিবা অসিনি।

ভরতবর্ষগী দর্শন শাস্ত্র (Indian Philosophy) হাঙৈবা অসিদি
থাইনগী লিয়বা হৌরকপগী মতম খঙত্রবা থৌরমনি মুনি ঋষি কয়ানা
অহিংবা জিবগী হৌরকফম ওইরিবা অথোইবা থরাই ( পরমঅত্মা )
অকুপ্পা রাখল কয়া নৈনদুনা মত্তুগী য়েংনবা মহৈ ( ন্যায় শাস্ত্র—
Logic ) নৈনরম্মী। অদুগুম্বা থৌরম অদুবু "দর্শন" হাঙৈনা কৌরম্মী।
অদুগা য়াম্না অরাংবা রাখলগী মহৈ তম্বিদুনা পুন্সিবু সিদবা মফমদা
লৈবা ওন্নবা হোৎনরম্মী মত্তুবু "মৃত্যুঞ্জয়" হাঙৈনা লৈরম্মী। ভারতকী
দর্শন শাস্ত্রদি পুন্সিগী অমস্তুং ইবা পাবগী মহৈদা য়াম্না থাজরম্মী।
মত্তুগী অচৌবা খুদম ওইনা ভারতকী ফাউরবা দ্রামা কয়াগী থৌওং
অদুনি। অদুগা পুন্নমক বেদগী য়ুম্ফমদা ভাক্তা ওইনা থম্মী। হিন্দুগী
দর্শন শাস্ত্রগী থৌওংদা থাইনদগী চথরক্লবা থৌরম ( Tradition )
মখল অনি থোক্লা থাইদোকই মত্তুদি :—অমনা থর্ম্ম অদু চুমনা চৎপা
( আস্টিকদর্শন—Orthdox ) মত্তুগী মম্নুংদা লৈবনা "ন্যয়া, বৈসেসিকা,
সংখ্যা, যোগ, মিমাংসা, বেদান্ত অসিনি। মসি পুমনমক্কা বেদবু
চপ্‌ চানা থাজৈ। অদুগা অনিশুবা অদুমা বৌধগী অমস্তুং জৈনগী
মখুংচনবা বেদদা অতক য়ামনা মকশিন্দবা "নাস্টিক দর্শন" হাঙৈনা

খাইদোকই মসি থৱাইগী ৱাখল মতুদা হৈশিংবগা লোইননা পাউজাক পীবা খুদম ওইনা গৌতম বুদ্ধ, মহাবির অসিনা চথরম্বা থৌরমনি।

ভারতকী দর্শন শাস্ত্রদি পূমনমকনা থৌওং মাপল থোকনা লেপ্লতুনা থমই। অতুগা মতুগী মতুংদা "অশেংবা পুথোকপা, তমনিংঙাই ওইবা অমদগী হেনবা থৌওং, নিযম নাইনা থম্বগী মওং; অনিথোক্লা লৈবা, লাই লৈ হাঙ্গৈনা থাজবা, লুহোংখোংদোংবগী থৌওং, মতৌ অস্থম তৌতুনা থৌওং কয়া থাইদোক্নুনা নৈনয়ম্মী। দর্শন শাস্ত্রগী থৌওং অয়াম্বা মশাগী নত্রগা মী অমগী ওইবা ৱাকম অমত্তা ইরমদে। পুমনমক মাংওইননা লৈবা উৎসম্মী। মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াই। দর্শন শাস্ত্রগী মতিক চানা থংহৈরবা "মেক্সমুল্লর"না য়ামনা শেংনা অমস্তুং চোকশিন্না মখোইগী মমিংদা শন্দোক্লা নৈনয়ম্মী। ভারতকী দর্শন শাস্ত্রদি নোংচুপকী মওংদগী যামনা খেন্নৈ। ভারতকী থৌওংদদি শিদ্রবা "অমব" অতুবু "মক্ষ" কৌই অতুগা মসিনা খ্বাইদগী ৱাংবা থুংকমনি মক্ষম অতুদা লৈববু "পবম পুরুষয" ( the ultimate value ) কৌই। অতৈ অতোপ্পশিং অতুনা মক্ষম অসি য়ৌনবা অচুম্বা লম্বীগী মশানি। হাঙ্গৈবদি মক্ষম অসি য়ৌনবা লৈশিন্দুনা পুশিল্লক্নবা ( concentreted ) অমস্তুং পুনসিন্নবা (integrated) ওইহনবনি। মক্ষ হাঙ্গৈবা অসিদি অম্বা অনা লৈত্রবা পুন্সিনি হাঙ্গৈবদি "সংসার" অসিগী অৱাবা ময়াম অতুনা চংদ্রবা মক্ষমনি। মহা ঋষি শ্রীআউরবিন্দনা হাঙ্গৈরম্মী "মক্ষ" হাঙ্গৈবা ৱাহৈ অসি ভারত দর্শন শাস্ত্রগী ৱাহৈনি। মসিবু ন্যায় শাস্ত্রনা উৎলম্মী মহৌশাবু অশেংবা থৌমোক অমনি হাঙ্গৈনা অতুগা সংখ্যনা অমুক মহৌশা ( প্রকৃতি )

অমস্তুং শিদবা মপু (পুরুষ) অনিগী মরক্তা থোকপা অৱা স্নুংঙাইবু অদুমথোক্তা থুপচিনবগী মওংশেংনা উৎলম্মী বেদনা হাঙ্গইহম্মী অখংবা অমস্তুং অউবা অৱাবা পুমনমক্কী মথক্তা লাম্থোক্নুনা লাকপা ওমই হাঙ্গৈনা। মেক্সমুল্লরনা ইহান হান্না ভারতকী দর্শন শাস্ত্রবু চপ চানা লেপলম্মী মদুদি:—মতৌ করমনা খংগদগে হাঙ্গৈবা মিমাংসাগী নিয়মগা কোম্বা পাউবৌ মদুগী মনুংদা পোৎ অমবু রাখলগী খুংলাইনা লেপ্পা অসিনি। অদুগী থৌওং পুমনমক জ্ঞানগী রাখল অচুম্বা পুথোকপা অদু অচুম্বগী রাখল য়ৌববা মীনি হাঙ্গৈনা ইবম্মী। অম্নুমনা মশাবু মশানা চপ চানা থাজদুনা মশানা মশাবু লেপচববা হাঙ্গৈবদি মশা অদু মহাক নত্তে হাঙ্গৈনা খংলবা পুন্সি অত্ত খ্বা'দগী রাংবা মফম য়ৌরবা রাখলগী মহৈ অদুবু "অধ্যাত্ম শাস্ত্র নত্তগা অত্মা বিজ্ঞ" হাঙ্গৈনা খনৈ। মহৌশা (প্রকৃতি) অমস্তুং শিদবা মপু (পুরুষ) অনিদগী থোবকপা অৱা স্নুংঙাইগী থৌবম্নু "মিথ্যা জ্ঞান" মিনম্বা রাখল হাঙ্গৈরম্মী মসি ন্যায শাস্ত্রগী রানি। অদুগা এডভাইতনা হাঙ্গ "ময়া" মাংবগী মও'দি অম্নুমনা পিরম্মী।

ভরতকী দর্শন শাস্ত্রনা মিথুপ ওনিগী মংংদা উংবম্মী মদুদি:—অমনা "থৱাই অপুনবা (Spiritual Unity)" মদুবু পুমনমক্তা "মক্ষ" হাঙ্গৈনা খংনৈ। অনিশুবা অদুনা "লমচৎ শাজৎ অপুনবা" (Moral Unity) অনিশুবা অসিনা লমজিংলবদি "মক্ষ" হাঙ্গৈবসি কংলিবনি। মীওইবগী পুন্সিদা লমচৎ ফজবা হাঙ্গৈবা অসিনা অৱাংবা নাপল নৈতবা মফম য়ৌনা পুনবগী অমত্তা ওাইরবা লমজিংনি। লমচৎকী শাজেনবু "সাধন" কৌই। "সাধন" অসি লমচৎ ফজনবা

নীতিগী মতম মতমগী ওইবা কাইদনা তৌবা অদুনি। থরাইগী হাঙ্গৈবদি শিদবা মপুগী অশেংবা রাখলদা লেপ্পা ওম্বগী পাঙ্গলদি লমচৎ অমম্মং ইকাই খুম্ববা শাজং অচুম্বা ওাকপা অদুতদা লেপ্পা ওমগনি। হিন্দুগী "কথাউপনিষদং" হাঙ্গৈবা অসিদা মরুওইবা কয়া পিদুনা তাক্লি। মদুগী মনুংদা নিচিকেতাগী অচৌবা ৱারি হিন্দু পুম্নমক্কা খংই। অদুগা শ্রীমদ্ভাগবতগীতাদা ময়েক শেংনা অমুক তাকলি মসি মহাভারত পুরানগী মনুংদা লৈবা কুরুক্ষেত্রগী লাঙ্গাও মনুংদা শ্রীকৃষ্ণনা দোলাই থৌদুনা লমজিং পীখিবা অদুনি। মীওইবনা মশাগী লমচৎ ফজদ্রবদা অইবা পাউতাক কয়া অদুনস্থ অশেংবা পুন্সি ওইনবা ওমদে। মদুগী মরমদা মিমাংসাগী ফাউরব মহৈ তমফমশং "প্রভাকার" হাঙ্গৈবা অদু মীওইবগী লমচৎ ফজনা শেম্বা মফম ওইরম্মী। ভারতবর্ষগী দর্শন শাস্ত্রগী থৌরমদা খ্বাইদগী লুরবা থৌরমদি থরাইগী ওইবা (Spiritual রাখল অসিনি। মদুগী খৰা ওম্নবা তম্বদা গুরু অমগী লমজিং চংই, গুরু য়াওদ্রবনি পুম্নমক মমি ওইনা ময়েক শেংনা উবা ওমদে, অমম্মং চপ চানা থাজবা ওম্বগী পাঙ্গল ফংদে। মতাং অসিদা ঐখোইনা হিন্দু পুম্নমক্কা য়াম্না অচেংপা থাজবগা লোইননা তারিবা শ্রীমদ্ভাগবত পুরানগী তরাগুবা স্কন্ধগী মনুংদা শ্রীকৃষ্ণনা শান্দিপনিদা গুরু ওইদুনা মীওবগী লমজিং গুরুনা পীগনি হাঙ্গৈবগী লম্বী তাকপিরম্মী। মরম অদুনা থৌরম পুম্নমক্কা বিশ্বগুরু শ্রীকৃষ্ণনা লমজিংহনবা হাঙ্গৈবসি হিন্দুগী দর্শন শাস্ত্রগী যাত্রাগী য়ুম্ফমনি।

ভারতকী দর্শন শাস্ত্রগী থৌওংদা মতিকচাবা খংহৈরবা কাংবুনা পুম্নমকী ওইবা (বিশ্ব) রাখলদা পীরম্বা অশেংবা নত্রগা অহেপ্পা মওংদি

থবক অমম্তুং মপোক অমগী শিদবা, শেমগৎ শাগৎপা য়াউদবা, মহৌশা ওইবা থরাই, অহৌবগী চপ চাবা খংদবা পৃথিবী, লমচৎ শান্নংকী ওইবা অসি থবক্কী মগুণ খংনা ভৌবা ( doctrine of karma ) অতুদনা অপুনবা মাংত্রবা লমচৎ পুরকপা ঙমগনি। মরম অতুনা থরাইগী শেম শানবা অমত্তা ভাইরবা থুংলাইনি। মীওইবগী পুন্সি অসিদা "মক্ষ" ফংনবগীদমক্তা থৌরাং থুদিংমক চেকশিন্না হোৎনরিবনি। অতুগা সংসার হাঙ্গবা অসিনা মতুগী খুদোংচাবা ফংবা ঙম্নবা পাঙ্গে ওইরিবনি। রাফম অসি ডাক্তর রাধাকৃষ্ণনগী মরুওইবা রাহৈশিংগী মন্নুংদা অমনি। মীওইবগী পুন্সিদা থরাই (জিব) গী রাখলনা হৌগৎলক্লবা মতমদা অচুম্ববু থাজবা ঙম্বা অমম্তুং থাজবা লৈত্রবা মীদি যুমফম য়াউদ্রবা অশিবা নত্রগা মী ওইদ্রবা পুন্সিনি। খুদম ওইনা কোন্নুং লৈত্রবা লমদা লৈবাক অমা কৌবা য়াদে ( It is not a country without capital) অতুগা ধর্ম্মগী অরেপ্পা খংদবা মওং লৈতবদি মাইকৈ খংদবা লমজিং ওইগনি। অচৌবা ঈপাক্তা হিনাউশাবা য়াউদবা হিহোনবা ওইগনি।

---

২০ শুবা শরুক

# বেদান্তাগা নকনবা মরি

ভারতবর্ষগী বেদান্তাগী থৌরম অসি পৃথিবীগী অপুনবা থৌরম অমম্লুং থৌওং ওাক্তনি। মতম মতমগী দর্শন শাস্ত্রগী কল্লা নৈনবা কাংবুনা মথং মথং চাংয়েংগা লোইননা চাউনা থিরকপদা ভারতবর্ষগী দর্শন শাস্ত্রতা লমজিং পাীবিবা পুম্নমক বেদান্তাগী ওাক্তনি। রাক্তম অসিদা বেদান্ত হাঙ্গবা অসি শব্দোক্তা খংবা তারবদি বেদগী রাখলগী বুদ্ধি (জ্ঞান) মতোনযৌনা খংবা "বেদ-অন্ত" বেদান্ত হাঙ্গবনি। হিন্দুগী পুন্সিগী হৌরককমদি বেদনি অহুগা বেদ খংবরু নত্রগা নৈনবরু হিন্দুইজম অসুম্না খংনরি। মীওইবগী হিংনবা থৌরাংদি বেদনি, মরম অহুনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা তাকপি তম্বিবগী থৌবাং তৌরম্মী। মকওইনা নোংচুপকী মনুংদা পাক্লা চাউনা লৈরম্মী খুদিংমক্তি মশাগী মগুন পুম্নমক বেদান্তগী ওইবা "স্কোপেন হরার, হার্টমান, নিয়েৎচে, কাইসর্লিং, মসি ইউরোপ্তনি।" মহুগী থৌরাংনা আইরিশকী ডব্লিউ: বি: য়েৎস অহুগা জি: ডব্লিউ রুসেল ( W.B. Yeats and G W. Russel ) অহুগা মহুদগী আমেরিকানশিংগী মতুংদা য়াম্না থৌনাগা লোইননা থবক ওইনা উত্তুনা তাকই মহুগী লমজিং "ইমর্সন, থোরিউ, ব্রান্টহ্‌ৱাইটমেন, আলদৌ হক্সলি, জেরোল হার্ড, খৃষ্টোফর, ইশ্বর-বুউড, সমরসেত মাউঘম" অসিনি।

রোমেন রোল্লান্দ হাঙ্গবা অংনা শেংনা কোংদোকলম্মী; মহুদি: ধর্ম্ম পুম্নমক্কী ওইনা "অদ্বাইত বেদান্ত" গী ধর্ম্ম মুল্লা খংবা মহুগী

অমতা ওইবা মবি খংবগী শুন পুন্নমক ভারতকী অইবা লাইরিক (সাহিত্য) গী রাখলনা যুমফম পুন্নমক ওইরম্মী। অদুগা 'অলডাউজ হক্সলিগী'' বাইং কাযা হাঙ্গীবনা ভারতকী দর্শন শাস্ত্রগী মকওইবা পুন্নমক "গীতা" না ফজনা বেদান্তগী মক পুন্নমক শমজিন্দুনা তারম্মী, অদুনা মীওইবা পুন্নমকী পাউতাকনি, ভারত জতিদগী নত্তে, মরম অদুনা পৃথিবীগী মনুংবা বেদান্ত দর্শন শাস্ত্রনা খ্বাইদগী হেল্লি হাঙ্গী-রম্মী। বেদান্তগী থৌওং অাঁস অনিথোক্না লৈ, মদুদি:— মপান নাইদবা মওং ( Absolutistic ) অদুগা লাইদবু থাজবা মওং ( Theistic ) মসিগী মবমদা শঙ্করগী "অটভাইত" অদুগা অথেংবদা হাঙ্গীবদি অকোনবদা রামানুজাগী ''বিসিষ্ট অটভাইত'' অস্মা লৈ।

আমেরিকান পণ্ডিতশিংনা "নিউযোর্ক টাইমস" পাদে অদুগা "ইটনিতিজ" পাদুনা উপনিষদপু যান্না নৈনৈ। অদুগা স্পেনিশকী লাইরিক ইবা জে: মাস্কাবো হাঙ্গীবা অদুনা শন্দোক্না ইরম্মী ''উপ নিষদনা থরাইগী হিমালযনি'' অসিগী মতাংদা অস্মা ইবম্মী :—

Just as that great mountain height determines the climate, the rainfall on the physical features of the Peninsula, so do these heights of light and wisdom determine the scope and the quality of the spritual life of the race that inhabit it. In point of popularity the Upaisads are second only to the great chapter of Hinduism, the Bhagavad Gita.

অসুম্না হিন্দুগী দর্শন শাস্ত্রগী অরাংবা রাখল অমসুং মতুগী য়ুমফম উৎলম্মী। অদুগা মেক্সমুলারনা উপনিষদপু শন্দোক্না ইরম্বদা অমুক অসুম্না, ইরম্মীঃ—(The light of the morning, like the pure air of the moutains, so simple and so true if once understood ). উপনিষদ অসি বেদান্তগী অথোইবা রাখল ফংবা ওন্নমা অমসুং নীংথিনা উরবা পুন্সি অমা ওইবগী তম্নবা অইবা অচৌবা লাইরিকনি। অদুগা মরুওইবা য়ুমফমগী মওং অনি লৈ; অমনা গীতাগী অদুগা অমনা বেদান্ত সূত্র অসুম্না অনি লৈ। অদুগা অনি অসিগী মনুংদা সঙ্করনা গীতা অসি লাইরিক্কী রাহৈ ওাক্তনি হিন্দুগী য়াম্না শেংলবা পুন্নমক্না য়ানরবা পাম্নরবা ধর্ম্মগী অইবা লাইরিক্কি হাঙ্গনা ইরম্মী গীতাবু নৈনবদা ফাউরবা সঙ্কর পুন্নমক্না খংনরি। মহাভারতকী থোকখিবা পুন্নমক অদুগী শুপচিনবা শক্তমদি গীতানি। গীতাগী মনুংদা লৈবা রাহৈশিং অসিগী শন্দোকপা রাহৈদি মপান নাইদে খুদম ওইনা "স্বভাব" (tilents) অদুগা স্বধর্ম্ম (individual's norm of life) অসুম্না য়াম্না মীওইবগী থৌরমশিংবু অশম্বা রাহৈনা তাকলম্মা। গীতাগী রাখলদা য়ৌরবদি পুন্নমক কৎ-থোকপগী লম্বীদা পুন্সি লেনগনি। অদুগা গীতা নীংথিনা নৈনহনা খংলবা অদুগী গীতাগী থৌওংদা লৈরবা অদুবু কর্ম্ম যোগী হাঙ্গনা খংনৈ। গীতাগী মনুংদা লৈবা যোগ ১৮ অদু পুন্সিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই আর্জ্জুন্দা "বিশ্বরূপ" শক্তম (দর্শন) ওইনা রাখলদা ফাউহনখি। অসিগুম্বা রাখলগী অরাংবা বুদ্ধিবু উত্তুনা তাকপীখি। রাম্না থেংথ-থরক্রবা মতমদা গীতাবু চেংনা থাজহনা কর্ম্ম যোগী ওইখিবা পণ্ডিতকী

মমুংদা গান্ধীজি, রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর, টিলক, শ্রীঅাউরবিন্দ, ডাক্তর রাধক্রিষ্ণন অসিনচিংবনা গীতাবু য়াম্না চেৎনা থাজবগা লোইননা পুন্সিগী লমজিং ওইখি। অদুগা গীতাগী মরমদা ইরম্বা লাইরিক কয়া লৈরি অদুগা গীতাবু অহানবা ইরম্বদি সংস্কৃত লোলদনি। অদুগা ইংরাজীদা হন্দোকুনা ইবা হৌবা খৃঃ ১৭৮৫ দগী ইথোকখি। অদুগা বেদান্তনা অইবা লাইরিক অনি লৌখৎলি মদু অমনা শ্রুতি ( Sruti ) অমনা "স্মিতি" (Smriti) অসিনি। অদুগা শ্রুতি শাস্ত্র অসিদি মীওইবগী নোংম নোংমগী তৌরিবা থবক পুন্নমক্কী মথং মনাউ শেমদুনা বেদগী লমজিংনা মশাগী পুন্সি অদু অচুম্বা অমা ওইহল্লি। শ্রুতি অসিগী অচুম অরানগী লৈবদি বেদনি, মরমদা নৈনবা কাংবুগী মমুংদা মথং মনাও ওইনা "মনু, যজ্ঞবলক্য, পরাশরা, অসিসি মহাভারত হাঙবা পুরান অসি অচৌবা শ্রুতি অমনি। অদুগা "শ্রুতি" অসিদি প্রমান্না খংবা ওম্বগী মওং ডাক্তনি করিগুম্বা লাল্লবা মতমদা চুমথোকপগী থৌরাং অদুদনি। অদুগা বেদান্তাগী মরুওইবা য়ুমফম অহুমনি মদু মখাদা পীরিবা অসিনি। (১) বেদান্ত সুত্র (২) ব্রহ্ম সুত্র (৩) উট্টবা-মিমাংসা সুত্র অসিনি। সুত্র হাঙবসি থবকশিং অদু মথং মনাও নাইনা তৌববু খংনৈ। সুত্রনা মশাগী ওইনা করিসু খংহন্দে। অংগা সুত্র অসি সঙ্করগী মতুংইন্না সুত্র ৫০৫ নি, অদুগা মাধবাগী মতুংইন্না সুত্র ৫৬৪ নি। নোংচুপ লোমগী মী পুন্নমক্না মশা মশাগী পুন্সিবু "মফ" গী খুংফম থিবদা লম্বী ফংবা ওমদে, অয়াম্বা মতমদা বিজ্ঞানগী (খুৎশেমগী) রাখল অমসুং য়েৎনবগী রাখল (Science & Logic) কী মইহৈনা লেরিবা থৌরি অহুনা ওক্না পুন্দুনা শিজবা পুন্সি ওইদুনা

লৈ। "অলডাউজ হক্সলি" না হাঙ্গৈরমই "থাজবা ( Faith )" হাঙ্গৈবা অসিনা মীওইবগী মথং মনাত্ত কাইদনা থোৌরম পুম্নমক চংথবা ওম্নবগী অহানবা পাম্বৈনি। বেদান্তগী অরোইবা ওইনা তোঙান তেংঙান থাইদোক্লুনা য়েংবদা মশানা মশাবু খংজবা থরাইগী মম্নমদা হৈশিংবা কাংবুনা লেপলম্মী মতুদি মশাগী ওইজবা থরাইগী রাখল হৈশিংবা পাঙ্গল অত্থুনা অরোইবা চাংয়েংগী থোৌরাংনি। ( Exprience is the ultimate test for the existance of the spirit. Such an attitude can hardly be called dogmatic and unscientific ) মতৌ অসুম তৌনা বেদ হৈশিংবা কাংবুনা ঙাংবা মতমদা খুৎথাং অনিগী ওইনা ঙাংদে, মশাগী ওইবা অহানবা রাখল (জ্ঞান = knowledge ) ওইনা ধর্ম্মবু অচুম্বা থাজবা রাখল, ওইনা ঙাংনৈ। মীওইবগী পুন্সি অরাবনা পিকথক্লি, মতু বেদান্তগী রাখলনা ফত্তবা পুম্নমক মাংহনলি অরাবা পুম্নমক অত্থু মতম চুপ্পা লৈবা নত্তে, মতম মতমগী ওইনা লৈবনি। অত্থুগা ফত্তবা পুম্নমক অত্থু মখল অহুম থোক্না থাইদোকই। মতুদি :—(১) রাখলগী লাইনা হাঙ্গৈবদি পুক্লিংদগী ফত্তবা রাখলনা লাইনা ওইবা (intreorganic) "অধ্যাত্মিকা" হাঙ্গৈনৈ। (২) মী, শা, উচেক অসিদগী থোকপা ফত্তবা অমসুং রাহনবা ( Extra-Organic ) "অধিভৌতিক হাঙ্গৈনা লৈ। (৩) মহৌশাগী ওইনা মশাগী থরাইগা কোম্নলা লৈরবা ভুত, প্রেত, হিংচবা, গ্রহদগী থোকপা ( Supernatural influence ) "অধিদৈবিক" হাঙ্গৈনা লৈ।

মেক্স মুলারনা রাম্না শেংনা ইরম্মী, বেদান্তবু ফত্তবা ওইনা উবদি লাম্না লৌবনি হাঙ্গৈরম্মী। অত্থুগা খলগী ওইনা নৈনবা

( Theory ) অহুগা খবক ওইনা নৈনবা ( Practical ) অসিবু "অকার" অমসুং "বিকার" হাঙ্গৈনা খনম্মী। অনি অসি খাইদোক্লবা রাকম লৈরমদে, মরমদি দর্শন শাস্ত্র অমসুং পুন্সি অনি অসি খাইনবা য়াদে, হাঙ্গৈনা খংগদোবনি। বেদান্তগী মরুদা লৈবা য়াতৈ ( Sat ) হাঙ্গৈবসি অমাংবা লৈত্রবা, অমসুং অমকপা লৈত্রবা, মতম পুম্নমক্তা তুমিংকা মান্নবা ভান্দুনা লরবা মকমনি। বেদগী হৈ শিংবা পুম্নমক্তা তাকলম্মী রাখল অমসুং পুক্নিং ( জ্ঞান ) না "মক্ষ" ফংবগী অমত্তা ভাইবা খুংলাইনি। মতাং অসিদা ডাক্তর রাইন্না লাইরিক্তা অসুন্না ইরম্মী :—"New World of the mind" হাঙ্গৈবা লাইরিক অহুদা মহাক্না শন্দোক্না তাকলম্মী মহুদি :— ( There is somthing operative in man that transcends the law of matter·· ··· The Universe dffers, therefore, from what the previating manterialistic concept indicates) অহুগা স্বামীবিবেকানন্দনা অমুক মযেক শেংনা শন্দোক্না বেদগা মরি লৈনবা হিন্দুগী থৌরম্বু অসুন্না ইরম্মী :— Hindu is the only religion that has boldly declared that scripture alone cannot help us to attain realization. For spiritual experience one has necessarily to be ethically perfect. The way to God realization is only through good life. There is no other way to it. Spiritual wisdom cannot be had without moral qualification and the cleansing of our hearts. Spiritual life does

**not grow like grass** মতৌ অসুম তৌনা স্বামীজিনা হিন্দুগী অরাংবা রাখলগী লমজিং পিরম্মী। হিন্দুগী ওইবা বেদান্ত মথং মথং নৈনরক্কুনা মুনি ঋষি কয়ানা অইবা পাউতাক কয়াবু পাবা অমসুং তাবনা লাঙ্গবু ফংবা ঙমদে। মশাবু মশানা মুন্না খংজদুনা মহৌশাগী মনুংদা লৈবিবা পুন্সিগী থৌরম পুন্নমক থমং মনাও কাইদনা লমচৎ শাজৎকা কোয়্রনা মতমগী (কাল) থৌরম মশানা পাংথোকপা (কর্ম্মযোগ) অচেৎপা রাশক (সংকল্প) ঙাকপা মশাগী ধর্ম্মদা লৈবা ( স্বধর্ম্ম ) অদুতনা "মক্ষ" ফংবা ঙম্বনী হাইনা পাউতাক অমসুং পাউজেল পৃথিবী শিনবা থুংনা চেল্লম্মী। বেদগী থৌৰমদা মপুং ওইনা লৈরগা মীওইবগী চংনলোল পুন্নমক তৌবিবা পুন্সি অদু তমনিংঙাই ওইরবা গুন্না লৈত্তেলবা পুন্সিনি। বেদান্তগী তমযমশংগী মখল অহুমথোক্না লৈ, মদু মযাম্না খংনবা লমজিং অ:মগী মথাদা লৈবনি। মদুগী লমজিং লাইবিকপু "উপনিষদ", 'ভাগবত গীতা", 'বেদান্ত সুত্র" অসিনি। ইতিহাসকী ওইবা মখল মথা হৌগ্রবা কযাগী নৈনখিবা থাইনগী লৌশিন্দুনা অমসুং চাংদম কয়া তৌগ্রবা মকওইবা হিন্দুগী শেংলবা দর্শন শাস্ত্রগী লমজিংনি। ঐথাঙ্গনা খংই মদুদি পুন্নমক অসি নৈনদুনা তাকপি তম্বিরম্বা পুন্নমক মুনি, ঋষি, কবি অসুম্না কৌবশী। উপনিষদ অসি খৃঃ ১৬৫০ দা পর্শিয়ান লোন্না ভারাসিকো হাঙ্গবা সাহজানগী মচা মুপানা ইথাকলম্মী।

উপনিষদকী মনুংদা মশাগী ওইজবা ব্রাহ্মনগী মরমদা সঙ্করনা হৈশিংবগী রাখলদা পিরম্মী মদুদি :—"জিবন মুক্তি" অদুগা মসিগী মনুংদা বৈরাগ্য হাঙ্গবা অসিনা মদুগী ঙাকবা থৌদাং ওইরম্মী, অদুগা সঙ্করনা থৌথিল অহুম ওইনা পিরম্মী মদুদি :—বিকারা, বিবেকা,

বৈরাগ্য অসিনি। হিন্দুগী উপনিষদ মপুং কানা হৈরবা ইউরোপকী ডাক্তর ফাউষ্ট ( Dr Faust ) না হাঙ্গৈরম্মী, মহাক্না নারদনা তাকলম্বা রাহৈ খর মহাক্না:—নরদনা হাঙ্গৈরম্মী ঐনা মন্ত্রদমক তমলমই মহাক্না থরাইগী ওইবা পুন্নমক খংলম্মী, মরম অদুনা পুন্নমক থরাইদা অরাবা পুন্নমক থম্বা হাঙ্গৈবদি অরাবা মাংহনবা ঙমই, অস্নুমা হাঙ্গৈবৃ প্রামান ওইনা উৎলম্মী। অস্নুমা মশানা মশাবু লমজিংহনা "মক্ষ" কংবা ঙমলিবনি। থৌনা ফবা হাইবসি মখল অনি থোকই মশাগী পাঙ্গলগী থৌনা অমা, অহুগা লমচৎ শাজংকী থৌনা অমা অসিনি। মশাগী পাঙ্গলগী থৌনাদি অত্তেনবা ওইনা মাংই. লমচৎ শাজংকী থৌনাদি মাংবা লৈত্রবা থৌনানি। রামানুজানা হাঙ্গৈরম্মী লাঙ্গৈদি ঐখোইদা অহুমক লৈবনি, মরম অদুনা ঐখোইনা পুন্নমক তৌবা ঙমলিবনি। মরম পুন্নমকী লোইনা ঙম্বা "অন্তর্যামি" হাঙ্গৈবদি ঐখোইগা লোইননা লৈবা মরমনা অহুমক খংবনি। মীওইবনা মশাবু খংদবদগী উজবা খংজবা ঙমদহুনা কনাস্নু উদনা তৌবা হাঙ্গৈবনি। মতাং অসিদা নিংশিংবা রাই "চার্লিস মোর্গান" গী ফজরবা রাহৈ খব মহাক্না:— মীওইবনা খনবা পুন্নমক রাখল অমত্তুদা পুন্সিনবা ঙম্নবা মতম অহুত্তদা পুক্নিং অমত্তা ওইনা লেপ্পা ঙমগনি। অস্নুমা মহাক্কী অইবা লাইসিক্কী মনুংদা লৈরম্মী। অহুগা মহাত্মা গান্ধীনা অমুক হাঙ্গৈরম্মী মশাবু ডাকচবা ঙমদ্রবা কবিগুম্বা মীওইবগী ইন্দ্রিবৃ পেন্নবা হোৎনবদা পুক্নিং অসি ঙহাক্তা পোত্থবা ঙমলোই, মহাক্কী খুদমদি:—নুংশিৎ লৈবা মফমদা চাকপা মৈরিনা চুম্না লৈবা ঙমদবগুম্বনি, অস্নুমা ইরম্মী। মীওইবগী পুক্নিং অসি মনিং তৌনা ইংনা লৈহনবগী মরুওইবা পাউতাক কয়া শাক্লা চাউনা গীতাদা পিরি। মশাগী পুন্নমক থাদোক্লগা থবক পুন্নমক

অহনবা লৈতনা ভৌগদবনি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা মনাই আর্জুনদা তাকপিখি। অদুগা বুদ্ধগী রাহৈদনা পুক্লিংগী অপাম্বা লৈত্রবদি করিগুম্বা অরাংপা লৈত্রে, হাইবদি লেপনমক মীগী পুন্সিদা স্বর্গ অমু লাপ্পা লৈত্রে, অদুমক য়ৌরে হায়রম্মী। অসিগা মাননা "সেক্সপিয়ারগী শব্দোকপা রাহৈ কয়ানা হেমলেটকী মমুংদা ইরম্মী মদুগী শমলপ্পা থর ( Blessed are those ........whose blood and judgement are so well commingled . ...They are not a pipe for fortune's fingers .. ......To sound what step she please......Give me that man, that is not passion's slave .... Ay, I will wear him in my hearts' core, or in any heart of heart ) অম্মা লৈরম্মী। মশাবু ভাকচবা হায়বা অসিগী অহানবা চংথগদৌবা খোয়াংদি লমচং শাজংকী থবকনি। পুন্সি অসি ধর্ম্মগী মতুংইন্না লৈবা হাইবসি মহৌশা ওইনা লৈবনি। মীওইবগী পুন্সিদা মহাক্কী লমচং অমসুং শাজং পুম্নমক দর্শন শাস্ত্রগী লমজিং কাইদনা যান্না থাজবগা লোইননা তৌবিবা অদুবু শ্রদ্ধা ( Sradha ) হায়না খংলম্মী অদুগা পুক্লিংবু ফাজিনবা ভম্বগী গুন লৈরবা তমনিংঙাই ওইবা লমচং শাজং ওইবা মতমদা "সমাধান" হায়না খংনৈ।

গুরু হায়বা অসি য়াম্না খংবদা রারবা দর্শন শাস্ত্রগী মমুংদা লৈবা রাহৈনি। মীওইবা পুন্সিগী জ্ঞানগী লমজিং লোবা চংদ্রবা য়াদবা বেদগী অরুবা রাহৈ ( মন্ত্র ) কযাগী মণ্ডালগী মৈরি চুখৎপা মতমদা গুরুনা চুদ্রবদি মণ্ডাল থোক্লা চাকউ য়াদে। মশানা হোৎনদুনা বেদান্তগী মণ্ডাল অমু কংবা ভমদে, মতাং অসিদা নিংশিংবা য়াই বিশ্ব

গুরু শ্রীকৃষ্ণনা মীওইবা ওইনা অবতার তৌডুনা মশামকনা হৌদোকপ্রবা বেদগী মন্ত্রবু শন্দিপনি মুনিদা গুরু ওইডুনা রাম বৃষ্ণ অনিনা মীওইবগী থাদোকপা য়াত্রবা স্বধর্মবু মশামকনা তৌডুনা তাকলম্মী। মীওইবনা গুরুদগী মপালগী ওইবা থৌরমনা রাহৈ খবদং লৌরগা লৌরিবা বেদগী খ্বাইদগী লুবরা রাহৈ ( মন্ত্র ; খব্র অতুগী মগুন্না পুক্লিংগী অমোংপা পুন্নমক শেংদোকপা ওম্মী। বেদ খণ্ডবশিংনা লৌশিল্লমই "উপাসনা মথল কয়া মতুনা মরম ওইডুনা পুক্লিংবু চেংনা ফাজিন্দুনা থম্বা ওম্বগী পাঙ্গল লৈহন্দুনা ধর্ম্মবু ফংবা ওম্নবা পাম্বৈ ওইনৈ। অতুগা সঙ্করনা অমুক শন্দোক্লা তাকলম্মী। মতুদি এৈখোইগা লোইননা লাই পুন্নমক্লা অমত্তা ওইনা পুশিল্লক্নুনা রাখল মযাম অতু মফম অমত্তা পুনবগী রাখল অতু উপাসনাগী লম্বীনি, হাঙ্গনা তাকলম্মী। মতাং অসিদা চপ চানা অরেপ্পা ওইনা ধ্রুব স্মৃতি নিংশিংবা য়াই।

---

## ২১শুবা শস্তুম

# রামানুজাগী লাঙ্গবু শেংনা থাজবা বেদান্ত

ভারতবর্ষগী দর্শন শাস্ত্রগী মগুণ লৈববা রামানুজানা বেদান্তগী ওইবা থৌরমদা সঙ্করগী মরুওইনা লেপলম্বা লাইরিক অহুম মীযাম্না খংনরবা "ত্রিপল টেক্স" অতুগী মরুওইবা কযা উপনিষদগী থৌরম্না যুম্ফম ওইরগা রাখলগী লমজিং অনিথোক্লা পিবগা মতু যাম্না শেংনা নৈনম্মী। রামানুজাগী মিৎয়েংদা উপনিষদ অসি রাখল অনিথোক্লা চংথরকই মতুগী অমনা রাখল পুমনমক চিংশিল্লক্নুনা নির্গুন ব্রাহ্মগী মওংদা সংসার পুন্নপা পুন্সিনবা মওংওইনা উবা ( Cosmic view )

অদুগী মরমদা থোইদোক হেন্দোক্লা খংবা "Maya" বু থরাইদা লুপশিনহল্লগা ব্রাহ্মণ" অমা মশক লৌবা মসিবু সম্বরনা অশেংবা মশক্তি মসিন অনিগুবা শকওংনি হাঙ্গৈনা চেকশিন্না নাকল অমদা থমই।

রামানুজানা ইহান হান্না লাঙ্গৈ লৈ হাঙ্গৈনা থাজবগী বেদান্ত স্কুল লিংখৎলি। মহৌদা চৎথরিবা থৌওং অদু "বিসিষ্ট অটভাইত" বেদান্ত কৌরম্মী। মহুগী থৌওং অদুগী থোইদোক হেন্দোকপদি "ত্রিপল টেক্স হাঙ্গৈনা খংনবা ল্যাইরিক অহুমদগীনি; ভাগবত, পঞ্চরাত্র, অগমাস অদুগা লাই কয়াগী সেঞ্চুরি ৭ অমস্তুং ৯ দা মহাক্কী য়াম্না ওক্লবা হৈশিংবা অদু মশাগী লোল তামিলদা ইরম্মী। অদুগা মহাক্কী ঈশৈ মশিং লিশিং মরি ইরম্মী। মহুগী ঈশৈশিং অদুনা বৈষ্ণবশিংগী লাইশংদা শক্লরম্মী। মহু পুন্নমক্লা ভারত লাঙ্গৈ লৈ লাঙ্গৈনা থাজবগী হৌরকফম খা ভারত হাঙ্গৈনা খংনরম্মী। রামানুজানা চপ মুংনা খন্দুনা অরেপ্পা ওইনা লাঙ্গৈবু থাজবসি উপনিষদকী লম্বীনা থাজবনি, অদুগা হৌরকপনা বেদনি হাযনা লেপলম্মী। অদুগা পুন্নমক মকোক ওইনা "নারায়নবু" লৌরম্মী। মহাক্লা শন্দোক্লা ইরম্মী নারায়ন অসিনা পুন্নমকপু শেমই অমস্তুং লৌশিল্লি হাঙ্গৈনা অদুগা মগাক্তি লৈশেম্বদা ময়েং তাদে অমস্তুং লৌশিলবদস্তু হেনগৎতে। অদুগা মহাক্লা নারায়ন বাসুদেব অস্তুন্না উৎলম্মী। বৈকুন্থ অসিদা শ্রীনারাযনগী মফমনি হাঙ্গৈরম্মী। মসি য়ামনা অথুপ্পা পুমনক্লা খংবা উবা ওমদবা ভক্তিদনা উবা ওইনা থনম্মী। অদুগা অবতারগী মতুংদা রামা, কৃষ্ণ, বুদ্ধ অসি মহাক্কী ভাবতা লৈরম্মী। অদুগা মহাক্লা লাইশং খুদিংদা লাৎলম্বা লাঙ্গৈশিংগী মওং (রূপ) নারায়ন, বাসুদেব, শঙ্করসনা প্রড্যমন, অনিরুদ্ধ অসি। ঐখোইনা রামানুজাগী থৌওংদা দর্শন শাস্ত্র কযা চাংয়েং তৌরকপদা ফংবা রাখল লমজিং ওইনা মথং মনাউ অমস্তুং মহুগী মশা (শাখা) হৌরকফম

অমসুং লোইফসু অয়েকপা পয়েং ওইনা মখাদা পিরিবা অসি য়েংলগা খংবা ঙমগনি।






অসুম্মা লৈরম্মী। রামানুজাগী থৌওনো লাঈগী থাজবা ওম্মা থৌওং কজনা পিরম্মী। অদুগা মহাক অসি ভারতকী হিন্দু ধর্ম্মদা লাঈবু থাজবা থৌওংগী হৌরককমনি ( He is the Fountain-head of India theism ) মশাগী থরাইবু মশাগী থৌরমদা কর্ম্মদা থম্নগা সংসারবু কাজিনবা অদুগা মহুনা পৃথিবীগী ওইনা মহৌশাবু লাঈ ওইনা থাজবা ওমই। অদুগা মন্ত্র হায়বা অসিনা পুন্সিবু অচুম্বা অশেংবা অমা ওইবা ওমই অদুগা থাজবা, অমসুং হাঈবা ইনবা, অসিনা ভক্তিগী হৌরককমনি। নুংশিবা (প্রেম) হাঈবা অসি ভক্তিগী খুদম অমনি, অমসুং তৌবদদি মওং খর লৈরিবা নুংশিবা মখলদি মকপকী ওইনা নুংশিবা ইপা ইমাগী ওইনা নুংশিবা অদুগা তোঙান তোঙান্না নুংশিবা অদুনা ভক্তগী অশেংবা নুংশিবা (প্রেম) নত্তে। পুম্নমকপু অমত্তা ওইনা নুংশিবা ওমলবদি মহুনা "ভক্ত" গী অচৌবা লমাজিং ওইবা ওমই। অদুগা পুমনমক থাদোক্লগা "সর্ণাগত" ( Surrender ) হাঈবা অসিনা নুংশিবগী অশেংবা লাইবু কংবা ওম্মা খুদমনি। উইলিয়ম জেমস (William James) না হাঈরম্মী, মীওইবগী মতোনলোম্বা হাঈবসি লাইমকী খুদোংচাবা কংবনি। রামানুজাগী থৌওংনা শেংনা তাকলমই মতদি মীওইবগী নুংশিবা হাঈবা অসি লাঈবু নুংশিবনা মশাগী নুংশিবদগী হেল্লি, মরম অদুনা মতম পুমনমক্তা লাঈবু নুংশিবা লেংদবা মওংনি। অদুগা নুংশিবা (Love) হাঈবা অসি অশেংবা ঈহৌনি, তৌইগুম্বসুং মহুবু হাপচিনবা মতমদা অচুম্বা মশক অমসুং মওং অদু রাখলগী মৈতাম্না লংনা তালহনলগা নুংশিবা (প্রেম=Love) অদু থম্নবদি ভক্তিগী য়ুম্ফম অমা শোইদনা ওইগনি।

---

২২শুবা শরুক

# শ্রীমাধবগী দর্শন শাস্ত্রগী

ভাবতবর্ষগী মতুংদা ফাউরবা শ্রীমাধবগী দর্শন শাস্ত্রগী থৌওংদা "দ্বৈত বেদান্ত" হায়না মমিং চৎলি। মাধবনা মহাক্কী অইবা ওইনা লেপ্লম্বা থৌরমগা অতৈ লাইগী পাউরেন তৌবা অমত্তা মায়দে। মহাক্না অহানবদা পুম্নমক মাগী স্নাখলগী ফংবা ওম্বা খুৎলাইগা লোইননা য়েংলবা অমসুং চাংয়েং কষা তৌববা মতুংদা বেদগী মতুংদা লৈবা পুম্নমক অদু অমুক হন্না নৈনতুনা "ত্রিপল টেক্স" হাঈবা বেদান্তগী থৌরম পুম্নমক অহুম শুবা অবতাব ওইনা মহৌশাগী ওইনা চুমথোক্তুনা তোঙানবা থৌরম অমা ওইনা চৎথরকই। বেদান্ত সুত্র অসি মাধবগী মতুংইন্না "পর বিদ্যা" হায়না লেপখি। মাধবনা অদু নত্তবা হায়বদি (three text) নত্তবা অতোপ্পা মরু ওইনা ইবা (text) কযামুক য়ারমই, মতুদি "মুলা বামাযন, মহাভাবত, পুবন, অমসুং পঞ্চরাত্র, আনমাস। মাধবনা বেদ অমগী অতোপ্পা হেন্নবা মওংদা শেমলমহে, অতোপ্পা শরুক অমা ওইনা লৌবমদে। বেদগী য়াহৈ পুম্নমক অর্থ অমত্তা ওইনা হল্লমই। মহাক্না অইবা লাইরিক পুম্নমক অমত্তা ওইনা পুনশিন্নগা শরুক অমগী মওংদা মপুং ফাবা অমা ওইনা পুথোকই। মহাক অসি অইবা লাইরিক পুম্নমকপু পুন্সিনবা অচৌবা থৌরম পাংথোকপা অমনি। মহাক্না বেদবু লাঈগী মরমদা থিজনবা শন্দোক্না লাইমক্না শেমলম্বা অইবনি, মতম পুম্নক্তা মাংলরোইদৌবা পাউত্তাকনি, হায়দুনা লৌয়মই। বেদগী ফংবা ওম্বা লাইগী ওইবা থৌরমশিং

অসি অহৌবা মতম হায়বা ওমত্রবা বেদগী পাউতাকনি, হায়না থনমই। মাধবগী খপ্পোয়দা দনর্শন শাস্ত্রগী রাখল পুমনমক লাইগী মওংদা পুশিল্লি। মাধবনা রমানুজাগী লৌরম্বা লাইগী মরিদা থরাই অমস্তুং অহিংবা (Soul and matter) অভুম অসিগী লৈনবা মরি পুমনমক শেংনা উবা ওমলমদে, হায়না য়ানিংলমদে। মভুগী অশেংবা মওংদি চকচাংগা চকচাংগা লৈনবা মরি অসি হুঙ্গৎ-হুন্দা (reciprocal) অমদা অমুক অমদা অমুক ইস্থোকল্লীবনি। হায়বদি থরাইনা হকচাংদা পুমনমক লেম্থোকই অভুগা হকচাংনা অমুক থরাইদা লেম্থোকই। অভুগা মাধবনা লাঈবু অপিকপা ভুরেলগুম লৌদে, মবমদি পুমনমক্তা লেন-থোকপা ওম্বা মহাক্কী পাঙ্গল লৈ। মবম অভুনা মহাক্তনা লৈনবা মরি পুমনমক্কী মফমদা পাঙ্গল পীবা ওম্বা মপুনি হায়না লোই। মহাক্না শেংনা উৎলমই, ঈশ্বর হাযবা মপু অসিদি পুমনমকপু মানা হিংহনবগী পাঙ্গল পিথোক্তনা থমই মভুনা মাগী মঘেং কারস্তু তাদে। অভুগা পুমনমক অমুক লৌশিনবদস্তু মওোল্বা পাঙ্গল হেনগত্তে মতম পুমনমক্তা অমাংবা লৈত্রবা মপুনি হাযভুনা ত কলমই। মহাক্ হায়রমই পুমনহক্কী মপু লাই হায়বা অসি পোৎ অমা ওইনা লৈভুনা উবা ওম্বা নত্তে, পৃথিবীগী থৌদোক পুমনমকপু থোকহনবা মপুনি। অভুগা লাই (মপু) দি মাংদ্রবা থরাই (Soul) অমস্তুং থবক (কর্ম্ম) শৌদোক (Matter) অহাংবা (অকাশ) মতম (Time) অভুগা অমুকস্তু অভুম থোক্কা খ'ইদোক্লমই মভুদি:—সত্ববিক, নিত্যসংসাবরি, তমোযষ্ঠাস, অভুগা মহৌশাগী ওইবা থরাইবু "স্বরূপ" হায়না পিরমই। "মশ" হায়বা অসিবু "অনন্দ" হায়না অমুক পিরমই, অভুগা "মশ" হায়বসি

থরাই অত্থ সত্তদা লৈরবা মতমদা ওই, হায়রমই। মাধবগী থৌওংনা থরাইবু মওং মহুম থোক্লা তাক্লমই, মহুদি:—অমগী মওংনা মতম পুমনমক্তা শাপ কংহুনা লৈবনা অনি অহুনা অমুক পোকপা অমুক শিবা মদুগী অনেম অরাং তৌদুনা লৈবা। অহুম অদুনা মক্ষ কংদুনা অরা-অনা পোকপা শিবগী মশাদা লৈত্রবা অশুম্না মাধবগী পাউজেল পিরমই। অদুগা মাধবনা পুমনমক্কী মপু শ্রীবিষ্ণুনা অহানবা কাংলুপ অদুগা শ্রীলক্ষ্মীনা অনিশুবা ওইনা লৌরমই। অদুগা অহুমশুবা মফমনা মুংশিং (বায়ু) নি হায়না পিরমই। মসিদা মুংশিং অসিনা খেন্নবা লাইগী মওং ওইনা শায়ন অহুম ওইনা পিরমই, মহুদি:—হনুমান, ভিম, মাধব, মসিনা মী অমস্তুং লাইগী লম্বী খগুহল্লি। লাইবু (ঈশ্বর) চেংনা 'নিংবা ওম্বগী পাঙলদি দর্শন শাস্ত্রগী ওইবা "নিশ্চত তত্ত্বা" কংবনা মহুগী অশেংবা লম্বীনি। অহুগা মহু গুরুগী মফমদগী মঙাল অদু খায়দোক্লকনি, হায়না তাক্লমই।

মাধবগী দর্শন শাস্ত্রগী পাউতাক্তি মপান নাইদনা চাওই। মহাক্কী লেপশিল্লুম্বা থবক্তা মক ওইবা থবক ৩৭ (কুন্দ্রভবেৎ) তৌরমই। মহুগী অপুম্বা অহুনা লমজিং অহুমগী কাংবু শেমলমই,—মহুদি:—(১) রাহৈশিংবু শব্দোক্লা তাকপা (টিকা) (Commentaries) তৌবা কাংবু অমা (২) মাইকৈচুম্না ইবা ধর্ম্মগী থৌরম (Independent facts) গী কাবু অমা (৩) পুমকং কংথোকপগী শৈরেং, অস্তুম্না মখল অহুমগী অইবা শেমহুনা থনমই। মাধবনা বেদান্ত সূত্রবু থবক মরিথোক্লা নৈনরমই। (১) সূত্র বাশ্যা অসিদি সূত্রগী অশেংবনি, অহুগা (২) "অনুবৈখ্যান" মসি বেদান্ত সূত্রবগী শৈরেং লিশিং অমগা

চামাপল ইবনি। অহুগা অহুমগুবা থবক্না "অনুভাস্য" মসি "সুত্র-ভাস্যগী" শমলপ্পা স্তুতিগী থিনবা শৈবেংনি। অহুগা মরিগুবা থবক্না "ন্যায়বিবরন" মসিদি সুত্র অসি "অধিকারন"গী থৌরমগী নৈননবা থৌরমনি। অহুগা মাধবনা গীতা ভাস্যা অমসুং গীতা তাতপরিয় হাঙ্গৈনা অনি অমস্থ ইরম্মী। অহুগা অশম্বা ওইনা "তাত্তপরিয় নির্ণয়॥" হাঙ্গৈনা মহাভাবতপু অচুম্বা মরম তাকলমই।

মাধবনা "দশ প্রকারন" হাঙ্গৈনা মহাক্না য়াম্না শেংনা শন্দোকনা থনমই। অহু কর্ণাটকী য়্নৰিনা শকলম্বা হরিদাস অহুনা ঐখোইগী পুম্নমক কংথোকপগী ইশেনি। অহুগা মহুগী মনুংদা মরি অমদি— "জগনাথ, পুরন্দর, কনকা, বিজয়া," অসি য়াম্না অকাউবনি। অহুগা সংস্কৃতকী শমজিনবা মমিং ওইনা "মাধব শিদ্ধান্তসার" হাঙ্গৈবা অসিনা থোইদোক হেন্দোক্না অমুক খংনবা পিরমই। মতৌ অসুম্না মাধবগী দর্শন শাস্ত্রগী লমজিং অসি বেদান্তগী পুম্নমক লৌরপা অশেংনা লাইবু (ঈশ্বর) উবা ওন্নগী লমজিং ওইরম্মী।

---

২৩ শুবা শক্তম

## বল্লভগী দর্শন শাস্ত্রগী লমজিং

শ্রীবল্লভগী "সুভা অট ভাইত" হাঙ্গৈনা মমিং চংলম্মী। মসি "অটভাইত" মখল অমনি, তৌইগুমস্থং শঙ্করগী মরিগুবা অহুগী মওং

নত্তে। "সুভা" হাঙ্গৈবা অসি য়াম্না শেংবা বল্লভকী থৌওংনি মসি অমুকী মতিক কল্পনা অত্তেনবা ওইনা ব্রহ্মসূত্র লৌখৎলম্মী মহু "অনু ভাস্য" কৌই। অমুগা মহাক্না ভাগবত পুরাননুম্ব মরুওইবা কয়া তেল্লা লৌখৎলমই, মহুগী মমিংনা "সুবোধিন" কৌই। অমুগা মহাকী ব্রহ্মসূত্র অমুদি মপুং ফাবমত্তে। মহুগী মথক থংবা শরুক অক্তমদা পদ অনি অমসুং সূত্র ৩৩ অমুগা অনিশুবা মচা "বিথালনাথ" নামমু লোইশিল্লমই।

য়াম্না অখন্নবা অত্তেনবা অইবা মওং অমনা "গিরিধর" গী "সুধ অ:ভাইত মার্তন্দ" অসিনি। মাধবগী থৌওং অসি বেদান্ত স্কুল পুন্নমকী থৌওংদা মান্ননা চৎলি অমুগা শ্রুতিনা মমুগী মকোক ওইনা লৈবমই। অমুগা মকোক ওইনা লেংলম্বা মরি অমদি :— (১) উপনিষদ (২) গীতা (৩) ব্রহ্মসূত্র (৪) ভাগবত অসিনা মকোক ওইনা থমই। মসিবু বরোদাগী প্রোফেসর জিঃ এচ ভট্টানা হাঙ্গৈরমই মসিগী থৌওং অসিনা ভাগবতকী য়াম্না মরুওইবা কথাবু নিংথিনা তাকপা মীওইবগী কৎথোকপা হাঙ্গৈবা অমুগী থৌবম পুন্নমকী ভুংশিনফম্নি হাঙ্গৈরমই। বল্লভগী পুন্নমক্না য়ানববা থৌওংদি "পুষ্টিমার্গ" কৌই। মসিগী থৌবম অসিনা মীওইবগী পুন্সিনা লাই ফংবা ঙম্নবা হাঙ্গৈবদি অবান খুঙম ফংনবা অশোইবা লৈত্রবা লমজিংনি। মবম অমুনা বল্লভবগী দর্শন শাস্ত্র অসি মশাগী ওইবা মমুংদতা তৌবা থৌওং নত্তে, চানবিবা হাঙ্গৈবা অসিনা লমজিংবা মওংনি।

লাইনা থাবা পাউজেলগী পুন্সি পুন্নমক মাল্লৈ, অমুগা "বল্লভ" হাঙ্গৈবা অসিদি লাইমকপু ময়ামদগী হেন্না উবা অমা ওইরমই।

মহাত্মা বৃন্দাবন্দা ১মুং মথুরাদা মতম খর লৈরিঙৈ মতমদা তৌরম্বা খর প্রো আরঃ জি ভান্দরকরনা ইরমই মতুদি মতম অতুদা গোপাল কৃষ্ণনা মণ্ডোন্দা উহনলমই; মকমনা গোর্বধন্দা মিংনা "দেবঅন্দমান অতুগা শ্রীনাথজি" হাঙ্গনস্থ কৌরমই। লাইমক্তা বল্লভগী মমিংদা নং লাকপগা ঐবু থিরকউ অতুগা উনসি হাঙ্গনা ভাক্লমই। অতুদগী মহাত্মা মকম অতুদা চৎলগা শ্রীনাথজি উন্নতুনা নাথজিনা লমজিংতুনা পূজা তৌবগী থৌরম লাওথোকখি। কনাগুম্বা মী অমত্তা রাজদনা মহাক্কী "পুষ্টিমার্গ" নত্রগা লাইবু য়াম্না চাম্না লুনা তৌবা, অতুতনা বল্লভগী পুন্সিদা অচেৎপা লাইনিংগী য়ুমফম ওইখি। মতম অতুদগী বল্লভগী থৌরম পুন্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু শ্রীনাথজি কৌতুনা অউবা মুর্ত্তিদা মরি থমখি। বল্লভগী থৌওং পুম্বা বিষ্ণুস্বামীগী রাখলগী লমজিং মখাদা তৌজখি। অতুগা বল্লভগী থৌওংসি দর্শন শাস্ত্রগী মনুংদা ব্রাহ্মনগী থৌওং ভাক্তনি। বল্লভগী য়াক্না মপুং ফানা পাংথোকপা থৌরমশিংগী মনুংদা চপ চানা থাজবা খ্বাইদগী শেংনা লাইরমলেনগী অথোইবদি মহাকনি। মাগী হিংলিবা, অতুগা লৈরিবা রাখল, থৌজাল, পুন্নমক মপু ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা থমই। মহাক্না হুংশিরবা রাসগী মওং শাগৎলমই। মহাক্না পুন্নমক্কী মপু কৃষ্ণতনি, অতৈ অমা লৈতে, হাঙ্গরমই। মহাক্না "রাস" অসিনা নপুংফাবা মুংঙাইবা "অনন্দ" ওইরমই। অগুম্না বল্লভগী লমজিং অসি দর্শন শাস্ত্রগী মনুংদা লাইমকপু উন্নবা ওম্বা অশেংবা পাউভাক কয়া য়াওরম্মী। অতুগা মহাক্না মখাদা পিরিবা রাগৈশিং অসি চেৎনা থনমই:—

Something far more deeply enterfused,
Whose dwelling is the light of the setting suns,

And the round occan, and the living air,
And the blue sky, and the mind of man;
A motion and a spirit that empels
All thingking things, all objiets of thoughts,
All Rolls through all things,

অমুম্না বল্লভগী থৌওংদা মৈবু মৈরিক থোক্লগা উবা অমসুং খংবা অদুগী পাঙ্গল পুম্নমক কংথোকপদা য়ুমকম ওই। অদুগা বল্লভগী থৌওংদা "অক্ষর ব্রহ্ম" হাঙ্গীবসি যাম্না ব্রহ্মনগী ওইবা "পুরুষ" অদুগা "অন্তর্যামি" হাঙ্গীবা অদুগী মমুংদা অদুম শুবা ওইনা "অক্ষর ব্রহ্ম" পিরমই। অদুগা ইহান হানবদা মপু ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণবু অহানবদা থাজনা নিংগদৌবনি, হাঙ্গীবসি বল্লভগী পাউজেলনি। ভক্তি (Bhakti) হাঙ্গীবা অসি লাইগী মফমদা য়াম্না কিন খংনা মতম পুম্নমক্তা পেনবিনবা খনবা য়াথল অদুগা মতুদা তৌরিবা থবক্শিং অদু ভক্তিনি। শ্রীমদ্ভাগবত ভক্তিগী থৌওং মাপল পিবমই। প্রলহাদনা অঙাং ওইনা লাইগী মফমদা কংথোকপা মবমদগী ভক্তপ্রলহাদ হাঙ্গীরিবনি। অদুগুম্বা পুন্সি অদুনা হিন্দুগী কাউবা য়াদ্রবা ধর্ম্মগী লমজিং ওইরমই। প্রলহাদনা হাঙ্গীবমই, মতুদি :— মীওইবনা মমল নাইদ্রবা ভক্তিগী য়াহৈশিং অসি অফবা পবানি হাঙ্গীনা চেৎনা থাজনা ভমগনি। মতুনা পুন্সি অদুগী লমচৎ ওইগনি, মতুনা কংথোকপগী থবক ওইনা ভক্তি মাপল অসিনা অহেনবা লমজিংনি। মতুগী তোঙান তোঙাম্না অতেনবা য়াহৈনা মখাদা পিরিবা অসিনি।

১। পুম্নমকী মপু লাই (ঈশ্বর) গী মরমদা শকপা ঈশৈ পুক্নিং চংনা তাবা (২) লাইগী মগুন থাজনা মশানা শকচবা

(৩) লাইবু পুক্নিংদা কল্লা চিংশিন্দুনা নিংবা (ধ্যান) (৪) পূজা তৌবা (৫) লাইগী মথোংদা খুরুম্বা। (৬) লাইদ খুৎ লোল্লতুনা খুরুমজবা। (৭) মনাই অমনা তৌবগুম্না সেবা চংজবা। (৮) মরুপ অমগুম্না নুংশিবা (৯) মশা পুন্নমক কৎথোকপা। মসিনা মরম ওইদুনা লাইগা লোইননা লৈদুনা খ্বাইদগী অরাংবা মফমদা লৈদুনা স্বর্গগী নুংঙাইবা ফংবা ঙমই, হাইনা বল্লভনা চেৎনা থাজনা হাঈরমই।

মহাত্মা "পুষ্টি মার্গ" অসি লাইবু ফংবা ঙন্নবা অশেংবা লম্বিনি মরম অদুনা "পুষ্টি মার্গ" কৌবনি। অদুগা মহাক্না নুংশি-প্রবা মশামক্না লোইননা শান্নমিন্নবা মশামক্তগী লাইগী ওঁবা হকচাং খর পুথোক্লগা শান্নমিন্নবগী মতৌ মশাগী থরাইদা থম্লগা চিংনবা লৈতনা শান্নরমই। অসিগুম্বা মহাক্না লাইগী ওইবা রাখলগী লমজিং অসিবু নিত্য লিলা হাইনা কৌরমই। মদুনা মরম ওইদুনা থরাঈ অসিবু "মরুপ নন্দ" নত্রগা "ভজনন্দ" হাঈনা লাইগী ওইবা নুং-ঙাইবা মফমদা শান্নদুনা থমই। মতৌ অমুম্না লৈত্রবা পুন্সি অদুদি করিগুম্বা জাৎ থাইদোক্লুনা মিংয়েং য়েংবগী রাকম লৈত্রে মতম পুন্ন-মক্তা পুন্নমক্না মপু কৃষ্ণগা লোইনদ্না "রাস" শান্নমিন্নদুনা লৈবগী রাখলনা নুংশিবগী (প্রেম) ইমুংদা লুপ্তুনা পুন্সি অদু লৈত্রিবনি। মদুগী নুংঙাইবা অদু নুপী অমগা লোইননা হকচাংগী নুংশিবা নুং-ঙাইবা অদু নত্তে, লাইগী মনুংদা তিনবদা নুংঙাইবা অদুতনি (Their love has no sensuality) অদুগা মসি শুপ্নগী নুংশিবা হাঈবা অদুতনি, অপাম্বগী নুংশিবাঅদু নত্তে, (It is Prema and Karna) মতম পুন্নমক্তা লাইনা ঐগী ইপুরোইবনি হাঈনা অচেৎপা রাখল লোংদনা লৈবতনি।

বল্লভনা বৃন্দাবনগী গোপীশিংগী পুন্সি পুম্নমক শ্রী কৃষ্ণদা কৎ-থোকপা অদুবু য়াম্না ইকাই খুম্নরমই, অদুগা য়াম্নস্থ মদুবু পুক্লিং চৎ-লমই। মহাক্না হাঙ্গৈরমই-মদু ভক্তিগী মন্নুংদা খ্বাইদগী রাংবা ভক্তিনি হাঙ্গৈরমই। মতাং অসিদা নিংশিংবা য়াই, মদুদি শ্রীমদভগবতকী মন্নুংদা দশম স্কন্ধগী মন্নুংদা অক্রুরনা মথুরাদগী শ্রীকৃষ্ণগী পাউতম্না চৎপদা গোপিশিংগী মফমদা হাঙ্গৈখিবা ভক্তিগী হৌকম ওইরগনি হাঙ্গৈবা অদুমক বল্লভকী পাউতাক অসিগা চান্নে। গোপিশিংগী মরম অসি "পুষ্টি মার্গদা" শেংনা তাকলি। মসিগী থৌওংদা মিত্রং-গুম্না বর কন্যা অনিগী লুহোংবগুম্না মওং ওইনা ইবা (সাহিত্য) মসি পৃথিবীগী মন্নুংদা অমতা ঙাইরবা খ্বাইদগী হেনবা লাইরিক ওইরম্মী। বল্লভনা শ্রীমদভাগবত্তা রাসলিলাগী মরমদা শন্দোক্না ইরিবা অদুবু য়াম্না চেকশিন্না ইকাই খুম্নবগা লোইননা লৌগদবনি হাঙ্গৈনা তাকলম্মী। মহাক্না হায়রম্মী "সকপনন্দ" অমস্থং "ব্রহ্মানন্দা" অসিদা গোপিশিংগী ভাব পুম্নমক শেংনা তাকলি। অদুগা মানা হাঙ্গৈরমই:—মদুদি লাইবু চুম্না সুংশিরবা অদুদি মতম পুম্নমক্না লাইগা থাদোক্লে। মহাক্না অমুকস্থ হাঙ্গৈরমই মদুদি পুজা তৌরিবা মহাক অদু গোপিনি অদুগা পুজা অদুনা শ্রীকৃষ্ণনি হাঙ্গৈনা তাকলমই। টেগোরগী মাংত্রবা 'গিতাঞ্জলি" দা হাঙ্গৈখ্রিবা সুংশিবগী মখল অদু শেংনা শন্দোক্না তাকলমই, মদুদি সুংশিবা হাঙ্গৈবা অসি লাইবু (ঈশ্বর) নি হাঙ্গৈরমই। মহাক্না হিবার্টকী ঙাংখিবা মীওইবগী ধর্ম্মগী রাকমদা মিরা ভক্তিগী শৈওং অমনা হাংদোকখিবা য়াম্না অচৌবা খুদম অমনি। বল্লভগী লাই লৈ হাঙ্গৈনা খাজবগী থৌওংনা "ভক্তিগী

তোঙান তোঙানবা থোবম পুন্নমক থুংশিবা (love) হায়বা অসিগী মথক্তা লাইনা হাপলমই। মহাক্না শ্রীমদ্ভগবতকী মথক্তা ইকাই খুম্না থম্নগা মহাক্কী থৌরম পুন্নমক মথং মন্নাও চৎনবি (নিয়ম ওইনা মম্না অমতা ম্নাউদনা রাখলগী লৌশিনবা ভস্না থৌরাং ওই-রমই। মহাক্না উৎলমই দর্শন শাস্ত্রগী মখল মথা কয়াগী থৌওং খুদম ওইনা "মোনোষ্টিক মেটাফিজিক্স, থিজম, অমসুন্না লৈরিবা পুন্ন-মক্কী থৌরম অমসুং "লোজিক" পুন্নমক লোইনা মবি লৈনৈ, থা-দোক্লবা অমত্তা যাদে, তৌইগুম্বসুং লাইবু লৈ হায়না থাজবগী থৌ-ওংদা ভক্তি হাঙ্গৈবসি য়াউদ্রবদি পুন্সিগী রাংবা স্বর্গ হাঙ্গৈবা মক্কম বৌনা চিংখৎতুনা "মক্ষ" ফংবা ভমলোই হাঙ্গৈবসি বল্লভগী দর্শন শাস্ত্রগী লমজিং মওংনি।



২৪শুবা শক্তম

## শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী দর্শণ শাস্ত্রগী শক্তম

ভারতবর্ষগী মনুংদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ধর্ম্মগী মবমদা যান্না রাং-লবা দর্শন শাস্ত্রগী কিরেপ্তা নৌহোনা চৌদোকলম্বা পুন্সিনি। মহাক অসি লাইবু থাজনা লৈ হাঙৈবা থৌওংগী বেদান্ত স্কুলদা তম্বনি মতম

অহুমক্তদা বল্লভস্থ তমলমই। মহাক্না করিগুম্বা অইবা পুস্তমক অমুক হন্দোক্কনা তাকলমদে, অদুগা ইবস্থ ইরমদে, স্বপ্নগী ধর্ম্মগী থাজবা পাঙ্গলনা মহাক্না পুস্তিদা লাইবু থরাইগা তোঙানবগী রাকম লৈরমদে, শেংনমক মীওইবগী পুস্তিদি লাইমকী ওইবা অমত্তা ভাইরবা শ্রীকৃষ্ণতবু চেংনা থাজরমই। মহাক্না অটভাইতগী ওইবা থরাইগা লাইগা অনিগী মরক্তা লৈবা অহু থাজদে, স্বপ্নগী শ্রীকৃষ্ণগী অমত্তা ওইবা মরিনি হায়না চেংনা লৌরমই মহুবু "অশ্চিণ্ট্যভেদভেদ" অস্তুম্না পিরমই। অদুগা মহাক্না মাধবগী অনিগী থৌওং অহু ইকাইখুমরমই, অদুগা মরি লৈনরমই। মহাকী থৌরম চুমই হাঙ্গৈরমই। মহাক মকস্থ মাধবগী থৌওং থরা লৌই। মতাং অসিদা ডাক্তর স্থশিলকুমার মৈত্রনা চৈতন্যগী থৌওংদা য়াম্না রাংনা ইবমই মস্তুদি :—মওং অনিগী থৌওংদা মথং মনাউ কাইদনা চংথবা থৌওংনি অদুগা মরম পুম্নমক ষেংন নৈনবগী মরমদা অপুনবা ওইনা চংথবা থৌওংনি, মহুগী য়াম্না হেন্না খংনা চমথোকপা ওস্বা থৌওংনি। অস্তুম্না ডাক্তর স্থশিলকুমার মৈত্রনা ইবমই।

শ্রীচৈতন্যনা "মায়া বাদ" বু যারমদে অদুগা শঙ্করগী "নিগুর্ণ ব্রহ্ম" গী মওং অহুস্থ যারমদে। ভাইবং মপুগী মওংদি মশাগী মগুণ পুম্নমক অমত্তা ওইনা খেন্নগা লৈতবা অহুবু হাইবনি, খুদম ওইদা শ্রীকৃষ্ণবু মী অমা ওইনা খংহল্লি। মতাং অসিদা বল্লভগা খেন্নবা মওংদি চৈতন্যনা খ্বাইদগী হেন্না মুংশিবগী মবি লৈবসি মশাগা লৈনবনা হেল্লি, মরম অদুনা "মাধুর্য্যরূপ" হাইনা লৌরগা লৈরমই। অদুগা শেংনা তাকলমই, মস্তুদি :— লাইমক্না মীওইনা লৌরগা মীওইবগী

থৌরমদা শাল্লরমই। মরম অদুনা মশামকপু শ্রীকৃষ্ণমকনি হাঙ্গৈনা মরক মরক্তা চাংদম উৎলম্মী। অদুগা থরাইগী ওইবা রাধল অদুমা রাধাগী শক্তম ওইরমই। লাইবু কংজগে হাঙ্গৈনা হাঙ্গৈরিবা পুম্নমক অদু 'ঐস্বর্য্যরূপ" নত্তে "মাধর্য্যরূপনি'' চৈতন্যনা ভাবসি লৌরমই মদুদিং:— লাইবু থাজবা = রাধা-কৃষ্ণ = লাইবু নুংশিবা = প্রেম-ভক্তি। অপুম্না মহাক্কী শিষ্যশিংদা তাকলমই। থৌওং অসিদা লুপ্লবা পুন্সি অদু "ভক্ত-বৈষ্ণব" হাঙ্গৈনা খংই। মখোইনা মতম পুম্নমক্তা "ভজন্ -কির্তন" হায়না রাধা-কৃষ্ণগী অমত্তা ওইববু শকই অমসুং শোল্লি। মহাক্না তোঙান তোঙানবা মত্তংদা লৈরম্বা পুন্সি কয়া মুস্লিমগা কোম্লনা চিংশিনলমই; অদুগা ব্র'হ্মন অমগী থাক্তা মপোক ওইরক্লবা পাউতাক্না কোম্লনা পাউজেল পিরমই। অদুগা মহাক্কী থৌওং পুম্নমক্তা জাৎ বিজাৎ খাইরমদে। অদুগা হিন্দুগী ধর্ম্মদা তির্থ চৎপা হাঙ্গৈবা ধর্ম্ম দর্শন অদু চাম্না চেৎনা তৌরমই মহাকপু "গৌরাঙ্গ" হাঙ্গৈনসু কৌরমই। মরমদি মহাক অসি অনিরুক লুহোংলম্লগা "সৈন্যাস" তৌখিবনি। মহাক্কী চহি ১৮ চুম্না পুরিদা শ্রীজগবন্ধু দর্শন তৌরগা মফম অদুদা মাংখি। অদুগা মহাক্কী পুন্সিদা মহাক্কী ময়াম্বা নিত্যাইনন্দগা লোই-ননা লাইশোন কবা যেন্থোকলম্মী অদুগা ভারতবর্ষগী অরাং নোংপোক্কী মফম অয়াম্বদা লাইশং কয়াগী যুম্ফম হৌদোক্লম্মী। চৈতন্যনা হিন্দু পুমনমক শেম্বিবা মপুগী লাইশোন অসিনা মরম ওইদুনা অপুনবা জাতিগী পাঙ্গল লৈগনি হাঙ্গৈবসি চেৎনা থাজহনলমই। মহাক্না লাইগী মমিং শোন্দুনা মখল মখা কয়াগী লাইশোনগী ইশৈ য়াম্না অওকপা ভারতকী চংনুরকপা ওইনা মশাগী লোলদা ইরমই। মদু পুম্নমক ঋষিশিংগী অওকপা ইশৈ মতৌগা চপ মান্ননা লৈরমই। মদুগী খুদমদি

তুলসি, কবির, তুকারাম, জ্ঞান দেব, একনাথ, মিরা, নর্সি মেহতা, মখোইশিং অসি অকাউবা পুন্সি ঙাক্তনি। অদুগা চৈতন্যগী থৌওংদা য়াম্না তুমিন্না অচিকপা মকমদা লৈরগা রাখলদনা লাইগী মুংশিবা মিংগৌশিং অদু খনবা "জপ" তৌবা কৌই। অদুগা মখোন খোল্লা লাউনা শোনবা অদুনা "কির্তন" কৌই। চৈতন্যগী তৌওং অসিদা য়াম্না মরুওইবা থৌওংদি মশানা শোঞ্জবা অমসুং শকচবা মসিমা মরুওইনা লমজিং ওইরমই। মসিনা মীওইবগী পুক্লিংনা কয়া নিংলকপা অদু মপানগী খোম্হোক্তা থোকলকই, মরম অদুনা মতম পুম্নমক্তা লাইশোনগী ইশৈ শকুনা মশাগী থরাইবু রাখলগা কোয়নবা লাইগী ওইবা মফমদা চিংশিন্দুনা থমই। অদুগা মশাগী চিন্দগী থোকপা লাইগী মিংতবু শৌনিবা অদুনা মরম ওইদুনা মীওইবগী পুন্সি অসি মায়াদগী লাম্হোকপা ঙমই।

চৈতন্যনা হাঙ্গৈরমই লাইগী মিং (নাম) হাঙ্গৈরমই অসিনা ভক্তিগী হৌরককম মরুনি। অদুগা শ্রীবিষ্ণুগী মিংলেন লিশিং অমবু শায়ন কয়া ওইনা ফোংদোকলমই অদুবু "বিষ্ণুসহস্রনাম" হাঙ্গৈনা খংনৈ। অদুগা "সহস্রনাম" অসি মহাভারতকী শকক পুমনমকী মরু ওইরমই। মথং মথং চংথরকপা লাইয়মলেনগী লম্বি অমা ওইনা কলি যুগ (Iron Age) অসিদা চৎননবা শেমলমই। কলিগী মমুংদা লাইদবা পুমনমকী অমত্তা ঙাইবা মপুনি, অতৈ লম্বী অমা লৈত্রে হাঙ্গৈমা খংহনলমই। অদুগা মহাভারতকী মতমদা পাণ্ডবকী মকোক ধর্ম্মরাজদা ভিষ্মনা তাকখি, মদুনি ধর্ম্ম পুমনমক্তগী অথোইবদি "বিষ্ণুসহস্রনাম" না খ্বাইদগী অহেনবনি, মরম অদুনা নাম লিশিং অমা অসি শোল্লু হায়না

তাকখি। অদুগা বেদান্তগী কাংবু শঙ্কর, মাধব মখোইস্তু "বিষ্ণুসহস্রনাম" অসিগী ৱামনা নিংথিনা তাকলম্মী। নাম অসিদা হন্না হন্না শোনবা অতে অমত্তা তৌদবা অদুবু "অহিংসা যোগ" কৌই। ঐখোই মীওইবা পুম্নমক্না পোং চৈগী মথক মথা কয়াগী ওইবা মহৈ মশিংনা মীওইবগী পুন্সিবু স্বর্গগী মুংঙাইবা ফংহনবা ঙমলোই, মহাকপু লেপ্তুনা শোনবতনা স্বর্গগী মুংঙাইবা ফংহনা ব্রহ্মগী মপোক ওইবা ঙমগনি হাঙ্গৈবা পাউতাক অসি চৈতন্যমহাপ্রভুগী পাউতাকনি। মরম অদুনা মতম পুম্নমক্তা ভজন অমসুং কির্ত্তননা থৌরম অসিগী লমজিং ওইরমই। মহাক্কী দর্শন শাস্ত্রগী মনুংদা "দশ মুল-শ্লোক" হাঙ্গৈনা খনগৎলমই, মদু বেদান্তগী থৌরমগা মান্ননা ৱামনা বেদবু থাজনা যুম্ফম ওইবনি। মহাক্না হাঙ্গৈরম্মী পুম্নমক্কী মপু ওইবদি "হরি" কৌই। মসিতনা সংসারগী হৌরকফম অমসুং হঞ্জিনফমনি হাঙ্গৈবমই। থৌওং অসিদা তকক থোক্না অমুক খাইদোক্লগা ময়েকশেংনা তাকলম্মী মদুদি:— শ্রী, অইশর্য্য, বির্য্য, যর্স্য, বৈরাগ্য অমসুং জ্ঞান—পুম্নমক অসি "হরি" না মপুনি অতে পুম্নমক্তি মহাক্কী মঙান মশা ঙাক্তনি। "হরি" হাঙ্গৈবা ৱাহৈ অসি অনিনা পুনবা ৱাহৈনি, মদুদি রাধা অমসুং কৃষ্ণ অনিনা অমত্তা ওইপ্রবগী অপুনবা মিং (নাম) নি। অদুগা নাকল অমরোমদা উপনিষদকী মাইকৈদা "সত, চিত্ত, অনন্দ" অদুম অসি পুল্লগা "হরিনা রাসকী মপু অদুগা "বসিক" হাঙ্গৈনা খংই। অদুগা সংসার অসি শেম্বগীদমক্ত "মযা-শক্তি" হাঙ্গৈনা মশাগী ওইবা থরাইবু কাউথোকপদনি। "হরি" গী ওইবা মায়া-শক্তিগী তৌবা ওম্বা পাঙ্গল অদুবু "চিত-শক্তি" নত্রগা "সরূপ-শক্তি" হাঙ্গৈনা খনমই।

চৈতন্যনা মতম পুন্নমক্তা মশা অতু য়াম্না শেংনা শান্নজে, অদুবু "সুখ সত্ব" হাঙ্গৈনা খংনৈ। মহাক্না হাঙ্গৈয়মই, থবাই (জিব — Sout) হাঙ্গৈবা অসি মতুগী কাংবুগা অদুমক পুন্সিল্লি, অদুগা "প্রেম ভক্তিগী মঙ্গংদা চংদুনা লাইগা পুন্সিন্দে। অদুগা লাইবু নুংশিবা হাঙ্গৈবসি প্রেমনি, অপাম্বা (কাম — Lust) নত্তে। কাম (অপাম্বা) হাঙ্গৈবা অসিদি অপাম্বা অদুত কংনিংবনি, অদুগা "প্রেম" হাঙ্গৈবা অসিনা লাইতবু কংলিংবনি। মরম অদুনা চৈতন্যনা খুদম ওইনা পিরম্বদা মশা মশাগী থবাই অদুগা পুন্নমক্কী মপুগা অনিগী মরক্তা লৈরিবা মরি অদুদি মৈ চাকপদা চাকলিবা মৈ অদুগা মৈভাল অদুগা লৈনবা মবি অদুগা চপ মান্নৈ। মীওইবা পুন্সিনা লাইদবু মতম পুন্নমক্তা নুংশিবা অদুনা পুন্সিগী য়াওন্দা য়াওহ্রনবা তোংনবনি। মীওইবনা মশা মশানা তৌগে নিংবা পাঙ্গল পুন্নমক পুন্নমক্কী মপু অদুনা পিবকপা থৌদানি হাঙ্গৈবসি কাউরোইদৌবনি। অদুগা মদুগী তৌবা ওন্বা পাঙ্গল অংঙ্গু মহাক্না পিবনি। মতাং অসিদা খব মুন্না নৈনগদবা ব্রাফমদি লাইগী ওইবা থৌওং, অমসুং হিংচাবগী থৌওং অসুন্না লৈবা পাঙ্গল পুন্নমক পুমনমক্কী অমত্তা ওইবা মপুনা পিব পাঙ্গলনি, তৌইগুম্বসুং মান মান পাম্বা মতুংইন্না পিবনি। মতুগী পাঙ্গল, নুংঙাইবা, হবাউবা, অপেনবা অপাম্বা কংবা, অসিগুম্বা মতম খর খবগী ওইবা অসিসু মান মান পাম্বগী মতুংইন্না অদুম পিবনি। অদুগা মতম পুন্নমক্তা মাংত্রবা পুমনমক অমত্তা ওইনা কংগ্রবা অমাংবা লৈত্রবা, হাঙ্গৈবদি পোকপা শিবা মতম মতমগী লোইনবা লৈত্রবা মকম কংবা ওন্বগী পাঙ্গলসু মহাক মহাক্কী লৈজবা পাত্রগী মতুংইন্না অদুম্মক হাপ্পি।

চৈতন্যগী দর্শন শাস্ত্রগী থৌওংদা ব্রহ্মন্দগা থরাইগা লৈনবা মরি অহুগী য়েংন-নৈননবা পিরমদে, মহাক্না লৌরমই, অনি অসিগী খেন্নবা মরম পিবা অহুগা পিরিবা অহু ময়েক শেংনা তাকপা ঙমদবা অহুকী মতিক নরুবা মরিনি, মসিবু "অচিন্ত-ভেদ-ভেদ" হাঙৈনা থনমই।

অস্নুম্না শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা দর্শন শাস্ত্রগী মতুংদা লৈবা বেদান্তগী রাখলগা লোইননা মীওইবা পুন্সিবু লাপ্পা পুখোক্নুনা শ্রীকৃষ্ণগী নামতগা লোইমহুনা শান্নবা মহুনা মরম ওইহুনা মীওইবগী পুন্সিবু লাইগী ওইবা পুন্সিগুম লেন্নবা তৌরমি। মহাক্না "প্রেম ভক্তি" "হরে-কৃষ্ণ" "রাধা-কৃষ্ণ" অস্নুম্না অতেনবা রাহে খরদনা লমজিং পিরম্না কলি যুগকী অবতার অমা ওইখি। মতাং অসিদা ঐখোইনা নিংশিংবা য়াই, মহুদি কলি যুগ যৌরবা মতমদা মুক্তি ফংবগী রাকমদা উপনিষদ কী মতুংদা 'কলি সন্তরন উপনিষদ" হাঙৈবা অংদা শেংনা তাকলি :—নারদন', ব্রহ্মাদা লৈশেস্না মতমদা হংখি,-হে ঈশ্বর কলিগী মতমদা মীওইবা পুন্সিনা লাইবু ফংনবা হোংনবদা অরাবা কয়া খাংহুনা যুগ অতৈগুম্না তৌবা ঙম্নরোই। মরম অহুনা মখোইনা মতৌ করম তৌরগা মুক্তি ফংবা ঙমগদগে ? হায়না হংখি। মতম অহুদা লৈশেস্না ঈশ্বরনা পাউখুম পিখি, মহুদি ঐহাক্না বেদগী মতুংদা চংহুনা লৈগনি, মরম অহুনা কলিগী ওইবা লাইশোলদা "নারায়ন" হাঙৈবা মিং অসি শোন্নুনা থরাইগী পাঙ্গল হাপকনি ; অহুগা মথাদা পিরিবা মন্ত্র অসিদনা থৌরম পুন্নমক্না লোইননা শোনবা ওস্না কলিগী অথোইবা মন্ত্র ওইগনি।

হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে
হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে

অস্মমা মাম তবাতকক অসিতনা কলিগী অখোইবা মন্ত্রনি। মন্ত্র অসিগী পাঙ্গল অসি ময়েকী তিনশিন্নবা অমস্তুং মতুগী হৌরকপা ইহৌগী শন্দোকপা অর্থদি:— "র" (RA) হাঙ্গবা ময়েক অসিনা পুম্নমক্কী মপু শ্রীনারায়নগী ময়েক নিপাল 'অষ্টকশরি" লৈ। অতুগা 'ম" (MA) অসিনা পুম্নমক্কী মপু শিবগী হৌরকক্কম ময়েক মঙানা পুন্দুনা শেম্বা "পঞ্চকশরি" মন্ত্রনি। অতুগা "রাম" (Rama) হাঙ্গবা মন্ত্র অসিনা 'হরি" অমস্তুং "হর" গী হৌফমনি। অতুগা "কৃ" হাঙ্গবা অসিনা কৃষ্ণগী হৌফম হাঙ্গবদি "পরমঅত্মা" নি। অতুগা 'হা" অসিনা হবিগী হৌফম 'পরম হংসনি।" অস্মমা মিত্রংগুম্না লৈগ্রবা মন্ত্র তরা ভককনি মাসনা লেপ্তুনা ওেল্লবদা বলি যুগকী মীগী পুন্সি অতুদা কংথোকপগী ইহৌ অমা শোইদনা কৌবক্তুনা "মক্ষ" গী লমজিং ওইরকই। মরম অত্তুনা চৈতন্যনা অসিগুম্বা মন্ত্র অসিবু শক শোন্দুনা মপুগী লৈফম যৌনা চংপা ঙমই হাঙ্গবা পাউজেল চেন্নমই।

---

২৫ শুবা শক্তম

## সৈব সিধান্ত দর্শন্ শাস্ত্র।

সৈবগী খোওংদি লাই লৈবা খোওংগী বেদান্তগী শন্দোকপদা মওং অনি থোক্লা শন্দোকলমই, মতুদি দর্শন শস্ত্রগী তমক্কমশং অতুদা ভমলহুদি রামানুজাগী বিষ্ণু নত্রগা পুম্নমক্কী মপু নারায়ন অসিনা

অরোইবা জিবগী হৌরককম অমত্তুং থুংকমনি হাঈবা অত্থু য়াম্না ইকাই খুম্না ভাকুনা তমলমই। মত্থগী খুদমদি মাধব, বল্লভ, চৈতন্যগী স্কুলগা চাংদম্নবা য়াই। অত্থগা লাই লৈ, হাঈনা থাজবা বেদান্তগী থৌওং অনিশুবা ওইনা "সৈব সিধান্ত" হায়না ভারতবর্ষগী মথাখংবা শকক্তা চংনখি। মসিগী থৌওংদা সৈবজম হাঈনা শিবনা অরোইবা থাজবা লাইনিং শুইখি, মখোইনা রুদ্র, শিব, শঙ্কর, মহাদেব, হর, ঈশ্বর অমুম্না সৈবিজমনা লৌরমই। অত্থুগা মত্থু মওং অহুমনা লমজিংলং-লমই, মত্থদি:—(১) থা ভারতকী সৈব-সিধান্ত, (২) হেন্না কনসিনবগী মতৌ ওইনা "বির সৈবিজম" হাঈনা মহিশুরগী মফমদা অত্থুগা কর্ণাটক্তা উবা ফংই। (৩) "প্রত্যবিজ্ঞা" হাঈনা কাশ্মিরদা স্কুল লৈ। সৈবিজম হাঈবা থৌওং অসি মরুওইনা শিববু পূজা তৌবা শিব নিংবগী থৌওংনি। মসি অহানবা ওইনা সূত্র তরানিথোইনা অইবা ওইনা লৈবমই, মত্থু (মৈকান্দ) গী শিব জ্ঞান বোধম অত্থুগা অতোপ্পা অত্থুনা 'জ্ঞান সিধ্যায়" অত্থুগা "শিব প্রকাশম" অমুমনা লৈরমই। অত্থুগা থৌওং অসি ধর্ম্মগী মরমদদি তশেংনা লাইবু লৈ হাঈনা থাজবা থৌওং ভাক্তা ওইবমই। মত্থুদা হাঈরমই মাযা নত্রগা প্রকিতিদা শিবনা কবিস্থ মতেং লৌদে, মহাক্তি প্রলয়দা মাংদে অত্থুগা মওং হোংদোক হোংজিন তৌবদা য়াউদে, মহাক্তি লেংদনা লৈ, হাঈরমই। অত্থুগা মহাক্তি থৌদোক মঙাগী মপুনি, মত্থুদি:— লৈশেম্বা, ভাকুনা থম্বা, মাংহনবা, অহুম অসিগী মথক্তা অনি অমা অমুক লৈ মত্থুনা ভাক-পিবা, পেনবিবা মঙা অসি শিবগী শক্তমনি। শিবনা ময়াগী মথক্তা থৌরম পুমনমক থোকহনলি মত্থু শিব তত্ব হাঈবা মঙা অত্থুদা শেংনা

তাকলি। থরাই অসি মওং অহুম ওইনা হিংই। প্রলয়গী মতমদা পৃথিবী অসিগী মচাক লৈত্রবা মক্ষমদা মায়াগী অফা অপুন য়াউদনা হিংহুনা লৈ। মতম অসিদা হিংহুনা লৈবা থরাইবু "প্রলয়কাল" হাঙৈনা কৌই। থৌরম অমসুং থৌদোক্তা থর থর চাউখৎলবা মতমদা থরাই অসি শেংদনা মওং অহুম অহু পুন্না লৈ। হাঙৈরিবা মথল অহুনা "সাকাল জিব" কৌই। অহুমগুবা মওংনা লাইগী ওইবা হাঙৈবাদ থরাই অহুনা লাইগী থৌজালগা নরুরক্লবা মহু "মক্ষ" ফংলবা মতম অহুদা "বিজ্ঞান কাল" হাঙৈবা থরাই অহু ওই। অসুম্না "সৈব সিধান্ত" গী থৌরমদা নৈনরমই। মসিগী থৌওংদা রাহৈ থর লিরমই মহুদি:—কারিয়া মার্গ, দশমাঙৈ সত্ব পুত্র মার্গ, সান মার্গ অসিনি। পুম্নমক্কী মপুবু পূজা তৌবা অহুগী মতেং ওইনা চপ চানা ইকাই খুম্নবা অহুবু "কারিয মার্গ" কৌই। অহুগা য়াম্না হাঙৈবা ইনখা মনাই অমগুম লৈরবা লম্বী অহুনা "দশ মার্গ" কৌহ। মসিনা থরাইবু লাইগী মক্ষম য়ৌনা পুবি (সলোক)। লাইগী মচা অমগুম থবক পুম্নমক পাংথোকপা অহুবু 'সত্ব পুত্র মার্গ" কৌই। মসিনা লাইগী মনাক নকশিন্না থমই (সমিপ্য)। অহুগা কথোকপগী মথল অমা ওইনা য়াম্না হুংশি চাওবা লাইবু মরুপ অমগুম্না খনবা অহুনা "সখ্যা ভাব" কৌই। মসিদি মশামক লাই অমগুম্না লৈগ্রবা (সরুপ) নি। অহুগা লম্বি অহুম্না লাইবু তশেংনা থাজবা ওম্নবা হোৎনবা অহুনা "সান মার্গ" কৌই। মসিদি চুম্না থাজবা অহুতা লমজিংবা "সাযুয্যা" লাইগা পুন্সিনবা "ভক্তি" গা চেৎশিনবা মওংনি। ভারতকি দর্শন শাস্ত্রগী থৌওংদা লাইবু লৈ হায়না থাজবা থৌওংগী শাস্ত্র

পুন্নমক্না রামানুজা অমসুং বল্লভ অনিগী থৌওং অনিবু লিচিং অমত্তা ওইনা লৌরমই। অদুগা সিধান্তগী থৌওংনা মখল অহুমগী লমজিং ওইনা লৌরমই, মদুদি :—ধর্ম্মগী উৎসব পাংথোকপা, লাইবু থরাইমকা মান্নানা সুংশিবা, ঋষি অমগুম্না লাইগী কৃপা ফংদ্রিবা ফাওবা পুন্সি লেনবা অম্রনা লম্বি অহুম অসিদা য়াম্না থাজবা অচেৎপা লমজিংগী থৌওংনি, মসিবু "জিবন মুক্ত" হায়গনা কৌরমই।

মতৌ অসুম তৌনা ভারতবর্ষগী দর্শন শাস্ত্রগী ওইবা মখল মখা কয়া ওইবা মশিং লাকওমদনা লৈরিবা অসিগী য়ুমফমনা লাই-মক্কি পাওতাক ওইবা লৈরবা বেদনা ওইরি। বেদ অমসুং বেদান্তগী মঙালনা পৃথিবীগী মনুংদা সুমিৎনা মঙাল পিরিবা মখৈ মাংলবোইবৌবা লাইগী ওইবা পাওতাকনি।

---

২৬ শুবা শতকম

# ভক্তিগী অগম্বা বাকৈশিং।

ভক্তি হায়বা অসি পুন্নমক্কি মপু ঈশ্বরগী মনাক্তা নকশিন্দুনা মঙোন্দা তিনশিনবা ওয়বা অচৌবা লম্বিনি। অদুগা ভক্তি অদুগী য়ুমফমদি ঈশ্বরবু সুংশিবা হায়বা অসিনা য়ুমফমনি। মীওইবনা সুংশিবা হায়বা ইহৌ অসি মখল মখা কয়া থোক্না রাখলদা পুশিল্লি।

মহাদি ইমাদা, ইপাদা, ইপুরোইবদা, ইচাদা, মাগী মুপীদা মচিল মনাওদা, অমসুং মপালগী মীওইদা, শা, উচেক্ত অমুম্মা তোঙান তোঙান লৈবা মীৎনা উবা ঙম্বা অহুঙদা লৈবা মুংশিবা থংবা ঙমই। অহুগা ইহৌ অহু করম্মা হৌরকপা ইহৌনো কনাগা লৈরিবা মরিনো হাইবদি খংবা ঙমবা নৈনরুদে। হাইরিবা প্রেম — মুংশিবা অমসুং ভক্তি — মুংশিবিবা অনি অসি থানবা য়াত্রবা পুম্নমকী মপু — জগৎকী বিশ্বনিরূপ মসিবু প্রেম ভক্তি অস্নুমনা খংগনি। অস্নুমনা থাদোক্নবা য়াত্রবা ইহৌ অমসুং ইচেলবু মতমগী লাংনা ফাজিন্দুনা থমই তৌইগুম্বসুং ইহৌ অহুগা ইচেল অহুগা পুমথিং থিংবদি ঙমদে, মতম মতমগী ওইনা খর খর ফাজিনবা থাদোকপা অহুতা তৌজবনি। মহুগী খুদমদি য়োংচাবী ( magnet ) অমগী পাইথোকলক্লিবা ইহৌ ( live of force ) অহু মীওইবগী মিৎনা উবা ঙমদে, মহুনা থিংবা যাদবা পোল (মক) অমদগী পোল অমদা অহুম পাইনহুনা চংথিবনি, মহু মীওইবনা য়োংকা নগবা অহুতবু থংই। মতৌ অহুম তৌনা মুংশিববু উরিবা পোৎশক্তা থাজিনবদি পুন্সিগী পাঙ্গলদা মাংবনা ওইগনি।

ভক্তি অমসুং প্রেম অনি অসি মীওইবগী হকচাং অমসুং থরাই অনিগী লনবা মরিগা অমত্তনি। মীওইবগী হকচাং পুম্নমক ভক্তনি অহুগা থরাই অহুনা প্রেমনি। ভক্ত — থরাই লৈত্রবদা হকচাংসু লৈত্রে, মরম অহুনা ভক্তগা প্রেমগা থাদোক্নবা য়াদে, হায়বসি অরেপ্পনি। মওং অসিদা ঐখোয়না নিংশিবা য়াই মহুদি :—মীওইবনা উবা ঙমদ্রবা ঈশ্বরগী শক্তমবু মরক মরক্তা মীওইবগী হকচাং লৌহুনা অমুক অমুক অবতার তৌহুনা উবদা য়ারিবা প্রেম ভক্তগী ইহৌ ( Fountain head ) অহুবু জগৎ শিনবা থুংনা উহল্লি। থৌওং পুম্নমকপু

ভাগবতকি মতুংদা রাস ক্রীরাগী মতুংদা প্রেম অমসুং ভক্তিনা গোপী অমসুং কৃষ্ণগী শক্তম লৌহুনা শেংনা উৎপি তাকপিরমই। ঐখোয়না খংগনি মহুদি ভক্তনা প্রেমগী সেবা তৌগনি মতম অহুদা সেবা অহুগী মওং মতুং ইন্না প্রেমগী ইহৌয় অপিক অচৌ খোরগনি। খুদমদি য়ুথানবা অমগী মুপি অমসুং মপুরোইবা অনিগী মরক্তা লৈরিবা মুংশিবগী ইহৌ অহু য়াম্না খেন্নবা অহুনি। পতিপ্রতা ওইবি গৃহিনি অমনা মপুরোইববু ঈশ্বরমকনি হায়না থাজে মহুগী মতুংইন্না সেবা তৌই। অতুগুম্বা মকমদা লৈবা প্রেম অদুগা অতে মী অমা ওইনা সেবা তৌবা অদুগী ভক্তি প্রেমগা ইহৌ য়াম্না খেন্নৈ। মতৌ অসুম তৌনা ভক্তগী শক্তম ওইরিবা মীওইবা পুমনমক্না অমগা অমগা অমসুং পুমনমক্না অমত্তা ওইবা শক্তমদা উনবা হোৎনরগা মদুদা সেবাসু অমত্তা ওইবা মওংদা তৌরবা মতমদা ভক্তি অমসুং প্রেমনা অমত্তা ওইনা পুনপ্রবা মকম শ্রীহরিগী চরন্দা য়ৌনা চেনশিনবা ঙম্বা ইহৌ হৌরকনি।

ভক্তি অমসুং প্রেমবু খংনবা হোৎনবদা অরাইবা থবক নত্তে। মীওইবা পুন্সি অসি অমাংবা লৈত্রবা অমসুং অরেপ্পা লৈত্রবা মতমগী ইচেলদা তাওথদুনা লৈরিবনি। মরম অদুনা মথল মখা কয়াগী খেন্নবা ইরৈ য়েংনরিবনি। মরম অদুনা ভক্তিগী জ্ঞান তানবা হায়বসি "থম্মোইবু" অমোংপা শেংদোকপা হায়বা অসিনা অহানবা থৌরমনি। হাইররিবা থরাইবু অশেংবা মকমদা লৈনবা অমোংপা পুমনমক শেংদোকপা হাইবা অসিগী লমজিংদা হিন্দু শাস্ত্রগী লমজিংদা চপ চানা থাজবগা লোইননা মথং মনাও কাইদনা চৎপা মসিনা খাইদগী রাংবা হিন্দু ধর্মগী লমজিংনি।

মীওইবনা মশাবু লাইশংনি খল্লুনা কাল অহুমগী মত্তমবু খর কাইথোক্লুনা অমোং অকাই কয়া শেংদোক্লুনা অশেংবা মফম মনি মন্দিরদা ভক্তিনা প্রেমগী মশক লৌদুনা লৈরিবা শ্রীহরিবু লেংশিন্নুনা সেবা কাইদনা তৌরবদা জগৎকী মঙ্গল ওইরোইদৌবা করিসু লৈতে। মরমদি অচুম্বা (সত্য)—সত্ত্ব-গুনগী মঙাল্লা য়ৌবা ঙমলোইদবা মফম লৈতে।

মীওইবনা থরাইবু সংসারগী পোৎশক্তগী চিংথোক্লুনা তোঙাল্লা উনবা তোৎনবদা মরু ওইনা চংবা থোরমদি পোৎ খুদিংমকপু মপালগী ওইবা শক্তম অদুদা মিহৌদবা খেন্নবা লৈত্রবা জ্ঞানগী মপু ওইরিবা আত্মা অদুতবু উরগা ভক্তি অমসুং প্রেমগী থুংফম শ্রীকৃষ্ণ অদুতবু মীহৌবত্তনা ভক্তিগী অশেংবা প্রেমগী হৌন। মতৌ অসুম তৌনা ঈশ্বরবু হেন্না হেন্না নুংশিরকপা ঙম্বা অদুবু পারা ভক্তি নত্রগা কংথোকপা কৌই। ভক্তগী থোরম পুমনমক অমতগী ওইবা মওংদা চংশিন্দে, পুমনমকপু ঈশ্বরদা য়ৌনবা তকশিল্লি।

মীওইবদা উরিবা মওং কয়াসি লোইনা মাংখিনি ধর্ম্মগী থৌওংসু হোংদোক্লক্লনি। লাইরিক কয়াসু শিন্দোকখিনি, লাইশং পুমনমকসু শিন্দোকখিগনি, লৈপাক অমসুং জাতিশিংসু হোংখিনি, তৌইগুম্বসুং ভক্তি অমসুং প্রেম অনিনা অমত্তা ওইরিবা ঈশ্বরদি হোংবা অমসুং মাংবা লৈত্রবনি হায়বসি শোইদ্রবা ৱাকমনি।

ভক্তগী মরমদদি খেন্নবা অমত্তা লৈতে, নুংশিবা হায়বসি আত্মাগী ওইবা মহৌশানি, মরম অদুনা মফম পুন্নমক্তা মতম পুমনমক্তা লেংদনা

লৈরবা শ্রীহরিবু উবা জন্বা ভক্তগী পুন্সিদি মীয়ামগী ওইবা মীৎয়েংদগী তোঙান্না উবনি।

মীওইবনা উনা উনা থংদে, মন্থদি মুংশিবা হায়বসি বনানা কনাদা মুংশিবনো কদাইদগী হৌরগা কদাইদা চংথিবনো হায়বা মুন্না খল্লুবদা জগৎ মান্না ওইবা মীৎনা উবা অন্থদা মুংশিবনি খল্লি। মন্থু অরানবা রাখলনি হাযবসি মতমনা অন্থমক তাকলিবনি। মন্থগী খুদমদি ঃ—ঐনা মুংশিবা শক্তমদি মাংগ্রে অন্থগা মুংশিবা অন্থগী ইহৌদি লেংদনা অন্থম লৈ। মাংখিবা শক্তম অন্থদা তোংতুনা লৈরম্বা মুংশিবগী চংকম ওইরম্বা অন্থদি মাংখিদে, মরম অন্থনা ইহৌ অন্থ অন্থমক লৈহৌবনি। খুদম ওইনা ঐখোয় ঈশিংবু লৈকমদা তুংতুনা লৈবা উবা মতমদা খংবা ঙমই, লৈকম অন্থ লৈত্রবা মতমদা ঈশিং অদু মাংবা নত্তে অতোপ্পা ঈশিং লৈবা মফমদা অদুমক তিনশিনখিবনি। মতৌ অন্থম তৌনা আত্মাগা হকচাংগা থাদোক্নপ্রবদি আত্মা অদু মাংপ্রবা নত্তে, ব্রহ্মদা অদুমক পুন্সিনখি। ত্রিবর্গগী ওইবা অমস্তুং অপুনবগী দর্শন্দা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অস্তুন্না শক্তম অন্থমগী খোংজেন্দা লেপ্পা লৈতনা তাউথরিবা মীওইবগী পুন্সিনি। ভক্তগী মফমদদি ইথক ইপোম লৈতে, চেন্দবা ইপাক্তা হায়বদি ইথক ইপোম লৈতবা মাইকৈদা চুন্না হোনবা হিনা অতেনবা লম্বী মাংদনা মপুগী ঙাক্তা লাইনা থুংবা ঙমই। ভক্তগী পুন্সিদি ভক্তিনা অমস্তুং প্রেম্না লমজিংলিবা পুন্সি ওইবনা মুমিৎ কোটি কয়াগী মঙালবু ঙমজবা পর-ব্রহ্মবু ভক্ত বৈষ্ণবনা উবা ফংজে। অদুগা মতম পুম্নমক্তা অরা অনা লৈত্রবা মফমদা তিনবা ঙমই।

ভক্তশিংনা মহাদেবগী আদি তত্ব ওইবা পরমাত্মাগী শক্তমবু খংবা গুম্বনা মতম অতুমদা তত্ব অতুবু পূজাগী শক্তম ওই। ভক্তনা খংই মতুদি ব্রহ্মাদগী মণ্ডালগী মশক ওইবা অমসুং কোইরপ কোইবা মকোয়মতুদি কালেন থাগী সুমিং মুংবা মতমদা থোকপা সুমিংকী মণ্ডাল কোটি কয়াগী মণ্ডালনি হায়না লৌই। অতুগুম্বা মণ্ডাল অতুনা সংসারগী মকম খুদিংদা শিনবা থুংনা লৈরিবনি। মতুবু উজবা ভক্তশিংগী পুক্নিংদা থাবু উজবদা ইংবা অতুগুম্বা ইংজবনি। অতুগুম্বা মণ্ডাল অতুবু যোগী-শিংনা পরব্রহ্মা সনাতননি হায়না লৌজৈ। অতু ভক্ত বৈষ্ণবশিংদি অথোইবা বুদ্ধিনা ভক্তি তৌনা, শ্রীমূর্ত্তিবু নিংজৈ। নিপাগী মশক লৌরিবা মণ্ডাল অতুবুদি নিংদে। বেদগী পাউতাক্না পিরম্বা ব্রহ্মাগী লৈকন্দা ব্রহ্মাসু আত্মাসু পুম্নমক্তা শোক্নদে হায়বসি ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা খংই। অতুগা লাই এথোইবশিং মুনি অথোইবশিং, মী অথোইবশিংনা ব্রহ্মানা বিষ্ণুনা, ।`।বনা আনন্তনা অমদি ধর্ম্মনা পুক্নিং চংনা খুরুম্নরিবা "অতি কৃষ্ণনি ভক্তগী চান্নবা ভক্তগী মপু ওইবা, মনাই ভক্তবু চানবিগে হায়না লৈবা রাসগী মবুঙোনি। প্রেম, রস খংবা শ্রীমতি রাধিকাবু থবক্তা লৈহনবা শক্তমনি হায়বা বেদগী জ্ঞান ভক্ত বৈষ্ণবতনা ফংজবা ঙমই। অতুগুম্বা প্রেমগী শক্তম অতুতবু ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা নিংজৈ। অমাং অতা লৈত্রবা অহানবা পুম্নমক্তগী মহাক্না অহানবা ওইবা পুম্নমক মহাক্কি ইচ্ছাগী মশক ওইবা গুন অতুম্না চংবা ঙমত্রবা অথোইবা ব্রহ্ম ভগবান, অতোপ্পা নিংউবা লৈত্রবা পুম্নমক্না পূজা তৌনফম ওইবা পাম্বোম অনিতা পানবা বৈকুন্থদা লৈবা গোপগী ফিজেৎ শেৎপা গোপাল ওইবা লক্ষ্মীগী সম্পত্তিনা তিনবা শ্রীমতি রাধিগী মবুংঙো

ওইবা শ্রীকৃষ্ণতবু ভক্ত বৈষ্ণবনা থম্মোয় মন্নুংদা লেংশিন্দুনা পূজা তৌজৈ। ভক্ত বৈষ্ণব পুমনমক্না কৃষ্ণগী অর্থবু শন্দোক্না খংই মদুদি :— "কৃ—ষ্ণ" হায়বা অসি (সর্ব্ববাচক) পুমনমক হায়বনি (অদুগা নকারশ্চ মুর্দ্ধনস্থ আত্মাবাচক—জীব) অহিংবা হায়বনি। মরম অদুনা পুমনমক্কি ওইবা ব্রহ্ম—আত্মা ওইবনা কৃষ্ণ কৌবনি, হায়বসি ভক্ত বৈষ্ণবনা মুন্না খংই। অদুগা অমুকস্থ অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অদুগী অংশনা বৈকুণ্ঠদা লৈবা পান্থোম মরি পানবা বিষ্ণু ভগবান ওইনা দর্শন ফংজবা ঙমই।

কাল অক্তমগী পূজা মতমদা ব্রহ্মাগী মশক ওইবা শ্রীগুরুগী মুর্ত্তিবু নিংশিংগনি, অদুগা গুরুগী য়াথং মথাদা হৃদয় পদ্মাদা মনা লিশিং অমা পানবা শাংকাবরবা থম্বাল অতুগী মন্নুংদা লেংশিন্দুনা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণবু নিংগনি, অদুগা শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম পাঙবা মুর্ত্তিবু ধ্যান তৌগনি। অদুগুম্বা লক্ষ্মিনা সেবা তৌবিবা ইবুংঙো মাবু শ্রীগুরুগী শক্তমদা সেবা তৌগনি। গুরু হাঙবা অসিগী অশেংবা শক্তমদি ব্রহ্মানি মবম অদুনা গুরু য়াওদ্রবদি লাইবু ফংবা ঙমদে, অস্নুম্না খ'নরিবনি। মবম অদুনা ভক্ত বৈষ্ণবনা গুরুগী ভক্তিদা হেন্না থরাই চংলিবনি, অদুগা গুরুগী মরমদা শাস্ত্রনা মথাগী রাহৈশিং অস্নুম্না পিরমই।

গুরু ব্রহ্মা গুরু বিষ্ণু গুরু দেবো মহেশ্বর :।
গুরু : প্রকৃতি রীশাস্থা গুরু শ্চন্দ্রোহ নলোরবি : ॥
গুরু বায়ুশ্চ বরুনো গুরু মাতা পিতা সুহাৎ।
গুরুরেব পরং ব্রহ্ম নাস্তি পূজ্যো গুরু পব : ॥

মতৌ অসুম্না পুন্নমক্কী শক্তম্দু গুরুনি হায়না পিরমই। মরম অদুনা গুরুনা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অসুম্না বিশ্বরূপ ওইনা তাইকলমই। মতম পুন্নমক্তা ভক্ত বৈষ্ণবনা গুরুদবু মরু ওইনা তৌই। তৌই-গুদসুং হিন্দু ধর্ম্মগী মরু ওইবা থৌরকফম অমসুং মরাই ওইবা অদুগা অরোইবা শক্তমনি। গুরুগী মগুণবু শ্রীকৃষ্ণনা শান্দিপনিদা গুরু ওইরগা জগৎনা খাঙহৌনবা পঞ্চজোন হিংচাববু হাংলগা গুরুগী মচা পুরক্ুনা দক্ষিনা ওইনা কংখিবা অসি মীওইবগী পুন্সিদা গুরুগী লমজিং (গুরু-প্রনালি) তাকপিরম্বনি। অদুগা শ্রীগুরুবু পেন্নবা তৌবদি দক্ষিনা তৌবনি।

ভক্তগী মফমদদি যাতি বিযাতি খাইদে, ইচা মীচা খাইদে, অহিংবা পুন্নমক্তা চপ মান্ননা মুংশি। মুংশিবা হাইবদি 'প্রেম ভক্তি' অসিতনা কৃষ্ণগী ফংনবা লম্বিনি। ভক্তনা কৃষ্ণগী নামতবু মুংদা শোনবা নত্রগা লাওনা শকপা হায়বদি :— (নাম্ন জোপ নত্রগা নাম কির্তন) হায়বনি। কলি যুগকী মরুওইবা ধর্ম্মগী লমজিংদি প্রেম ভক্তি অসিনা অথোইবা লম্বীনি। অদুগা হিন্দু শাস্ত্রগী মনুংদা কৃষ্ণগী নামনা মরুনি। "হরে কৃষ্ণ" হাযবা খোম্লোক অসিনা চংশ্রবা মফমদা ধর্ম্মগী য়েক্লবা পুন্নমক উৎ ওইনা মাংখিগনি। মরম অদুনা হরিনাম হাঙ্গনা কলি যুগকী মহা মন্ত্র ওইরিবনি।

———

২৭শুবা শরুম

# আরিয়া জাতিগী হৌরকফম।

পৃথিবীগী মনুংদা আরিয়া জাতিনা অহানবা মীওইবগী জাতিনি। পৃথিবীগী অথং অহং কয়ানা অরেংপা লৈতনা য়ানরবা বেদনা শাখিনি। হায়রিবা বেদ অমুগী অহৌবা বেদগী হৌফম নত্রগা পোকফম ভারত-বর্ষনি। মতম অকরবা খংদ্রবা বেদগী মনুংদা যুগ মরিনা মথং মথং লৈরকপা মতমগী মতুং ইন্না লৈশেম্বা মতমদগী লেপ্তনা চৎথরক্লিবা আরিয়া জাতিনি। পাকথোক চাওথোকখিবা অমসুং হৌজিক মতম কলি যুগ অসি ফাওবদা চৎথরক্লিবা শাগৈ—জাতি অমসুং নিংথৌরোল পরেংগী মতম অমসুং মমিং মত্থগী লৈফম লম তোঙান তোঙানবা ভারতবর্ষগী লৈবাক মচা পুন্নমক মখাদা পিরিবা অসিনি।

## জগৎকী অহানবা ব্রহ্ম

পুন্নমকী অগৌবা মতমদা (প্রলয়) গী মতুংদা জগৎ অসিদা পৃথি অমসুং অহাংবা অতিয়া লৈরমদে। মুপ্পগী মপান নাইদ্রবা ঈপাক অমা লৈরমই। 'মসি ব্রহ্ম পুবান্দা অমুক হায়রমই ভুগিং কোটিগী মঙাল ওইনা লৈরমই হাই। মতম অদুদা ঈপাক অদুগী মথাইদা লিনগী নিংথৌ আনন্তনা ফাওগৎলকুনা চান্দম্লিংঙাই লৈত্রবা অশাংবা মশা অদুনা কৈফিড়ি কোন্দুনা নিংথিরবা শিঙ্গাসোন অমা শেম্লে, মনি কয়ানা লৈতেংলবা মকোকশিং অদুনা শেকপিন (পে) ওইনা খন্দুনা

কাওগংলক্রে। নিংখিনা শেমজরবা শিঙ্গাশোন অহুগী ময়াইদা পুন্নমকী মপু শ্রীবিষ্ণুনা চেপ্পগা লক্ষ্মী দেবীনা থৌগল তৌহুনা লৈশেম্বগী মতম ভাইহুনা লৈখি। মতম অহুমক্তা মুম্নবা খোঞ্জেলনা "ওঁ" হায়না খোক্লমই। হায়রিবা মতম অহুমক্তদা শ্রীবিষ্ণুগী মিং পাংখোকলমই। অহুগী মতমগা মান্না খোইদৌ ( নাভি ) দগী থম্বাল অমা হৌগংলক্তুনা থম্বাল অহুগী মহুংদা পুন্নমকী মপু ব্রহ্মা লেংশিন্দুনা ( ফমহুনা ) লৈ। মতম অহুদা শ্রীবিষ্ণুনা য়াম্না মুংশিন্নবা খোঞ্জেম্না ব্রহ্মাদা হায়রকই :—হে ব্রহ্মা মপুং ফারবা থম্বালগী মহুংদা লৈরিবা অরাংপা লৈত্রবা নহাক্না লৈশেম্বা তারে মরম অহুনা নহাক্না পৃথিবী অমা শেম্লো। হে ব্রহ্মা নহাক্না লৈশেম্বা মতমদা ঐনা নংগী নক্তেং পাংগনি। য়েংউ অহৌবা, ময়াই, অরোইবা অমুম্না লৈরিবা ( চক্র ) অসিদা ঐনা নংগীদমক্তা অরাংপা লৈতনবা পিগনি, অমুম্না শ্রীবিষ্ণুনা ব্রহ্মাদা শিন্নখি। অমুম্না বিষ্ণুগী পাউতাক হেক লোইবগা অক্বিবগী মশক ফংনা নোং মুংশিং হৌরকখি, মহু পুন্নমক ব্রহ্মানা কাজিনগ্রে, (য়োংশিগ্রে) মতুংদা বিষ্ণুগী য়াথং ফংবনা থম্বাল অহুগী মহুংদা হায়বদি, থরাইগী মহুংদা চংগ্রে, অহুপা মরোল অহুম শেমগ্রে। অহানবদা লাইরৈপাক ( শোরারেন — ব্রহ্মলোক ) অনিশুবদা পৃথিবী ( লৈপাক — ভুমী ) অহুমশুবদা অহাংবা ( অতিয়া — আকাশ ) অমুম্না মরোল অহুম অসি শেমখি। ব্রহ্মানা মরোল অসি শেম্নবা মতুংদা মথল মথা কয়াগী শেমহুনা পুখোক্পনা অরুবা থৌরম ওইখি। অহানবদা মহাক্না উ, রা পুন্নমক শেমখি, মথংদা শা, ঘন, মথল মথা কয়াগী ভিল কাং শেমখি, মথংদা মথল মথা কয়া হৈ, লৈনচিংবা মশিং লাকওমদনা শেমখি।

মতুংদা পুম্নমক অহুগী মরি লৈনহনবা হায়বদি, অমগা অমগা শোক্রবগী রাখল ( জ্ঞান ) পাম্বিশিংগী, অহুগা শা, ভাগী অমসুং তিন, কাং, মহাউ, মনম পুম্নমক লোইনা শেম্লে। অহুগা পুম্নমক অহুগী পাঙ্গল নিংখিবা হাপ্লে।

মতুংদা ব্রহ্মানা কোয়না য়েংলক্লে, মতম অহুদা শেমগ্রবা পোৎ পুম্নমক লোয়না মপুং ফানা লৈরে, অরাংপা লৈত্রে। অহুনা মতুং অসিদদি ভাইবং মী শেম্বগী রাখল তৌই। মতম অহুদা লাইগী হায়বদি ঈশ্বরগী শক্তমবু মমিৎ উইশিন্দুনা অচেৎপা রাখল খনখি। মতম অহুমক্তদা শ্রীবিষ্ণুনা ব্রহ্মাদা হায় পৃথিবী অসি লেপ্তুনা চত্তুনা লৈগনি, অহুগা মহুবু শেম্বগী পাঙ্গল অহু অহুমক পিগনি, মরম অহুনা মী শেম্লিবা অহুগা লোইনবা অহুমক অমনা অমবু মতেং পাংগনি হায়খি। মহুগী খোরমগী অশম্বা রাহৈদি :—ব্রহ্মানা লৈশেম্বা অহু লেপ্তুনা চংলিবা পৃথি অমসুং জগৎ পুম্বসি শেমগ্রবা ভাইবং মীশিংনা যজ্ঞ তৌহুনা লাইশিংবু পেন্দহনবা লাইশিংনা অমুক নোংনা চিংবা মনা মশিং জীবগী চান থরুবা পিবা মহুনা মরম ওইহুনা পোৎশিং অহুনা "হবি" ওইহুনা ব্রহ্মাদা পেলহনবা অগুম লৈহুনা ( চক্র ) লৈগনি হায়না ব্রহ্মাদা তাকপিরে।

মতুংদা ব্রহ্মানা মশাদগী মুপা অমা অমসুং মুপি অমা অসুম্না মশামকপু শরুক অনি থোক্না থাইদোকখি। মুপাগী শক্তম ওইরিবা অহুনা "মনু" হায়না কৌগ্রে, অহুগা মুপী অহুনা শতরূপ হায়না কৌখি। মমিং অনি অসিগী শব্দোকপা অর্থদি "মনু" হায়বদি খাইদগী হেন্না হৈ শিংবা হায়বনি। অহুগা শতরূপগী অর্থনা মমাই চামা পানবা হায়বনি। অসুম্না সংসারগী অহৌবা ইচেল অসি চেন্তরকই।

ব্রহ্মানা পৃথিবী শেম্নবা মতুংদা স্বর্গদগী লাইশিংনা ভাম্বোক্লবা হিংচাবা কাংবুনা পৃথিবীদা কুমথরক্তুনা মীওইবগী গর্ভদা চংতুনা পোক্লয়ে। মরম অদুনা হিংচাবগী মশিংনা নোংম নোংমগী তেনগংলক্তুনা পৃথিবী ইমা অসি খাংবা ঙমলক্তে। মখোয়গী লমচৎ-শাজৎ অদুনা জীব পুম্নমক খাংবা ঙমদ্রে। ব্রহ্মানা শেমখিবা ব্রাহ্মন, ক্ষোত্রি, বৈষ্য, শুদ্র অদু পুম্নমক মাগী মাগী মথৌ তৌদুনা যনবীগী মখোম সুম্বা অমসুং হৈ, লৈ পুম্নমক মাংগ্রে। মতম অদুদা খাংবা ঙম্লক্ত্রবি পৃথিবীনা ব্রহ্মাগী মফমদা চেম্লক্তুনা কপলয়ে, মতুদা ব্রহ্মানা হংলকপদা পৃথিবীনা মায়োল পুম্বা ঙমখি। মতম অদুদা পুম্নমক খংলবা ( অন্তর্য্যামি ) ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, প্রজাপতি, অসিনা অমত্তা ওইনা পুল্লিবা স্বায়ম্ভু ( ব্রহ্ম ) না পৃথিবী ইমাদা ভাকপি মতুদি :—পৃথিবী নংনা লাকপা অসি ঐনা হায়না খংলরনি ; মরম অদুনা লাইয়াম পুম্নমকপু মাগী মাগী থৌনা পিদুনা মর্ত্তলোক্তি মসুংদা মীওইবগী পুক্নি মরক্তা পোক্তুনা (আবতার—Incarnation) পুম্নমক অদু কোক্লবা তৌরগনি, অমুক হক্তো করিমত্তা চিংনরগনু হায়না ভাকপিদুনা, পৃথিবী অমুক হল্লকই।

মতুংদা ইন্দ্রনা লাইয়াম পুম্নমকা মাতানরবা মতুংদা মথং মথং অবতার তৌরকই। আবতারগী শন্দোকখিবা পুম্নমক অমুক্তা ওইনা খংবদি ওইখোক্কে, তৌইগুম্বসুং চৎথরক্লিবা মথং মনাও কাইদনা ব্রহ্মাগী মপুক্লিংদগী পোকখিবা মশিং তরুক্তি :—মরীচি, আত্রি, অঙ্গিরা, পুলস্ত্য, পুলহ অমসুং ক্রতুনি।

মরীচিনা কশ্যপ পোকই, মঙোন্দগী মীরোল মথং মথং শান্দোকখি। অদুগা ব্রহ্মাগী খুবীদগী দক্ষ পোকই। দক্ষ অসিগী মচানুপি তরাহুমদোই

পোকই। মখোয় অদুগী থারা মশিং লাকউমদনা শন্দোকখি। অদুমা মথং মথং আবতার তৌরকপনা দক্ষ প্রজাপতিনা নিংথৌ ওইরে। অদুগা ব্রহ্মাগী ওইথংবা খুবীদগী থোকপা প্রপুতি হায়বি অসিনা দক্ষগী ভার্য্যা ওইখি। দক্ষগী মচা নুপি য়াম্থে অদুগী মনুংদা তরানা ধর্ম্মদা, কুন্তরেৎনা চন্দ্রমাদা, তরাহুমদোইনা কাশ্যপতা কৎখি। অদুগা ব্রহ্মাগী থম্মোয়দগী থোকখিবা ভৃগুগী মচা শুক্রনি। অদুগা ব্রহ্মানা মনুদা মীওইবা শন্দোকহনখিবনা মীওইববু "মানব" কৌই। মনুগী মচা ইলা হায়বা অসিনা পুরুবা পোকই। উর্বশীগী গর্ভদগী পুরুবাগী মচা আয়ু পোকই অদুগা আয়ুগী মচা নুর্ভদা নাহুশ পোকই। অদুগা নাহুশকি মচা তরুক পোকখি, মদুগী মনুংদা যযাতি হাইবা অসিনা পৃথিবীগী নিংথৌরেল ওইখি। যযাতিনা দেবযানি অমসুং শর্মিষ্ঠা কৌবী নুপী অনি লৌখি। দেবযানি অসি শুক্রাচার্য্যগী মচানুপিনি। অদুগা শুক্রাচার্য্য অসি ভৃগুগী শাগৈনি। শর্ম্মিষ্ঠাগী মচা অহুম পোকই, মদুগী মনুংদা পুরু অমনি। অরাবা কযা থাংলুরবা পুরুদা মপা যযাতিনা নিংথৌ খুত্তম পিরমই। পুরুগী শাগৈদা পুরুনা মচা অহুম পোকই, মদুগী মনুংদা প্রবীর হায়বা অসিগী সুরসেনগী গর্ভদা মনস্যু কৌবা মচা অমা পোকই। মহাক অসি লাইমক্তা মান্নবা কজবা কনহৈবা পৃথিবীগী মপু অমা ওইরমই। অদুগা পুরুগী অহুমশুবা মচা রৌদ্রশ্বগী মচা ময়াম অমা মিশ্রকেশি কৌবী অগোই শাবী অমগী গর্ভদা শন্দোকখি। ময়াম অদুগী মনুংদগী অনগভানু ( অনা ধৃষ্টি ) অসিনা মতম কুইনা পানখি। অনাধৃষ্টিগী মচা অমা পোকই, মমিং মতিনার কৌই। মতিনারগী মচা মরি পোকখি। মখোয়গী মনুংদা তংসু হায়বা অসিনা পুরু শাগৈগী ইকাই-খুম্নবা ভাকখি। অদুগা তংসুগী মচা ঈলিনগী মচা রথন্তরীগী গর্ভদা

মতা পোকখি, মদুগী মচুংদা দুস্মন্ত নিংথৌগী মচা লক্কনা কৌবিগী গর্ভদা জনমেজয় কৌবা অমা, অদুগা শকুন্তলাগী গর্ভদা ভারত কৌবা অমগা, মচা অনি পোকখি। হায়রিবা ভারত অসিগী শাগৈদগী ভারতবর্ষগী ভরত বংশ ( শাগৈ ) হায়না লৈরক্লিবনি।

## ভারত শাগৈ

শকুন্তলাগী মচা ভারতনা পৃথিবীগী মিংথৌরেল ওইদুনা চহি কয়া পাল্লগা "গোবিত্তত" কৌবা অশ্বমেধ যজ্ঞ জাৎ অমা তৌরমই। মহাক্কী রানি অহুমদা মচানিপা মাপল পোকই, মদু মগুন লৈত্তে হায়না মপানা থৌশাবিদে হায়না মমাশিংনা লোইনা মাংহনখি। মতম অদুদা ভরতনা অচৌবা যজ্ঞ কয়া তৌদনা মহর্ষি ভরদ্বাজগী থৌজান্দগী "ভুমন্যু" কৌবা মচা অমা পোমখি। মচুংদা ভুমন্যুগী মচা পুস্কারানগী গর্ভদা তরুক পোকখি, মচুগী মচুংদা সুহোত্র হায়বা মচা অচুনা নিংথৌ ওইখি। নিংথৌ সুহোত্রমা সমুদ্রনা কোইশিনলিবা পৃথিবী অসিগী অমত্তা ওইবা মপু ওইখি। মহাক্কা রাজসূয় অমসুং অশ্বমেধ যজ্ঞ মপুং ফানা তৌখি, অচুগী মচুংদা ইক্ষ্বাকুগী মচা মহাক্কি মহারানি। অচুগী গর্ভদা সুহোত্রাগী মচা অহুম পোকখি, মখোয়গী মমিং মথংশিংনা অজমীঢ়, সুমীঢ়, পুরুমীঢ় অসিনি। আজমীঢ় হায়বা অহল অসিনা মাগী মুপি অহুমদা মচা তরুক পোকখি। ধুমীগী গর্ভদা ঋক্ষ, নীলীগী গর্ভদা দুস্মন্ত অমদি পরমোষ্ঠি, কেশিনীগী গর্ভদা জহ্নু, জল, অচুগা রূপিন অসিনি মখোয় অসিনা নোংপোক, নোংচুপ, খা, রাং লোইনা শন্দোকখি। অদুগা

মদুগী মচুংদা পঞ্চালদা লৈরিবা অসিনা দুষ্মন্ত অমসুং পরমোষ্টিগী মচা মগুনি। অদুগা কুশিকশিং অসিনা জুহ্নুগী থারানি। অদুগা অল অমসুং রুপিন অসিদগী ধৃক্ষ হায়বা অসিনা অহল ওইবনা মানা নিংথৌ ওইহৌরে। অদুগা মনাও অনি অদু নোংপোক পাংনা চংখ্রে। ধৃক্ষ নিংথৌনা সংবরন পোকই। মতুংদা সংবরনা সিন্ধু তুরেলগী মপালদা ভরতকী শাগে পুন্নমক চহি কয়া লৈখি, মমৈদা বশিষ্ঠ মুনিনা সংবরনবু মহাক্কি শিবা ওইনা ভারতকী রাজধানিদা নিংথৌ খুডম কংহনলি। মতুংদা সুর্যাগী মচানুপি তপতীগী গর্ভদা সংবরনগী মচা মুপা কুরু পোকই। হাযরিবা কুরু অসিনা নিংথৌ ওইখি। মহাক্না কল্লা তোপ তৌরম্বা মফম অদুবু 'কুরুক্ষেত্র' হায়না অচৌবা তির্থ অমা ওইনা ফাওরিবা অসিনি। মতুংদা কুরুগী বাহিনি কৌবা মহারানিদা মচা মপ্তা পোকই। অদুগী মতুংদা অহল অস্ববান হাযবা অসিনা মচানিপা নিপাল পোকই। মদুগী খ্বাইগী অহল পরিক্ষৎকি মচা তরেৎ পোকই। মদুগী মতুংদা জনমেজযনা অহলনি। অমক জনমেজয়গী মচা নিপাল পোকই। পুন্নমক অদুগী অহল ধৃতরাষ্ট্রনা নিংথৌ ওইরে, মাগী মচা তরামাথোই পোকই। হায়রিবা অসিগী মতুংদা মাপলগুবা প্রতিপ হায়বা অসিনা নিংথৌ ওইখি। মাগী মচানিপা অহুম পোকখি। মখোয় অহুমগী মতুংদা শান্তনুনা অনিশুবনি, মহাক্না নিংথৌ ওইখি।

শান্তনু মহারাজ অঙকপা মগুন লৈরমই মদুদি মহাক্না অহল ওইবা হায়বদি হন্নরবা খুদিংমক মহাক্কি মখুৎনা নানবদা, যোর শিবদা খুদক্তা অহল অদু পাখং মচা ওইখি। মদুগী থৌদোক অদুদগী শান্তনু হায়না খংনবনি। শান্তনুগী মচা দেবব্রত হায়বদু গঙ্গাগী গর্ভদা পোকপতি

অমুগা দেবব্রত ( ভীস্মক ) মশামক্তা মপাগী পেল্লবা সত্যবতিবু মপা নিংথৌ শান্তনুগা লুহোংখি। সত্যবতিগী গর্ভদা ব্যাস অসি পোকখিবনি মপাদি পরাস্বর মুনিনি। মহুগী মরম মথক্তা হায়গ্রে। অমুক সত্যবতিগী গর্ভদা শান্তনুগী মচা নিপা অনি পোকখি মহুদ :—চিত্রাঙ্গদা, অমসুং বীচিত্র বীর্য্য অসিনি। চিত্রাঙ্গদদি, গন্ধর্ব্বগী মখুত্তা মাংগ্রে মনাও বীচিত্রবীর্য্যনা নিংথৌ ওইরে। বীচিত্র বীর্য্যনা কাশিগী মচানুপি অনি অম্বিকা, অমসুং অম্বালিকা অনিবু লুহোংহনা লৌরমই, অদুবু নিংথৌ অসি মচা অমত্তা থনমদনা শিখি। মতম অদুদা মমা সত্যবতিনা ব্যাসপু কৌরগা মখৌ অম্বিকা অমসুং অম্বালিকাদা ব্যাসমক্তি মচা ধার অহুম পিরমই। অহানবনা ধৃতরাষ্ট্র, অমসুং অনিশুবনা পাণ্ডু, অহুমশুবনা বীদুর তৌইগুমসুং বীদুর অসিদি অম্বিকাগী মনাই লুপিদা পিরম্বনি।

## দ্বাপুর যুগকী মতুং

ভারত হায়না খংনরবা শকুন্তলাগী গর্ভদা দুস্মন্ত নিংথৌগী মচা মহাকী মমিংদগী ভারতবর্ষ হায়না খংনগ্রবা লৈবাক অসিদা কলি যুগকি অগৌবা ওইনা মহাভারতকী মতুংদা লেমহৌবা আরিয়ান জাতি অসি মথগ মবি থোক্তা খাইদোক্লমই মহুদি :— পুরু যদু, ভরত, ত্রিতসুস, মরি অসিনি। মসি মথক্তা লৈশেমলোন্দগী শাগৈ মথং মথং পিথ্রিবা অহুগী মশানি। মখোয় অহুগী মমিংদগী হোংথরকপদা কুরু, পঞ্চাল, কোসল, সুরসেন, অমসুং খংথি। মসিগী মতুংদা হাঈবদি হিন্দু আরিয়ান অসিগী মতুংদা ধর্ম্মগী মরমদা মহাবির অমসুং গৌতম

বুদ্ধ হায়না অকাওবা বেদগী থৌরমদা খর থেন্নরা লুচিংবা হৌরকই মতম অসি খৃষ্টগী মমাং সেঞ্চুরি তরুক অহুরাইদনি। মহাক্কিরনা লম-জিংবিরম্বা অহুবু জৈনিজম হায়না খংনৈ। অহুগা গৌতমনা লমজিংলম্বা অহুবুনা বৃদ্ধিজম হায়না খংনৈ। গৌতম বুদ্ধগী ধর্ম অসিনা জৈন ধর্মদগী পাকথোকপা তেনখি।

খৃষ্টগী মমাং সেঞ্চুরি তরুককি অহানবা তংখাই অহুরাইদা শরুক তরাগুরুক থোকনা খাইদোক্লগা ময়াম অহুনা পুন্নরনা ভাবতবর্ষগী অপুনবা শক্তম অমা ওইরমই। মগধ লৈপাক অসিদা বিমবিসারা হায়বা নিংথৌ অমা পাল্লমই। মহাক অসি খৃষ্টগী মমাং চহি চাতরুককি মমাং অহুরাইদা মথং মথং চংখরকপা শাগৈ শৈসুনাগাগী মচাশিংনি।

বিমবিসারা নিংথৌনা পোকপা অজাটসক্রনি। অহুগী মতুংদা অজাটসক্রগী শাগৈ নিংথৌ মরি মপুং ফামা চংথখি মতুংদা মহাক্না শিববা মতুংদা মাগী মচা উদয়ান নত্রগা উদয়া হায়বা অহুনা নিংথৌ ওইখি। মতুংদা নন্দিববধনা অমসুং মহানন্দিনা পাল্লি। মতুংদা নিংথৌ তবাগী মতুংদা মহাপদমানন্দনা পাল্লি। মহাক্কী মচা নিপালনা যাম্না নিংহিনা পূন্না মথং মথং লৈবাক ভাকলমই। মহাক্কী অরোইবা শরুক্তা গ্রিক্কী নিংথৌ আলেকজেন্দরনা ভারত্তা লান্দারকখি।

আলেকজেন্দরবু মাউরিয়া শাগৈগী চন্দ্রগুপনা মকম পুন্নমক জয় তৌখংলক্নুনা মাগী মপাঙ্গল হন্থহনখি। মতম অহুদা পঞ্জাব ষ্টেতনা আলেকজেন্দর শিববদা ইন্দুস মনিং তম্বা লৈবাক ওইরে, হায়না লাওথোকখি নিংথৌবেল চন্দ্রগুপ্ত মাওরিয়া হায়বসি সুত্রনি। মহাক অসি মমাংগী মাইকৈদা লৌচুন সুত্রনি হায়বনি, অহুবু বুদ্ধগী থৌবমনা মহাক অসি অশেংবা ক্ষেত্রিনি হায়বা প্রমানগা কোম্লনা পুথোকতুনা

মহাক অসি অশোংবা ক্ষেত্রি মচা অমা ওইখি। চন্দ্রগুপ্তনা পুন্নমক্কি মপু ওইখি। গ্রিক্কি কাংবু পুন্নমকপু নমথখি, মহাক্না আলেকজেন্দর শিথিবগা ভারতবর্ষগী হৈলিংবগী মকোক ওইনা থবক পুবা ক্তম্বা কৌরগা মতেং পাংনবা থিখি। মতম অমুদা ব্রাহ্মন মমিংনা চানক্য নত্রগা কৌতিল্য কৌবা অমুনা মাগী মতেং পাংখি। মতম অসি খৃষ্টগী মমাং ৩২১ দনি। মতম অদুদা অরাং ভারত, টামিল, মহিসুর, শৌরাস্ত্র, কাথিরার মাগী মখাদা লৈরমই। চন্দ্রগুপ্তগী মতমদা পর্সিয়াদগী আসাম, মনিপুর, ব্রহ্মদেশ অমুগা খা থংবদা খা ভারত অমসুং মহিসুর ক্তাওবা শন্দোক্লা লৈরমই।

চন্দ্রগুপ্তনা শিরবদা মাগী মচা বিন্দুসারনা নিংথৌ ওইখি। মতম অসিদা সিরিয়া অমসুং ইজিপ্তকি নিংথৌনা ই-পাও চংনবা মী (ambassador) বিন্দুসরাগী রায়েল সভাদা থারকই। মতুংদা মহাক্কি মচা অশোকনা নিংথৌ ওই। মতম অসি খৃষ্টগী মমাং চহি ২৭৩ দনি।

নিংথৌবেল আশোকক্কি মতমদা ভারতবর্ষগী মনুংদা আরিয়ান হায়না খংনরবা পুন্নমক্তগী অহানবা জাতি লাইশিংমক্কি শাগৈ ওইরিবা হিন্দু পুন্নমক্কি মশেক মডাল পুন্নমক পৃথিবীদা শন্দোকখি। মতম অদুদা তৌখিবা পুন্নমক ইন্দসকি অহানবা চাওখৎ থোংথাং (Indus Civilization) হায়বা অরিবা ইতিহাস রেংলগা খংগনি। আশোকক্কি মতুংদা সত্যবহনা অমসুং সাকাশ হাযবা শাগৈ অনি চংথরকই। মতুংদা গুপ্ত শাগৈনা সাকাশগী মখাদা লৈবা পুন্নমকী মায়রোক্তা চংথরকই। মতুংদা অহুমগুবা চন্দ্রগুপ্তনা অমুক পাল্লে। মসিবু গুপ্ত হায়রগা মতম অসি খংনখি। মতম খর পাল্লগা এঃ ডিঃ ৩২০ দা

মচা মুপা সমুদ্রগুপ্তনা পাল্লে। সমুদ্রগুপ্ত অসি খ্বাইদগী চাওবা লৈবাক ফাকপা অমা থাইনগী ভারতবর্ষগী অমনি। মহাক্কী মচা য়ামই। তৌইগুম্বসুং অনিশুবা চন্দ্রগুপ্তবু মহাক্না খল্লগা শিল্লে। চন্দ্রগুপ্ত অনিশুবা বিক্রোমাদিত্য অসি সেঃ ৩৭৫ এঃ দিঃ দা নিংথৌ য়ামগুপ্ত হায়না কৌরমই। মথংদা মাগী মচা কুমারগুপ্ত হাব্বা অহুদা এঃ ডিঃ ৪১১ দা শিল্লে। মানা চহি ৪০ লৈবাক ফাক্লমই। কুমারগুপ্তগী মচা স্কান্দগুপ্তনা অমুক লৌহৌখি।

ভারতবর্ষগী নিংথৌগী ইতিহাস ওইবা থৌদোক পুন্নমক্কী মনুংদা অথেংবা যুগ কলিগী মতমদা মহাবীর অমসুং গৌতমগী মথাদা মথং মথং পাল্লকপদা নিংথৌরেল আশোক অমসুং গুপ্তগী নিংথৌশিংনা য়াম্না মক ওইবা থৌদোক তৌরমই। অহুগা গুপ্ত শাগেগী অমসুং হর্ষবর্দ্ধন্না পাল্লকপগী ইতিহাসতি ময়েকশেংনা অয়িবা ইতিহাস ফম্বা কাংবুনা খংবা ঙমগনি।

হিন্দু নিংথৌশিংগী মথক্তা মুসলমান জাতিনা লান্দায়ক্কপা মতম সেঞ্চুরি তরানিথোই এঃ ডিঃ দা মহমদ গজনি অমনি। মহমদ ঘোরি মুসলিম লান্দাবা মুপানি, হিন্দুগী মাংনবা লমজিংলককা য়েক্লবনি। মখোয়গী মতুংদা ভারত অসি মোগোল কাংবুনা পাইশিনখি, মতম অহুদা হিন্দুগী অপুনবা শক্তম লৈতবনা হিন্দু নিংথৌ পুম্নমক মাইথিখি, অমসুং অরাবা মতম থর লেনখি। মতম অহুবু মুসলিমগী মতম (Muslim period) হায়না খংনৈ। হায়রিবা মতম অহুদা মখল মথা কয়া ইতিহাসকী মনুংদা থৌদোক কয়া ময়েক শেংনা লৈরি। খৃষ্ট ১৬৫৪ জুলাই ২১ দা ঔরঙ্গজেবনা অহুমলকপুবা নিংথৌ খুবম

পায়খি। মতম অদুদা নিংথৌ শিবাজি রাজা থৌনা কবা মরৈবাক্কী-দমক্তা মশা পুন্নমক কংথোক্খিবা ভারত ইমাগী অশেংবা মচা অমা ওইখি।

মতুংদা নোংচুপ ইউরোপকী জাতিনা ভারতবর্ষদা এঃ ডিঃ ১৪৯৭ দা খুংলখি। অদুগা এঃ ডিঃ ১৫১০ দা গয়া দা লম কংদদুনা মথং মথং শন্দোকখি। অদুগা ১৫৯৯ দা বৃটিশ ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানি হায়না মমিং থোন্দুনা ললোম্বা কাংবু শাদুনা ভারতবর্ষগী মমুংদা লৈবা হিন্দুগী অচৌবা লাইনাগী মতিক চংবা হৌখি। মুস্লিম পেরিয়েৎ হায়বা অসি চহি ২৯১ গী মতমগী রানি অদুগী মতুংদা বৃটিশকি মতম হৌরমই। বৃটিশনা মতম শাংনা ভারত পুন্নমকপু পাইশিন্দুনা মখোইগী মথাদা থমখি। মতুং জানুয়ারি তাং ১—১৮৮৬ তা বর্ম্মা পুন্নমক লৌশিনখি। মতুংদা বর্ম্মদেশ পুন্নমককি মপু ওইখি। মতম অদুদা ভারতবর্ষগী মীয়ামগী সভা অমা শেম্বা হৌখি। মদুগী মমিং ভারত জাতিগী সভা ( Indian Association ) হায়না থোনখি, মত হৌদোকপা মীগী মিংদি বাবু সুরেন্দ্রনাথ বেনর্জিনি। অদুগী মতুংদা খৃষ্টাব্দ ১৮৭৭ গুবদা রাজনিতিগী দল ওইনা আইন পাশ তৌখি। হায়রিবা দল অসি ইন্দিয়ান নেশনেল কংগ্রেশ হায়না অদুম খংনৱে।

ভারতবর্ষ অসি মতম কুইনা বৃটিশকি মখাদা মীনাংগুম্বা লৈবরা মতুংদা ভারত মচা পুন্নমক্না মনিংতম্বা লৈপাক অমগীদমক্তা অহিংসাগী লানফমদা মথল মশা কযাগী আন্দোলন কবা মহাত্মা গান্ধিগী লুচিং মথাদা শোক্লবকখি। মতম অদুগী। থৌদোক কযাদা ভারত মচা কয়া মশিং লাকওমদনা বৃটিশকি খুৎলাই পাইবা লাম্মীগী শাম্নপোৎ ওইখি। অতুগুম্বা তমথিম্নবা মীহাৎ অতুনা হিন্দু কয়াবু শা হাৎপগুম্না

হ্লাংখি। মতুংদা ধর্মগী লানকমদা ব্রিটিশ শাটথিতুনা খৃঃ ১৯৪৭ আগষ্টকি তাং ১৪ গী অথেংবা অহিংদা ভারত নিংতম্বগী নুংহি তৌহনা ব্রিটিশনা ভারতপু থাদোকখি। হায়রিবা মতম অতুদগী মরুইবা ভারতবর্ষগী মরুওইবা থৌরাং কয়াদা সর্দার পটেলনা মায়োক ল্লাখি। মতৌ অসুম তৌনা ভারত গবর্ণমেন্ট হায়না মীরেপকি মীখলনা মীহুৎ ওইহনা লৈবাক ঙাকপা হৌরকই। তৌইগুম্বসুং রাজনিতি দল মাশং য়াম্বনা পাঙ্গল কনবা রাজ্য অমা ওইবদা য়াম্না অরাবা থৌরম অমা নোংম নোংমগী হেনগৎলমই। মতুগী মরুদি ভারতকি রাংমদা লৈবা কাংবুগী মতৌ তম্বনা হিন্দুগী মহৈ ( Education ) ওইখিবনা থোকপনি। শম্না হায়রবদা ইমাগী অরাংপা লৈত্রবা পোৎলম পুন্নমক উদনবা খনজিনবা য়ুখল লৌথোকপা ঙমদ্রি। লাইনা অচৌবা পুবা নোংচুপকী মহিক মাংহন্নবা হিদাক শিজিন্নদ্রি। অসিগুম্বা লুরবা মতম অসিদা ভারত জাতিনা ইশা ইশাগী রাখলদা মমাংগী অরিবা ইতিহাস নিংশিংহনা অপুনবা শক্তম অমা ওইনবা অপুনবা ইমা ভারতপু চেৎনা হুংশিবা ভাবনি।

অমত্তা ওইবা, পুক্সিনবা ( Intigration ) হায়বা থৌনম অসি হায়দোকপদা য়াম্না লাইবা অত্তগা মতুমক ওইনবা তৌবা তারবদি য়াম্না অরুবা থবক্কি, তরাইনা তৌবা ঙমদে। পাঙ্গলনা নমতুনা পুনবা য়ারোই, শেল পিতুনা পুনবা য়ারোই, রাজনিতিগী থৌরমনসু পুনবা য়ারোই, অমগা অমগা হুংশিনবতনা পুনগদবনি। মরম অতুনা হুংশিবা হায়বা অসি থরাইগা থরাইগা অমত্তনি হায়বা খংবা তাই, অতুগা মতুগী খংনবা লম্বিদি ঐখোই পুন্নমক্কি অপুনবা ইমাবু মুন্না খংবা তাই। ইমা অমত্তগী মচা ঐখোয়না ইমাগী সেবা তৌবদা অমত্তা ওইবা শক্তম

লাইনা ঊপনি। অদুগা পাঙল কনবা শাগে অমসু শোয়জনা ওইগনি। মীওইবনা অরেপ্পা লৈত্রবা ইচেলদা তাওথরিবা মতমগী মওং হোংবা গোংশিংবু লেংদনা লৈবগুম থন্দুনা মদুগী অপাম্বনা পুন্সিবু মদুগী ইচেলদা তাওথবদা ঙম্বাক্তং লুংভাইবা মদুনা চোকথরক্লবদা ইরাক্কনা পুন্সি মাংগদোবা অদুদা কন্না মীহৌরি। মীওইবনা অকবা ফত্তবা থংবা ওম্বগী পাঙল ঈশ্বরনা অদুমক পিরবনি, তৌইগুম্বসুং মীওইবগী অপাম্বা হাইবা অসিনা খ্বাইদগী চাওবা যেরুবনি। মরম অদুনা মীওইবগী পুন্সিদা অকনবা লাল তৌদুনা লৈবনি। অসিগুম্বা য়েক্লবগী লানফম অসিবু লাকশিনবা ওন্নবা হোংনবা হাযবা অসি অচম্বা থবক নত্তে। অসিগুম্বা মীওইবগী লমচৎ শাজৎকি থোয়মদা অচুম্বা অশেংবা ধর্ম্মগী খুৎলাইনা নাস্ত্যোক্তা শেম্বা ওম্বদি অপুনবা পাঙল বেদ নত্তনা অতোপ্পা ঊপায় লৈতে। সংসারগী তত্ব অমসুং বেদ মন্ত্র পুন্নমক্না লমজিংবা সংঘগী (অপুনবা) লমজিংনি।

ভারত রাষ্ট্রগী শেবা তৌবা তারবদা অমসুং রাষ্ট্র ধর্ম্মবু ঙাকপা তারবদা জাতি ধর্ম্মগী ক্ষেত্রদা লেংদনা লৈরগা বেদান্তগী জ্ঞান্না থাংখাং ওইরগা মীহৌবা হায়বা মীওইবগী য়েরুবা অসিবু মরু য়াওনা ককথৎকদৌবনি। অদুগুম্বা তত্ব জ্ঞান অদুদি রাষ্ট্রগী ধর্ম্ম অপুনবা (সংঘ) গী মন্ত্রদনা ওইগনি। অতোপ্পা ঊপায় লৈত্রবনি। অহৌবা অমসুং অরোহিবা লৈত্রবা বিশ্ব জগৎ অসিগী যুমফমনি। শ্রীগুরুগী মঙ্গল য়াওদনা ঊবা ওমদবা ভক্তশিংগা লৈকোম্নি।

ইমা ভারতপু খুকমজে ॥

14707 (বন্দে ভারত মাতরম)